# ভারতকী লোইলম মনিপুর

। পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা
।ওন্দা তমজবা খুদোল

অহানবা খুৎনম : ১৯৯৩

লাইরিক অসি পান মনিপুরী য়ুথ লীগকি থাগি চেফোং লময়ানবদা হান্না ফোংদোকখ্রবশিংদগী খনগৎলগা সিলভর জুবিলী সেলেব্রেসন কমিটিগী মহুৎ শীন্দুনা মসিগী চিয়ারমেন ওইনাম নাতুমনা ফোঙবনি।






মনুঙগী লমায়শিং পদ্মা প্রিন্টবস, ইম্ফালনা ওফসেত্তা নম্বনি। লাইরিক্কী মখুম লময়ানবা প্রিন্টবস, ইম্ফালনা নমুনা শেম্নগা স্ক্রিন প্রিন্টিংদা নম্বনি।

# মনুঙগী খ্বারেংশিং


| লামায় | | খ্বারেং মমিং |
|---|---|---|
| VII | – | নীংশিং খ্বারোল |
| XIII | – | লৌথোকফম তাকপা |

অহানবা তাঙ্কক

| | | |
|---|---|---|
| ১ | – | ভারতত্তা তিল্লমদাইগী মনিপুর |
| ২৩ | – | মনিপুর ভারতত্তা করম্না তিলহনখি |
| ৩৯ | – | শিলোংদা লাঙ্গোই চনখিবা |
| ৫৯ | – | মনিপুর মীয়াম্না য়ানখিব্রা |
| ৭৫ | – | ঐখোয়গী করি লেমহৌরি |

অনিশুবা তাঙ্কক

| | | |
|---|---|---|
| ৮৫ | – | মীনাই নাইথাংগী পুন্সি |
| ১১১ | – | ফোংদোকফদ্রবা অরোনবা খ্বারী |
| ১১৮ | – | লৈমরোক্তা মৈতৈ পাখংশিংগী ঈখেং |
| ১২৯ | – | মপুং ফাদ্রিবা, চথরক্লিবা লালহৌ |
| ১৩৯ | – | হৌদোং অমশুং পেবেৎকি খ্বারী |

# নীংশিং ৱারোল

মীরোল অমনা খনখিবা ৱাখল অমশুং তৌখিবা থবক-থৌওংশিং তুংদা লাকপা মীরোল অমনা অমুক হঙ্গৎনা য়েংখৎলকপদা য়ানিংদবা, পেন্দবা পোকপা হায়বসি মনিপুরদতা নত্তে। অদুম ওইনমক, ঙসিদগী চহী য়াংখৈমুক্কী মমাঙদা মীরেপ ফাখিবা লমদমশিগী মীরোলদুগী মতাংদদি হৌজিক্কি মীরোল অসিতা নত্তনা তুংদা লাক্কদবা মীরোল কয়ানশু কুপনা থিরকখিগনি, ৱাহং কয়া হংলকখিগনি। পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা মনিপুরী নহারোলশিংগী মহুৎ শীন্দুনা ঙসিদগী চহী কুনমঙাগী মমাঙদা খুৎমাবা ওইনা অসিগুম্বা পেন্দবগী ৱাহং কয়া হংবা হৌখি অমশুং জাতিসিগী অচুম্বা লম্বেল থিরকখি।

ইং ১৯৬৮ গী অদুৱাইদা মীরেপ মপুঙ ফারকলবা মনিপুরী মীরোল অদু পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও নংহৌদ্রবা, ব্রিটিশকি লোইলম শাসন খঙহৌদ্রবা, নিংথৌ পানবগী মীওৎ-মীনৈ অমদি অমাং-অশেংগী তুক্কচরবা চৎনবী থেংনহৌদ্রবা, ইন্দিয়াগী থৌজালদগী মহৈ-মশিং কয়া তমলুরগশু ময়াংশিংনা লমদমশিদা চুপলী পায়দুনা ঐখোয়গী জাতিগী ইজ্জৎপু হন্না হন্না তেমশীংনরকপা অদুদা খোয়শাওনরবা মীরোলনি। অসিগুম্বা মীরোল অসিগী মরক্তগী লময়ানবশিংনা পুনশীন্নদুনা ইং ১৯৬৮ গী দিসেম্বর তাং ২৮ দা পান মনিপুরী য়ুথ লীগ লিংখৎখিবনি। অহানবা পুনশীনবগী মীফম অদু গৌহাতি য়ুনিভর্সিটিগী ষ্টুদেন্ট দে হোমদা নুমিৎ নিনি ফমদুনা পাংথোকখি। মনুঙ অমসুং মনিপুর মপান্দগী নহারোল নুপা-নুপী কয়া মদুদা শরুক য়াখি।

মতীঙ য়াওদ্রবা জাতিশিংনা মপা-মপুগী মতম অমদা থৌনা ফরম্বা, থাইনা নুংঙাই-য়াইফরম্বগী ৱারী হনজিন-হনজিন লীনরগা মতম লেনলি। পান মনিপুবী য়ুথ লীগকি নহারোলশিংনা লিকলমচৎকি হৌগ্রবা মতম অসিদা য়েংলকপা মীৎয়েংদি হেক হৌবদগী হৌনা খেন্নদুনা লাকখি। ইং ১৯৬৯ গী জুন তাং ২০, ২১ অমশুং

২২ দা ইম্ফালগী এম, দি, ইউ, হোলদা ফমখিবা অচৌবা মীফমদা পান মনিপুরী য়ুথ লীগকি চৎন-পথাপ লেপথোকপা অমশুং থৌ-পুবশিং খনবগা লোয়ননা ঐখোয়গী ফীরেপ ময়েক শেংনা ফোংদোকখি –

"থাইনগী নীংশিং ৱারীতনা হৌজিক্কী ফীবেপ ওইবা য়াদে। থাইনগী মণ্ডালদা হৌজিক্কি খোঙথাং লৌদুনা তুংগী পুঙ্গুং তানগদবনি হায়বসি নহারোলগী থাজবা ৱাখলনি। থাইনগী মচাকশিং অসিনা পোখ্বা ৱারী ওইবগী মহুত্তা জাতিগী লমজীং ৱারী ওইগদবনি, নাওশুম ঈশৈ ওইনা শকপগী মহুত্তা নাওয়োক ঈশৈ ওইগদবনি।"

মনিপুব মনুঙদগী অমদি আসাম অমশুং ত্রিপুরাদগী মনিপুরী নহারোল মীহুৎ কয়াগা লোয়ননা জাতি অসিগী শকনাইরবা শকনাইরবী কয়া য়াওরবা নুমিৎ হুমনিগী মীফম অদুগী অরোয়বা নুমিত্তা, নহারোলশিংদুনা ঐখোয়গী মৈহৌরোলদগী মুত্তনা লাকলবা অস্ত্রোদগী লৌরুবা শেংলবা মৈ পায়দুনা ৱাশকখি – "ঐখোয়না ইশা ইশাগী সনমাননা সাক্ষী ওইদুনা ঙসিগী মীতিন অসিগী মাংদা ইপা ইমা শকনা কোনবীরর্কলিবা মৈহৌরোলগী অশেংবা মৈ অসি পায়দুনা ৱাশকচরি মদুদি জাতিগী শকলোন মাঙদনবা অমদি য়াইফনবা হোৎনবগী চেনফদ্রবা থৌদাংবু পুকনিং শেপ্পা লৈতনা মফম অমশুং মতম খুদিংদা লৌগনি"। মতমদুদগী হৌরগা ঙসি ফাওবদা পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা ৱাশক অমশুং ফীরেপ অসি নীংশিংদুনা ঐখোয়গী পীকলবশু মত্তীঙ লৈজবা জাতি অসিগীদমক অঙম্বা থৌদাং কয়া পাংথোক্লুনা লাকলি.

মীয়ামগী মবক্তা মজাতিবু নুংশিবগী ৱাখল অসি চেৎনা, পাক-শন্না লৈতবদগী ইন্দিয়ানা মনিপুরবু ইরায-লায়না খুদুম চনখিবনি, মনিপুরগী মপান্দা খুন্দাগ্রিবা মনিপুরীশিংগা মনুঙদ, লৈবিবা মনিপুরীশিংগা লিংজেল মান্নন খুৎশন্নবা ঙমদবনি, নোংম-নোংমগী খজিক-খজিক মমী শামলকতুনা জাতি অসিগী তোপ-তোপ্পা শকলোন অসি ফাওবা মৃৎলকনবগী মরম ওইরক্কনি হায়বসি পান মনিপুরী য়ুথ লীগকি অচেৎপা থাজবনি। অদুনা, ঐখোয়গী লিকলমচৎকি কাউঙমদ্রবা নুমিৎ আগষ্ট তাং ১৩ অসি 'অথৌবশিংগী নীংশিং নুমিৎ' হায়না মমিং থোন্দুনা ইং ১৯৬৯ দগী হৌনা মনিপুরগী মনুঙ অমশুং মপান্দা পাক-শন্না পাংথোকপা হৌরকখি। নুমিৎ অসিমক্তদগী হৌনা থা-গী চেফোং লময়ানবা নম্রগা পুথোকখি।

অদুগা মনিপুরগী নীংতম্বগী নুমিৎ তাখিবগা মরি লৈননা নীংশিংদুনতা লৈহৌরগদবা এপ্রিল তাং ২৩ অসিশু মীয়াম হুপনা পাংথোকমিন্নবা অচৌবা থৌরম অমা ওইহনবদা লীগ অসিনা মপুঙ ওইবা থৌদাং লৌখি।

চহী কুনমঙামুক্কী মতুংসিদা, হৌজিক মপাঙ্গল চাউরকলবা মথৌনা ফরবা লমদমশিগী মীরোলদদি নোকনিংবা নত্রগা থাজদবা পোকপা য়াই, অদুবু অচুম্বদি অচুম্বনি – মদুদি ঐখোয়গী জাতি অসিনা কয়ামুক তুশোন-মানশোন্ননা তুফক-তুফাই চনলম্রবগে হায়ববু লময়ানবা চেফোং অসি লোন্না ময়ুমদা পুরলকগা কীমনখিবদগী কাংখল মনুংদা পাবা য়াওনরম্মী। কীবগী মরমদি চেফোং অসিগী ইদিতর নোংমৈকাপম সনাজাওবনা অহানবা খুৎনম অদুদগী হৌনা ময়াং অঙম-অথৌশিংগী হাবী-জাবী শেঙ্গা-থুমঙ্গা ময়াম অদু 'য়ুখল মরুমদা' ফোঙদোকলুবদগী সেপ্টেম্বরগী খুৎনম লোইফাত্রিঙৈদা মাবু ফারগা জেলদা থমখি। ইদিতর অমা ফাজিনথ্রবশু অমনা অমুক, অদুদগী অমনা অমুক মহুৎ শীন্দুনা লময়ানবা ফোংবদি লেপখিদে। 'য়ুখল'শু অদুম লেপ্তুনা হাংদোকখি। ইচম চন্না ময়ুমদা লময়ানবা পাবশিংনা কীফম থোক্তবদা পংকীদা কীনরম্বা মতমদুগী খুন্নাইনি। মখোয়সিদশু নত্রি। পান মনিপুরী য়ুথ লীগতা নত্রগা লময়ানবা চেফোংগী ইদিতরিয়েল বোর্দতা মতমদুগী চৎনবী মশাগী হৈনবী ওইনা মেম্বর হেক্তা ওইশিনলম্বা কয়াশু খজিক-খজিক লাপথোকনরকখি, তোকনখি। কনাগুম্বা পাঙমন্দবা থরদি মতৌ য়েংনিংদদুনা তাম্লোকপা ফাওবা য়াওখি। হৌজিক্তি মদুগুম্বা মতম অদু হৌখ্রে খল্লুবদা পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা নুংঙাইজবা অমদি চাউথোকচবা পোকই।

ময়াংনা শুপনম তৌবা মতমদুগী সরকারনা লীগকি থৌ-পুবশিং মরাল অমা নত্রগা অমা শীজিন্দুনা মথং মথং ফাদুনা জেলদা থমজিনবদি লেপখিদে। ইন্দিয়াগী সুপ্রিম কোর্ট ফাওবা য়ৌনা রাফংনবা য়াওখি। মতমদুগী অনৌবা মীরোলনা শেম্বা লীগ অসিনশু জাতিগী ইজ্জৎকিদমক, মীওইবগী অধিকারগীদমক অমশুং শুপনম শাসন অমদি শেঙ্গা-থুমজাগী মাইয়োক্তা হনবা লৈতনা খোঙ থাংজিনখি। লীগকি জেনেরেল সেক্রেটরি ওইরম্বা ডাক্তর চন্দ্রমনিনা ইবা 'দি বাউন্দারিজ ওফ মনিপুর' (মে, ১৯৭০) ফোংদুনা মীয়ামদা ইন্দিয়া সরকারনা থওইবীদ্রবা মনিপুরগী ঙমখৈগী মরমদা খঙহনখি। খ্বাইদগী চাউরবা মীয়ামগী খোঙচৎ অমনি হায়দুনা ঙসি ফাওবদা

শীংথানবা য়াৱবা খোঙচৎ অমনা কবো তম্পাক মনিপুরদা অমুক হনজিন্নবা দাবী তৌখি (সেপ্টেম্বর, ১৯৭০)। 'হরাং ইজ রোঙ ইন মনিপুর' (আগষ্ট, ১৯৭০) অমশুং 'মনিপুর টু-দে' (এপ্রিল, ১৯৭১) কৌবা লাইরিক মচা অনি ইংরাজীদা ফোংদুনা মনিপুরদা ময়াংগী শুপসম-শাসন অমশুং হাবী-জাবী ময়াম অদু পৃথিবীগী খুন্নাইদা খঙহনখি।

মতমদুদা সরকারনা কা হেন্না পান মনিপুরী য়ুথ লীগপু তাথীখিবগী মরমদি লমদমসিগী পেন্দ্রবা নহারোলশিংনা ইষ্ট পাকিস্তান্দা (হৌজিকনা বাংলাদেশ কৌখ্রবা) লোন্না চত্তুনা নীংতম্বা মনিপুর অমা লৈহন্নবগীদমক খুৎশু-খুৎলায়গী মতেং-লৌরুবা, মদুদা ময়াংনা পানবা সরকার অদুনা পাখৎখিদুনা মরাল লৈবা-লৈতবা থীদনা চাম্বনা খুজিং ওইরগা নহারোলশিং পংফাদা ফাজিনলকপা অমশুং মীয়ামদা ওৎ-নৈবা হেনজিনলকপা থৌশিল অদুগী মাইয়োক্তা লৈরুবগীনি। মনিপুরগী চীংগী লমদশু লাম্মীনা তাংখুল চনু রোজশুম্বী কয়া শারাক শান্নবদা, মাওগী রিভরেন্দ আশুলীশুম্বা কয়া হিংনা মউল খোকলগা হাৎপদা মতমদুগী 'হে-শিংবা' কয়ানা তৌবশুম উশিন্নদনা খঙশিন্নদনা পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা লৈখিদবগীনি। ইশম শন্না, ইন্দিয়াগী লোইলম শাসনগী তমথীরবা শক্তম অদু শবাক ফাক্তুনা মীয়ামদা পৃথিবীগী মাঙদা খঙহনলুবগীনি। অদুবু মসিদি অদুঙৈ মৈহৌরোলদগী মুত্তনা লাকলবা অন্দ্রোগী শেংলবা মৈ পায়দুনা ৱাশকখ্রবা মনিপুরী নহারোলশিংগী লূপ অসিগীদি চেনফদ্রবা, জাতি অসিগীদমক তৌফম থোকপা থৌদাংনি। ইরৈবাকমচাশিংনা হৌজিক পাবিরিবা লাইরিক অসিনশু ইথৌদাং পাংথোকপগী সাক্ষীনি।

মনিপুরগী মীয়াম্বু, মরু ওইনা নহারোলশিংবু থেন্নবা, ইন্দিয়া সরকারনা মনিপুরদা মশাগী আইন শেমজবা ঙম্বা লেজিসলেটিভ এসেম্ব্লী অমশুং মন্ত্রী মন্দল অমা চহী কুনহুমদোইগী মতুংদা অমুক হনজিনহনলকপা মতমদা পান মনিপুরী য়ুথ লীগকি মথক্তা য়েংলম্বা সরকারগী অখাবা মীৎয়েং অদু খর হুম্থখি। মহারাজ বোধচন্দ্রগী মজাইবুঙোশিংনা নুংশীবিদুনা কোনুং লম্পাক্তা লম লেমনা পীবিবদগী, মদুদা পান মনিপুরী য়ুথ লীগকি অনৌবা শঙলেন শঙ্গাবগা লোয়ননা ইং ১৯৭২ গী দিসেম্বর তাং ২৮, ২৯ অমশুং ৩০ দা মনুঙ অমশুং মপানগী মনিপুরী

নহারোলশিংগী মীফম পাংথোকখি। অনৌবা থৌ-পুবশিংনা হান্নদগী খরা ঈংনা থবক চখ্নরকখি। ইং ১৯৭৬ কী জানুয়ারি তাং ৯ দা থৌনাওজম তরুনকুমারনা ইদিতর ওইনা ইংরাজীদা ইবা চয়োলগী চেফোং 'রেসিষ্টান্স' অহানবা পুথোকপা হৌখি। অমরোমদনা, মজাতি নুংশীবগী শাগৎলকখিবা মীয়ামগী ঈহৌ অদুগী খুদোংচাবা লৌনবা রাজনীতি দলশিং চোংথোকনরকখি।

পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা হেক হৌবদগী হৌনা মপান্দা খুন্দাম্রিবা মনিপুরীশিংগা অচেৎপা মরী থমদুনা খুৎশন্নন থবক তৌরকখি। লম্বী-থোং খুদোং চাখিদ্রবা, অনৌবা কাছার লম্বী ফাওনদ্রিঙে মতমদুদা, পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা কাছারগী সিলচরদা নুমিৎ নিনিগী (নভেম্বর তাং ১ অমশুং ২, ১৯৬৯) ফমখিবা মীফম অদুদা অথাপ্পদগী অনকপদগী য়াওরখিবা মনিপুরী জাতিগী মীহুৎশিংদু ঙসি ফাওবদা শীংথানবা য়াই। লময়ানবা চেফোংগী ইদিতর জেলদা বীচার তৌদনা ফাজিন্দুনা থমলি হায়বদুনা নামুংহনবগী মহুত্তা য়োৎচাবীগুম্না ত্রিপুরাদগী অমশুং আসামগী মফম কয়াদগী মীহুৎশিং মীফমদুদা চিংশিনলকখি। চোইজাইননা খুন্দানখ্রবা মনিপুরীশিং পুন্না লীচিং অমগী মখাদা চৎমিন্নবগী খোঙথাংদা, মীফম অদুগী অহানবা ৱারেপতি মনিপুরী লোন অসি ইন্দিয়াগী লৈঙাকলোনগী নীপালশুবা সিদ্যুলদা চলহনগদবনি হায়বসিনা ওইখি।

মনিপুরগী মনুঙ অমসুং মপানগী মনিপুরীশিংনা লীংজেল মান্ননা চঙশীনখিবদগী ঙসিদি দাবী অসি ফংখ্রে, মনিপুরী লোন নীপালশুবা সিদ্যুলদা চংখ্রে। জাতি অসিনা লীংজেল মান্নবা হেনলকপা অসিদা পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা পুকনিং লুমজবা খরদি ফাওই। তৌইগুম্বশুং, নীপালশুবা সিদ্যুলনা কদায় ফাওবা জাতি অসিগী ইজ্জৎ হেনগৎহনলবগে, কদায় ফাওবদা মী অমমম ওইনা হিংবদা মশক-মচু হেন্না থোকহনলবগে হায়বদুদি খন্ননিংঙাই ওইরি। ঙসিদগী চহী কুনমঙাগী মতুংদা মীরেপ ফারকপা ঐখোয়গী মীরোল অমনা হঙ্গৎনা থিগৎলকপদা – ইং ১৯৪৯ গী মীরোলদা ঙসিগী মীরোলসিনা পেন্দবগুম – মখোয়নশু নীপালশুবা সিদ্যুলদা চলহন্নবগী খোঙথাং অসি চুমদবনি কান্নদবনি হায়রবশু য়ারি। জাতি অসিগী লীংজেল মান্নহন্নবগী, চুমশীল্লবা অনৌবা পুন্সিরোল অমা শাগৎনবগী অহানবা খোংকাপ ওইনা মনিপুরী লোনগী মরু ওইবা থৌদাং লৈ হায়বা পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা খঙখি, মসিনা পম্ভুংনি হায়নদি খক লৌখিদে।

চহী কুনমঙাগী মমাঙদা পান মনিপুরী য়ুথ লীগ লিংখৎখিবা মীরোল অদুগা হৌজিক শরেপ ফাররবা নহারোলশিংগা থবক-থৌওংদা খেন্নগনি, খেন্নফমশু থোকই। ইন্দিয়াগী লোইলম শাসন অসি অরাং নোংপোক লমদম অসিদা হেন্না কোঙ্গোই চেংশীনলকপগা লোয়ননা হেন্না পাক চাউরবা ফম্বাক অমদা মতীঙ মরৌশিং উংথোকনবগী খুদোংচাবশু মখোয়না ফংলে। তৌইগুম্বশুং য়াথল্লোনগী মচংদদি খেন্নদে। চহী য়াংখৈমুক্কী মমাঙদা ঐথোয়গী লমদমশিগী অহৈ-অপা শাখিবা মীরোল অদুদা পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা য়েংবা মীৎয়েং অমশুং ইন্দিয়াগা অরাং-নোংপোক লমদমশিগী মীওইশিংগা লৈনরিবা মরী অসিগী মতাংদা মীৎয়েং খেন্নবা উদে। মদু হেন্না ময়েক শেংহন্নবগীদমক পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা চহী ২৫ শুরকপা কুমওন থৌরমগা মরী লৈননা লাইরিক অসি ইরৈবাকমচাশিংদা খুদোল তমজবনি। হান্নলা লময়ানবা চেফোংদা ফোঙত্রবা য়ারেং ঙাক্তনি। তোঙান-তোঙানবা অইবশিংগী মরক্তা বনান খেন্নবদু য়ারিবমখৈ মান্নহনবা, নত্তদা চীথ-নাম্বুহৌবা খরা হাপতোক-হাপচিন তৌবা নত্তনা হান্নগীদু কায়হন্দনা অমুক থমজবনি। অতৈমক নত্রবশু, হৌজিক-হৌজিক মনিপুরগী চীং অমশুং তমদা মমাংঙৈদা অমুক্তা তৌনরমদবা মওংদা অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা হাংন-শুনরিবা অসিদগী কনানা খ্বাইদগী খুদোংচাবা ফংই, কনাগী থৌইনশিন্দগী ওইরমগনি হায়বসি খঙনবা থিদোকপদা লাইরিক মচা অসিনা মতেং ওইরবদি হোংনজমনগী মহৈ য়াল্লে লৌজগনি।

লাইরিক অসি ফোংননবা হোৎনবদা শেল, পাঙ্গল অমদি লৌশিংগী মতেং পীবিরকখিবা ইরৈবাকমচা খুদিংমকপু থাগৎচরি।

ওইনাম নাতুম

চিয়ারমেন

সিলভর জুবিলী সেলেব্রেসন কমিটি

পান মনিপুরী য়ুথ লীগ

কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল

সেপ্টেম্বর ৩০, ১৯৯৩

# লৌথোকফম তাকপা

| ৱারেংগী মমিং | | করম্বা লময়ানবা চেফোংদগী |
|---|---|---|
| ১। ভারত্তা তিল্লমদাইগী মনিপুর | – | ইং ১৯৭৩ গী সেপ্টেম্বর অমশুং ওক্তোবরদা অনিরক থোকনা হাপখিবা ৱারেংনি। |
| ২। মনিপুর ভারত্তা করম্না তিলহনখি | – | ইং ১৯৭৩ গী সেপ্টেম্বর চেফোংদা হাপখিবা ৱারেংনি। |
| ৩। শিলোংদা লাঙ্গোই চনখিবা | – | ইং ১৯৭৩ গী ওক্তোবর চেফোংদা হাপখিবা ৱারেংনি। |
| ৪। মনিপুর মীয়াম্না য়ানখিব্রা | – | ইং ১৯৭৩ গী নভেম্বর চেফোংদা হাপখিবা ৱারেংনি। |
| ৫। ঐখোয়গী করি লেমহৌরি | – | ইং ১৯৭৪ গী জানুৱারী চেফোংদা হাপখিবা ৱারেংনি। |
| ৬। মীনাই নাইথাংগী পুন্সি | – | ইং ১৯৭৪ গী ওক্তোবর চেফোংদা হাপখিবা ৱারেংনি। |
| ৭। ফোংদোকফদ্রবা অরোনবা ৱারী | – | ইং ১৯৭৪ গী মার্চ্চ-এপ্রিল অমশুং মে-জুনগী পূনশীনলবা চেফোং অনিরক্তা হাপখিবা ৱারেংদগী রোজগী ৱারী মরিক চুম্নবা হায়দুনা মরী লৈনদবা পন্দুপ খরা লৌথোকলগা লেংশিল্লবা ৱারেংনি। |
| ৮। লৈমরোক্তা মৈতৈ পাখংশিংগী ঈখেং | – | ইং ১৯৭৮ গী দিসেম্বর চেফোংদা হাপখিবা ৱারেংনি। |
| ৯। মপূং ফাদ্রিবা, চথরক্লিবা লালহৌ | – | ইং ১৯৮০ গী ওক্তোবর অমশুং নভেম্বরদা অনিরক থোকনা হাপখিবা ৱারেংনি। |
| ১০। হৌদোং অমশুং পেবেৎকি ৱারী | – | ইং ১৯৮১ গী ফেব্রুৱারী চেফোংদা হাপখিবা ৱারেংনি। |

# ভারত্তা তিল্লমদাইগী মনিপুর

## (১৯৪৬-৪৯)

মনিপুরদা অনীশুবা লাল্লাও (১৯৪২-৪৫) লোইখিদুনা লান চেন্নকুববা মীওইশিংনা অমুক হন্না মযুম মকৈদা হঞ্জীন্নবকপা মতমদদি ঐখোয়গী মীওইশিংগী পুন্সি অসি ইচম চমলি। লাল্লাও অদুগী অচৌবা অর্থিক অবস্থা অমদি সমাজগী শক্তমদা শোকপা অকনবা ইথিল কযা মতম অদুদা হাকথেংননা ফাওনদ্রি। মনিপুরদা মতম অদুদা মী লাখ মঙা খবদম হেল্লি লাইবিক হৈবনা চামদা মঙাগী চাংদা হৈবে। লান মতুংদা যুম হোংগৎনবকপদা থেংনবা অবাবা হাযববু লান্মীশিংনা যুম-কৈ থুগায়-খাৎকাযবস্না, ঈংখোল শম্বল শীদোকলম্দু অমুক নৌহৌনা শেমগৎ শাগৎপা ত'বা, অদুগা হিংননবগী মাযকেদসু 'মনৌব' হাইজিল্লকলিবা লল্লোল ইতিক্কী পোৎলং, চিনি, ফিবোল অসি খবা লাযনা ফংননবা হেংনবা, কেবোসিন অমদি অচাথাউ মবাং কাযনা ফংনবা তানবা, খাজনা হস্তহন্নবা লাকনবা, অদুগা লাইবিক লাইশু অমুক নৌহৌনা তমখৎনবা হোৎনবা অসিনচিংবা অচম্বা অৱাবশিং অসিনি। লান মনুঙদা শিফাইশিংনা ষণ যামনা হাৎখিবদগী লৌউ শিংউবদা অৱাবা খবা ফংঙি, মহাবাজনা কৈ ফাবদা খুলগী মীওইশিংদা কৈ তানবগী পৈশা পীবিদ্রে হাযদুনা ৱাকৎপসু য়াওই। লান মনুঙদা দববাব মেম্বব অযাম্বা মথৌ থাদোক্তুনা লৱায থৱাইদা চেন্দুনা লোত্তুনা লৈখি হাযবগীদমক মখোযবু দণ্ডি তৌবিযু হাযদুনা মহাবাজ বোধচন্দ্রদা বাজনীতি সংস্থানশিংনা ৱাকৎলি। মযাং মাবৱাবীশিং লান চেনখিবদু ১৯৪৬ কী জুলাই থাদগী হল্লক্কদৌবে তাবদা যাববদি শুকহল

হলহনবিরকঅনু হায়না দরখাস্থ থানৈ। ১৯৩৯-৪০ দা নুপী লানগী অন্দোলন হাক্তক্তা থোকখিবা নুঙাইতবা ঘটনাশিং অদু নীংশিংনবসু য়াওরি। জিরিবামদা ঈশিং চাউবদা অৱাবা খরা ফংঙি, ইম্ফালদসুনি। লানগী কমপেনশেশন পীনবা হোৎনবদু খরা থুহনবা পামনৈ, অসিগুম্বা অসি নত্তনা থোইদোকনা শোক ১৯৪৬ তা মনিপুর সমাজগী অচৌবা অৱাবা লৈতে। অদুবু ইচম চমজরবা, মপানগী অমোৎপা ইথিল চঙদ্রিবা পুন্সি অসি চহি অহুমগী মনুঙদা তোরা তুনা নৈহত্নুনা মনিপুরবু অমুক হৌগৎতনবা থনমলিবা অসি মনিপুরগী খ্বাইদগী নুঙাইত্রবা ইতিহাসকী তাংকক ওইহৌরে।

সমাজগী মপানগী কুয়োমর্দদি ইচম চমবা পুন্সি শক্তমদি ওইনা উবগা তশেংনা ঐখোয়গী চমলবা পুন্সি শক্তম অসিনা লৌশিনবদা লুববা রাজনীতিগী অকনবা, অহোংবা ইথিল খবদি মনিপুরগী ইতিহাসকী তাংকক অসিদা চঙলকলি, অদুগা চঙক্লিবা ইথিলসিং। মনিপুরগী পুন্সিবু ওৎখাযবা হৌরকলি। মসি পোকহল্লিবা অচৌবা থৌদোক্তি য়ামনা থুনা ব্রিটিশ সম্রাজ্য অসি লোইশিনখিদৌরে অদুগা ভারত নীংতম্বা ফংগদৌবে হায়বগী ৱাফম অসিনি। খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ দগী ব্রিটিশ সম্রাজ্যগী মখা পোন্দুনা লৈরকলবা মনিপুরনা শোক ১৯৪৭ তা ভারতকী অতৈ ষ্টেটশিংগা লোয়ননা নীংতম্বা ফংলগনি, ব্রিটিশ সরকারগী মশক পুরম্বা সংস্থানশিং অমদি সরকার অসি চলাইরম্বা মীওইশিং হন্দোকখ্রগনি অদুগা লোয়না লোয়ননা মমাংঙৈগী ওইবা মনীং মখা তৌনা পানবা ঐখোয়গী সোভরেন্টি অদু ঐখোয়দা অমুক হঞ্জীল্লকলগনি হায়বা মতাং অসিদা অকুবা ৱাফম খরা চোংথোকরকলি। হায়রিবা অসিদা য়ামনা মরু ওইরিবসি করিগুম্বা নীংতম্বা ফংবা তারবসু নীংতম্বা মতুংদদি মনিপুর হান্নগী মনিপুরদা অমুক হঞ্জীনবা য়াদ্রে, নিংথৌগী রাজনীতি শক্তি প্রজানা শীজিন্নবা তারে হায়বগী ৱাফম অসিনী। মনিপুরগী অনৌবা ভাগ্য বিধাতা অমুক পুংনৌ নৌহৌনা লেপথোকনবা তারি। মশিবু ঐখোয়গী অহল লমনশিংনা জ্ঞান তানা, ফীরেপ চুমনা মাইয়োক য়াখিবরা হায়বসি ঐখোয়গী ৱাহংনি। মথক্কী রাজনীতি ফীরেপ অসি তশেংনদি মতম অদুগী সমাজগী মকোক থোংলকলবা, লাইরিক লাইশু হৈরবা অনৌবা ময়াই ওইবা থাক্কী মীওইশিংনা লেপ্লকপনি, অদুগা মখোয়গী ৱাখলগী শক্তমসু মতম অদুগী ভারতকী ময়ায়লমগী ব্রিটিশকী মাইয়োক্তা

নীংতম লালহৌ হৌরুবা কংগ্রেসকী মীওইশিংগী ব্রাখলগী শক্তমদা য়ামনা তাংজৈ। ভারতকী কংগ্রেস পার্টিগী ফীরেপ কয়া ঐখোয়গী লৈবাকশিদা কন্না চঙলকলি। ঐখোয়গী নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা হায়দুনা শোক ১৯৩৪ দগী ঐখোযগী লাইরিক হৈবা ময়াম পুনশিন্দুনা শেমখিবা মনিপুরগী ধর্ম্ম অর্মদি সমাজ শেংদোকনবা সংস্থান অসিনা খোংলৈ তপনা বাজনীতি মায়কৈ অসিদা চঙশিল্লকলি, অমাং অশেং অমদি মীফা মীওৎকী মাইযোক্তা অনৌবা থবক কযাসু পায়খৎখ্রি। অদুবু মতুংদদি মোত মান্নবক্তদুনা মহৈ মহৈ কায়নখিদুনা শোক ১৯৩৯ দদি শ্রীহিজম ইবাবতনা লুচিংদুনা প্রজা সম্মেলনী হাযবা পার্টি অমা ওইনা চোংথোক্তুনা লৈবাক অসিগী চেং তাংবগী অন্দোলনদা অকনবা শরুক যাখ্রে, মদুগীদমক শ্রীইবাবতসু জেলদা তাখ্রে। অদুগা অশোমদনা হান্নগী মহাসভা অদুনা শ্রীললিত মাধব শর্ম্মনা লুচিংদুনা মহাবাজ অমদি ব্রিটিশ সবকাবগা য়ামনা নকননা লৈহৌবে, লান মনুঙদসু মখোযগা কোওপবেশন তৌখ্রে। অদুনা হযেং লান হক্তীল্লকলবা মতুংদা ১৯৪৬ কী আগষ্ট থাদা শ্রীইবাবতনা প্রজা সম্মেলনী অর্মদি প্রজা মণ্ডল অনী পুনশিন্দুনা "প্রজা সংঘ" হাযনা থোনদুনা মনিপুবগী আর্থিক অবস্থা ফগৎহন্নবা ইকোনোমিক বিফোর্মনচিংবা কন্না হোৎনবিঙৈদা নিখিল মনিপুবী মহাসভা অদুদি মতম অদুদা খোবলকলিবা বাজনীতি ইনাং অদুগী মতুং হাকথেংননা ইনবনিনা হোংলবনিবা মহোংবা অদুবু মশক খণ্ডলি, অদুনা হযেং নীংতম্বা মতমদা বাজনীতি শক্তি অসি নিংথৌদগী লৌথোক্তুনা প্রজাদা শিন্নবকপা তাবনি হাযবগী মতাংদা খুদোংচাবা পুন্নমক মহাসভা অসিনা লৈপলৈবি। হানবিবা মহাসভা অসি ওক্টোবব তা, ৪ ন, ১৯৪৬ কী এবিয়ান গিয়েচপগী মাফমদা মনিপুব ষ্টেট কংগ্রেস পার্টি ওন্নবখি। মনিপুব সবকাবগা নকনবা, ভাবত কংগ্রেস পার্টিগা তিন্নবা কাঙবু অসিনা অহানবা খুদোংচাবখৈ ফংগনি, অদুগা লোযননা খুদোংচাবা যেন্নবা মতাংদা মখোয মশেল অমুক ফুনবকখিনি।

শোক ১৯৪১ দা চুরাচান্দ মহারাজ নোঙ্গাখ্রবা মতুংদা মনিপুবগী নিংথৌ ওইহৌবা মহাবাজ বোধচন্দ্র অসি ঐখোযগী অনৌবা ইতিহাসকী য়ামনা লাইবক থীবা মীওইনি। মহাক্কী হাক্তক্তা পথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও নংঙি, অদুগা মপা হাক্তক্তা থোকখিবা সমাজ অমদি বাজনীতিগী ঈহৌ কযাগী ফল মহাক্কী মতমদা

চাববি। চহিচা কয়া লৈরকলবা মনিপুবগী ঈনাৎ, সংস্কৃতি অমদি বাজনীতি শক্তিগী মশক উৎলিবা, ঐখোয়গী ইপা ইপুগী ট্রেডিসন অসি চৎথহল্লকলিবা চাউথোকনীংঙাই ওইববা মনিপুবগী বাজগাডি অসি মহাকথক্তা যামনা চম্বা মওংদা ইবায় লাযনা মুৎখিবা তাবি। গাডি অদু চুমনা মুৎখিবদি অবাযবনি, মদুবু মুৎহন্নবা হোৎনবদা শীজিন্নখিবা মোৎলবা ইথিল কযা অদুদি যামনা পুকনীং নুংশিনীংঙাইনি। মনিপুবগী প্রজামকনা মঙোন্দগী লাপথোবকপা, মহাকপু উৎশিৎপিরক্তবা, মহাক মথক্তা নাইতোম তাহন্দুনা, মমাযদা কালি তৈশিন্দুনা মহাকপু খুঙ্গোযনখিবা অদুগুম্বা থৌদোক, অতৈ লমদা থোকখিদে। মহাক মশার্মক্তি প্রজাবু তশেংনা নুংশিবা নিংথৌ অমা ওইনিংদুনা, মপা হাক্তক্তা তৌবম্বা অফা অপুন ময়াম কোকহন্দুনা মতম অদুগী থোবকলিবা বাজনীতি ইবাং মশক খঙনা লৈবাক ঙাকপা পামখি। অনিশুবা লাঞ্জাও মমাঙদা মপা ইবুংঙোনা প্রজাগা তৌনখিবা ইবাং অদু মশক খঙনা মহাকনা নিংথৌ ওইববা মতমদা মদুগী নুংঙাইতবা কোকনবা সোশ্যেল অমদি ইকোনোমিক বিফোর্ম কয়া তৌখি। পোম্বাং নত্রগা ফোর্স লেবব লৌথোকখি, অমাং অশেংগী মবমদা অফবা শঙ্কম কযা পুশিনখি, যাইথিবীনচিংবা কোর্ট কাবা যাহনখি, অহোংবা কযা পুবকনবা লাকনখি। অদুবু মহাকনা খঙখিদবা অমখক্তি মতম অদুগী মনিপুব প্রজা খবদি লান মতুংদা ওশেংনা হোংঙে, চহি তরুকমুক্কী মমাঙদা সমাজ সংস্কাব অমদি আর্থিক অবস্থা ফগৎহন্নবা হৌখিবা অন্দোলন্নচি বদো মখোযগী মপুক্কীংদা চঙদ্রে। মদুগী ইবাং মখোয় অমৃকহন্না থৌওইদ্রে হাযবা অসিনি। মখোয হৃজিক পুংওল ওদ্রে। মখোযনা হৃজিক পামলিবসি বাজনীতি শক্তিনি নিংথৌদগী পোলিটিকেল পবাব লৌথোক্কনা মখোয়না শীজিন্নবা হাযবসিনি। মসিগী ইহৌ অসি ভাবত অপুম্বদা কংগ্রেস পার্টি অমদি ষ্টেট পীপলস কনফবেনসনা শৌগৎলকপা ইহৌনি। মখোযনা মতেং পাংবনি। অদুগা ব্রিটিশনা ভাবত থাদোকলমদাই অসিদদি কংগ্রেসকী চুং ফাবাল মমায চুমলিবা মতমনি। মশিগী ইবাং অসিদা শাগৎলকলিবা বাজনীতিগী শক্তম অদুদা মনিপুবগী মীওইশিংগী মতিকচাবা গুণ কযাম লৈববা খনগদৌবি, মখোযগী চংেংনবা থৌদাং অদুদা লৈবাক অসিগী ভাগ্য বিধাতা লেপতৌবি। হান্নবা শেম-শাহৌদনা অপুবা ইথিন অমদা লৈবাক্কী অরুবা ব্লাবেপ লৌদৌবে হাযবসি থোকলিবা থৌদোকশিংনা ওনলি।

১৯৪৬ কী ওক্টোবর থাদা মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেস হায়দুনা মীং ওনথোকখ্রবা হান্নগী মহাসভা অদুগীদি অনৌবা লাকলিবা রাজনীতিগী অহোংবা অসিদা খ্বাইদগী ওইজবা ফংবা মতমনি। ব্রিটিশকী মাইয়োক্তা নীংতম লান শুকয়াও য়াওখিদ্রবসু স্বাধীন ফংলমদাইদদি কংগ্রেস পার্টিমুক ময়াম্না পামনবা রাজনীতি সংস্থান লৈত্রে হায়বা য়াই। গান্ধীনীতি অমদি ভারতকী নীংতম্বগী ইহৌ হায়বা অসিদ চিংশিল্লকলিবা মীওইশিংদি অঙকপনি। মায়কৈ পুন্নমক্তগী, খৌ কয়াদগী, শিন কয়াদগী মীওই কয়া কয়া চোংথোরকলি। লাইববা, ইনাকখুনবা (ইনাক খুনবনা অয়াম্বনি), ঠিকাদার, লল্লোন ইতিকী মী, লৌমী, গভর্ণমেন্ট সার্ভেন্ট অমদি স্কুল ওঝা – অমত্তা থাক্তনা পুন্নমক কংগ্রেস য়াওনীংদবা মীওই থোইনবু লৈত্রে হায়বা য়ারে। শ্রীইরাবতকী কম্যুনিজমবু পামদবদগী মহাক্তা লোয়নরম্বা প্রজা মশেলগী অমদি প্রজা সংঘগী মীওই কয়াসু কংগ্রেসতা য়াওশিল্লক্লে। অদুনা ১৯৪৭ কী চহি হৌবদদি হায়রিবা কংগ্রেস পার্টি অসিনা মনিপুরগী রাজনীতি সংস্থান মখোয়দনি লাউথোকপা ঙম্মে, ভারতবর্ষদা থোকলিবা রাজনীতি ইরাং পুন্নমক মখোযনা খোখোৎনা চিনফা পুরে, ভারতকী ময়ায়দা থোকলিবা থৌদোক পুন্নমক মনিপুরদা থোকহন্নবা লাকনরে, অদুগা লোয়ননা লাক্লিবা অনৌবা অহোংবা অদুগী খুদোংচাবা পুন্নমক মখোয়না লৌনবা হোৎনরে। অদুগা মখোয়গী থবক অসিদা কন্না শৌগৎলিবা অমদি লমজীং পীরিবা কাংবুদি ভারতকী কংগ্রেস পার্টি অমদি ষ্টেট পীপলস কনফরেন্সনি। ষ্টেট পীপলস কনফরেন্স হায়বসি ভারতকী নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংদা শেম্বা কংগ্রেসকী সংস্থাননি।

পীরিবা খুদোংচাবা অদুদগী মশাগী শরুক হেঞ্জীন্না তমশীনবা হায়বসি কংগ্রেস পার্টিগী হৌনবীনি। অদুনা মতুংদা থোরকপা খৎনরকপা, কায়নরকপা পুন্নমক ফংলিবা খুদোংচাবদুদগী হেনজিন্না ফংনবা লাকনরকপগী ফল ঙাক্তনি। লাইরিক হৈবা মখোয়দনি, রাজনীতি জ্ঞান লৈবা মখোয়দনি হায়দুনা থোকলিবা থৌদোক পুন্নমক য়াওনবা লাকনৈ, মনিপুরগী অনৌবা ভাগ্য বিধাতা মখোয়না লেপনবা হোৎনৈ। ইহান হানবা থৌদোক্তি মনিপুরগী অনৌবা কনষ্টিট্যুশন অমা শেম্বগী মতাংদনি। কনষ্টিট্যুশন শেমনবগীদমক মীওই খরা খনবা তাই, খরনা হাপ্পা তাই। তোঙানবা ইলেকশন অমা তহশীল মঙাদা তৌই। তহশীলশিং অসিদা মবৌ মশিং

লৈবা মীওইদনা ইলেকশন অসি লেপ্পা য়াই। মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা তহশীল সভা অসিদা মখোয়গী কেণ্ডিডেট থাগৎলি। ইম্ফাল ইষ্টনা ডাক্তর লৈরেন, ইম্ফাল ৱেষ্টনা সিনাম কৃষ্ণমোহন, বিষ্ণুপুরদনা দ্বিজমনি দেব শর্ম্মা, ময়াং-ইম্ফালদনা য়ুম্নাম খোইমচা, অদুগা থৌবাল ককচীংদনা লাইশ্রম যোগেশ্বর - মশা অসিনি। ইলেকশন কমিটিগী চেয়ারমেন শ্রীএস সমরেন্দ্রনা খোইমচা অমদি যোগেশ্বরবু ইলেকশন লেপ্পা য়াহল্লমদে, মরমদি হায়রিবা তহশীলশিং অসিদা কেণ্ডিডেটশিং অসিগী মরৌ মশিং – হায়বদি লৌ ঈংখোল, দুকানগুম্বা অমত্তা লৈতে অসিনি। খুদক্তা দরখাস্ত থানদুনা কেশ তৌই। ইম্ফালদা লৈবা যোগেশ্বরগী করম্না ককচীংদা দুকান লৈগদৌরিবনো হায়দুনা ককচীংদা হাইথনদুনা য়েংঙি, ককচীং য়ৌবদা শ্রীলাইশ্রম যোগেশ্বর দুকান ফমদুনা পোৎ য়োন্দুনা লৈরম্মী। দুকান অমা ফমলমলবনিনা দুকান অদু মাগী নত্তে করম্না হায়গদৌবিবনো হায়দনা শ্রীযোগেশ্বব ইলেকশন লেপ্পা য়াহল্লি। মনিপুর কংগ্রেস পার্টিগী হৈশিংবা অঙকপনি। অসুম তৌদুনা কনষ্টিট্যুশন মেকিং কমিটি অদু ১৯৪৭ কী মার্চ থাদগী ফমবা হৌদুনা মে থাদদি ড্রাফট কনষ্টিট্যুশন অদু লোইবে। মনিপুর মহারাজনা কনষ্টিট্যুশনেল হেড ওইনা লৈবা, আইন সভা অমা লিংবা হায়বসিনা অনৌবা কনষ্টিট্যুশন অসিগী মরুওইবা ফীবেপ ওইরে।

মশিগী মতুংদগীদি মনিপুবগী সমাজ অমুক হন্না পোথাবা ফংদ্রে। মপান্দা ভারতকী স্বাধীন ফংবা হাযবা অসিনা ইনৌ নৌবা সমাজ অমদি রাজনীতিগী ৱাফম খবা ঐখোযগী লৈবাক অসিদা খোঙলৈ কন্না পুশিল্লকলি। মতম অসিদগীদি খোবকলিবা ৱাফম পুন্নমক অন্দোলনগী ফীরেপতা ৱারেপ পুন্নমক তানবা তারে। অন্দোলন্না পুবকপা নীংতম্বনিনা অন্দোলনগী যুগ ওইরে, নৌনা ফংলকপা নীংতম্বা অসি শীজিন্নফম লৈত্রবনিনা করিনো অমদা হেক্তা শিজিন্নরগা লোইরে, করিগুম্বা নত্তবা ইশু অমদসু হেক্তা অন্দোলন তৌবা হায়বসি চৎনরে। তশেংনমক ১৯৪৭ কী আগষ্ট থাদা ব্রিটিশ সরকার পুরা চৎখ্রগনি, ভারতবর্ষদা শাসন শীন্নরম্মগনি হায়বা অসিনা কংগ্রেস পার্টিগী মিংচৎ অঙকপা ফংনা হেঙ্গৎলকলি, অদুগা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদনা মতিক মপাঙ্গল লৈরমলবা নিংথৌনা মহাক্কী মপাঙ্গল শক্তি লৈররোই, শক্তি অদু প্রজানা পায়রগনি হায়বা অসিনসু মনিপুরগী কংগ্রেস পার্টিদা

নহানমখৈ লৈবমদবা অঙকপা থৌনা অমা পীরি, মশাদা অকনবা থাজবা পোকলকলি। হৌজিক্তি কংগ্রেস পার্টিনা কিবা কনামত্তা লৈত্রে, নৌনা ফংলকলিবা শক্তি অমদি মিংচৎ অদু অন্দোলনগী মওংদা মফম পুন্নমক্তা শিজিন্নবা হৌবে। কংগ্রেসনি হায়দুনা ময়ামগী মমাঙদা উৎপা অসিনা খ্বাইদগী লেমজবা থৌদোক ওইবে, খাদি ফৈজোম শেৎতুনা, গান্ধী তুপী উপ্তুনা চৎপনা লেম্না ফংবা নীংতম্বগী ইজ্জৎকী খুদম ওইবে। মসিগী ৱাখল অসিদা ১৯৪৭ কী আগষ্টকী তাং ১৫ নীংতম্বা নুমিত্তা থাংমৈবন্দগী গুরুকুলগী পণ্ডিত অমা (ৱাজকুমাব সুবেন্দ্র) ছাত্র ময়ামগা লোয়ননা গান্ধী তুপী উপতুনা, মচু অহুমগী ফীবাল হাইদুনা কোনুংদা শ্রীগোবিন্দগী মন্দিব খুরুমগনি হাযদুনা হায়জিল্লবদগী তুপী অমদি ফীবাল থনমদ্রবদি শ্রীগোবিন্দগী মন্দিব চঙবা যাবোই হায়দুনা থিংঙকপদগী অচৌবা বাথোক ওইবে। নীংতম্রবা কংগ্রেসকী প্রজানা নিংথৌগা মাইযোকনবা হৌবে। ফীবালগী সত্যগ্রহ হাযদুনা হুজিকফাওবা খঙনবি। কোনুংদা, মণ্ডিবদা ধর্ম্মগী লাইগী থৌদোক উৎসব বাশোপতা গান্ধী তুপী উপতুনা, ফীবাল পুদুনা ধর্ম্মগী নিংথৌগী অথিংবা কয়া খুগায়বা হৌবকলে, কোনুংদা মীয়াম কয়া হায়জিল্লতুনা লাউ খোংলবে। মহাবাজনা চবতর্কী ফীবাল অমদি গান্ধী তুপী সনমান তৌদে হাযবগী অন্দোলন্নি। মযম পুন্নমক্তা গান্ধী তুপী ঙাতা ঙাযখ্রে। উবিপোক্কী শ্রীনিংথৌখোংজম তোম্বী ফাওবা গান্ধী তুপী উপতুনা অশিবগী অস্তি চৎলক্লে। ফীবালগী সত্যগ্রহ অসিদা শ্রীসৌগাইজম সমবেন্দ্রনা লূচিংঙি। দব্বাব মেম্বব ওইবম্বা তোকহনবদগী কংগ্রেস যাওখিবনি, মহাবাজগী মাইযোকনা অন্দোলনগী লূচিংবা ওইববনী মশাগী নুঙাইজবসু অমনি।

ফীবাল সত্যগ্রহ অদুদি অচম্বনি, লেম্না ফংবা নীংতম্বা তদুদগী থোববকপা অনৌবা পাঙ্গল শক্তি অদু শিজিন্নদুনা কংগ্রেসনা শক্তি হুম্বরুদৌববা নিংথৌদা থৌওইনা শীংনবা হৌবনি। যামনা লুবিবদি সত্যগ্রহ অসিগা যেৎশিন্নদা থোকখিবা ১৯৪৭ কী নভেম্বব থাগী দাযীত্বশীল শাসনগী অন্দোলন অদুনি। নুমিৎ কুন্নি চৎথবকপা অন্দোলন অসিনা মনিপুর এদমিনিষ্ট্রেসন অদু পুবা চলাইবা য়াহনখিদে, তহশীল অহুমদা অকনবা এজিটেসন তৌদুনা লৈবাক অসিগী অনৌবা ইতিহাসকী চাউববা ৱাথোক অমা ওইহনখি। ৱাথোক অদুগী মনুংগী চযেৎনববা শত্তম অদুনা

হৌজিক্কী বাজনীতিগী মশক তাকপা মমাং থাবা পুন্সি শক্তম ওইহনখি। হায়বিবা ফীভম অসিগী মরুদি কংগ্রেস মশেল ফম মুন্নবকপগী ৱাবীনি. অনৌবা খুদোং চাবা অদু যেন্নবা থুংনদবদগী কাযনবক্তুনা কংগ্রেস অনি থোক্তুনা ফুনবকপগী ৱাথোকনি। থাববা থৌদোক অসিনা ঐখোযগী মীওইশিংগী মশক মচু ময়েকশেংনা উহনখি, তুংদা লাক্কদৌবিবা বাজনীতি শাজং কয়া মতম অসিদা মশক তাকখি। শান্তিদা তুমিন্না কবিমত্তা যাওজদনা লৈজবা প্রজাশিংসু নমদুনা চোংথোকতুনা ফীবেপ অমমম লৌনবা তাখি, মায়কৈ লেপনবা তাখি। তশেংনমক ১৯৪৭ কী অন্দোলন অসি কুনগুবা সত্তাব্দীগী যান্না চাউববা, তুংগী মমী তম্বা থৌদোক্কি, মখোয় মশেল নুংশিনদনা খুদোংচাবা যেংনবদা লৈবাক অসিবু তশেংনা অৱাফমদা লংথবনি। অদুগা হুজিক্কী মতমদা খম থেংনা উববা তুক্কৎচনীংঙাই ওইববা পার্টিশিংগী শাজং – অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা মাযদা কানি তৈনবা, লৈখোম তৈননবা নাকনবা, মাইযোকনবা দলগী মীওইশিংবু ফাদুনা লোত্তুনা থমনবা, ইনাংদা ফুঙ্গত্তুনা লাউ খোংদুনতা লৈনদুনা প্রজাদা পোত্থাবা অমদি বাখল থন্নীংঙাই মতম পীদবা, য়াকলবা খোঞ্জেলনা পীকথনবা অসিনচিংবা গনতন্ত্রগীনি হাযবিবা গীববা শাজং লীচৎশিং অসি মতম অসিদগী হৌবকখি। মসিবু ঐখোযগী চৎনবীনি হাযদুনা হৌজিক্কী বাজনীতি কাঙবুশিংনা য়ামনা ফজনা চত্থবি, মসিদা ঐখোযগী প্রজাশিংসু কবিমত্তা থৌওইদনা তুমিন্না লৈনি।

শ্রীএলাংবম তোমপোকনা সত্যগ্রহ কাউনশিল ওফ একশনগী ডিক্টেটবনি। মতম কুইনা শ্রীহিজম ইবাবতকী তুং ইল্লকপা, অন্দোলনদা তৌদুনা লাকপা মীওইনি। প্রজা সম্মেলনীগী জেনবেল সেক্রেটবী ওইবম্বা মীনি, কংগ্রেস যাওববা কান্দা মাগী মংং ইনগা মী গামনা লৈবে। অদুগীসু মবস্প মনিপুব ষ্টেট কংগ্রেসকী লাইবিক হৈবা মীওইশিংনা মহাকপু কি তুক্কৎচৈ, মহাকপু ইহৈ হৈনদে। অদুগা ইন্টবিম কাউনশিলগী মন্ত্রীফম হাপ্পগী খুদোংচাবা য়েন্নবকপা মতমদা কংগ্রেসনা মহাকপু থৌওইনা তৈবিবমদ মহক্কী মী অমত্তা মন্ত্রী ওইবা য়াওখিদে। অদুগীসু মথক্তা থৌওইনা শ্রীশাতকুমাদ ভুবোনসম্না অমদি শ্রীসিনাম কৃষ্ণমোহন্না মন্ত্রী ওইখিবসি নাবোন্দা চঙখিবনি হাযদুনা মহাকনা তীংশেকনা শাওখি। হায়রিবা ভদ্রলোকশিং অসিনা কংগ্রেসকী লাইবিক হৈবা কাংলুপ শ্রীললিতমাধব শর্ম্মা

শ্রীদ্বিজমনি শর্ম্মা শ্রীযোগেশ্বর অসিনচিংবা অসিগা লোয়ননা লোনথুপ লোনজা তৌদুনা শ্রীপ্যারশন অমদি আসামগী গভর্নর শ্রীআকবর হায়দারীগা লৌতুনদুনা কংগ্রেসকী মী মরী ইন্টরিম কাউনশিলদা পুশিনখিবনি, মসিদা মহারাজনা য়াদুনা তৌরিবনি অসিনি। কংগ্রেসকী মনুঙগী মশাগী কান্নবা য়েংবা অসিবু য়ানিংদে হায়দুনা খুদক্তা চোংথোক্লুনা অনৌবা ষ্টেট কংগ্রেস (নম্বর টু) অমা শেমলে। কংগ্রেসনি হায়বসিদি মতম অদুদা কনামত্তা থাদোকনীংবা লৈত্রি। শেমখ্রিবা কনস্টিট্যুশন অদুবু য়ানীংদবা ফোংদোক্তে। ইন্টরিম কাউনশিল অদু থুগায়গদবনি, খুদক্তা প্রজাগী ওইবা শাসন পুশিল্লক্কদবনি হায়বগীদমক, ইরাং অমা য়ামনা কন্না শাগৎলে। শ্রীসৌগাইজম সমরেন্দ্র, শ্রীবঙ্কবিহারী শর্ম্মা, অমদি শ্রীচন্দ্রহাস অসিনচিংবা মীওইশিংগা লোয়ননা মতম অদুদা লৌখৎপা য়াবা ইশুখৈ লৌখৎলকপা হৌরকলে। মতম অদুদা থোকখিবা ছাত্রশিংনা ষ্ট্রাইক য়াওরুবদগী মিং ককথত্তুনা পরিক্ষা থাহনদবদগী থোরকপা ছাত্রশিংগী হঙ্গর ষ্ট্রাইক, ময়াংশিংনা মনিপুরদা চঙঙকপদা পাশপোর্ট সিসটেম চৎনরম্বদু লৌথোকউ, ভারত মচা মশেন্নি কবিগী পাশপোর্ট লৌফম থোকই অসিনচিংবা, অদুগা মহারাজনা ভারতকী ফীবাল অমদি গান্ধী তুপীবু সনমান তৌদবগী অন্দোলন, ক্ষতিপুরন থুনা ফংহনগদবনি হায়বগী দাবী, পুন্নমক অসি থৌওইনা লৌখত্তুনা পুর্ণ দায়ীত্বশীল শাসন পীগদবনি হায়দুনা আইন আমান্য আন্দোলন – হায়বদি সিভিল ডিসওবিদিয়েনশ অমদি নন কোপরেশন মুভমেন্ত অমা নভেম্বরগী তাং ৬ তগী চংখবা হৌরক্লে।

তোমপোক কংগ্রেসকী অন্দোলনকার্যাশিংনা চঙখরকপা থৌওংশিংগী মনুঙদা ইম্ফাল এরিয়াদনা সরকারগী লোয়শঙশিং হায়বদি ষ্টেট থানা, রেভেন্যু ওফিস, রেজিসট্রেশন ওফিস, পি ডব্লিউ ডি, চীফ কোর্ট, কোনুং অমদি চীফ মিনিষ্টরগী যুমনচিংবা লোয়না মথং মথং পিকেটিং তৌবা, (ইডুকেশন ওফিসতি মহৈগী লোয়শঙনি হায়দুনা অহানবদা পিকেটিং তৌদে), বজার লেপত্তুনা শিংজমৈ কৈথেন নোংমা কাহন্দবা, জোনষ্টোন স্কুলদা মিটিং তৌবা, প্রোশেশন কয়া চৎপা অসিনচিংবা থৌওং কয়া অসিনি। খুঙ্গং অমদি লরায় থরাইদসু অন্দোলন অদু য়ামনা কল্লি। লমলোং বাজারদা পোলিশকী লোরী থারকপদু প্রজানা ফায়। ঙারিয়ান চীংদা নিংথৌগী ব্লারোক্তা আইন থুগায়দুনা ব্লা য়াল্লি। তাখোক, লৌমানবী, যুবরাজ

লৌকোনগী খোংলমদা পাৎচাবা অদু থুগায়দুনা প্রজানা ঙা ফায়। শওঙ্গুং মাশুল থুগায়, লমলাই যাইঙং ইম্ফোলদা শীং য়াল্লি, লমলোংগে ফোবেষ্ট বিজার্বতগী উশোই উ যাল্লি, উ তুবকপদা ভোলুন্টীযাবশিংনা 'বন্দে মাতবম' লাউই। টিডিম রোডকী কংগ্রেস কর্ম্মচাবিশিংনা লাউ লাউদুনা মোইবাংলোমদা প্রোশেশন চৎলি; পোলিশকী তান্নবক্কিবা গাড়ি অদুনা নিংথৌখোংদা ষণ তকই। ময়াং ইম্ফালদসু পোলিশনা ফদুনা থীনা শোকপসু কোঙ্গায অমনি, অতৈ জাগাদসু অসিগুম্বা থৌদৌ ঙাক্কনি। ইম্ফালদা থোকপা থৌদোকশিংসু কুম্মৈগী মশকনি। নভেম্বব তাং ৭ তা ষ্টেট থানা কমপাউণ্ডদা পোলিশনা নোংমৈ নোংথক্কা কাপ্লী, মীযাম চঙদুনা পোলিশ এস, পি, বু ফাদুনা থম্মী হাযবগী হাঙক্কনি। অতৈ জাগাদা থানা শিফাইশিংদু সত্যগ্রহীশিংনা ফাবগা ইউনিফোর্ম লৌথোকহল্লগা চৎহলখিবসু যাওই। সবকাবনা উপাই লৈবক্কদুনা ফোর্ঠ আসাম বাইফলসকী শিফাইশিংসু কোনুং ঙাকপনচিংবদা শীজিন্নৈ, মনিবামসিংঃ কৌবা ভোলুন্টীযাব অমনা হিন্দিদা লেকচব অমা তৌবদা শিফাইশিংদুগী মমিত্তা মপী তাখি হাযনা অন্দোলনগী বুলেটিনদা ফোঙঙি। সবকাব অমদি পোলিশবী কর্ম্মচাবীশিং–চীফ জজ বাজকুমাব ভাস্কব, পোলিশ ইন্সপেক্টব নারান যাদুমনি এস আই, জোগেন্দ্র এস আই, অসিনচংবা মীওইশিংনা ওফিস কাবোই, প্রজাগী মাইযোক্তা থবক অমত্তা তৌবোই হাযনা বাশক্কনা শোই তৌদুনা পীবমলগা নোংঙালগা পিকেট তৌবিবা সত্যগ্রহীশিংগী থবাক্তা খোংউপনা নেৎলমলগা চঙশি হাযবগী নিন্দা তৌবসু য়াওই। শিংজমৈ কৈথেন্দা সবকাবগী কর্ম্মচাবীশিংগী নুপীশিংনা কৈথেন থোবকপদা মখোযদা পোৎ যোনবীগনু হায়দুনা পোৎ যোলহনদে শিংজমৈ কৈথেন কাযহনদুনা নুপীশিংবু অন্দোলন য়াওননবা হৌরুবগী হাক্তো নুপীশিংনা তোমপোক কংগ্রেসপু শাউই। "মখোয মখোয়গী নুপীদি পুথোরীংদ্রগা ঐখোযবু কবিগী হৌবিবনো? . . পুবিগে হাযববসু মচা মব্বা লৈতবী মশানা পামজবশিংবু কৌবিযু, ইমুং মনুং থাকচবিবী নমদুনা চিংবিবগা ওইজবতা যেংবদী তৌবীনু . তোমপোক্কী মতু, গিবিগী মতু, সমবেন্দ্র ওর্কে শীদোকপা মেম্বব সনাজাওবগী মতু, সত্যগ্রহদা য়াওদে" অসুম হায়না মোত ফোংদোকপসু থেংনৈ। মগাম অসিগী মথক্তা খ্বাইদগী শাথীরিবদি তোমপোক কংগ্রেসকী মাইয়োক্তা তোমাল কংগ্রেসকী ভোলুন্টীযাবশিং পিকেটিং থিংনবা

থাদোরকপা অদুনি। শ্রীতোমাল অমদি রাজকুমার ভুবোনম্নাগী মীওইশিংনা অন্দোলনকারীশিংগা থেংনদুনা মায়কৈ মায়কৈদা মী গ্রুপ গ্রুপ থোকনদুনা খ্বাই য়াইস্কুল নাকপাক তানবা, অমদি মদুদা খংন চৈনবা ফুনবনচিংবা থোরকপা অদুনা প্রজাদা অকিবা তুজুংবা পীখি। সত্যগ্রহগী ভোলুন্টীয়ারশিংনা অমদি পিকেট থিংবগী ভোলুন্টীয়ারশিংনা অমগা অমগা ফাদুনা প্রজাগী জেলদা থম্নবনচিংবগী ইরাং অমসু মতমদুদা কন্না শাগৎলকখি। মন্ত্রী ওইরিবা রাজকুমাব ভুবোনম্নাগী মীওইশিংদি কিশি শেত্তুনা লীচৈ পায়দুনা চৎলি হায়বগীদমক "ভুবোনগী গুন্দা পার্টি" হায়না থোল্লি। নহারোলশিংনা "পীশ ফোর্স" কৌবা অমা লিংখৎত্তুনা যৌওইনা ইবাং কনবা মীওইশিংবু ফাননবা হোৎনৈ, বাজকুমাব মৈপাকম্নাসু মখোযনা ফাকুই। অদুফাওবদা অন্দোলন অদু লেপ্পা লৈতে। সত্যগ্রহীশিংগী "ফাইনেন্স, বেসন, ট্রানস্পোর্ট অমদি মেনপরার কবিমতা অবাৎপা লৈখিদে, ওফিস পুন্নমক শুনা মখোযগীসু লৈখি"। তশেংনা সিভিল দিসওবিদিযেনশ অমদি নন কোপবেশন হায়বদু থম গেংখি।

দাযীত্বশীল শাসনগী অন্দোলন অদু নভেম্বব তাং ২৬ তা লোইখি। নভেম্বব তাং ২৩ দা চিফ মিনিষ্টব শ্রীপ্রিযবর্তনা বেসপোনসিবল গভর্নমেন্ট থা ৬ কি মনুংদা (এপ্রিল ১৯৪৮ ফাওবদা) পিবগনি হায়দুনা মপান কাংজৈবুংগী অচৌবা মীফম অমদা লাউথোকপা, অদুগা ডোমিনিয়ন এজেন্ট শ্রীদেবেশ্বব শর্ম্মনসু অন্দোলন অদু লেপননবা য়াম্না হোৎনববা মতুংদা মীফম অদুদা যাওদুনা চিংনবা পুন্নমক কোকননবা প্রজাদা আপিল তৌবদগী তোম্পোক কংগ্রেসনা শেংদোক্কদবা রাফম খরা শেংদোক্কববা মতুংদা সত্যগ্রহ অন্দোলন অসি হন্দোর্কখি। হৌজিক্তি মনিপুরগী আইন সভা অদু হার্যবিবা হান্নগী ১৯৪৭ কী কনস্টিটুসেন অদুগী মতুং ইন্না মীখল অমা তৌবগা লিংখৎলগনি, অদুগা হাযবিবা আইন সভা অসি মশানা মনিং তমজবা, শক্তি লৈবা সংস্থাননিনা অনৌবা কনষ্টিট্যসন অমা শেম্ম নত্রগা হান্নগীদু শেমদোকপসু ঙমগনি, পুর্ন দাযীত্বশীল শাসন হায়বদু ওইবগনি। অদুগা আইন সভাদু শেমদ্রিফাওবা হান্নগী ইন্টবিম কাউন্সিল অদু অদুম চথর্জখিসনু হাযবা আপিল অদুদা যাওই। পুন্নমক অদুগী মক্তদি ইন্টবিম কাউন্সিল অদুদগীনি হাযবা মতম অদুদদি হায়দোকননিংদ্রে।

১৯৪৭ কী অন্দোলন অসিনা মনিপুর সমাজ অমদি বাজনীতি পুন্সিদা

অনৌবা রাফম খবা মযেক শেংনা পুথোরকলি। অহানবদা, মতম কুইনা মনিপুরগী অচম্বা প্রজাশিংনা গান্ধীনিতি অমদি কংগ্রেসকী ঈহৌদা তশেংনা পুকনিং চংনা থাজবা থনম্বা অদু হন্দক নীতি অদু ঙাকলিবা মীওইশিংগী অহেনবা শাজৎ অমদি মবমচৎ অদু উবদা তশেংনা কংগ্রেসপু পাম্মক্তবা, হৈনরক্তবা অমদি কংগ্রেস নীতি চৎলিবা মীওইশিংদা নিংবা কাযবা মতম অসিদগী হৌবকখি। অদুগা কংগ্রেস পার্টিবু য়াম্না চান্না অমদি ব্যবহ'ব তৌনা চৎলম্ব কোনুংগী মাইকৈদগীসু তশেংনা কংগ্রেসপু যানিংদবা হৌখি, অদুগী ফল ওইনা মথংগী বাজনীতি থৌদোক্তা কংগ্রেসনা মথক থ,বা বাজীনীতি সংস্থান ওইহন্দনবা খুৎশীল কযা তৌবকখি। খ্বাই য়াইস্কুল কন্না খৎনবীঙেদা, মখোযগী খৎনা চৈনবা অদু পামদে খৎনগনু হায়দুনা নভেম্বব তাং ৯ দা গান্ধী মৈদানদা তৌখিবা মীটিন অদুদগী 'মনিপুব প্রজা' হায়বা কাংলুপ অমা থোবকখি। হাযবিবা কাংলুপ অসিদা শ্রীনোংথোম্বম ইবোমচা অমদি রাহেংবম বাধামোহন্নচিংবা মীওইশিংনা মকওইনা শরুক যাদুনা তোঙানবা দল অমগী শক্তম তমলকখি। মহাব'ক্সগী মতোং ফংখি অদুনা হযেং ১৯৪৮ দা 'প্রজা শান্তি' হাযনা কৌদুনা মনিপুবগী অহানবা আইন সভাদা লম অসিগী শাসন পাযববা ঙমখি। 'প্রজা শান্তি' হাযবা ১৯৪৮ গী দল অসি শোক ১৯৭২ গী মনিপুব পীপলস পার্টিগুম্বনি কংগ্রেসকি অহেনবা শত্তম অদুনা পুথোবকপা, প্রজানা কংগ্রেসপু নুংশিদবদগী পোক্লকপা সংস্থাননি। মখোযনা কোন্না ফেল ওইখিবদি মশাগী পার্টি প্রোগ্রাম লৈতবা অমদি লুচিংবা ফত্তবেদগী থোকখিবনি। লৈবাক অসিগী মশাগী ওইজবা ভাগ্য বিধাতাবু মশক মুন্না খঙবা ঙমদবদগা, অমদি তোপ তোপ্পা অশেংবা লম্বেল অমা পীবা ঙমদবদগী মতম অদুগী মোৎলবা ঈচেল কয়া অদুগা কোন্নানা লুপখিবনি। ১৯৪৮ গী 'প্রজা শান্তি' না সিক্কিমগী নেসনেল পার্টিগুম্বা অমা ওইবমলবদি লৈবাক অসিগী ইতিহাস অসি তোংঙাল্লমগদবনি। নেসনেল পার্টি সিক্কিমগী ইতিহাস মুন্না খঙি, সিক্কিমদশু কংগ্রেসনা শাগৎলকলিবা ইবাং অদু জাতিগী মাইযোক্নি হাযবা উই, অদুগা মদুগীদমক মতিক চাবা পাউথুম পীদুনা সিক্কিমদা ভাবতকী ইথিল চঙহন্দনবা লাকনখি। অদুগা মনিপুবগী 'প্রজা শান্তি' দি অদু যৌনা জাতিগী রাখল খনবা ঙম্বা পার্টি নত্তে, পার্টি অমা ওইবগী জ্ঞানঃ।ওবা লৈত্রি, মতম অদুগী রাজনীতি থৌদোক ফাওবা মশক খঙদ্রি। হাযবিবা কাংলুপ অসিনা মনিপুবগী

রাজনীতিগী ইতিহাসকী য়াম্না লুরবা তাঙ্ককতা থোরকলিবনি হায়বসি খঙজদবা, অমদি মখোযগী মীওইশিংনা কংগ্রেসকী মীওইশিংদগী পংখেন খেন্নবা ঙমদবদগী ১৯৪৯ দা ঐখোয়গী বাজনীতি পুন্সি অসি য়াম্না লাযনা লৈখা তাখিবনি।

অনীশুবা অতোপ্পা রাজনীতিগী ব্রাফম অমনা মনিপুরগী চাউথোকচনীংঙাই ওইববা, মযামগী মায ওইরবনি হায়রিবা মীওইশিংনা পুল্লবা মনিপুবগী কংগ্রেস পার্টি অসি তশেংনা মশাগী ওইজবা থিবা, সুবিধা থিবা মীওইশিংনা পুনবা সংস্থান ওইবমলে হাযবসি মনিপুব ইতিহাসতা ইহন হান্না ফোঙদোকলে, অদুগা লোয়না লোয়ননা মখোয মখোয়গী কান্নবা থিনবদা তাইশিন্নবা য়াদবমখৈ কায়নবে হাযবা অসিনি। তোমপোক কংগ্রেসনা চোংথোকখ্রবা মতুংদা মায়কৈ অনী অসি তাইশিন্ননবা ভারতকী ওল ইন্দিযা ষ্টেট পীপলস কনফরেন্সকী জেনেরেল সেক্রেটরী শ্রীসবঙ্গধর দাস লাক্কুনা কন্না হোৎনবস্মী, ঙমদদুনা হনখি। কংগ্রেস অনী অসি কায়নবিবগী মবমদা তোমাল কংগ্রেসকী মীওই মঙানা (শ্রীতোমাল, দ্বিজমনি শর্ম্মা, কৃষ্ণমোহন সিংহ, শ্রীএল, যোগেশ্বর সিংহ, শ্রীএইচ, রনবীর সিংহ) প্রেসতা পীবা ব্রালোল অমদা ইন্টবিম কাউনশিলগী মতাং অসিদা মন্ত্রীগী ব্রাফম অসি হান্না দববাব প্রসিডেন্ট মিষ্টব প্যাবশনগা কংগ্রেসকী ৱার্কিং কমিটিগা হান্না যানববা ব্রাফমনি, মন্ত্রীফম অসিদা সোশ্যেলিষ্টকী মন্ত্রী য়াওদে হ্বাযদুনা ৱার্কিং কমিটিগী ব্রারেপকী মাইয়োক্তা লাউ খোংদুনা চোংথোকখিবনি, চুন্নগী ভোট কাননবা তৌবা থোকনি হাযদুনা তোমপোক কংগ্রেসপু মরাল শী। শ্রীতোমপোক্কী মাযকৈদগীসু তশেংনা হন্দক প্যাবশন্না শীল্লিবা মন্ত্রীফম পীবগী থবক অসি কংগ্রেসতা শিন্নফম থোকপদা শিন্নদে, অদুনা মন্ত্রী লৌননুসি হাযদুনা হায়নবনি, অদুদা কৃষ্ণমোহন অমদি বাজকুমাব ভুবোনস্নানা হবাল লান্না তৌদুনা চঙখিবনি অসিনি। অদুগীসু মথক্তা শ্রীকৃষ্ণমোহন মশামক্না কনষ্টীট্যুশন অসি শেম্বদা মশাগী কান্ননবা য়েংদুনা য়ামনা শেমদোকই হায়বা ফাওবা তোমপোক কংগ্রেসনা চার্জ তৌই, মতম অদুদা অংরাজী ৱাহৈ 'রেসপোনসিভ' হায়বদুগী অর্থ হন্নবদা য়ামনসু খৎনখি। অদুনা হয়েং অন্দোলন হৌবা মতমদা তোমপোক কংগ্রেস মখোয় মশাবু 'অচুম্বা পাম্বা কংগ্রেস' হায়না মিং থোঞ্জে। অদুগা কায়নদ্রিঙৈগী মমাঙদসু মখোয়দি তোঙাল্লা সোশ্যেলিজম পাম্বা মীওই ওইনা কংগ্রেস মনুঙদা লৈরম্বনি, চোংথোকপা মতমদা সোশ্যেলিষ্টকী

ব্ৰাখল লৈবা নাকপাক অমা পুবা থোবকপা ঙমখি, অদুগা অন্দোলন অদুদা মখোয়বু শ্ৰীহিজম ইবাবতকী প্ৰজা সংঘ, কিসান সভা, মহিলা সমিটি অমদি ষ্টুডেন্টস ফেডেবেশন্না মতেং পাংখি। তশেংনমক তোমাল কংগেস অমদি ডোমিনিয়ন এজেন্ট শ্ৰীদেবেশ্বব শর্ম্মানা তোমপোক কংগ্ৰেসপু অমুক হঞ্জীল্লকনবা য়ামনা কন্না হোৎনখ্রবনি। নভেম্বর তাং ১১ অমদি ১২ দা শ্ৰীদেবেশ্ববগা লোয়ননা পুল্লপ উনবদা কবিগুম্বা মখোয়নবু হঞ্জীল্লক্কে হাযববদি ইন্টবিম কাউনশিলদা কংগ্ৰেসকী নোমিনী মী মৰী যাওবিবদু লোযনা তোকহল্লগা অনৌবা অমুক শিনবদা বেবা লৈতে ফাওবা হাযখি, অদুবু তোমপোক কংগ্ৰেসনা মখোযনা মন্ত্ৰীফম থাদোক্কে হাযববদি কনডিশন অমত্তা য়াওদনা থাদোকউ, অদুগা মখোযগী পার্টিসু তোঙানবা কংগ্ৰেস ওইনা লৈজনি হাযদুনা লেপতুনা লৈখিবদগী তিনশিন্নবগী ব্ৰাফম অদু কান্নখিদ্রে। অদুগী মতুংদগীদি কংগ্ৰেস অনীমকনা ভাবতকী ওল ইন্দিযা ষ্টেট পীপলস কনফবেন্সবী প্ৰসিডেন্ট শ্ৰীপাটাভী সিতাবামযাদা মখোয মখোযগী গ্ৰুপশিং অসিবু ষ্টেট কংগ্ৰেস ওইনা বেকোগনাইজ তৌবিযু হাযদুনা দবখাস্ত ফাওবা থানখি। অদুবু ফেব্রুবাবী ১৯৪৮ দা শ্ৰীলাইশ্রম ইবোবী কৌবা ভদ্রলোক অমনা কংগ্ৰেস অনি তিনশিন্নদ্রবদি চবা হেন্দুনা শিবনি হাযনা হঙ্গব ষ্ট্ৰাইক তৌখিবদগী তিনশিন্নবগী ব্ৰাফম অসি অমুক খন্নদবা য়াদদুনা খন্নখি। ফেব্রুবাবী তাং ২৩ দা ভিক্টোবি সিনেমা হোলদা মাযকৈ অনিগী বিপ্ৰেজেন্টেটিভশিং উনদুনা কংগ্ৰেসকী ওর্গেনাইজেসনদা মখোয মখোযগী মক ওইবা কর্ম্মিশিংগী ফমনচিংবা অমুক যেঙ্গেকদুনা (তোম্পোবনা প্ৰসিডেন্ট ওইবা, তোমাল কংগ্ৰেসবী যোগেশ্ববনা জেনেবেল সেক্ৰেটবী ওইবা অসিনচিংবা) পুনশিন্নবা লাকনখি, অদুবু মঙ্গল ইওই ওইখিদে। মতম খবা অমুক পুন, অমুক কাযনা – অমুক পুন, অমুক কাযনা অসুম তৌদুনা চত্থবকখি। মমৈথংদা তোমাল কংগ্ৰেসকী মীওইশিংনা ওর্গেনাইজেসন্দা খবা হেন্না হৈশিংবা, শীন্দোক-শিঞ্জিন হৈবা অমদি ভাবতকী কংগ্ৰেস্তা নপ্পা হৈবদগী হিংদুনা লৈহৌবা ঙমখি, অদুগা খবা পঙতক শুদকপা, শাথিবদি শাথীবা তোম্পোক কংগ্ৰেসতি তপনা তপনা মুৎখি। হৌজিক লৈহৌবিবা কংগ্ৰেস অসি তোমাল কংগ্ৰেসকী মচা-মশুশিংনি।

অদুনা শোক ১৯৪৭ কী অন্দোলনগী অশেংবা মৰুদি ইন্টবিম কাউন্সিলনি,

অতে মরমনা নত্তে। কংগ্রেস মনুংদা মখোয় মশেল কল্লক য়েংথিনবদুনা প্রজাগী ৱাফম ওইবা য়াদবনিনা অতোপ্পা তাইনফম অমা থিবা তাবনি, অদুগা মতম অদুগী ইতিহাসকী ঈহৌনা মহারাজগী মাইয়োক্তা লৈবনিনা মহারাজনা পুন্নমক অদুগী দায়িত্ব লৌবা তাখিবনি। মহারাজ মশামক্কীসু অশোয়বা কয়া মরুম লৈখিদবা নত্তে। ১৯৪৭ কী জুলাই ২৮ দা ইংটরিম কাউন্সিল শেম্বগী প্যারশনগী ওর্ডর অমদা শ্রীতোম্পোকপু মন্ত্রী অমা ওইনা মহাবাজনা খল্লে হায়বগী ৱা ফাওবা য়াওরমলবনি, অদুবু অমুক আগষ্ট তাং ১৩ গী মহারাজগী ওর্ডর অমনা শ্রীতোম্পোক্কী মহুৎ শ্রীরাজকুমার ভুবোনম্নানা শিলহনখি। মহারাজ মশামক্কী ৱায়েন বিচারগী নীংতম্বা ৱাখলদা কংগ্রেসকী মীওইশিংগী চিরোনগী অরোনবা পাউতাকনা হেন্না কনবা ইথিল ওইহল্লি হায়বা থৌদোক অসিনা তাকই। অদুগা লৈবাক ইরাং হেক থোকলকপা মতমদসু মশাগী ওইবা পবশনেল ইনফ্লুয়েন্স শিজিন্নদুনা থৌদোকশিংদু মাইয়োক্লবা ঙমদে, চেন্দুনা নাথৈদুনা লৈ হায়বগী ইতত্তনা প্রজাশিংনা ফোংদোকই। মপা ইবুংঙোশুম্না নীংতম্বা বুদ্ধি লৌশিং লৈরমলবসু থৌদোকশিংদু তোঙাল্লম্বা য়াই। অদুবু ভারতকী নীংতম্বগী কংগ্রেসকী ঈহৌ অসিনদি নিংথৌশিংগী পুক্নিংগী অশেংবা ফিরেপ ইতত্তনা মাংহল্লি।

অসুম তৌনা ইচম চম্না, মশাগী অশেংবা সমাজ অমদি বাজনীতিগী অহোংবা মশক কবিমত্তা খঙজদনা ঐখোযগী মীওইশিংনা অপূবা, চয়েৎনববা, লৈহাও অসিগা চূনদবা ইরাংদা শাগৎলুবা থৌদোক অমদগী তশেংনা চোকথবদুনা মনিপুরগী লুরবা ইতিহাসকী তাঙ্ককতা চঙশিল্লকলি। ১৯৪৮-৪৯ অসিদি মনিপুবগী অনৌবা ইতিহাসতা জাতিগী লাইবক লেপখিবা খ্বাইদগী মরু ওইবা তাংকক্নি হাযবা যাই। হীরম অহুমখক্তা অরুবা ফীরেপশিং অসিগী শক্তম লাকখি। অহানবদা, চহী তাংকক অসিদা মনিপুরনা হান্নগী নিংথৌ পাল্লম্বা ঈনাৎপু থাদোক্নে হাযরগা ঐখোয়না অনৌবা গনতন্ত্রগী ফীরেপতা ঈশানা ইশাবু তশেংনা ঙাকচবা ঙম্ববা হায়বগী চাউরবা চাংয়েং তৌবা মতমনি, অদুনা মনিপুরগী অহানবা এসেমব্লী অসিগী শকওং শাদা, অমদি মাগী থবক থৌওং ঐখোয়দা য়ামনা মরু ওইবা অমদি তুংগী শক্তম তম্বা থৌওং ঙাক্তনি। অদুগা অনিশুবদা, হায়রিবা য়াম্না ৱানা, ৱাথোক কয়া থোকনদুনা, ঐখোয়গী মীওইগী পাঙ্গল শক্তি ফূদোক্নদুনা শেমগৎখিবা এসেমব্লী

অসিবু ১৯৪৯ গী ইন্টিগ্রেসনগী মতমদা ভাবত সবকাবনা ফাগী তাহনখিবা, থৌওইনা তৌখিদবা অসিবু মনিপুবগী অনৌবা ইতিহাসতা চাউববা ৱাহং অমা নত্তুবা হায়বসি তাঙ্কক অসিনা তাকলকখি। নিংথৌদগী প্রজাদা বাজনীতি শক্তি শিন্নবা হাযবসিদি ভাবতকী কংগ্রেস পার্টিনা ভাবত শিনবা থুংনা মখোযগী চেলাশিংদা ইনশিন্দুনা থৌওইনা থোকহনখিবা থৌদৌনি, অদুগা হাযবিবা প্রজা শক্তি শিন্নবিবা অসিংঙম্বা এসেম্ব্লী অসিগী মবমদা কবিমত্তা ইখন খন্নদনা ইবায লায়না থৌওইনা মুথৎপা অসিনা তাকপদি ভাবত সবকাবনা লৈবাক মচাশিংগী ইজ্জৎকী পুন্সিবু কর্বিসু থৌওইদে, মখোয়দা খুদোংচাদবা মতমদ ঐখোযগী ইজ্জৎপু ইতত্তত্তনা যোনথোক্কনি হাযবা অসিনি। অদুগা অহুমশুবদা, অনৌবা ভাবতবর্ষগী ইতিহাসতা শোক ১৯৪৬ তগীনা ৪৯ অসিফাওবদি ৩শেংনা লুববা তাঙ্কক্নি। তাঙ্কক অসিদা নীংতমলবা ভাবত অমদি পাকিস্থান্না নিংথৌ পানবা লৈবাক চামণ্ডা হুমফুমঙা অসিগী ভাগ্য বিধাতা লেপকদবগী কন্না হোৎনবকপা মতম্রি। ভাবত সবকাবগীদি শোক ১৯৫০ গী জনুবাবী থাদা অনৌবা কনষ্টিট্যুশন চৎনদুনা বিপব্লিক অমা ওইদ্রিঙৈগী মমাওসিদা লৈহৌবিবা ষ্টেট পন্নমক মর্জ ত্রৌশিংদবা যাদবনি, অদুনা অথবা থৌওং শিন্দুনা লৈবাকশি সিগী মনুঙগী পুন্সিদা খুৎ থিংজিল্লত্তবা যাদবনি। অদুনা শোক ১৯৪৮ দগী হৌনা নোংপোক ভাব৩কী লৈবাক মচাশিংসিদা ভারত সবকাবগী অবোনবা ইথিল চঙশিল্লকলবনি, মতাং অসিদা ঐখোয মীওইশিংনা লৈবাক অসিণা তুংগা ভাগ্য বিধাতাগী মবমদা কবম্বা থৌবেপ পুথোকপগে হাযবদু যাম্না মকুওইবা ইতিহাসকী বাহম ওইববনি। অদুবু লাইবক থির্বাদ ঐখোযগী মীওইশিংনা ঐখোযগী ইতিহাসপু মশক মুন্না খঙদবনিনা, লম অসিগী লৈহাও অমদি ঈনাৎকা চুনবা ঙতিগী শক্তম মুন্না খন্থকুবা ঙমদবনিনা মপানগী বাজনীতি ইবাংনা হুমখিদুনা মনিপুববু গ্রমদা অমুক অমদা অমুক ঙাথু ৎথংথুহন্দুনা মা-মাদুনা লৈবাকশিগী ভাগ্য বিধাতা লেপনবা হোৎনবকই, মদু যামনা লাইবক থীবা পুন্সি শক্তম ওইখি। মনিপুববু বর্ম্মাদ তিলহনখিদৌবে হায়বগী তোকঙা, পুর্ব্বাচল প্রদেশ অমা শেম্বগী ইবাং, ইবাবংকা কম্যুনিষ্ট বিভোল্যশন, অমদি কংগ্রেসকী ভারত্তা তিনবগী খোল্লাও পুন্নমক অসি মতম অদুগী ঐখোযনি মীওইশিংনা লৈবাক অসিগী তুংগী শক্তম লেপননবা হোৎনবদা থোকখিবা অপুবা থৌদোক ঙাক্তনি।

মসিদা মনিপুরগী মীওইশিংনা মশাগী পুন্সিগী অশেংবা শক্তমগা চূনদ্রবা অশেম্বা ইরাং অমদা তাউদুনা লৈবা, মপানগী চঙলক্লিবা অকনবা ইথিলসু মশক লাকপা ঙমদবা, অমদি ঐখোয়গী জাতিগী ওইবা অপূনবা ফীরেপ অমা লেপ্পা ঙমদবদগী অমগা অমগা হুন্নদুনা, চৈনদুনা, লৈখোম লঙশিন্নদুনা, হু খানদুনা, লাউ খোংনদুনা ঐখোয়গী বোডি পোলিটি অসি তশেংনা মরায় চায়থহনখি, অদুগা মদুগী খুদোংচাবা অদু ভারত সরকারনা লৌদুনা ভারতকী অপূনবা শক্তমদা লম অসিবু নমদুনা চিংশিনখি, মদুদা থোকপা অকনবা চৈথেংগী অন্না চৈনাখোল অদুদি লৈবাক অসিগী নিংথৌ মথক্তনা হাকথেংননা ফাওবা তাখি। তশেংনমক চহী অহুম অসিদা থোকলকলিবা অনৌবা ইতিহাস অমদি রাজনীতি ইথিল অসিবু ময়েক শেংনা উবা ঙমদবা অসি মনিপূরগী চাওরবা নেসনেল ট্রেজর্দিনি হায়বা তাই। অহোংবা অসিবু মশক লাকপা ঙমদবা, অমদি মদুগীদমক চপ চানা ঐখোয়গী মীওইশিংবু শেমশাহন্দবগীদমক লম অসিগী মতম অদুগী এলিট গ্রুপ হায়বদি ঐখোয়গী লাইরিক হৈবা মাঙজিন থাবা অখঙ অহৈশিংনা তশেংনা মনিপূরগী মীওইশিংদা ফেল ওইরে হায়বসি ঐখোয়না খংবা তাই।

মনিপুরগী কংগ্রেস পার্টিগীদি ১৯৪৮ অসি য়াম্না নুঙাইতবা চহীনি। নিংথৌগী শক্তিবু শীংনদুনা, লৈবাক অসি ঙাকননবা কনষ্টিট্যুশন শেমবদা হেন্না থবাই য়াওশিন্দুনা, প্রজাদা সাসন পীগদবনি হায়বগী অন্দোলন ফাওবা তৌদুনা অনৌবা ইরাং পুন্নমক শাগৎলমলে হায়রগা ১৯৪৮ গী জুন থাগী মেম্বর ৫৩ না শাবা আইন সভাগী ইলেকসনদা কংগ্রেস অনি পুল্লগা শুপ্পগী মী ১৩ খক্তা কাদুনা গভর্নমেন্টসু পায়বা ঙমহৌদ্রবনি। কংগ্রেসকী মকোক ওইবা নেতাশিং ইলেকসনদা মায়থিবা ফংবা অসিনা সমাজগী ইরাং অদুগী মশক ফজনা ফোংদোকই। মরমদি ইলেকশন অসি মনিপুরীশিংগী পুন্সিদা অহানবা ওইবনিনা কনামক্তা করিমক্তা খঙদ্রফাওবদা, তোঙানবা চমলবা ইরাং অমদা প্রজা পুন্নমক অঙকপা ফংনা থৌদোক অসি থবায় য়াওখি, মনিপুর রাজনীতিদা হেক থরায় তাজবা মীওই লোয়নমক অমক্তা চিপ্পদনা ইলেকশন লেপ্পী। ললিতমাধব শর্ম্মা, দ্বিজমনি দেব শর্ম্মা, শ্রীসলাম তোম্বী অমদি ঙাঙোম তোম্পোক অসিনচিংবা মীওইশিং ফজনা মায়থীবা ফংবা অসি য়াম্না রাখল খন্নীংঙাই ওইবা রাজনীতি থৌদোক ওইরবনি। তোম্পোক

কংগ্রেসকী মরুওইবা মীওই খবর্বুদি ভোট কায। শ্রীতোম্পোক মশামক, শ্রীসমরেন্দ্র অমদি শ্রীগিরী অকাবা মীওইশিংগী মনুঙদা যাওই। অনৌবা এসেম্ব্লী অদুদা হয়েং তুংগী রাজনীতিদা মরু ওইবা শরুক যাগদৌবিবা মীওই খবসু উবে। মহম্মদ অলিমউদ্দিন, লাইশ্রম অচৌ, খাইরাকপম চাউবা, মাইরেনবম কোইরেং অসিনচিংবা মীওইশিংসু কাবক্লে। সগোলবন্দদগী শ্রীনোংথোম্বম ইবোমচা, অদুগা উংলৌদগী শ্রীযমনাম যাইমা মখোয অনি অসি ভোট য়াম্না ফংদদুনা ডিপোজিট মৎপা মীওইশিংগী মনুঙদা যাওই। এসেম্ব্লী অদুদা শ্রীসৌগাইজম সমরেন্দ্রনা ওপোজিশনগী লীডরনি। অদুগা লাইশ্রম অচৌনা হৌজিক্কী থোকচোম বীরমঙ্গলনি, অয়াম্বা মতমদা বা ঙাঙনবদা হোৎনদুনা লৈ, সেসন অমদা বাহং কুন্থ্রুতরুক হংবগীদমক মাম, চৎলি। লাইরিক হৈবশিংনা শীনবা এসেম্ব্লীনিনা ইংরাজী লোন্না ঙাঙনগদবা লোন ওই। খুঙ্গংগী এম, এল, এ শিংনা মৈতৈরোন্দা হংবা রাহংদু মন্ত্রীশিংনা হংবাজাদা খুম্মী। লাইরিক হৈবশিংগী মখোযগী তমলুবা মহৈদু উৎথোকনবা হোৎনবসি মতম অদুবাইদগী চৎনবক্লে, লাইরিকপু হৈবদি যামনা লেম্বা শুন ওইরবনি। যৌওইনা এসেম্ব্লীগী কনষ্টিট্যুরেন্সী শেম্বদা মেট্রাক পাশ তৌবা মীওইনা ভোট থাদহনবা ইডুকেশনগী কনষ্টিট্যুরেন্সী শাওবা যাওবিবনি। প্রজা শান্তি গভর্নমেন্টনা মেট্রিক পাশ তৌদবা মীওইবু মন্ত্রী ওইহন্নি হাযদুনা কংগ্রেস পার্টিনা যৌওইনা চৎ থাংলি। অদুগা যামনা নুঙাইবা অমনা এসেম্ব্লী ইলেকশন অসিদা কাহৌদবা মীওইশিংনা (মরুওইনা কংগ্রেস) মতম অদুগী থৌ হায়রবু কাম্রিবা মী অদুগী মাইংগুবা কেশ তৌবনি। ইলেকশনগী কেশ অঙবপা ফংনা তৌনৈ। মী মহৎ শিনখিবগী কেশ, ভোটবদা চে পীবম্বগী কেশ, ভোট থাদবা তপ্পগীসু কেশ, গভর্নমেন্ট সরভেন্টনা ভোটব তানথোকপগী কেশ, কেশনা বাই চাইবনি। এসেম্ব্লী হোলদা মতম কুইনা ফমজরুববা মেম্বরসু বোন্না কেশতা মায়থীবা ফংলকপদগী হোলদগী তাম্থোকপসু কোঙ্গাযনি। মহম্মদ অলিমউদ্দিন মশামক মন্ত্রী ওইনা ওইনা মাযথীদুনা ১৯৪৯ গী আগষ্টকী তাং ১০ দা এশেম্ব্লী হোল থাদোকহনখি। এসেম্ব্লীগী প্রোশিডিং খুদিংমক্তা বাজনীতি মীওইশিংনা 'লায়ববা প্রজা' ইওওনা পম্লে, ভাষন খুদিংমক্তা মখোয়গীদমক্তা অরাবা ফোংদোকনৈ, অদুগা মাযকৈ অমবোমদা মন্ত্রীগী মতেং লৌদুনা মযুমদা জিংঘ

পৈশিন্নবা, তোতী পাইপ পুশিন্নবা, যুমকৈ শাগৎনহৌবা অসিগুম্বা অসিনা হেন্না মবাং কায়। প্রজা শান্তি গভর্নমেন্টসু শাসন পুবা থরায় যাওনদি হোৎনৈ, ১৯৪৮-৪৯ গী বজেৎকী সরপ্লস লুপা লাক্ষ অমগা তঙ্খায়নি। ১৯৪৯-৫০ গীদমক লুপা ৩৪,১৬,৯০৬ লোমগী বজেৎ পুথোকই। ষ্টেট ট্রান্সপোর্ট নেশনেলাইজ তৌবা, নিউ চুরাচান্দপুর টাউন শাবা, ডি এম কোলেজ লৌশিনবা অসিনচিংবা থবকশিং পাঙথোকই, প্রজাগী অফবা তৌবনা লৈবাক ঙাকপগী নিয়মনি হায়বশিদং খঙঙি, চঙলকলিবা অকনবা রাজনীতিগী ইথিলদি উদে। পার্টিগী তোঙানবা মশাগী প্রোগ্রাম লৈতে, মহারাজগী ওফিশিয়েলশিংনা থৌওইনা মতেং পাংদুনা লিংখৎখিবা পার্টি ওইরবসু কংগ্রেসকী মাইয়োক্তা তোঙানবা লম অসিগা ওইবা লমজিং অমা পীরা ঙমদে। অদুগা ১৯৪৮ দা ঐখোয়গী মীওইশিংগী অনৌবা পুন্সি শক্তম সরকার অসিনা পীবা হান্নগী পুন্সি চথহন্নবদম হোৎনদুনা লৈ। অসিগুম্বা শক্তম অসিদা সরকার পায়হৌদ্রবা কংগ্রেস পার্টিনা ইবাং তৌরদা খুদোং চায়।

ভারত সরকারগীসু ১৯৪৮ অসিদদি নিংথৌ পানবা লৈবাক ময়াম ভারত্তা তিনশিন্নবগী ইবাং অসি যাম্না কন্না চৎথবকপা মতমনি। জুলাই ৫, ১৯৪৮ দা ষ্টেটস মিনিষ্ট্রিগী চহী অমগী পুন্সি ওন্নকপগী মতাংদা ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা ভারতকী ইন্টিগ্রেসনগা মরি লৈনবা হ্বাইট পেপর অমা ফোঙঙি। মদুদা জুলাই ১৯৪৮ ফাওবগী মমাংদা নিংথৌ পানবা লৈবাক চামবিকুন্তুনিথোই ইন্দিয়াদা তিনশিন্নকপগী রা যাওবি। নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংগী নিংথৌশিংগী রাজনীতি শক্তি অসি প্রজাদা শিন্নবকপা অসিনা ভারত্তা তিনবগী অহানবা লমজিংনি হায়বা ভারত সরকারনা লৌই। তিনশিন্দ্রিবা লৈবাকশিংদা প্রজাগী শাসনগীদমক্তা অন্দোলন চৎথহনবা, আইন সভা লিংখৎকনি লাউথোকহনবা, অদুগা আইন সভা অদু পুবক্ত্রিঙৈদা প্রজাগী মহৎনা পুবা ইন্টরিম মিনিষ্ট্রি অমনা লৈবাক ঙাকপা হায়বসি ভারত সরকারনা শৌগৎপা, তৌদবা যাদ্রবা থৌনি। ভারত্তা তিনবা মওংনা মখল অহুমথোক্না তিনবা যাই। অপিক অপিকপা লৈবাকশিংনা থংনা-থংনবা উপদেশশিংদা নপশিনবা, নত্রগা মতাইলমগুম্বা ষ্ট্রেটেজিক ওইবা জাগাদা লৈবা লৈবাকশিংনা সেন্ট্রেল গভর্নমেন্টকী মখাদা চীফ কম্মিশন্নবগী প্রোভিনশ ওইনা লৌশিনবা (খুদম ওইনা কচ্ছ অমদি হিমাচল প্রদেশ) অদুগা অহুম শুরদনা, লৈবাক

মচা ময়াম পুনশিল্লগা তোঙানবা ষ্টেট ওইনা শেম্বা (সৌরাষ্ট্র, পাটিয়ালা অসিনচিংবা) অসিনি। নোংপোক ভারতকী চীংগী লম মচাশিং, খাসি হিলস, নাগা হিলস, লুশাই হিলস, ট্রিপুরা অমদি মনিপুরনচিংবা অপিকপা লম মচাশিংশি হুজিক্তি মখোয় মখোযগী তুংগী ফীভমগীদমক্তা যামনা লাঙতক্লবা অমদি মখোয়না ঙমজবা মওংদা ভারতকা লৈনগদবা মরী শেংদোকনবা মতমনি। খাসি চীংগীসু মখোযগী জ্ঞান তাবা মী বেঙবেন্দ নিকোলস রোযখোযনা লুচিংদুনা মখোযগী মশাগী ইনাৎ, লম অদুগী তোঙানবা কলচর অমদি ট্রেডিশন কবমনা ঙাকশেন্দুনা ভারতকা মরী লৈনগদগে কন্না খন্নবি, নাগা হিলসসু ফিজোনা মশাগী লমগী তোঙানবা ইতিহাসতগী পুখৎলকপা ইজ্জৎকী পুসি থিদুনা নীংতম্না লৈনবগীদমক কন্না ভারতকা নীংঙাই শাংদানবি। মনিপুরগীদি লৈবাক্কী লুচিংবনি হায়বিবা মীওইশিংনা মখোয মশেল নুংশিনদবনিনা, অমগা অমগা হুনজিন্নদুনা লৈনবনিনা লম অসিগী ইতিহাস ঈনাৎ কলচর অমদি ট্রেডিশনগা মরী লৈননা ঐখোযগী তুংগী ফীবেপ খন্নবা লৈতে। মখোয় মখোযগী ওহাক্কী রাজনীতি সঙ্গ অমদি ইবাং মতুংইন্না পঙলাউদা লাউনদুনা লৈ। তোমপোক কংগ্রেসনা পূর্ব্বাচলগী ইবাং হৌবা, অমদি তোমাল কংগ্রেসকী শ্রীলাইশ্রম যোগেশ্বরনা পুর্ব্বাচল হাযবসিদা মনিপুরগী অবা অনা কোক্কদবনিবা হাযদুনা আসামদকা চৎতুনা লাউবা পুন্নমক অসি লম অসিগী মীওইশিংগী ইবাংদা তাউবা অথেনবা বাখলগী শক্তম অদু উৎথোকপনি। ভারতকী কনষ্টিটুয়েন্ট এসেমব্লীনা ইন্দিযাগী কনষ্টিট্যুশনগী মবমদা খন্নবদা মনিপুরসি মশাগী তোঙানবা ঈনাৎ অমদি কলচর লৈজবা লৰ্মাননা ভারতকী অতৈ ষ্টেটশিং - বেরোদা, মহীশুর কাশমীরগুম্বা লম ওইনা থমগনি হায়বা তাবদা তোমাল কংগ্রেসনা অহানবদা য়ামনা হবাউরুই। অদুবু কোন্না কনষ্টিট্যুশন শেম্মকপা মতমদা ষ্টেট ১৯ গী মমিং পনবদা মনিপুর য়াওবক্তুদুনা তোমাল কংগ্রেসনা সেপ্তেম্বর তাং ২০, ১৯৪৮ দা কনষ্টিট্যুয়েন্ট এসেমব্লীগী প্রসিডেন্টতা দরখাস্ত অমা থাই। মনিপুরগী মশাগী মীশিং য়ামদে, মশাগী ইনকম লৈজদে হায়রদু লাল্লি, মীশিং থীবদা ভীক্ষানিবা ময়াম য়াওহৌদে, মখোয য়'ওবগা লাক্ষ ৮ হেনগনি, অদুগা ইনকমগী মতাংদনা লম অসিগী গভর্নমেন্টনা অনৌবা পোখোক পুথোক্লবা হোৎনরি, অর্থিক অবস্থা ফগৎকনি, অদুনা ষ্টেট ১৯ গী মনুঙদা মনিপুরসু য়াওহনবিয়ু অসিনি। ঐখোয়গী

মীওইশিংগী ৱাখলগী শক্তম ঐখোয়না হৃজিক্তি উরে। হায়রিবা তোমাল কংগ্রেসকী মীওইশিংসিনা ১৯৪৯ গী মার্চ্চ থাদা আসামগী গভর্নর শ্রীপ্রকাশগা উনবা মতমদা মখোয়গী মরক্তা অমনা (দ্বিজমনি দেব শর্ম্মা!) মনিপুরগী মহারাজ অসি লৌথোকপিয়ু হায়না কন্না ৱাকংলি। আসামগী গভর্নরনা ঐখোয়গী মহারাজবু হাপ্পা নত্রগা লৌথোকপা ঙস্না নত্তে। মদু ঐখোয়গী মীওইনা খঙদে। ঐখোয় মশেল অমনা অমদা পেন্নদবদু মপান থোরকপগী ৱানি, ঐখোয়গী মাঠাদা মপানগী মাওইশিংনা কাস্থা মন্ত্র শোয়দনা চংকনি উংথোকপনি। ভারত সরকারগী ১৯৪৯ গী চপয়ুংনা লেপলবা ৱাখল অদু থবক ওইনা পাঙথোকপদা মতেং পাংননবা মনিপুর কংগ্রেস পার্টি লৈরি হায়বদু নিংশিংহনবনি। ভারত সরকারনা নিংখৌ পানবা লৈবাকশিং লৌশিন্নবা শিল্লকপা থৌওং খুদিংমক্তা লৈবাকশিংদুগী প্রজাশিংনা মশানা য়ানা ভারত্তা তিনবনি হাযবসি থোকহন্নবা মতম অদুগী কংগ্রেস পার্টিবু ইবাং কন্না তৌহনবা হায়বসি চংনবীনি। অদুনা এপ্রিল ১৯৪৯ দগী ঐখোয়গী লৈবাক্তা অনৌবা ইরাং অসি হৌগংপনি। খবব চেফোংশিংদা য়ারিবমখৈ অয়াকপা খোঞ্জেল শীজিন্নবা, মহাবাজ অমদি মাবু শৌগংপা মীওইশিংবু কালি তৈনবা লাকনবা, অমদি লম অসিদা থোকলকপা ঘটনা পুন্নমক্কী খুদোংচাবা লৌননবা হোংনবা অসিনচিংবা অসি যান্না কন্না চখবকখি। ধর্ম্মগী ৱাথোক ফাওবদা রাজনীতি চঙশিল্লি। খৃষ্টান ওংলুবদগী মাংলে হায়না মহারাজ অমদি ব্রহ্মসভানা ইনথোকলবী হুইদ্রোম অমুবী কৌবী নুপী অমবু ষ্টেট কংগ্রেসনা লৌখত্নুনা শ্রীললিতমাধব শর্ম্মখোয়না নুপী অসিগী মগুমদা সঙ্গোম ক্ষেব চারুবগী ৱাবী লৈ। তশেংনমক চমলবা ঐখোয়গী পুন্সিদা অখাবা রাজনীতিগী অকনবা চৈথেং লাকলে হায়বসি খঙনখিদে। মনিপুর সরকারগী মীওই অমত্তনা শ্রীপ্রকাশ অমদি রুষ্টমজি খোয়না শান্নরিবা অরোনবা শরৌশিং অদু খঙলুদে, মখোয়দা ঐখোয়গী থাজবা পুন্নমক থমলুই। অদুগা ঐখোয়গী প্রজাগী মীহুৎ ওইরিবা এসেম্ব্লী অসিনসু ভারত্তা তিনবগী ৱাফম অসি মনিপুরগী অপুনবা ৱাফমনি হায়বা খঙহৌদে, মনিপুরগী বৈষ্ণব সমাজনা মসিগী রাজনীতি শক্তম মশক লাকপা ঙমহৌদে। মপানদগী চঙলক্লিবা ইথিলবু মশক খঙদবা অমদি মদুগীদমক করিমত্তা শেম শাহৌদবা হায়বা ঐখোয়গী মীওইগী ইতিহাসকী ঈনাৎ অসি মহারাজদা থোকপা শিলোংগী ঘটনা অদুনা ১৯৪৯ দশু শাক্ষী অদুম ওইররি।

শোক ১৯৪৬-৪৯ গী ভারত্তা তিল্লমদাইগী মনিপুরগী ইতিহাস – কংগ্রেসকী ইতিহাসনি। নীংতম্লবা মনিপুরগী সমাজদা কংগ্রেসনা পোকপা, চাওরকপা অমদি মখোয়না চখরকপা ইরাংদা ঐখোয়গী লৈবাক অসিনা লোয়নবা শুমদবগী ৱারীনি। চহীচা কয়া নীংতম্না মশাগী ইজ্জৎকা লোয়নননা হিংউরবা মনিপুরনা চহী য়াংখৈ তরুকতং মীনাই ওইরুরবা মতুংদা ভারতকী ময়াইলমদগী থোরকপা অনৌবা ঈহৌ অমনা চেনখিদুনা মশাগী ফীরেপ অমুক মাঙহনবগী ৱারীনি। ভারত নিংতম্বদা থোকপা মনিপুর প্রজাগী অপেনবা ঈহৌ অদু খুস্তাকলুরবা মতুংগী গম্ভীরসিংহগী হাক্তক্তা থোকপা প্রজাগী নুংঙাইবা ঈহৌ অদুগুম্বা নত্তে হায়বা ঐখোয়গী মীওইশিংনা খঙখিদে। মনিপুর কংগ্রেস পার্টিদা চঙলকলিবা মতম অদুগী জ্ঞান তারবনি লাইরিক হৈরবনি হায়বা মীওইশিং অদুনা তৌবা শরৌ অদু ঐখোয়গী মীওইশিংনা খলহৌদে। তশেংনা ১৯৪৮ দা মনিপুর কংগ্রেস পার্টিবু অকনবা চৈরাক অমা পীহৌদুনা তোঙানবা লম অসিগী ওইবা পুন্সি অমা খন্নরম্বা য়াবদু গণতন্ত্রবু থাজরুবা ঐখোযগী মীওইশিংনা খন্নখিদে। মদুগী ৱাখল ফাওবা পোকলুদে। মনিপুর কংগ্রেস পার্টিগী মনুঙদসু তশেংনা ভারত্তা তিল্লগা হেন্না খুদোংচাবা ফংগদ্রা হায়না কন্না থাজজদুনা ইরাং অদুদা য়াওরুবা মীওই লৈ। হায়রিবা মীওইশিংসিনা থাজজরুবা অদু লাল্লম্বা, তপনা তপনা মখোয়না নীংবা কায়রকপা, অমদি শোক ১৯৪৯ দগীনা হুজিক ফাওবগী মনুঙদা মনিপুরনা ভারতর্বষগী কোলোনী অমা ওইরকপা, অদুগা ঐখোয়গী মীওইগী খোংনেৎফম লৈরক্তবগী ৱারী অদুনা অমুক খন্নদবা য়াদ্রবা ঐখোযগী মাইয়োক ওইহৌরে।

# মনিপুর ভারত্তা করম্না তিলহনখি

## ব্রিটিশনা ভারত থাদোকপা

অনিশুবা পৃথিবীগী লানজাও হেক লোইরকপদগী ব্রিটিশনা থুনা ভারত থাদোক্নুনা চৎখ্রগনি হায়বসি যা য়া লাওনরবনি। মফম খুদিংমক্তা ব্রিটিশনা চৎখ্রবদা থোকলগদবা ফিভমশিং খন্নদুনা শেম-শান্নরে। থাপলবা মনিপুরদশু, মহারাজ বোধচন্দ্রনা ইং ১৯৪৬ কি দিসেম্বর তাং ১২ দা পিবা স্রা-যাথং মতুং ইন্না অমুক হন্না মনিং মখা তমলগদবা মনিপুরগীদমক লৈঙাকলোন (কনষ্টিট্যুসন) অমা শেম্নবা 'কনষ্টিট্যুসন মেকিং কমিটি' কৌবা অমা শেম্নবা থৌরাং তৌবা হৌরে। নংহৌবরোই মতাঙুম মাইকৈ খুদিংমক্তা কোয়চেন চেন্নবা মতমনি। ব্রিটিশ সরকারনশু ইং ১৯৪৭ কি জুলাই তাং ১৮ দা 'ইন্দিয়া ইন্দিপেনদেনস এক্ত' পাস তৌহল্লে; ভারত অমসুং পাকিস্তান আগষ্ট তাং১৪/১৫ গী নোংয়াই মতুংদগী ব্রিটিশ কমনৱেলথকী মনুংদা মনিং মখা তন্নবা দোমিনিয়ন অনি ওইবগনি হায়না লাউথোকলে। নিংথৌ পানবা ষ্টেটশিংশু অমুক হন্না মনিং মখা তন্নগনি হায়না হায়রে। কৈদৌঙৈ চৎখিগদগে থাজনরুদ্রবা মপাঙ্গল ফববা, লৌশিং হৈরবা অঙৌবা সাহেবশিংনা তশেংনা ভারত থাদোক্নুনা চৎখ্রগনি খল্লুবদা নুংঙাইনবনা অযাম্বনি।

য়াঙনা চেস্থরকলিবা মতমগী ঈচেলদা থরাক থরাক য়ান্দুনা তাউথরকলিবা, ইরাকনরগদ্রা কিজবা, লম্বী ঙাওববা ভারতকী নিংথৌ পানবা ষ্টেট অযাম্বদি ব্রিটিশনা ভারত থাদোক্নুনা চৎখ্রগনি খনবদা কয়া পুক্নিং লুমজদে। মখোয়গী মতৌ উবদুনা বিলাতকী নিংথৌ মহুৎ ভারতকী ভাইসরোই লোর্দ মাউন্তবেতন্না নিংথৌ মযাম

কৌখত্নুনা অরোইবা ওইনা জুলাই তাং ২৫ দা পুকচেল লেপনবা পাউতাক পিরে। মহাক্কা নিংথৌশিংদা শেংনা খঙহল্লে – ব্রিটিশনা ভারত থাদোকলবদা নিংথৌ পানবা ষ্টেটশিংশু অমুক হন্না মনিং মখা তম্বা লৈবাক হায়বদু ওইরগনি। অদুম ওইনমক মহাকনা তিল্লিবা নিংথৌশিংদা মসিমসু নিংশিংহল্লি মদুদি মখোয়গী ষ্টেটশিং অসি ইষ্ট ইন্দিয়া কমপেনীগী মতমদগী হৌনা ভারতকী মপান্দা লৈবা লৈবাকশিংগা লন্নাইগী মরী লৈনরক্কবনি; অদুগা অয়াম্বা ষ্টেটশিংনা অপিকপা অমসুং শেন-থুমগী ফিভম ফত্তবনা মতিক চানা লাম্মী, খুৎশু-খুৎলাই থম্বা ৱাগনি। মরম অদুনা ষ্টেটশিং অসি নকনবগী খুদোংচাবা মতুং ইন্না নৌনা শেম্নগদবা ভারত অমসুং পাকিষ্টান দোমিনিয়ন অনিগী মরক্তা অমগা অচেৎপা মরী লৈনবা ফৈ হায়রম্মী। ষ্টেটশিং অসিনা মপানগী লৈবাকশিংগা মরী লৈনবগী (এক্সটরনেল এফেযার্স), মপান্দগী লান্দারকপগী ঙাক-শেনবগী থবক (দিফেন্স) অমসুং ঈ-পাও চৎথোক চৎশিনগী থবক (কম্যুনিকেসন) – হিবম অহুম অসিগী দায়ি ষ্টেটশিংনা ইন্দিয়া নত্রগা পাকিষ্টা-দা শিন্নথোকখিবা ফৈ হায়না মাউওংবেতন্না পাউতাক পিরম্মী।

ভারত উপমহাদেশকী অৱাং নোংপোক থংবা কাচিন্দা লৈবা মনিপুরশু পাউতাক অসি চুম্মী খল্লুবদগী ইং ১৯৪৭ কী আগষ্ট তাং ১১ দা ভারতমকনা মনিং মখা তমদ্রিঁঙেদা ভারত সবকারগা 'ইন্সট্রুমেন্ট ওফ এক্সেসন' সহি তৌনবম্মী। সন্ধি অসিগী মতুং ইন্না, মনিপুরনা মপানগী লৈবাকশিংগা মরী লৈনবগী দায়ি, মনিপুরবু ঙাক শের্নবিবগী দায়ি, ঈ-পাও চৎথোক চৎশিনগী দায়ি – হিরম অহুমসিগী মতাংদা ভাবত সবকারদা শিন্নথোক্লম্মী। মনিপুর মনুংদা লৈবাক ঙাকপগী মতাংদদি মহারাজ অমসুং মহাক্কী প্রজাশিংগী মনিংনি; ভারত সরকারগী মথৌ শুকলৈ লৈতে। সিক্কিম অমসুং ভারতকা লৈনবা মরী অদুগুম্না মনিপুরগশু লৈনরম্মী।

## মনিং মখা তম্নবদা

হায়নখিবা নুমিৎ শোয়দনা, আগষ্ট তাং ১৫ দগী ব্রিটিশকী ফিরাল ভারতকী

উপমহাদেশ অসিদগী চিংথখ্রে। মনিপুরগীশু ইং ১৮৯১ দগী তাখিবা নুমিৎ অদু অমুক হন্না থোকলকলগদ্রা হায়না লাংতকনরে। খুৎলৈ থুনা, মপুং ফাবা কনষ্টিট্যুসন অমা শেম্না লোইদ্রিঙৈগী তান্নক্তা মনিপুরগী লৈবাক রায়েন চৎথনবা হায়দুনা মহারাজ বোধচন্দ্রনা 'ইণ্টরিম কাউনশিল' অমা আগষ্ট তাং ১৪ গী অয়ুক পুং ৮গী মতুংদগী চৎননবা হাপলে। মহারাজকুমার প্রিয়বর্ত্তবু মনিপুরগী অহানবা চিফ মিনিষ্টর ওইনা হাপলে; চীংদগী মন্ত্রী অনি অমসুং তমদগী মন্ত্রী মবি অমগশু মথং মথং ওইনা হাপচিল্লে।

ব্রিটিশ সরকার অমসুং মনিপুরগী মরী অসি ইম্ফালদা লৈবা পোলিটিকেল এজেণ্ট অমগী মতেংনা তৌরম্বনি। হৌজিক্তি দোমিনিয়ন ভারতকা মনিপুবগা লৈনগদবা মরী অসি দোমিনিয়ন এজেণ্ট অমগী মতেংনা তৌনবা তাবে। অহৌবা ওইনা, পোলিটিকেল এজেণ্ট ওইরিবা মিষ্টর জিঃ পিঃ ষ্টিরাটপু দোমিনিয়ন এজেণ্ট হায়না খঙনরে। ভারত সরকারগী ওইনশু, নিংথৌ পানবা ষ্টেটশিংগা মরী থম্নবা অনৌবা 'ষ্টেটস মিনিষ্ট্রী' অমা শেমখ্রে। অদুবু অরাং নোংপোক থংবা হিমালয় চিংশাংগী মরক্তা লৈবা, মীনা থৌশাবিদ্রবা মোঙ্গোলোইদ' কাংলুপশিং হায়বদি নাগা অমসুং লুসাই চীংশাংদা লৈবা, নেফাদা, মনিপুব, ত্রিপুবা, কুচবিহ ব অমসুং খাসি ষ্টেটশিংদা লৈরিবা, অয়াম্বনা মথিক নেম্বা, নাতোন নম্বা, মমিৎ খুবা মীওইশিংগীদমক্তদি হান্নগী হান্নগীগুন্না আসামগী গর্ভনর অমসুং মহাক্কী এদভাইজরগী থৌজালগী মখাদা থমলি। নাকোইননা, ভারত সবকাবগী ষ্টেটস মিনিষ্ট্রীগা লমদম অসিগী মনিপুবগুম্বা লৈবাকশিংগা মরী লৈনৈ।

### য়ুমদা মোংবা চংবা

ইন্তরিম কাউনশিল শেমলুবদগী খোই মহুমদা চৈনা থিনবগুম লৈবাক ইরাং হৌবা হৌরে। দরবার মেম্বরগশু ওইজরম্বা, মন্ত্রী অমদি শোয়রোই হায়না মাশা চাওনা লৈজরম্বা মনিপুর কংগ্রেসকী নেতা কয়া মন্ত্রী ওইহৌদবদগী নিংদোন পোন্নরে। কংগ্রেস মশেল অমগা অমগা ফমগী মিকানবদা ওনশিন ওনশিন খৎনরে,

য়ারক্লদনা কংগ্রেস মচেৎ অনি থোকনা চিংখাইবে। শ্রীতোম্পোকনা প্রসিডেন্ট ওইবা কংগ্রেস অমা, শ্রীতোমালনা প্রসিডেন্ট ওইবা কংগ্রেস অমা – মনিপুরদা কংগ্রেস পার্টি অনি শুবে। মখোয় মশেল কবিগী কায়নবিবনো, খৎনবিবনো হায়বদি প্রজাদা খণ্ডহনবা য়াদবনিনা, মসি কুপশন্নবা প্রজাগী মিত্তা উৎ চাইবা হৌনরকলে। লাইবিক লাইশু হৈবা ঙাক্তনি, প্রজাগী ফনবা তৌবরুনি খল্লুবদগী 'কনষ্টিট্যুসন মেকিং কমিতি' কংগ্রেসকি নেতা ঙাক্তনবু শাবনি হায়বা য়াই। কংগ্রেসকি মচিন তোংবা মীওইশিং – শ্রীসৌগাইজম সমবেন্দ্র, শ্রীদ্বিজমনি শর্ম্মা, শ্রীলাইশ্রম যোগেশ্বর, শ্রীসিনাম কৃষ্ণমোহন, শ্রীসিনাম বিজয়, মিষ্টির দাইহো – মখোয় ময়াম অসিদা মহারাজনা মনিপুরগী চৎনগদবা কনষ্টিট্যুসন শেন্নবা, লোইননা প্রজাগী শাসন পুরব্নবা শিন্নবনি। অসিগীশু মথক্তা, ইন্টরিম কাউনশিলগী মন্ত্রী তবেৎকী মনুংদা মরি অমদি কংগ্রেসতগী খনবনি। অদুবু হৌজিক্তি পুন্নমক অসি অমত্তা শেংনা উবা ঙম্নবজে, মশেন মবাং ঙাক্তা উনবকলে। হেন্না হেন্না, ঙাইহাক্কী লনাহংগী খুদোংচাবা বাখলনা নমহৎখিদুনা তুংগী জাতিগী রাখল মমৈথংদদি পূমকাও কাউনবকলে।

ইং ১৯৪৭ কি নভেম্বর থাদদি তোমপোক কংগ্রেসনা খুৎমাবগা, প্রজাগী শাসন মহারাজনা পিদে, ভারত সরকারনা পৈশা পিরক্লিবা লানগী ক্ষেতিপূরন মহারাজনা পিদে, অমাং-অশেং মহারাজনা চৎনহল্লি, গোবিন্দগী মন্দিরদা কংগ্রেস ফিবাল মহারাজনা পূশনহন্দে, কংগ্রেস তুপী উপ্তুনা মন্দির মনুংদা মহারাজনা চংহন্দে প্রজাগী শিংলিদা তিং পানগদবা পুন্নমক্কী চেমপিয়ন, প্রজাগী য়াইফনবগী মতম খুদিংমক্তা নিংজবা শাদুনা কংগ্রেসনা অকনবা অন্দোলন তৌই, লৈবাক কাং খোং চাইহল্লি। কনানশু মহারাজ বোধচন্দ্রগী দশা মিকুপ অমা ফাওবা নিংশিংবিরুদ্রে। ইং ১৯৪১ দা নিংথৌ হেক ওইবগা ইকুই কুইদনা পৃথিবীগী অনিশুবা লানজাওগা হাকথেংনবকলবা, লানগী কাং খোং চাইবা, সিফাই ময়াম, রিফ্যুজী ময়াম থোমজিল্লকপা খাংমিন্নবকলবা, হৌজিকসু হোংলকলিবা ইচেল খণ্ডজদুনা প্রজাদা শাসন শিন্নবা, কনষ্টিট্যুসন শেন্নবা হোৎনজরিবা, লাইরিক

লাইশুসু নিংথিজনা হৈজদবা মহারাজ বোধচন্দ্রনি হায়বসি খণ্ডনদ্রে। মনিপুরগী নিংথৌ খুভম মুথৎলবতদা পুন্নমক অসি পুংফ ফরগনি হায়না কংগ্রেস নেতাশিংনা মনিপুর প্রজাদা থাজহললে। হেন্নসু চাওখৎলবা ভারতকী অতৈ মফমদা ফাওবা কাবক শাবকপা প্রজাগী শাসন পুরকনবা হোৎনবদা ইং ১৯৪৭ ফাওবা, হায়বদি চহি ৯০ চংই হায়বসি মনিপুরগী কংগ্রেস নেতাশিংনা লাইরিক তম্বদা ইতিহাস য়াওরক্তবগুম প্রজা মীয়ামদা নিংশিংহন্নবা হোৎনদে। বিলাত্তা চৎনবা নিয়ম, লাইরিক্তা য়াওবা চৎন-পথাপ খুদক্তা মনিপুরদা চৎহনগদবনি হায়না তকশিল্লি।

## আলিবাবা অমসুং মহাক্কী খুৎপু

মনিপুবগী মপান্দদি, ইন্দিয়া অমসুং পাকিস্টান খাযদোকনবগী হাৎন-শুনবা, রিফ্যুজী মযাম চেনথোক-চেনশিন তৌনবা, নিংথৌ পানবা অতৈ ষ্টেট মযাম ইন্দিয়া অমসুং পাকিস্টান্না যুবী লাকপিদৌনা মুন্নবা মতমনি। অদুবু চিন্নবা মতম অসিদগী কাইথোক্লনা ষ্টেটস মিনিষ্ট্রিগী মন্ত্রীশু ওইরিবা ভারতকী দিপুতী প্রাইম মিনিষ্টব সবদার পটেল খৃঃ ১৯৪৮ গী জানুয়াবী তাং ১ দা শিলোংদা নুমিৎ হুমনিগী খোংচৎ ওইনা লাকই। মতমদুগী ভারতকী বাজনীতি নেতাশিংগী মনুংদা অৱাং নোংপোক ভারতকী হিমালয় চিংশাং নাপোমদা লৈরিবা 'মোঙ্গোলোইদ' জাতিশিংগা ভারতকী অতৈ জাতিশিংগা খেন্নবা, টিবেট অমসুং চাইনাগা হেন্না শকতা-চুদা, হৌন-লোনচৎ মান্নবা মবমনা তুংদা ভাবতকী মীওইশিংনা মখোয়বু পুমথা থাজবা য়াদে হায়বসি সবদাব পটেল মতোমতমক খণ্ডই হাযবা য়াই । মরম অদুনা মহাক্তনা লমদম অসিগী মীওইশিংবু তুংকোইনা ভারতকী কায়দনবা লৌশিনহৌবা, খোপচিনহৌবগী অরোনবা মন্ত্র অসি খণ্ডই। মন্ত্র অসি মহাক্কী খুৎপু মনুং ওইগদৌরিবা আসামগী গর্ভনর সাব আকবর হায়দবিদা তাকনবা শিলোংদা লাক্লম্মনি। মনিপুরবু ভাবত্তা তিলহন্নবগী অহানবা পো-শু তাঞ্জা অসিদা কাঙবা হৌরে।

ইকুই কুইদনা, এপ্রিল তাং ১ 'এপ্রিল ফুল' নুমিত্তা মনিপুর লৌশিনবা লিলাগী

অতোপ্পা মরু ওইবা এক্তর অমসু শিলোংদা থুংলরে। মহাক্তি ইকুই কুইদনা আইঃ সিঃ এসঃ ফংবতা ঙাইহরিবা, মথিক নেম্ব, ঈশে-নোংমাইদা থরাই য়াওজবা পারসি মচা শ্রীনারি রুষ্টমজি অসিনি। আসামগী গর্ভনরগী এদভাইজর ওইনা নেফা, মনিপুর, ত্রিপুরা, খাসি, নাগা, লুসাই লৈবাকশিং অসিগী হাকথেংনবা দায়িদি মহাক্কীনি।

সার আকবর হায়দরিনা মনিপুরগী রাজনীতিগী ইরাংদা মিৎ নাকোং শিংনা লৈনবা আসামগী কংগ্রেস নেতা শ্রীদেবেশ্বর শর্ম্মবু ইম্ফালদা দোমিনিয়ন এজেন্ট ওইনা থমই। অদুবু শ্রীদেবেশ্বর শর্ম্মদি তুমিন্না লৈবা হৈনবা মীতা নত্তে। গর্ভনরদা মনিপুরগী ঈ-পাও নিংথিজনা থাবদি লায়রদনা, মশামক মনিপুরগী চয়েৎনরবা রাজনীতিদা য়াওশিল্লি। মনিপুরগী কংগ্রেস নেতাশিংগা পুল্লগা কক্কা-কক্কা তৌই, আসামী লোন মনিপুরদা শন্দোকনবা হোৎনৈ; য়ারবদি মনিপুর ফাওবা আসামদা তিনশিন্নবা ককশাবী শান্নে। মাগী মতৌ অসিদা শাথিনা পেন্দদুনা আকবর হায়দরিনা সরদার পটেলগা তান্নরগা দোমিনিয়ন এজেন্টকি ফম অসি মুথৎনবা ঙাংনরে। শ্রীদেবেশ্বর শর্ম্মসু মনিপুরদা লৈখীদবগা মপা চান্নদুনা আসামদা হল্লকলে। রুষ্টমজিগা লোইননা, ইং ১৯৪৮ গী জুন তাং ২৩ দগীনা জুলাই তাং ৩ ফাওবা নুমিৎ তরানিগী খোংচৎ ওইনা সার আকবর হায়দরি মনিপুর অমসুং নাগা হিলস লমদা লাকই। মনিপুরদা লাকপগী মরু ওইবা মরমদি হৌজিক দোমিনিয়ন এজেন্ট মুথৎকদোরবনিনা, করম্না মওংদা অমসুং কনাদা শিন্নবগা ভারত সরকার অমসুং মনিপুরগী সন্ধিগী মরীশিং অসি নির্ংথজনা থম্না য়াগদগে হায়না য়েংঙবনি। পংলাপ লাপ্পা থিরুদনা থবক অসি চিফ মিনিষ্টরশু ওইরিবা মহারাজকুমার প্রিয়বর্ত্তদা শিন্নবনা ফরগনি হায়না খল্লম্মী। অদুনা শ্রীপ্রিয়বর্ত্তবু, মতুংদা চিফ মিনিষ্টর ওইরবসু ওইদ্রবশু, নৌনা শেমগদৌরিবা দেৱানগী ফম অসিদা হাপনবা সার আকবরনা মহারাজ বোধচন্দ্রদা কন্না তকশিল্লম্মী। দোমিনিয়ন এজেন্ট লৈত্রবনিনা, হৌজিক্তি দেৱান অসিনা ভারত অমসুং মনিপুরগী মরী অসি য়েংশিল্লগনি। শিলোংদা প্রিয়বর্ত্তনা তোইনা চৎপনে, মহাক্কীদমক্তা গর্ভনরনগা কন্না তকশিনমল্লকপনে

মহাবাজ বোধচন্দ্রদা চিংনবা খরা পোকলমগনি খল্লি। "প্রিয়বর্ত্তবু নিংথৌ ওইহনগদৌরে" "প্রিয়বর্ত্তনা আকবব হায়দবিগী মচা নুপী লৌহনগদৌরে" হায়বা তোকঙা কয়াগু মতমসিদা কন্না শন্দোবকপা মতমনি। অদুনা, মহাবাজ বোধচন্দ্রনা মনাওনুপা প্রিয়বর্ত্তবু দেরান ওইহনশি হায়ববদা অহানবদা কন্না য়াখিদে। মমৈথংদা নভেম্বব তাং ২৯ দা, কন্না তকশিনমল্লকপা অদুদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা শ্রীপ্রিয়বর্ত্তনা চিফ মিনিষ্টরগী মথক্তা দেৱানগু ওইহনবা হাযবা অসি য়ারম্মী।

মহাবাজ বোধচন্দ্রবু মসিগী থাগৎপা ওইনা, মহাক মশাগীগু ছুটি মনুংদা ঙানু কাপ্পা ওইনা, সাব আকবব খৃষ্টমাস মনুংদা ব'মজিগা লোইননা ইম্ফালদা অমুক লাকলম্মী। মবাইবক থিবদগী ব্রাইখোংদা হাট এটেক তৌদুনা মহাক শিখি। মগাক্কী মতুংদা আসামগী গর্ভনব ওইনা শ্রপ্রকাসনা শিলোংদা লাকলে। বাজনীতিগী অন্দোলন কযাদা চাউবকপা কংগ্রেস নেতা অসিনা গর্ভনব ওইনা লাকপদগীদি সবদাব পটেলগী মীথিৎ চপ চান' হৈজিক গুবে।

## প্রজানা যাদবা কংগ্রেস পার্টি

মনিপুবদগু তাঞ্জা প্রসিদা মশাগী কনষ্টিট্যুশন শেম্বা লোইবদুনা চৎনবে। মদুগী মতুং ইন্না ইং ১৯৪৮ গী আগষ্ট থাদদি মনিপুবগী চীং অমসুং তমগ' মীখল তৌদুনা ফল হায়দোকপা লোইবে। ওক্তোবব তাং ১৮ দা নুমিৎ থা অফবা যেংলগা মহাবাজ বোধচন্দ্রনা মনিপুব প্রজানা খঙ্গবা মীহুৎনা শেম্বা, মতম কুইনা ঙাইববা মতুংদা ব্রানা ফংলবা আইন সভা (লেজিসলেটিভ এসেমব্লী) হাংদোকপিবে। অহানবা নুমিৎ অসিদা বাজনীতি দলশিংনা মশা মতোম মতোমতনা মেজোবিতি তাবা য়াওদবদগী মন্ত্রী খনবা ঙম্নদে, এসেমব্লী যৈথোক্রে। হান্নগী কাউনশিলবু মতম খরগা অমুক থবক পুহল্লে। মনিপুব প্রজা মীয়াম্না কংগ্রেসকী দল অনিমকপু পামদ্রে, মখোয়গী ফমতমক পান্বা নীতিবু তুকচ্চনবে হায়বসি হৌজিক্তি ময়েক শেংনা খঙলে। কংগ্রেস পার্টি অনিমক তরক তাহৌরে। নভেম্বর তাং ২৬ তা নুংথিল পুং ২ তাবদা, মনিপুব প্রজা শান্তি সভানা লুচিংবা মন্ত্রী মন্দল অমা

ৱাশক লৌরে। মনিপুর কৃষক সভা, চীংগী এম, এল, এ, অয়াম্বা অমসুং ইন্দিপেন্দেন্ট এম, এল, এ, শিংনা শৌগৎপা মন্ত্রী মন্দল অসিদা মহারাজকুমার প্রিয়বর্ত্তনা অমুকশু চিফ মিনিষ্টর ওইরে। অতৈ মন্ত্রীশিংনা শ্রীঅরাম্বম ইবোতোমচা সিংহ, ডাক্তর লৈরেন সিংহ, মেজর খাথিং, শ্রীঅয়েকপম গৌরবিধু সিংহ, মিষ্টর তেবা কিলোং অমসুং মহম্মদ অলিমউদ্দিন – মখোয় তরুক অসিনি। মসিগী মমাংদা মিষ্টব টিঃ সিঃ টিয়ানখম অমসুং শ্রীতখেল্লম্বম বোকুল অনিবু হান্না এসেমব্লীগী স্পিকর অমসুং দিপুতী স্পিকর ওইনা মথংশিংনা খনখ্রবনি। মন্ত্রিফম ফংহৈদ্রবা কংগ্রেস পার্টি অসিগী নেতাশিং নত্তনা, মনিপুরগী চীং তমগী প্রজা পুন্নমক্তি হৌজিক মনিপুরদা প্রজাগী শাসনগী অহানবা খোংথাং চংশিল্লে হায়না হরাওনবা মতমনি।

## প্রজাগী লুচিংবা হিজম ইরাবত

মতম অসিগী হরাও-তযামদা য়াওবা ফংজদ্রবা মীশক অমদি শ্রীহিজম ইরাবতনি। অতৈনা মন্ত্রী ফমগীদমক্তা মিকানৈ; মহাক্না লৈবাক ৱায়েলগী সদর পঞ্চায়েৎকী ফম থাদোকই, নিংথৌগী মচানুপী লৌবগী খুদোংচাবা পুন্নমক হন্না য়েংউদে। লায়রবা লৌমী শিনমীশিংগা তোৎন-তিন্নদুনা মখোযগী ফনবা মশাগী পুন্সি কৎথোকই। মনিপুর প্রজাগী অশেংবা লুচিংবদি মহাক মতোমতনি। মরম অদুনা দববারগী মেম্বরশিং, ইন্টরিম কাউনশিল মেম্বরশিং, কংগ্রেস পার্টিগী নেতাশিং, ভারত সরকার – মখোয় লোইনমকনা ইরাবতপু থনুংদা কিবা পোকই অমসুং মহাকপু উপাই অমা তৌদুনা মনিপুরদা থমদনবা কন্না হোৎনৈ। মনিপুরগী নুপী লান্দা য়াওই হায়বগীদমক চহি ৬ মখল মখা অয়াম্বা দণ্ড পিদুনা ইরাবত মনিপুরদা চংহন্দে। ইং ১৯৪৬ তদা মনিপুরদা চংবা য়াহল্লি। ব্রিটিশনা ভারত থাদোকখিবগা লোয়ননা মহাকনা অমনা অমবু তুহৎতবা সমাজ অমদা মনিপুর মনিং মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইহনবা পামলম্মী। ভাবতকা মরী লৈনবা তারবসু, সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্দা তিন্না তিন্না ইউক্রেন অমসুং বেলোরুসিয়ানা ইউ, এন, ও,

গী মেম্বর ওইবগুম্না মনিপুরগু থম্বা পামলম্মী। ইং ১৯৪৮ গী মনিপুর এসেমব্লী ইলেক্সন্দসু উৎলৌ কনষ্টিট্যুয়েন্সিদগী শ্রীইরাবত এম, এল, এ, ওইনা কাবকলম্মী। অদুবু সেপ্তেম্বর তাং ২১ দা প্রজা মীয়ামগা পোলিশকা খুৎথোকনবদা ইম্ফাল পোলিশ ষ্টেসনগী ও, সি, শ্রীনবান পুংদোংবমদা শিখি হায়বগী খুদোংচাবা লৌবদুনা ইরাবতপু ফানবা অমুক হোৎনবে। মহাকসু তাইনবিবগনি খঙবদগী, নুমিৎসিদগী হৌনা মনিপুর প্রজাগী লুচিংবা ইরাবত অন্দরগ্রাউন্দ চংখ্রে; পুন্সিগী ওইনা অমুক থোবকখিদ্রে। অতৈনা, মন্ত্রী ওইহৌবা য়াও, উচি কল্লক্তুনা ময়ুম মৈ থাবা যাও, অদুম লৈহৌবে।

## লাঞ্জাবা লাকপশিং

হৌজিক ইরাবতনসু অপনবা পিবরোইদবনিনা আসামগী অনৌবা গর্ভনর শ্রীপ্রকাশ ইং ১৯৪৯ গী মার্চ্চ তাং ২১ দগী ২৪ ফাওবা ইম্ফালদা লাক্তুনা মহারাজগা ৱারী শারম্মী। বর্ম্মাদা তৌনবিবা কম্যুনিষ্টকী ইবাং উবদগী মনিপুরগী অশোক অপন লৈগদ্রা যেংশিন্নবা লাকপনি হায়। অদুবু মহাক্কী এদভাইজর শ্রীরুস্টমজীতা নত্তনা ভারত সরকারগী ষ্টেটস মিনিষ্ট্রীগী জোইন্ট সেক্রেটরী শ্রী এ, বি, চেটরজীশু খোংচৎ অদুদা যাওরকলম্মী। মরু ওইনা মপানগী খররশিংদা অমসুং বেদিওদা "মনিপুর ভারত্তা তিনশিনহনগদৌরে" হায়নবকপা অদু অবানবা পাউ ঙাক্তনি হায়না শ্রীপ্রকাশনা মহারাজদা শেংদোকই। মদুগুম্বা ৱাখল অমত্তা ভারত সরকারনা খনবা লৈতে; পণ্ডিত নেহরুনশু মনিপুরগী অপুনবা শক্তম মাংহল্লোই অমসুং অতৈ ষ্টেটশিংগশু পুনশিনবগী ৱাফম অমত্তা লৈতে হায়খিবদু শ্রীপ্রকাশনা মহারাজদা হল্লা নিংশিংহলম্মী। থংনবা বর্ম্মাদা লৈবাক ইবাং হৌবা মতম্না, মনিপুরগা ভারত সরকারগা লৈনবা মরী চেৎশিননবা অফবা দেৱান অমা হাপনবগী ৱাফম মহারাজদা তকশিল্লম্মী। সার আকবর হাযদরি লৈবিঙৈদা তকমনবদগী ইয়া য়ানিংফাত্তনা শ্রীপ্রিযবর্ত্তবু দেৱান ওইহনখিবনিনা, অদুগীশু মথক্তা প্রিয়বর্ত্তনশু থবক অদু হৌজিকমক পায়শিনদ্রিবনিনা, মহারাজ বোধচন্দ্রসু অনৌবা অফবা দেৱান

অমা হাপ্পগী ৱাফমদু য়ারে। ভারত সরকারনা য়েংদুনা সিভিল অমসুং মিলিটরি অনিমক্তা হৈ-শিংগদবা নুপা অমা সিমানা নকনা লৈবা মনিপুরগীদমক খনবিরকউ হায়না মহারাজনা শ্রীপ্রকাশতা হায়রে। মহারাজনা কোমনা য়াথোরকপা অদুদা শ্রীপ্রকাশনা চান্নরা হরাওরে। ৱাসি মতাং চাবনিনা, মহারাজ অমসুং মহাক্কী 'লিগেল রিমেমব্রেন্সর' শ্রী কে, সি, চক্রবর্ত্তিনা মনিপুরদা কবো তম্পাক হনজিনবগী ৱাফম হৌদোকই। কবো তম্পাক লৌশিন্নবদি, মনিপুর অমসুং ভারতকীশু খ্বাইদগী ফবা ভাক শেনবগী সিমানা ওইগনি হায়রুই। অদুবু শ্রীপ্রকাশ অমসুং চেটরজীনা হৈ-শিংনা নাকোইননা ৱাফম অদু পুথোকলগা তোকখ্রে।

শ্রীপ্রকাশনা শিলোংদা হনখিবগ, ইকুই কুইদনা ভারত লাম্মীগী ইষ্টন কমান্দগী জি, ও,সি, লেফটনেন্ট জেনেরেল ঠাকুর নাথু সিংহ এপ্রিল তাং ১৪ অমসুং ১৫ গীদমক ইম্ফালদা লাকই। মহাক্কা লোইননা, শিলোং সব-এরিয়া কমান্দর ব্রিগেডিয়ার ইঃ হাবিবুল্লাহ অমসুং আসাম রাইফলসকী আই, জি, পি, মিষ্টর রিদন্দ লাকলম্মী। মখোয় পলেল, তুমু চংলুই। শ্রীপ্রকাশকুম মখোয়শু বর্ম্মাগী ইরাং য়েংবা লাকপনি খুম্মী। মতম অসিদা আসাম রেজিমেন্টকী করনেল রাম সিংহগী অহানবা বাতালিয়নদি খুৎশু-খুৎলাই কোন্ননা মীনুথোং মনাক্কী কবো লৈকাই হায়না খঙনরম্বা লম্পাক অসিদা থুংদুনা লৈররে। মখোয়শু পাউখুম চপ মান্নে – বর্ম্মাগী ইরাংগীদমক লাকপনি।

ভারত সরকারনা দেৱান অমা হান্নগী হায়নখিবদুদি পন্দে। শ্রীপ্রকাশনা টেলিগ্রাম তৌদুনা মেজর জেনেরেল ররাল অমর সিংহ কৌবা অমবু দেৱানগীদমক খল্লে হায়না এপ্রিল তাং ১০ দা মহারাজদা খঙহল্লকই। হান্না হায়নখিবা মতুং ইন্নদি, দেৱানগী মথৌ হায়ববু ভারত সরকারগা মনিপুরগা লৈনগদবা মরী য়েংশিনবনি। খরা লীবা আই, সি, এস, ওফিসার অমা ভারত সরকারনা খল্লগা মহারাজনা মহাকপু দেৱান ওইনা হাপ্পা অমসুং লৌথোকপা, মহাক্কী তলব মনিপুর ষ্টেটনা পিবা, লৈবাক্কী ৱায়েল থৌদাদা খুং থিংজিনহন্দবা অমসুং মতম খরগী চাংয়েং ওইনা থম্বা – অসিনি। এপ্রিল তাং ১৪ দা শ্রীপ্রকাশনা মহারাজদা শাংলবা চিঠি অমা ইরকই। মদুদদি, দেৱান অসিদা মনিপুরগী লৈবাক ৱায়েল শাসন লোইনমক শিন্নখ্রো

হায়রম্মী। প্রজানা খল্লবা মনিপুরগী মন্ত্রীশিংদগী দেৱাননা অপাম্বা মতুং ইন্না চে-চাং কৌরগা ওর্দর পিবা ঙমগনি, মন্ত্রী মশেল থবক শিন্দোক শিঞ্জিল তৌবফাওবা দেৱাননা য়াদ্রবদি চৎনৱোই, মরু ওইখ্রবা 'লো এন্দ ওরদর", চীংগী লৈবাক ঙাকপগী থবক, মনিপুরগী সিফাইশিংগী কন্ট্রোল অমসুং মনিপুরগা ভারতকগী মরী হায়রিবা হিরম মরি অসিদদি দেৱান মতোমতদা শক্তি শিননগদবনি হায়রে। মেজর খাথিংনা মহাক্কী মতেং পাংহনগদবনি হায়নসু শ্রীপ্রকাশনা খঙহল্লকলে। মসি য়ৌরফাওবদা, মনিপুরবু ভারত্তা তিনশিনহনবগী ৱাফম লৈতে, মনিপুর মচেৎ মচেৎ তাহনবগী ৱাফম অমসুং মহারাজগী মতিক মগুন হস্তহনবগী ৱাফমসু লৈতে হায়না শ্রীপ্রকাশনা নিংশিংলকই। মহারাজনা হায়খিবা মতুং ইন্না মহারাজগী মতেং পাংনবা য়াম্না ৱানা থিরবা মতুংদা শ্রীরৱাল অমর সিংহবু দেৱানগীদমক মনিপুরগীশু ভাবতকীসু য়াইফনবা খনবনি হায়না য়াম্না ফজনা মহাবাজদা দায়ি থংজিল্লি।

মহারাজ বোধচন্দ্র চিঠি অসি ফংবদা খংপ্রেক খংগনি হায়বসি শ্রীপ্রকাশ ফজনা খঙই। মরম অদুনা মহাক্কী এদভাইজর শ্রীরুস্তমজী ইম্ফালদা থারকই। মহারাজদা শুরু-শুরু নৈদুনা পুন্নমক অসি বর্ম্মাগী লৈরিবা ফিভম অসিদা তৌদবা যাদবা, মনিপুরগী ফনবা ঙাক্তনি হায়না থাজহন্নবা হোৎনৈ। হৈজবী ময়াং তাৎ শিজিন্নদুনা মেজর জেনেরেল রৱাল অমর সিংহবু দেৱান ওইনা এপ্রিল তাং ১৬ তা হাপহল্লি। এপোইন্টমেন্ট ওর্দর অদু মশানা পায়রবা মতমদা মহাক শিলোংদা হনখি। এপ্রিল তাং ১৮ দা রৱাল অমর সিংহ মনিপুরগী দেৱান ওইনা চার্জ লৌরে। থা অমদা তলব ১৮০০/- পিরগা, লেম্না য়ুম ফজবা, কার ফজবা পিরগা মনিপুরীশিংবু ওৎপিরনবা ব্যুরোক্রেট ওফিসার হাপ্পা নুমিৎসিদগী মনিপুরদা হৌরে। মনাওনিপা প্রিয়বর্ত্তগী মহুত্তা লমগী যন্না মচি শাংই খল্লুবদগী মহারাজ বোধচন্দ্রনা ময়াং ওফিসারদা মনিপুর শিন্নবা হৌদ্রে।

## উচি কল্লক্তুনা য়ুম মৈ থাবা

নাকল অমরোদনা, এসেম্বী মীখলদা মনিপুর প্রজানা থাজদ্রবা, মন্ত্রীফমসু মখোয় মশেল খৎনবদগী ফংহৈদ্রবা কংগ্রেস পার্টি অনিমক মখোয মশানা

শেমজরম্বা মনিপুর কনষ্টিট্যুশনগী মাইয়োক্তা থবক চৎথবা হৌরকলে। অহানবা প্রজাশিংদা মিত্রং তৌনবা খোংথাং ওইনা, তোমপোক কংগ্রেসনা মনিপুর, ত্রিপুরা, কছার অমসুং লুসাই পুল্লগা 'পুর্বাচল' কৌবা অনৌবা প্রদেশ অমা শেম্নবা কন্না হোৎনবকই। কছার, ত্রিপুরা অমসুং লুসাইদা লৈবিবা মৈতৈশিং অসি পুল্লপনা শাসন অমগী মখাদা লৈত্রবদি মখোয়গী মনাৎ অমসুং লোন মাঙখ্রগনি হায়না মীয়ামদা শন্দোকই। তশেংবমক্তি, দিল্লিগী মবুঙোশিংগী থৌজাল খরা ফংনবা তৌরুবা ওইবমগনি নিংই। ইং ১৯৪৮ আগষ্ট তাং ২২ গী নুংথিল পুং মবি মখাই তাবদা মপাল কাংজৈবুংদা তোমপোক কংগ্রেসনা শীন্দুনা 'পুর্বাচল' অসি মনিপুব প্রজানা য়োৎপা যানবা মিটিং অমা তৌই। ভাবত কংগ্রেসকী ৱার্কিং কমিটি মেম্বব, বেঙ্গলগী প্রাইম মিনিষ্টবসু ওইবম্বা দাক্তব প্রফুল্লা চন্দ্র ঘোষপু মিটিং অসিগীদমক থওইনা কৌথোকলুবগা ৱা ঙাংহল্লি। খুৎলৈ থুনা, ভাবত কংগ্রেসকী ৱার্কিং কমিটিনসু সেপ্তেম্বব তাং ৮ দা মিটিং তৌদুনা কাছাব, মনিপুব অমসুং ত্রিপুবাগী অপুনবা প্রদেস কংগ্রেস কমিটি অমা শেম্নবা ৱাবেপ তাশল্লকই। অদুবু 'পুর্বাচল'গী মতাংদদি মনিপুবগী কংগ্রেস মশেলসু মত মান্নদে, তোমাল কংগ্রেস মসিদা যানিংবা পোবতে। মজাতিবু নুংশিবা প্রজাশিং অমসুং ৱাখল চোইদবা ইবাবতনচিংবা ময়াম্না বন্না য়াদবদগী মনিপুব যাম্না ৱানা 'পুর্বাচল'গী খাযাত্তগী কলহৌই। অব্রাবদি, মনিপুববু বাজনীতিগী ললোনপোৎ ওইনা শিজিন্ননবা হোৎনর্বাসিদি মসিনা অরোইবা নত্রি।

হৌজিক্তি কংগ্রেস অনিমক কহামাং খুজাই কাই হাযবদু ভাববনিনা প্রজাগী "যাইফনবা" অন্দোলন তৌবা য়াবা কবি কবি লৈবি হায়না থিবা হৌবকলে। নাকল অমবোমদনা, মখোয মশেল পুন্সিন্নবা কন্না হোৎনৈ। হৌজিকমক্তি মমাংঙৈগুম্না কনষ্টিট্যুশন শেম্বীদে, প্রজাগী শাসন পিবিদে হাযবদি য়াদ্রবনিনা ফনা ৱানা থোকই। বৱাল অমব সিংহ দেৱান ওইনা হাপপসি মনিপুবগী কনষ্টিট্যুশন্দা য়াওদে হায়বসিগীদমক খুদোংচাবা লৌদুনা "মহারাজনা কনষ্টিট্যুশন থুগাইবে" হায়দুনা ইবাং হৌহল্লি। কংগ্রেস গোর্ভনব শ্রীপ্রকাশনা ইম্ফালদা লাকপদা নুমিৎ নিনি য়াদদুনা

খাগুজবা মহারাজদা নমদুনা হাপহনখিবা দেৱাননি অমসুং মনিপুরদা ভারত সরকারগী লাঞ্জাবা মকোকনি হায়বসি মনিপুর কংগ্রেসনা খগুদবদগী তৌবা ওইরমগনি। দিল্লিদগী পাউ হুৎলকলব্রা খংদ্রে, রাফমসিদা মনিপুর কংগ্রেসসু কোন্নদি তুমিন্না লৈখ্রে। অসিদা নত্তনা, দিল্লিগী য়াথংদগী এপ্রিল তাং ২৯ দা গান্ধী মাইদান্দা তৌবা কংগ্রেস সেসন্দা মনিপুরগী কংগ্রেসনা ইফোং ফোংনা মনিপুর অসি ভারত সরকারনা লৌশিনবিরো হায়না রারেপ তাবে। মী অহুমনা শাবা কংগ্রেস প্রেসিডেন্ট য়াওবা খুৎপু অমনা দিল্লিদা চৎতুনা মসিগীদমক ভারত কংগ্রেসকী প্রেসিডেন্ট অমসুং ষ্টেটস মিনিষ্ট্রীগা অকুপ্পা রা তানকই, চিরোন তৌকই। ইখং খগুহৌদনা, মনিপুরগী চীংগী প্রজাশিংগী অরা অনা মনিপুর কংগ্রেসনা উরকলে। ইং ১৯৪৯ গী জুন তাং ৩০ দা ফমখিবা রার্কিং কমিতি মিটিংদা মনিপুরগী চীংগী প্রজাশিংদা 'সিভিল লিবরটিজ' – মীওইবগী ফংফম থোকপা অধিকার – অমত্তা মহারাজনা পিবিদ্রে হায়বসি খগুনিং নিংশিংলকই। লাইবক ফবদগী, চীংগী এম, এল, এ, শিংনা মনিপুর কংগ্রেসকী নমথাক লৌনম অদু শেংনা উই। মিষ্টর এস, এল, লুনেনা প্রেসিডেন্ট ওইদুনা জুলাই তাং ২৭ তা ইম্ফালদা ফমখিবা চীংগী এম, এল, এ, শিংগী স্পেসিয়েল মিটিং অমদা মনিপুর কংগ্রেসনা চীংগী প্রজাশিংগী চৎনবী অমসুং অরাবা শুকখং খংদনা নেতা শাবদুদা নিন্দা তৌই অমসুং পংঙাং ঙাংশিনবদগী কংগ্রেস নেতাশিংনা মনিপুরগী চীংমী তম্মী অনিগী মরত্তা নুংঙাইনদনবা অমসুং অমগা অমগা চিংনবা পোকহল্লে হায়নসু নুংঙাইতবা ফোংদোক্লম্মী। হৌজিক্তি জ্ঞান তাবা মনিপুরী খুদিংমকনা মনিপুর কংগ্রেসনা তৌবকপা খুদিংমক চিংনবা পোকলে, কংগ্রেসনা ভারত সরকারগা শরৌ অমা তৌনবগা মনিপুরী জাতিগী তুং কোইনা মাঙগদবা খোংথাং অমা চৎথবে হায়বসিদা নুংঙাইত্রে। শেন-থুম মরাং কাইনা শিজিন্নদুনা মনিপুরগী মফম মফম খুদিংদা চত্তুনা লৈবাক ইবাং হৌনবা কংগ্রেসনা হোৎনবে। মিটিং রযাদা, মহারাজনা উমং লাইগী থরক্তা খুৎ থিংজিল্লি, ব্রহ্ম সভারু অমাং অশেং চৎনহল্লি, ভারত সরকারনা পৈশা পিগদবা লানগী ক্ষেতিপূরন মহারাজনা পিবিদ্রে – অসিনচিংবা কযা লাওই। মরম অদুনা পুন্নমক অসি কোকনবা, প্রজাগী যাইফনবা মনিপুর মহারাজগী নিংথৌ খুভম মুথৎকদবনি অমসুং মনিপুর ভারত্তা তিনশিনগদবনি – হায়বসি

তত্তনা প্রজাগী নাকোংদা লাউশনবা কংগ্রেসকী খোল্লাওশিংনি।

মতৌ অসুন্না, মনিপুরগী মনুংগী ওইবা লনাই শেংদোকচগদবা সমাজগী অমোংপগী ব্রাফমগা চারোল শুরোল কয়া ফাওবা তুং কোইনা লৈহৌগদবা দোমিনিয়ন ভারত অমসুং মনিপুর ষ্টেট অনিগী লৈনগদবা মরীগা – হায়বদি ইতোং তোংঙানবা ব্রাফম অনি অসি মনিপুর কংগ্রেসকী নেতাশিংনা প্রজাশিংদা ময়েক শেংনা উহল্লে, মখোয় মশামকসু করিনা করিনো হায়বা খঙজদ্রে। মনিপুরগী নুরবা তানফম অসিদা মনিপুরগী প্রজা, মনিপুরগী লাইবিক হৈবশিং, মনিপুরগী নিংথৌ – লোইনমক জাতিগী ইজ্জৎ ঙাকনা ব্রাখল খনবা, থবক তৌবা ঙমদ্রে। পুন্নমক মশেন মরাংখ্রে। মীগী মমা ফজবীবু ইমা ওইনবা মনিং মমাং চেন্দুনা হোৎনবনা অরেম্বা, চাওথোকচবা ওইনরে। অমরোমদনা, সরকার পাযরিবা মনিপুর প্রজা শান্তি সভানা যাম্না ইংনা আগষ্ট তাং ২৫ দা মিটিং অমা তৌই। মদুদা শ্রীনোংথোম্বম ইবোমচা সিংহ অমসুং মিষ্টর এস, এল, লুনেবু দিল্লিদা চৎহললগা ভারত সরকারদা মনিপুরগী অশেংবা ফিভম অমসুং কংগ্রেসকী নমথাক অসি উৎলুনবগীদমক ব্রাবেপ লৌই। মিটিং অদুদা "পেনা শেম্মীঙেদা শামুরৌ য়ৌই" হায়বসি কনানগু নিংশিংহৌদবনা করিসু তৌহৌদনা তোকখ্রে।

## অলিমউদ্দিনগী ব্রাথোক

মাগী অশোয়বদা য়েংদুনা লৈনরবনি হায়বসি খঙনা খঙনা, তাঞ্জা অসিদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা মচা মনাই কল্লবা হোৎনবদা চাউশোয় শোয়জিল্লকই। থাইনগী নিংথৌগী হৈনবী থাদোকপা ঙমদবদগী মহম্মদ অলিমউদ্দিনগী ইলেকসনগী কেশতা মতাং চাদনা মহারাজ বোধচন্দ্রগী ইজ্জৎ পুন্নমক পোম্ব্রা ওইহল্লি। অলিমউদ্দিনদি মতমদুদা লান মনুংদা ঠিকা খবা তৌজহৌবদগী পৈশাদি পায়বা নহা অমনি। ময়াম্না ইনশিনবিবদগী, ইং ১৯৪৮ গী এসেম্ব্রী ইলেকসনদা লিলোংদগী কারকলম্মী। তৌইশুম্বসুং মতমদুগী ভাবত্তা চৎনবশুন্না কেন্দ্র অহুম – লিলোং, ময়াং ইম্ফাল, য়াইবিপোক – অসিদি ধর্ম্মগী মতুং ইন্না খায়দোকপা, মুসলিম মেম্বর অমগা জেনেরেল মেম্বর অমগা পুন্না এম, এল, এ, অনি খনগদবনি। অলিমউদ্দিন্না মুসলিম কেন্দিদেট ওইনা লেপই, অদুবু মুসলিম ভোৎ মশীংদা মহম্মদ অব্দুল কাদির খান কৌবা অমনা হেন্দুনা কাথোকখ্রে। অদুনা লৈহৌরিবা জেনেরেল সিট

অদুগীদমক্তদি অলিমউদ্দিন্না মুসলিম ভোৎ ১১৯২ ফংলবসু মাঙোন্দগী তানা জেনেরেল ভোৎ মশিং ফংবশিংগী অহেনবদগী খনফম থোকপনি। মসিগা মরি লৈননা জেনেরেল ভোৎ ১০৬২ তা ফংবা শ্রীপুত্রম্বম অতোয়াইমনা ইলেকসন ট্রিবুনেলদা কেশ থাংগৎলি। লিলোংদগী মুসলিম এম, এল, এ অনি শুনা কাফম থোক্তে হায়বসি চুম্মী খল্লদুনা ইলেকসন ট্রিবুনেলনা অলিমউদ্দিনগী ইলেকসন অদু চৎনবা য়ারোই (ভোইদ ওইরে) হায়না রায় তারম্মী। মসিদা মহারাজনা মনিপুর ষ্টেট কোর্টস এক্তকী সেকসন ৩৬ কী মতুং ইন্না, ইলেকসন ট্রিবুনেল অসিসু কোর্ট মখল অমনি হায়না লৌরগা, কোর্ট অমনা চৎনবী নিয়মগী ৱাংমদা রায় তাগ্রবদি মহারাজনা অমুক চুমথোকপা য়াই হায়বা শক্তি অসি অলিমউদ্দিনগী মতাংদা রাজনীতিগী খুৎলাই ওইনা শিজিন্নরগে খল্লম্মী। মরমদি অলিমউদ্দিনগী কেশ অসি রাজনীতিগী অচৌবা ৱাথোক অমা ওইরে। অলিমউদ্দিন অচম্বা এম, এল, এ, অমা নত্তে; মতমদুগী জেল, মেদিকেল অমসুং পব্লিক হেলথস পুবা মন্ত্রী অমনি। অদুনা ইলেকসনগী অসিগুম্বা কেশ অমদা খোঙ্গোইনরগা মন্ত্রী অমবু নমদুনা মন্ত্রীফম থাদোকহনবা হায়বসিদগী হেন্না মন্ত্রী ফংহৈদ্রবা কংগ্রেস এম, এল, এ, শিংনা করি অমুক পামগনি?

অসিগুম্বা খুদোংচাবা অসি মনিপুর কংগ্রেস, ভারত কংগ্রেস, ভারত সরকার, শ্রীপ্রকাশ, রৱাল অমব সিংহ – মখোয় লোইনমক লুমদুনা লৈনবনি। হান্নদগীশু মখোয় ময়ামদি তাঞ্জা তাঞ্জাগী মতুং ইন্না মহারাজ বোধচন্দ্রগী পুক্লিং ফাবা ঙমজদবা অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনতা লাকপনি। মার্চ্চ থাদা দেৱান অমা হাপহনলমদাইদদি শ্রীপ্রকাশনা ইম্ফালদা মহারাজদা হায়খি – ভারত সরকাবনা মনিপুরগী কাউনশিল এসেম্ব্লীনচিংবা অমত্তা মশক খঙদে, মহাবাজ মতোমতবু মশক খঙবনি (রিকোগনাইজ তৌবনি), অদুনা মহারাজনবু য়াই হায়রবদি দেৱান অসি মনিপুরগী কনষ্টিট্যুশনদা য়াওদ্রবসু হাপ্পা য়াই হায়বদগী রৱাল অমর সিংহবু হাপখিবনি। হৌজিক অলিমউদ্দিনগী কেশ লাকপা জুন, জুলাই থা-শিদদি অতোপ্পা অমমুক পুশল্লক্লে। মহারাজনা এসেম্ব্লীদা শক্তি শিন্নথোকখ্রবনি, কনষ্টিট্যুশন ইনবা মমিংতা ওইবা নিংথৌ ওইগদবনি – অদুনা, অলিমউদ্দিনগী কেশতা য়েংউবফাওবা য়ারোই হায়বিরে। ইশম শন্না, কাল্লবসু ফুনি, কান্দ্রসু ফুনি হায়বনি। দেৱান

হাপ্পমদাই কান্দদি কনষ্টিট্যুশন, আইন ইন্দ্রবসু য়াই, হৌজিক্তি অদু অদা খঙদে – য়ারোই। করিগুম্বা সেকসন ৩৬ অসিনা মহারাজদা শক্তি অসি পিরমলবসু, আসামগী এদভোকেট জেনেরেলনা য়াগনি হায়রকলবসু – সেকসন ৩৬ অসি মতমগা চুনদে, লৌথোক্কদবনি হায়না মহারাজদা কন্না তকশিল্লি। মসিগীদমক শ্রীপ্রকাশনা মহারাজদা জুলাই তাং ৪ দা শাংলবা চিঠি অমা থারকই; জুলাই তাং ২৭ তা টেলিগ্রাম তৌরকই; আগষ্ট তাং ৪ দসু টেলিগ্রাম তৌরকই। শোমদনা রবাল অমর সিংহনা জুলাই তাং ২৮ দা মহারাজনা থোক্কদবা ওর্দরগী নমুনা ফাওবা ইরগা পিশিল্লি। মহারাজ বোধচন্দ্রসু খাঙবা য়াবা মখৈদি খাঙই। সেকসন ৩৬ শুবা অসি লৌথোকপা তারগসু প্রজাগী শাসননিনা মতোমতনা ঙমদে হায়না খুমই। অদুবু আগষ্ট তাং ১১ দদি মহারাজগী লৈজবী খাঙবা ঙমদ্রে। নাকল অমদনা মখোয় লোইনমক, অমরোমদনা মতোমতগুম্বনি। অদুনা মহারাজনা চিফ মিনিষ্টরদা য়াথং পিরে – য়াম্না থুনা এসেম্ব্লীদা সেকসন ৩৬ শুবা অসি শেমদোক্লবা বিল পুখৎলু। নুমিৎ অসিমক্তদা পাউ অসি গর্ভনরদা অমসুং দেৱানদা খঙহনখ্রে। মসিগা লোয়ননা, মসিগী মরমদা হেন্না কুপনা খন্নবা গর্ভনরদা য়াববদি খুদোংচাবা য়েংদুনা ইন্টরভিয়ু অমত্তা পিবিয়ু হায়জরম্মী।

মহারাজগী য়াথং ফংবদগী মনিপুরগী কাউন্সিলনসু মহারাজদা ইলেকসন অমুক হন্না তৌনবা লিলোংগী এসেম্ব্লী সিত অসি হাণ্ডলবনি হায়না লাউথোকপিরো হায়জরম্মী। মহারাজসু হৌজিক্তি তৌফম থোকলবনি খন্দদগী শেম শারবনি। অদুবু শারিঙেদা য়ৈহৌ হায়বগী মতাঙম, দেৱান অমর সিংহনা ঙাইঙম-শিংঙমদনা আগষ্ট তাং ২৪ দা মহাবাজদা 'অলতিমেতম' অমা থাজিল্লে "মহারাজদগী নিংথৌকাবা নুমিৎ আগষ্ট তাং ২৯ গী নুমিৎ য়ুংবা ফাওবদা অশেংবা ফিরেপ অমা খঙহল্লক্লবদি, মহারাজনা কেশ অসিগী মতাংদ' কবিশু তৌনিংদে হায়না লৌবগনি"। অসিগুম্বা থৌগল্লোন ব্যবহার কায়বা লিচৎ মহাক্লা তলব পিরগা থম্বা ওফিসাব মচা অমদগী থেংনবসিদা মহারাজ বোধচন্দ্র খম থেংনা শাওরে। মরম অদুনা রবাল অমর সিংহদগী থোরকপা মনিপুবগী লৈবাক-রায়েলগী অকায়বা ময়াম অমসুং মনিপুর কংগ্রেসকি ইরাং ময়াম অসি গোর্ভনব শ্রীপ্রকাশকা উন্নরগা শেংদোকনরগে হায়না মহারাজ বোধচন্দ্র চপ য়ুংনা খল্লে। শিলোংদা চৎনবগীদমক শেম-শাবা হৌরে। ●

# শিলোংদা লাঙ্গোই চনখিবা

**গুয়োক চফুদা লোংউপ তান্নবা থৌরাং**

ইং ১৯৪৯ গী আগষ্ট থা লোইশিনলমদাই অসি মহারাজ বোধচন্দ্রগী খোইদৌ শাওগংপা মতম্মনি। যুম ফজবা, কাং ফজবা অমসুং তলব চাউনা মহাকনা পিজরগা থম্বা, মনিপুরগী দেৱান ওইরিবা মেজর জেনেরল ররাল অমর সিংহনা মহম্মদ অলিমউদ্দিনগী ইলেকসন কেশ মতাংদা থৌগল্লোন কায়না মহারাজদা অয়ৌবী বাঙাং – "অলটিমেতম" হাওবা পিশিল্লকপা অসিনা মরু ওইবা মরম অমনি। ররাল অমব সিংহনা, মপুনা কনানো মনাইনা কনানো হায়বসি খঙদ্রে। মাবু পারা খরা তমবিনবা অমসুং আসামগী গর্ভনর শ্রীপ্রকাশকা শিলোংদা উন্নরগা রাফম অসি শেংদোকনদবা যাদ্রে হায়না মহারাজনা খল্লম্মী। দেৱান অমা হাপ্পসি ভারতকি অতৈ নিংথৌ পানবা, নিংথৌনা শুপনম শাসন তৌবা ষ্টেটশিংদদি চৎনৈ। অদুবু মনিপুরগী লৈঙাকলোনদা (মনিপুর ষ্টেট কনষ্টিট্যুশন এক্তা) দেৱান হাপ্পগী মফম লৈতে; মহাবাজনা প্রজানা খনবা মীহুৎনা শেম্বা মন্ত্রী মন্দল অমদা লৈবাক্কী শক্তি শিন্নথোকখ্রবনি। অদুমকপু, শ্রীপ্রকাশ মশামকনা ইম্ফালদা লাকলগা কন্না তকশিনবদগী, ভারত সরকারগী মিহুৎ ওইনা অমসুং মনিপুরগী লৈঙাকপদা মতেং পাংনবা ওফিসার ওইনা দেৱানগী ফমশি শেমখিবনি। হৌজিক্তি অসিগুম্বা একজেক্যুটিভ ওফিশার মচা অসিদা ইং ১৯৪৮ গী মনিপুর এসেম্বী ইলেকসনদা তৌনবা কোর্টকা মরি লৈনবা কেশশিংবু শিন্নখ্রো হায়না গর্ভনরনসু, ভারত সরকারনসু মহারাজদা কন্না তকশিল্লি। দেৱান অসিনা আইনগু নমহৎকদৌরে, কোর্টকিগু মহুৎ শিনগদৌরে অমসুং মহারাজগী মথৌ ফাওবা মুনখিগদৌরে। দেৱান হাপত্রিঙেদদি খলহৈদ্রবগু, হৌজিক্তি মহারাজ বোধচন্দ্র ভাব তারে। শ্রীপ্রকাশকা

অমুক্কং শেংদোকনদ্রিবা মখেদি ভাব তারকপগা লোয়ন-লোয়ননা মহারাজগী শাওনিংবশু হেনগৎলকদৌরি। অদুগা দেৱানগী ব্লাফমশিতসু নত্তুনা, মহারাজনা শ্রীপ্রকাশকা অতৈ ব্লাফমশিংশু থন্নবা পামলমগনি। মনিপুরদা কংগ্রেসনা থোকহল্লিবা ইরাংশিং, ভারত সরকারনা অপিকপা নিংথৌ পানবা ষ্টেট ময়াম লৌশিনবগা লোয়ননা মনিপুরদসু মপান্দশু 'মনিপুর লৌশনগদৌরে' হায়বা তোকপ্তা ময়ামশু মহারাজনা শ্রীপ্রকাশকা উন্নরগা থন্নবা পামলমগনি। অদুবু হৌজিকমক্তী ওইনদি মহারাজনা কবিগুপ্তা থবক অমত্তা বল্লাল অমর সিংহনা হায়বদগী তৌখিবনি হায়বসি ফাওবা থোকহন্নিংদে। অদুনা শ্রীপ্রকাশকা য়ান্না থুনা উন্নদবা য়াদবনি।

ৱাখল অসিগা লোয়ননা আগষ্ট তাং ২৯ দা মহারাজনা শ্রীপ্রকাশতা টেলিগ্রাম অমা তৌবে। ইলেকসনগী লেমহৌরিবা কেশশিং শেংদোকনবা, সেপ্তেম্বরগী অহানবা চয়োলদা গর্ভনবগা উন্নবগীদমক য়ান্না থুনা শিলোংগীদমক যাত্রা তৌরক্নগনি হায়না খঙহনখিবক্সী। মহাবঞ্জ বোধচন্দ্রনা মখোঙনা থোংনা শিলোংদা লেংঙক্নি হায়না খংহল্লকপা অসি শ্রীপ্রকাশ অমসুং মাগী এদভাইজর শ্রীনারি রুষ্টমজিদদি স্বর্গ খুৎনা লাম্বা ফংবগুম্বনি। খুদোংচাপা ফববা অমা নাম্বোকখিগদ্রা হায়বসিদা মখোয়নি লাংতকনৈ অমসুং চিক্না ব্লা তানৈ। মনিপুববু ভাবত্তা করম্না তিলহনগদগে হায়বসিদা মখোয় অনি কোক চিক্লুনা লৈরকলবনি। মখোয় অনিখকক্লুনা শোযথ্রগা দাযি পুবা ঙমলেই হায়না খনবদগী, ভাবত সবকারগী ষ্টেটস মিনিষ্ট্রীগা ৱা তাল্নক্নদবা য়াদ্রে হায়না লেপনবে। অদুনা মহাবাজগী টেলিগ্রাম হেক ফংবা নোংঙানবগা - আগষ্ট তাং ৩০ দা - শ্রীপ্রকাশনা মহাবাজদা টেলিগ্রাম অমা থনা হল্লকলে। মহাক অথুবা থবক অমগীদমক দিল্লিদা চৎতবা য়াদ্রে; মহাবাজনা শিলোংদা লেংঙকপা অদু মৈথোকপিবো, মহাক সেপ্তেম্বব তাং ১২ গী মতুংদদি হল্লকপা যাই, অদুগ্নাই সমমদা ওইনা তৌরশি হায়না মহারাজদা খঙহল্লকলম্মী। মহাবাজনা টেলিগ্রাম অসি ফংবদা শোয়দনা চিংনরমগনি। মরমদি ইকুই কুইদনা শ্রীপ্রকাশনা আগষ্ট তাং ১৭ তা থারকখিবা চিঠি অমদা, মহাক সেপ্তেম্ববগী অনিশুবা চয়োল ফাওবদি করিশু চৎথোকনিংঙাই লৈতে, মতমসিগী মনুংদা মহাবাজনা লেংঙকলবদি খুদোং চাগনি হায়না হায়খিবনি। নোংঙানবগা আগষ্ট ৩১ দা, মহাবাজনা টেলিগ্রাম অমমুক পাউখুম ওইনা শ্রীপ্রকাশতা থারে।

হান্না সেপ্তেম্বর তাং ৭ অমসুং ৮ দা গর্ভনরগা উন্নরগা লৈবাক য়াফেলগী মরমদা য়া ঙাংনগে হায়না খন্নবা প্রোগ্রাম অদুদি গর্ভনরগী টেলিগ্রাম ফংবদগী ককথংলে। অদুবু গর্ভনরগা মহাক্কা হান্না উন্নত্রিঙৈদা মহাক্কী ষ্টেট (মনিপুর) শোক্কদবা য়াফম অমত্তা দিল্লিদা চংপদা খন্নবিরকখিনু হায়না মহারাজনা শ্রীপ্রকাশতা অরোইবা পাউজেল ওইনা টেলিগ্রাম অদুদা হায়খিরম্মী।

শিলোংলোমদদি তাঙ্গা অসিদা শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুষ্টমজিনা মনিপুরগী য়াফম অসি থওইনা খন্নরুনবগীদমক দিল্লিদা চংকদৌরি। আসামগী গোর্ভনরনা শিজিন্নবা 'দোভ' এরোপ্লেন মচা অমা লৈ; মসি তোংলগা মখোয় অনি ষ্টেটস মিনিষ্ট্রীগী এদভাইজর শ্রী ভি, পি, মেনন উন্নবা দিল্লিদা চংলে। মনিপুরগী য়াফম অসি মখোয় অনিনা মেনন্দা য়াম্না লুনা তম্মী; মহারাজনা চান্নবা য়াৎরুবদি হায়বসিদা মীহুন ইতা তাদবনি। য়াফমশি ভি, পি, মেনন্দদি অদুক তানিংবা নত্তে। ভারতকি উপমহাদেশতা লৈবা নিংথৌ পানবা ষ্টেট চামঙাগী মথক্তা সরদার পটেলগা লোয়ননা ভারত্তা তিনশিনহনগ্রবা ভি, পি, মেনন্নি। অদুনা পিকনাও মনিপুরগুম্বদি মাঙোম্দা মিং থাকপা থুপ্পা নত্তে। অদুবু শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুষ্টমজিনা য়াম্না রাজনা মনিপুরগা অতে ষ্টেটশিংগা মান্নদবা, তোপ-তোপ্পা ইতিহাস, মশাগী লিরবা মনাৎ, ফজবা চৎনবী, শা-লান্দা হৈ শিংবা, ব্রিটিশফাওবা মাইথিনি খঙনা লান শোকনবা ঙমখিবা, সিমানা নকনা লৈবগী খুদোং চাদবা – ময়াম অসি ভি, পি, মেনন্দা হায়রমগনি। অদুনা মহাকসু কোন্নদি মতোমদা দায়ি পুনিংগ্রে, সরদার পটেলগা তানরুরো হায়রে। সরদার পটেলদি মতমসিদা বোম্বেগী 'বিরলা হাউস'তা শিন্নমদাইগী অরোইবা পুংফমদা কন্না নাদুনা লৈরি। শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুষ্টমজিনা য়াম্না থুনা বোম্বে তান্না চৎনবা থৌরাং তৌরে। চৎত্রিঙৈদা মহারাজদা থৌরাং তৌনবা পাউ অমদি খঙহন্নবগু ফৈ খন্নরদুনা সেপ্তেম্বর তাং ৭ তা শ্রীপ্রকাশনা দিল্লিদগী এক্সপ্রেস টেলিগ্রাম অমা তৌরে। টেলিগ্রামগী মরোলদি – "ষ্টেটকি (মনিপুরগী) মরমদা অরুবা য়াফম খন্নবগীদমক্তা মহারাজনা ঐগা শিলোংদা সেপ্তেম্বর তাং ১৫ দা শুকশোই শোইদনা উন্নবা হোৎনবিয়ু। ঐহাক্কী অতিথি ওইনা মহারাজ অমসুং মহারাজগী লোইনরকপা খোংবু লোইনমক গর্ভনমেন্ট হাউসতা লৈরবদি খাইদগী নুংঙাইজগনি। মহারাজনা লোইনবিরকদবা খোংবু মশীং অদু ঐঙোম্দা ঐগী

বোম্বেগী থিকানাদা টেলিগ্রাম তৌরগা খঙহনবিরকউ। থিকানাদি – 'ক্যার ওফ সরদার পটেল, বিরলা হাউস, বোম্বে'।" টেলিগ্রাম অসি ফংবদা মহারাজশু শ্রীপ্রকাশনা সরদারগা অরোনবা খুঞ্জিল থৌরাং খরদি তৌরে হায়বসি খঙলমগনি। অহানবদদি মহারাজনা গর্ভনরগা শিলোংদা উন্নবা হায়রুবনি, হৌজিকনা গর্ভনরনা মহারাজদা তকশিল্লে। সেপ্তেম্বর তাং ৯ দা মহারাজনা শ্রীপ্রকাশকী বোম্বেগী থুংফমদা টেলিগ্রাম অমা থারে। মী কয়াম খোংবু ওইনা লোইনরক্কদগে হায়বসিদি মহারাজনা তাকথোকত্রে। য়াম্না চম্না, মহাক্কিশু শিলোংদা 'রেদ লেন্দস' কৌবা য়ুম অমা লৈজবনিনা গর্ভনমেন্ট হাউসতা লৈবগী অব্রাবা অদু গর্ভনরনা পুবিরুরনু হায়না পাউ থাখিরম্মী।

তাল্লক অসিদা শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুস্টমজিশু থিন্থবা তৌদনা মখোয়গী প্লেন মচা অদুদা বোম্বে য়ৌনবা পাইরে। লমখাংদা পাইলোট অদুনা লম্বী শুাওরিংঙদা থাও য়াওরক্কদুনা নিংথৌ পানবা পলানপুর স্টেটকি লৌবুক অমদা ভাশিল্লে। লাইবক ফবদগী অশোক অপনদি য়াওখিদে; অতোপ্পা প্লেন অমা তোংদুনা নোংঙাল্লগা অয়ুক্তা বোম্বেদা থুংই। সরদার পটেলনা নাদুনা লৈরিবা কা অদুদা চংলকলগা শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুস্টমজিনা সরদারনা হিপলিবা ফমুং অদুগী মাইয়োকননা থারিবা অতোপ্পা ফমুং অমদা ফম্মী। শ্রীপ্রকাশনা সরদারদা মীহুন শুদবমখৈ মনিপুরগী মতাংদা লুরিবা রাফমশিংদু চংখোম্রা তম্মী। তম্বিবা পাউ অদু সরদারনা তুমিম্রা ইংনা তাদুনা অদুম লৈ। শ্রীপ্রকাশনা পাউ তম্বা লোইরগা, সরদারনা মমৈদা য়াম্না তপনা শ্রীপ্রকাশতা – ঐখোয়গী ব্রিগেদিয়ার অমা ফাওবা শিলোংদা লৈজম্রা হায়না হংলকলম্মী। অসিথক্কুং হায়রগা সরদার পটেল রা মখা অমুক তারক্রে। ইন্টরভিউ অদুশু লোইরে হায়না ইঙ্গিৎ ফংবদগী মখোয় অনি মপাল থোরকলে। সরদারগী রাঙাং অদুদগী সরদারনা করি খল্লি হায়বদুম্মদি মখোয়নি তশেংনা খঙলে। ইচম চম্না হায়রবদা, মহারাজ বোধচন্দ্র অমসুং মনিপুরীশিংনা ভারত্তা তিল্লু হায়বসি য়াদ্রবদি, ভারতকি লাম্মীগী মতেংনা নমফদা খুদুম চনশিনলু অমসুং পরা অমা তম্বিয়ু হায়বনি। মদুগীদমক্তদি শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুস্টমজিশু হাম্রনা শেম-শাগ্রবনি। আসাম রেজিমেন্টকি কর্নেল রাম সিংহনা লুচিংবা অহানবা বতালিয়ন অদু মিনুথোং ময়াগী লমপাক অসিদা খুৎশু-খুৎলাই মতিক চানা তৈয়ারিদা থম্রবনি। মনিপুরগী

য়েলহৌঙেদগী কোনুং ওইরকপা কংলাদা লৈবিবা আসাম রাইফলসকি মরিশুবা বতালিয়ন অসিগু ব্রিটিশকি মতমদগী হৌনা মনিপুরীশিংবু নমথনবা, মনিপুরীশিংদা 'নখোয় মীনাই ওইবি' হায়বসি নিংশিংহন্নবা অদুম লৈবকলবনি। অনি অসিগী অপুনবা শক্তিগী মাইয়োক্তা মনিপুর রাইফলসকি বতালিয়ন মচা অমদি করিগু উপায় লৈবোই। ফিভম অসি ইশোয় শোয়দনবা হায়দুনা এপ্রিল তাং ১৪/১৫ দা ভারত লান্মীগী ইষ্টর্ন কম্যান্দগী জেনেরেল ওফিসার কমান্দিংগা লোয়ননা আসাম রাইফলসকি ইনস্পেক্তর জেনেরেল অমসুং শিলোংদা লৈবা ভারত লান্মীগী সব এরিয়া কমান্দর ব্রিগেদিয়ার ই, হাবিবুল্লাহগু ইম্ফালদা লাক্লাবা লাকলমলবনি।

## গুহা মনুংদগী মপান থোকপা

অসোমদা শ্রীপ্রকাশ অমসুং কুষ্টমজিনা কোইচেন চেন্দুনা মনিপুরীশিংবু লোই চনশিন্নবা হোৎনরিবা ময়ামশি গুহা মনুংদা লৈবা মনিপুরীশিংনা করিগু নাচুংদে। মসি মনিপুরীশিংগী হৌনবনি। সবকাব পাযবিবা বাংবুনা মচা মনাই ফহৌনবা, মমাং শঙ্গোই অমত্তং শাহৌনবা হান্নগী হান্নগীগুম চৌক্রি কোন্দুনা অদুম মবৈনে। অদুগা মন্ত্রীফম ফংহৈদ্রবা মনিপুব কংগ্রেসকি কাংবুশিংনা মশাগী জ্ঞান চমন্নখিবদগী অমসুং দিল্লিগী মবুংঙো ময়াংশিংগী ঈঙ্গিৎ ফংবদগী 'মনিপুর ভারত্তা তিনগদবনি' হায়না কোইচেন চেন্দুনা প্রজাশিংবু শেবান্নবা লমজিংনবা হোৎনৈ। কনা অমত্তনা মনিপুর প্রজাদা থোকলিবা থৌদোকশিংদু খগুহন্নবা হোৎনদে। মরম অদুনা ঐখোয় পুন্নমক্কী চারোল-শুবোন ফাওবা তুং কোইনা শোকহৌগদৌরিবা পুক্সিগী লাইবক্তি থাপলবা দিল্লি, বোম্বে অমসুং শিলোংদা লেপ্নখ্রে হায়বসি কনা অমত্তনা হায়বিদ্রবনিনা, অচম্বা, লাইবিক লাইগুগী মণ্ডাল নিংথিজনা ফংদ্রিবা মীয়াম প্রজাদি লুববা তানফম অসিদা হান্ন হান্নগী মতৌগুম অয়ুক নুমিদাংগী চরা থিদুনা অদুম লৈবে। মহারাজ বোধচন্দ্র মতোমতমক তুংগী রাখল খরা খঞ্জরম্বা য়াই, লোয়ননা মাগী নকনবা মনাইশিংদা হায়বম্বা য়াই। অদুবু মহাকগু মনিপুরগী প্রজাদা, মনিপুর এসেমব্লীদা, মহাক্কী চিফ মিনিষ্টরদা, পুক্লিংগী রাফমশিংসি ফোংদোক্তবনিনা মতোমতনা পোৎলুম অদু পুদুনা লৈ। হৌজিক মহাক মতোমতনা মনিপুরীশিংগী লাইবকগু লেপ্পুনবা শিলোংদা চৎনবা শেম শারি।

যাত্রা তৌনবগী অফবা পুংফম অহে অশিং পণ্ডিতশিংগা তান্নরে। পণ্ডিতরাজ অতোমবাপু শর্ম্মনা, "১৫ সেপ্তেম্বর অসিদি মহারাজগী বাল্যাবস্থাদা লৈগনি, মাদুনা শিবা মহেনা মহারাজগী রাঙাংনবদা তয়াং তশোয়গনি, গাম্ভির্জ লৈত্তে" হায়না মহারাজদা পিরকলে। লোয়ননা, তাং ১৬ অসিদি য়াম্না ফত্তে; অদুনা তাং ১৫ মতুং উন্নরগা উন্নরে অদু নত্রবদি তাং ১৭/১৮/১৯ দদি গর্ভনরগা উন্নবা ফৈ হায়নসু তাকলে। মরম অদুনা সেপ্তেম্বর তাং ১৩ সিদা মহারাজনা এক্সপ্রেস টেলিগ্রাম অমা গর্ভনরদা অমুক থারে। পণ্ডিতশিং অমসুং পাঞ্জিশিংনা শীবা পাউতাক মতুং ইন্না তাং ১৫ গী মমাংদা যাত্রা তৌগনু হায়রে; অদুনা গর্ভনরগা উন্নবা অদু সেপ্তেম্বর তাং ১৭ কি নুংথিলদা ওইনা তৌরশি হায়না গর্ভনরদা খণ্ডহনখিরম্মী। শ্রীপ্রকাশশু সেপ্তেম্বর তাং ১৫ দা টেলিগ্রাম তৌরক্লুনা মহাকশু মহারাজনা লেপলিবা নুমিৎ অদুদা য়ারে হায়না খণ্ডহল্লকলম্মী।

হৌজিক ফাওবা মহারাজগী য়াম্না নক্লবা মীওই খরদং নত্তনা মহারাজ শিলোংদা চৎকদৌরি হায়বসি কনামত্তা খণ্ডনদে. সেপ্তেম্বর তাং ১৩ গী ভাগ্যবতী পত্রিকা চেফোংদা ইহান হানবা ওইনা য়াম্না তেনবা পাউ মচা অমনা মনিপুর প্রজাদা, মহারাজনা শিলোংদা চৎনবগী থৌরাং তৌরি হায়বসি খণ্ডহল্লি। থাজবা য়াবা মফমদগী ফংবা পাউ মতুং ইন্না মহারাজনা শিলোংদা তাং ১৪ দা চৎকনি হায়বসি তারে; মসিদা আসামগী গর্ভনর উন্নরগা মনিপুর ষ্টেটকী তুংগী ফিভম খন্নরবা য়াই হায়না পাউ অদুদা হায়রম্মী। মসি হেক উবদা, মতমদুগী মনিপুর লেজিসলেটিভ এসেম্ব্রীগী স্পিকর ওইরিবা মিষ্টর টি, সি, টিয়ানখমনা সেপ্তেম্বর তাং ১৪ দা মহারাজগী প্রাইভেট সেক্রেটরীদা চিঠি অমা থারকই। চিঠি অদুগা কোপ্পনা ভাগ্যবতি পত্রিকাগী খবর মচেৎ অদুশু ককথৎলগা থারকপনি। স্পিকরগী য়াথল মতুং ইন্না মহাক্লা মনিপুরগী মপান্দা ফোংবা খবরশিংদসু অমসুং হৌজিকনা ভাগ্যবতী পত্রিকাদসু মনিপুর অসি ভারতনা লৌশিনখিবা য়াই হায়বসি তারে; ঐখোয় মনিপুরগীদি প্রজা মীয়াম্না ভোৎনা খনবা এসেম্ব্রী অমসু লৈবনিনা য়াফম অসি মহারাজনা এসেম্ব্রী কৌবিরগা য়াম্না খন্নখিবনা ফরোইদ্রা হায়না স্পিকরনা মাগী চিঠিদুদা হংলকই। য়াম্না লাইবক থিবদগী, স্পিকরগী ফজবা য়াহংগী পাউখুম পিবিনবা মতমদুদা কনামত্তা লৈখিদ্রে। শিলোংদা চৎনবা অচোই-অপা ময়াম

খোমজিনবা থিজিনবনা হেন্না পুক্লিং চংখ্রে। শিলোংদা মহারাজগী লৈনবা 'রেদ লেন্দস'কি য়ুম অদু শেমজিন শাজিন্নবা পাউ থাখিনবগী মতমদি লৈ; মৈতৈ চেং মোন তরাখক্তং পুখিনবা হোৎননবগী মতমসু ফংই; কাঞ্চিপুরদগী মহারাজগী থৌগন তৌনবা পণ্ডিত লালহরি শর্ম্মা কৌরুনবা মতম অদুম ফংই; দিমাপুরদা রেলবেগী সিত রিজার্ভ তৌনবা, খরচ ওইনবা পৈশা থিনবা – পুন্নমক্কী মী কায়থোকই, মতম কায়থোকই। স্পিকরগা ব্রা তান্নবা, মন্ত্রীশিংগা ব্রা তান্নবা মতমতনি ফংখিদ্রিবা। চিল্লবা তাল্লক অসিদা সেপ্তেম্বর তাং ১৪ দা মনিপুর ষ্টেট জুর্দিসিয়েল কাউনশিল কৌবা অমা মহাবাজনা হাংদোকপা ফাওবা ঙমই। য়াম্না থুনা শিলোংদগী হল্লক্কদবনি হায়বগী ব্রাখলসিদা, তুংদা করি থোক্কদগে খঙনদবনিনা কোন্না নিংঙমহৌদবা নত্তনা মতমদুদা করিগু তৌনখিদ্রে।

শেম-শাবা লোইরদুনা, সেপ্তেম্বর তাং ১৫ গী অয়ুক পুং তরামুক তাবা মতমদা শিলোংগীদমক মহারাজ বোধচন্দ্র সনাকোনুং থাদোক্লুনা যাত্রা তৌরে। তান চানকুবনা ওইরম্বদি য়াই অদুবু তাঞ্জা অসিদা ফত্তবা খুদম ওইনা, পুবৈলোম্বা খোঙনাং মথক্তা নুমিৎ তরং-তরং থোকপা মতমসিদা লংজা মঁপে অমা লৈদুনা কোইপাই পাইদুনা লৈ। লোইনরিবা মনাই মশল খরনা উরবসু মতমদুদদি পুকনিংদা নিংকোক-নিংকোক খরদি লাউনরগা অদুম তুমিন লৈনরে। খোংচৎ অসিগীদমক মহারাজনা খোংবু য়াম্না পুদে। মনিপুর রাইফলসকি নোংমৈ পায়বা সিফাই নিপানখকতং মহারাজগী থৌগন তৌহল্লি। হাভিলদাব বিধু সিংহ, গুলামজাৎ সিংহ, কোইরেং সিংহ, ইরাবোৎ সিংহ, অমুবা সিংহ, মনিচৌ সিংহ, নোবেন সিংহ, অঙৌ সিংহ – মখোয় নিপান অসিনি। বেঙ্গুন খোংনবা ওইনা পাউদিলুং কবুইগু মহারাজগী থৌগন তৌই। দিমাপুর অমসুং গৌহাতিদা মতেক-মতেক পোখারগা, সেপ্তেম্বর তাং ১৭ কি অয়ুক্তা মহারাজ বোধচন্দ্র শিলোংদা থুংই। ইম্ফালদগীনা শিলোং ফাওবদা হব্বাগাড়িনা অমসুং রেলনা লাকপা খোংচৎ অসিদা হুকচাং খরা ব্রাখিবদগী হেক থুংবগা মহারাজনা শ্রীপ্রকাশতা চিঠি অমা থারে। গর্ভনরসু নুমিৎতুদা অতৈ মফমদা চৎলুরগা, শিলোংদা হল্লকপগা মপা চানৈ। অদুনা মহারাজনা য়াররদি হয়েং খুদোং চাগদবা মতম অমা লেপনরগা উন্নবা তৌরশি ছায়খিরম্মী। গর্ভনরগু মহারাজ খরা পোখাখিবনা ফরনি খনবদগী, হয়েং অয়ুক

পুং ১১ তাবদা উন্নরসি হায়না য়ারকলে।

## সেপ্তেম্বর তাং ১৮

হায়নখিবা মতুং ইন্না, মহারাজগী প্রাইভেট সেক্রেটরী শ্রীসনসম গৌরহরি অমসুং এ, দি, সি, শ্রীময়েংবম আনন্দমোহন অনিগা লোয়ননা মহারাজ বোধচন্দ্র, শ্রীপ্রকাশকা ৱারি শাননবগীদমক অয়ুক পুং ১১ তাবদা গভর্নমেন্ট হাউসতা লেংঙকই। গভর্নমেন্ট হাউস অসি সরকারনা পীবা আসাম গর্ভনরগী ময়ুমনি। শ্রীপ্রকাশকা উন্নরগা ৱারি শাবা মতমদা 'স্বর লৈতবা মাইকৈনা মঙোন্দা (গর্ভনরদা) থন্নগা ঙাংনরগা জয় ওইগনি' হায়না পন্দিতরাজ অতোমবাপু শর্ম্মনা ইম্ফালদা মহারাজগী মফমদা পাউতাক পিখি। হৌজিক শ্রীপ্রকাশ উন্নরে। মহারাজনা অতোমবাপু শর্ম্মগী পাউতাক অদু নিংশিংলম্বসু য়াই। অদুবু হৌজিক স্বর মাইয়োন্নফাওবদি মহারাজগী মতেং করিমত্তা ওইরোইদৌরি। অহানবা উন্নবগী হৌনবা ৱারি ৱাতাই ঙাইহাক্তং শানরবা মতুংদগীদি শ্রীপ্রকাশ অদুক হাকনা ৱাকোই শুদ্রে। মাগী প্রাইভেট সেক্রেটরী শ্রী টি, এস, কৃষ্ণমুর্ত্তিদগী মখুম খুমজিনবা ইনভেলপ অমা লৌরগা শ্রীপ্রকাশনা মনুংদা য়াওরিবা চেশিং অদু মহারাজদা য়েংহল্লে। মসিগা লোয়ননা য়াম্না ফজবা ৱাহৈ ৱাতা শিজিন্নদুনা শ্রীপ্রকাশনা মহারাজদা ভারত সরকারনা মনিপুরগী শাসন অসি লৌশিনলগে হায়না লেপলে, অদুনা মাংদা লৈরিবা তাইপ তৌরবা চে-শিং অদু মহারাজনা সহি তৌবিনবা হান্ননা শেম শাজরবনি; পুন্নমকসি ভারত অমসুং মনিপুরগী য়াইফনবগীদমকনি – অসিনচিংবা কয়া হায়দুনা মহারাজদা থেম্বা হৌরকই। ফজরবা ৱাহৈশিং অদু মহারাজ বোধচন্দ্রদদি ব্রজনা তাবদগী হেন্না য়াকখ্রে। খঞ্জরম্বা আশা মিকুপ খরদং অদুদা মচেৎ মচেৎ কায়বগুম তৌখ্রে। ইম্ফালদগী শ্রীপ্রকাশকা উন্নরগা ঙাংনগনি খঞ্জরকপা ৱাফম অমত্তা হৌজিক ঙাংনবা ফংদ্রে। অদুমকপু, মহারাজনা শ্রীপ্রকাশতা মতৌ অসুন্না অমসুং হৌজিক হেক্তা প্রজাগী এসেমব্লীগী মৱা তাদনদি সহি তৌবা ঙম্রোই হায়না হায়রে। ফনা শ্রীপ্রকাশনা তকশিল্লবফাওবদা য়াদ্রবদুদা য়াম্না অহৈ-অপা শাখ্রবা রুস্টমজিনা সহি তৌদ্রিবমখৈ শিলোং থাদোক্তুনা চৎখিবা য়ারোই হায়রকপদুদা খঙশাও শাওখ্রে। মহাক্তি রুস্টমজিগা ৱারি শানবা লাকপা নত্তে হায়না

য়াম্না থীনা মহারাজনা খুম্মকই। অদুবু হৈশিংবদা মা মণ্ডাইরে খঞ্জরিবা, য়াম্না নহা ওইনা গর্ভনরগী এদভাইজর ফম কাবদা ময়াই কারবা রুষ্টমজিগুম্বনা অথিবা রাহৈ-রাতা খরদা ইকাইদুনা হনবা জাৎ নত্তে। মহারাজ মতোমতা খাইদোকলগা তকশিন্নবা, প্রাইভেট সেক্রেটরী শ্রীগৌরহরিবু হেক থংনবা অপিকপা কা অমদা তোংঙাম্না কৌথোক্লে। মঙোন্দসু রুষ্টমজিনা মহারাজবু সহি তৌহন্নবা কন্না তকশিল্লে। অদুবু মাগী মাগী লাম্বা শিন্দোকনরবা ফাওবদা ইকান কান্নদ্রে। তাঙ্গা অসিদা মহারাজদি হান্না য়াম্না শাওরম্বদগী হৌজিক য়াম্না নুংঙাইতবা, পুক্লিং নুংশিবা মাইথোং অমা ওনবা হৌরকলে। ঙসিগী ওইনদি অমুক মখা শাংথনা ঙাংনবদা নুংঙাইবরোই খনবদগী, শ্রীপ্রকাশনা – মিষ্টর গুহারি (গৌরহরি হায়বা শেংনা থোক্কবদগী), মহারাজগী পুক্লিং ঈংনা লৈবা উদ্রে (হিজ হায়নেস ইজ ইন ইমোসন), অদুনা কেম্পতা হনখিনবা তৌরো – হায়না প্রাইভেট সেক্রেটরী গৌরহরিদা হায়রকই। অদুদগীদি মথংগী রারি রাতাই অমুক শানবসি হয়েং অয়ুক পুং ৯ মখায় তাবদা তৌরসি হায়না লেপনরে। মতুংদা মহারাজ বোধচন্দ্র 'রেদ লেন্দস' তা হল্লকলে।

'রেদ লেন্দস' য়ৌরবা কান্দগু, মহারাজগী পুক্লিং নুংঙাইতবা অদু কোকপা লৈতে। চাগনি থক্কনি হায়বা কাউবমখৈ কা মনুংদা লেঙশিনখিবদগী য়াম্না কুইনা মপান্দা থোরকত্রে। তাঙ্গা অসিদা, ভারতকি লাম্মী তেঙ্গোল অমনা 'রেদ লেন্দস' কি অকোইবা চিংথক-চিংখা লোয়নমক কোইশিনবা হৌরকলম্মী। নুংথিল অসিদা শ্রীপ্রকাশনগু মহারাজদা চিঠি অমা থারকলম্মী। ভারতকি ষ্টেটস মিনিষ্ট্রীনা মঙোন্দা পিরকপা য়াথংগী মতুং ইন্না মহারাজগা রারী রাতাই শানবা অসি গুকশোই শোইদনা সেপ্তেম্বর তাং ২০ ফাওবগী মনুংদা লোইদবা য়াদবনি হায়বসি খঙহল্লকপনি। থোমজিল্লকলিবা সিফাই ময়াম অদুগু ভারত সরকারনা রাফম অসি তরাই তরাইনা লৌদে হায়বদু উংনবা তৌরকপনি। লোয়ননা, শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুষ্টমজিনা টেলিফোনগু পিবিদবা 'রেদ লেন্দস' অসি পৃথিবীগী তুম্মিৎ অমগফাওবা শন্নদনবা শীনবনি। মপানথোংদদি মখোয়শিং অদু মহারাজগী থৌগন তৌনবনি খুম্মী। 'থৌগন' অসি নুমিৎসিমক্তদা মহারাজগী প্রাইভেট সেক্রেটরীনা শিলোংগী পোলিশ এস, পি, দা লৌথোকপিয়ু, মহারাজগীগু সিফাই মতিক চানা য়াওরকই হায়রুবদা

এস, পি, মচা অমনা হৌজিক করি তৌবা ঙমগনি? মহারাজগী য়াথল নিংথিজনা খনবা ঙমদনবা 'সাইকোলোজিকেল তোরচর' – য়াম্না শাথিনা ওৎ নৈবা মখল অমা সহি হেক তৌদ্রিবা ফাওবা চখবা হৌরে। ময়াংগী লৌনম লাংদা মহারাজ বোধচন্দ্র থুরে, মহাক মতোমতগা ভারত সরকারগী শক্তি পুন্নমক্কা মায়োকনগদৌরি। শিলোংদা থুনা চৎলুরগা হল্লক্কদৌবনি হায়বসি খল্লুবদগী মহারাজগী লিগেল রিমেমব্রেন্সর, মন্ত্রীশিং, মহারানী ফাওবা কনামত্তা লোইনরক্তবনি। হৌজিক্তি 'রেদ লেন্দস'তগী থাখিবা চিঠি, টেলিগ্রাম অমত্তা চৎহনদ্রে। মনাইশিংনা পোৎ-চৈ লৈবা মপান-ইপান থোকপা ফাওবা ফিজম শেৎপা সি, আই, দি, শিংনা ভুৎ-প্রেৎকুম থাপইন ইন্নদুনা লৈখ্রে। মিকুপ নাহুম শেন্নদুনা লৈখ্রে। 'রেদ লেন্দস'তগী মপান থোকপা য়াম্না নুংঙাইহনদ্রে। মহারাজ বোধচন্দ্র বন্দি ওইরে।

অদুমকপু নুমিৎতুগী নুমিদাংসিদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা শ্রীপ্রকাশতা চিঠি অমা হল্লে। খন্নরিবা য়াফম অসি মনিপুরগী তুংগী লাইবক লেপকদৌরিবনি; মহাক্তি লৈবাক্কি শাসন অসি প্রজাদা শিন্নখ্রে; অদুনা প্রজাগী অপাম-পামদ মরা তাদনা মহাক মতোমতা হেক্তা য়া তুপথোকপা ঙম্মোই হায়বসি মহাবাজনা শ্রীপ্রকাশতা খঙহলম্মী। ভারত সরকারনা মনিপুরগী শাসন লৌশিনবা হায়বসিবু য়ারবদি পুন্সি চুপ্পগী ওইনা 'প্রিভি পর্স' চহিদা লুপা লাখ অনিগা লিশিং কুনমঙা পিগনি হায়না মহারাজদা নাকোইননা হায়রকপা অদুশু য়ারবদি লাখ মরি য়ৌহনবিয়ু হায়খিরম্মী। অদুনা মতম মাংহন্দনা ভারত সরকারগা ইনগদবা য়ান-চেরোলগী পেরা অহানবা অমসুং অনিশুবা অদু নিংথিজনা খন্নরগা য়াফম অসি য়াম্না থুনা লেপথোকনবগীদমক মহাক হয়েংমক ইম্ফালদা হনখিনবা তৌজগে হায়না চিঠি অদুদা পল্লম্মী। ইশম শন্না হায়রবদা, মহারাজ বোধচন্দ্রনা উপায় অমা তৌরগা ইম্ফালদংদি য়ৌখিনবা অমসুং ভারত সরকারদা মনিপুরগী শাসন শিন্নখিবমক তারবশু প্রজাগা এসেমব্লীগা তান্নরগা তৌগে হায়বসি হৌজিক খল্লি।

## সেপ্তেম্বর তাং ১৯

মহারাজনা নুমিদাং থাখিবা চিঠি অসিগী পাউখুম অমত্তা অয়ুক ফাওবদা লাকত্রে। অতোপ্পা চিঠি অমমুক মহারাজনা থাজিল্লে। পাউখুম হল্লক্কবনিনা ইম্ফালদা

হনখ্রগে হায়বা ৱাফম অসি য়ানরে হায়না লৌজরগে; অদুনা গর্ভনরগা অমুক উন্নরমদনা ঙসি নুংথিলমক ইম্ফালগী যাত্রা তৌজখ্রগে হায়না শ্রীপ্রকাশতা ইরম্মী। মতাং চাদনা মহারাজ শাওখিবা তারে খন্দুনা শ্রীপ্রকাশ চিঠি অমা থুনা হন্নকলম্মী। মহাক্তি মহারাজনা পাউখুম অমা পাম্মম্মী হায়বসি খঙভুদ্রে; হৌজিক অয়ুক পুং ৯ মথায় তাবদা মহারাজ লেংঙকলগা অরোইবা ৱারি শাননবগীদমক ঙাইদুনা লৈরম্মীবনি; হৌজিকমক মহারাজনা লেঙকলবদি ৱাফম অসি লোইশন্নবা য়ারে হায়না শ্রীপ্রকাশনা হায়রকলম্মী। অদুগা ঙরাং অয়ুক মহারাজগা উন্নবদা ঙাংন-শকনখিবা লোইনমকত্ত দিল্লি য়ৌনা ষ্টেটস মিনিষ্ট্রীদা খঙহনখ্রে; ভারত সরকারগীদি মহারাজনা শিলোং থাদোকত্রিঙৈদা ৱা লোইশিনহৌদবা য়াদে হায়না মঙোন্দা অকনবা য়াথং পিদুনা লৈরিবনি হায়নত্ত মহারাজদা খঙহলম্মী। ঙসিগী নুমিৎ অসিদি মহারাজত্ত শাওনিংবোই পুকনিং নুংশিবোই তৌদুনা গর্ভনরগা অমুক ৱারি শাননিংদ্রে। মশা চৎপগী মহুৎতা চিঠি ওইনা থারে। নাকন অনিমক্তা শাওগৎনদুনা চিঠি হন্দোক-হঞ্জিন তৌনরগা তোকনরে।

মহারাজনা হনখিবা চিঠিদা, মহাক্না শিলোং থাদোক্নুনা চৎকে হায়বা অদুদি তোকলে হায়খিরম্মী। অমুক মখা তানা মহারাজনা –

"ঐঙোন্দা অশুক লুরবা ৱাফম অমা থম্নবগীদমক অশুক তেল্লবা মতম অমা পিবা অসি ভারত সরকারনা ঐঙোন্দা মিনুংশি খঙদবগী অমসুং থৌজাল হৈতবগী খুদমনি হায়না লৌই। শিলোংদা ঐগা খম্নপদবা ৱাফমবু হায়না খজিক্তং ফাওবা ভারত সরকারনা খঙহল্লক্নবসি য়াম্রা লাইবক থিবনি অমসুং মসিনা ঐগী লিগেল রিমেমব্রেন্সরদগী আইনগা মরি লৈনবা পাউতাক অমসুং প্রজাগী, এসেম্ব্লীগী খোল্লাও অদুসু তাহন্দ্রবনি।"

"ঐবু করিগুম্বা নমদুনা ঐগী প্রজাগী মরা তাদনা থবক অসি পাংথোকউ হায়রবদি ঐগী লিচৎ অসি কনানত্ত চুম্মি হায়বা শুকয়া য়ারোই।"

"ঐনা গর্ভনরগা উন্নবা তারবত্ত, ঐনা ঙরাং চিঠিদা হায়জখিবা ৱাফমশিংদু অমুক হঞ্জন্না হায়বা তাবনি। ঐহাকনদি থোকহন্নিংদ্রবসু, মসিনা গর্ভনরদা খোইদৌ শাওগৎহননিংবা পোকহনবা য়াই।"

"ঐনা খনজবদদি, খাইদগী ফবা লম্লেল হায়ববু ইম্ফালদা ঐবু হলহনখিবা অমসুং ৱাফম অসি আদগী থুনা ফোল তানবা শিল্লবা অসিনি।"

মহারাজগী চিঠি অসিনা তাকপদি, ভারত সরকারনা মনিপুর লৌশিনবগী ৱারী শিলোংদা শান্নগনি হায়বসি মহারাজদা হান্না শুকথং খংহনখিদে। মনিপুর কংগ্রেসনা কোইরাং লাংবা অমসুং মপানগী খবরশিংদা খন্না ইরকপা অসিতনি। (মরম অদুনা

রুষ্টমজিনা ইবা লাইরিক "এনচানটেদ ফ্রোনটিয়ার্স" হায়বদুদা, মহাক্কা হায়া ইম্ফালদা চৎলগা মহারাজদা ভারত সরকারগী য়ারেপ অসি খঙহল্লুই হায়না ইরিবসি অরানবনি।) হৌজিক্কী ওইনদি, মহারাজগী চিঠি অসি ফংবদা শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুষ্টমজি অনিমক পংনুং নুংঙাইরম্মোই। অদুবু খুদোংচাবা অসিমা নাম্নোকহনখ্রবদি, মহারাজনা ইম্ফালদা চৎখ্রবদি পুমশোয় শোয়রনি হায়বসি নিংথিজনা খঙই। অদুনা শ্রীপ্রকাশনা মহাক্কী হৃদয়গী নোকমি নোকমি তৌবা শকফম অদু থাদোরকলে। ভারত সরকারগী অশেংবা মনাই শ্রীপ্রকাশ ওইনা, তৌশল্লবী য়াওদনা মহারাজদা শাংলবা চিঠি অমা হল্লকলম্মী। চিঠি মরোলদি –

"মহারাজগী চিঠি অদু হৌজিক্তা ফংবদা ভাইরি। ঐনা মহারাজদা খুদোং চাহম্নবা থোকহনখিবা য়াওখিবা লৈরবদি য়াম্না নুংঙাইজদে। অদুবু, ঐনা হায়রগু মহারাজদা হায়জখিবদুনি, ঐগীদি ভারত সরকারগী অকনবা য়াথং মতুং ইন্না য়ারী য়াতাই শানবা অসি অমুক থিন্নবা তৌদনা লোইশিন্দবা য়াদবনি। অদুগা শিলোংদা উন্নরগা মহারাজগী ষ্টেটকি মরমদা খন্নসি হায়রকপদি মহারাজনদুম হায়া হৌদোকপিরকপনি হায়বসি মহারাজগু নিংশিংবিরমগনি। মহারাজমকনা হায়রকপা অদুদা ঐনা উন্ননবা অসি শীনবনি। মরক অসিদা, ঐহাক্কা ষ্টেটস মিনিষ্ট্রীগী মন্ত্রীগা (সরদার পটেল) উন্নরগা খন্ন-নৈনবগী মতম ফংখি। মরম অদুনা ঐগীদি মহারাজদা ভারত সরকারগী য়ারেপ অদু খঙহনবা নত্তনা উপায় লৈতে অমসুং ঐভোম্দা খঙহল্লকপা মওংদা মহারাজগী ফংগদবা 'প্রিভি পর্স' অদু অয়োইবা ওইনা লেপথোকনবা তাবনি"।

"ভারত সরকারনা হেক হৌবদগী হৌনা ষ্টেট অসিগী নিংথৌনি হায়দুনা মহারাজগা হাকথেংননা শন্নদুনা লাকপনি। হৌজিক হায়দগী চৎনরকলবা পথাপ অদু হোংদোকনিংদে। লৈবাক প্রজাদগী অয়েংপা লাকপা পুন্নমক্কী দায়ি ভারত সরকারনা পুগনি, মদুগীদমক্তা মহারাজনা নুংনাংবিগনু। ভারত সরকারনা অতৈ নিংথৌপানবা ষ্টেটশিংগী মতাংদা চৎনখিবা পোলিসিগু মসিনি; মসিমক মনিপুরগী মতাংদা অদুম্মক ইনখিগনি হায়না লেপনরবনি। মরম অদুনা হৌজিকমক চৎথরিবা য়ারী য়াতাই অসিদা প্রজাগী মাইকৈদগী করি হায়রক্কদগে হায়বগীদমক্তা মহারাজনা করিগু কিবিরুগনু। ভারত সরকারনা পিবা ওয়া মতেংনা মহারাজবু কনগনি। লোয়নননা, মহারাজনা হায়া ফংলম্বা ইশাগী অধিকার, খুদোংচাবা কয়া, মতিক মগুন অমসুং ফমথোনশিং পুন্নমক অমত্তা কায়দনা অদুম ফংখিগনি। মহারাজ য়াওদনা থবক অসি ভারত সরকার মত্তোমতা লেপথোকপা তারবদি মহারাজগী অমাংবা ওইগনি খনবদগী অমসুং থবক অসিদা মহারাজবুগু য়াওহননিংবদগী ভারত সরকারনা খাইদগী ফজরবা অমসুং পুকচেল চাউবা মওংদা মহারাজনা সহি তৌনবা য়ান-চেরোল অসি শেম্বনি। মহারাজগী 'প্রিভি পর্স' লেপ্পা মতমদগু, মনিপুরগুম্বা কুইনা লৈরকলম্বা অমসুং ফজবা চৎনবী কয়ানা থল্লবা ষ্টেট অমগী নিংথৌ অমা ওইবগী মতিক মগুন অমসুং থাক অদু কায়দনবগীদমক ঐভোম্দা নিংথিজনা য়েংদুনা তৌগদবনি হায়না খঙহল্লকপনি।"

'মরম অদুনা ঐনা মথক্তা হায়ত্রিবশিংসি অমুক হল্লা হায়রগা ঐহাক লোয়শিল্লবগে – মদুদি, ঐনা পাংথোকদৌথিবা দুরবা ইথৈ অসি ভারত সরকারগী অথঙবা হুকুম থবদগী তৌরনি। অসিগুম্বা ফিভমশিং অসিদা, রারী রাতাই শান্নবা অসি অমুক থিন্নদনা লোইশিনবনা মহারাজগী ওইনা তুংকোইশা ফাওবা অকবা ওইগনি।"

"ঙসি নুংথিল অমসুং নুমিদাংরাইরম চুপ্পসিদি হান্নগী ককথৎপা য়াদবা থবক ঙাক্তা লৈরে। অদুনা হয়েং অয়ুক পুং ৯ তাবদা মহারাজবু ওকচবা ফংলবদি য়াম্না নুংঙাইগনি। অদুবু পুং ১০ গী মতুংদগীদি ঐগী থবক অতে চিনগ্রে। রারী রাতাই শান্নবা অসি মথংগী উন্নবা অসিদা শুকশোই শোয়দনা লোইশিন্দবা য়ান্দবনি।"

শ্রীপ্রকাশকি হন্দক্কী চিঠি অসিদদি হান্নদি ইতৎ-তত্তনা য়াওবা ফজবা চৎনবীগী লোইশিন-রাহৈ ফাওবা য়াওখিদ্রে। রুস্টমজিগা লোয়ননা মহারাজ বোধচন্দ্র শিলোংদা লাক্কনি হায়বকপদগী দিল্লিদা, বোম্বেদা ফাওবা কোইচেন চেন্দুনা হোৎনরুরিবনি। অদুবু হৌজিক্তি য়াম্না থবক চিনবা শাশিন্নদুনা মহাকসু মহারাজদা মিনম্বা য়াওবে। লাঙ্গোই চন্দুনা থমলবা মহারাজ বোধচন্দ্রবু পৈশা য়াম্না 'প্রিভি পর্স' পিগনি হায়নগু থেমলি। হায়বা য়াদ্রগদি, ভারতকী লাম্নী থাজিন্দুনা নমদুনা মনিপুর লৌশিনগনি হায়বগী ইঙ্গিৎসু পিবি। তশেংবমকসু, মতম অসিমক্তদা ইম্ফালদা লৈবিবা সিফাইশিংনা, মনিপুরীশিংনা ব্রিটিশকি মতমদা তৌখিবগুম লান হৌরক্কনি হায়না চিংনবদগী, মরুওইবা ওফিসশিংদা কোম তৌদুনা লৈঙোই বেগ পৈশিন্দুনা তৈয়াবিদা লৈখ্রবনি। মখোয়না চিংনবা মীওইশিংগী ময়ুম মকৈ ফাওবা শেন্নদুনা থমখ্রবনি। অদুগা, ভারত সরকারনা ইনশীন্দুনা মনিপুরগী কংগ্রেসপু লৈবাক ইবাং থোকহনবনি হায়বসি খণ্ডহনগে মতাগুম প্রজাগীদমক্তদি ভারত সরকারনা দায়ি পুগনি হায়না পোঙনা হায়বি। মমাংঙৈদসু, মনিপুর কংগ্রেসতা ইনশীন্দুনা প্রজাগী শাসন পিবিদে হায়বগী রাথোক্তসু মহারাজগী মথক্তসু অন্দোলন তৌহনখি। হৌজিক প্রজাগী শাসন লৈবে, প্রজানা ইলেকসন তৌবগা খঙবা মীহুৎনা শেম্বা মন্ত্রী মন্দলগু লৈরে। মসি ভারত সরকার খঙনা অমসুং য়ানা শেমখিবনি। অদুবু হৌজিক্তি, মহারাজ মতোমতমক ভারত সরকারনা মশক খণ্ডই হায়রি। প্রজাগী য়াইফনবা প্রজাগীদমক থরাই কৎলবনি হায়দুনা লাউরিবা ভারত কংগ্রেসকী নেতা শ্রীপ্রকাশনা – মনিপুর প্রজাগীদি মরা তাদ্রবসু য়াই, প্রজাগী শাসন মশক খঙদে হায়রি। খুদোং চাবক চাবকপগী মতুং ইন্না, সহি তৌহনলমদাইদদি ফত্রে

হায়হললিবা মহারাজদা ওনশিনবা, মহারাজবু খোঙ্গোইনরমদাইদদি মন্ত্রী ফম ফংহৌদ্রবা মনিপুর কংগ্রেসকী নেতাশিংগা চিরোন তৌনরগা প্রজাগী মাইকৈদা ওনশিনবা, নুমিৎলৈদগী হেন্না ওয়্গ্লেক-ওনশিন তৌবা য়াবা ভারত সরকারগী খুজিল থৌরাংনি। ঐখোয়গী খ্বাইদগী লাইবক থীবদি, মহারাজ বোধচন্দ্রনা – কংগ্রেসনা শেন্থা ভারত সরকার, গর্ভনর শ্রীপ্রকাশ, ভারত সরকারনা হাপ্পা দেৱান ওইরিবা রৱাল অমর সিংহ অমসুং মনিপুর কংগ্রেস – পুন্নমক অসিগী অপাম্বদি হেক হৌরকপদগী অমখক্তনি হায়বসি নিংথিজনা খঙদবগুম উই। শিলোংদা লেংঙকইবা অসিগী মরমসু মনিপুর কংগ্রেসকী মথক্তা, দেৱানগী মথক্তা, শ্রীপ্রকাশতা ৱাকৎপা লাকপনি! হৌজিক 'ৱেদ লেন্দস'তগী মপান থোকহন্দনা লাম্মীনা কোইশিন্দুনা থমলবা ফাওবদা শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুষ্টমজিনা মহারাজবু অকিবা অমদি পোকলি। হান্নসু কোইশিন্দুনা লৈরবা সিফাইশিংদুগী মথক্তা অতে সিফাই ময়াম অমসু ঙসি খোমজিল্লকলম্মী। শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুষ্টমজিনা পিরিবা মহারাজগী 'থৌগন' অসিদা মহারাজনা ইম্ফালদগী পুখিবা নোংমৈ পায়বা সিফাই নিপান অদু উপায় লৈখিদ্রে। লোইনরকলিবা মনাই-মশলশিং অমসুং 'ৱেদ লেন্দস'তা লৈরমলিবা পুন্নমক তৌরকলিবা মতৌ অদুদা ফুম্বংনখ্রে। মহারাজ বোধচন্দ্র মতোমতমক প্রজাগী মৱা তাদনা সহি তৌরোই হায়দুনা লেপলি। মনিপুরীশিংগী লিরবা ইতিহাস অসিদা জাতি অসিগী লাইবক মহারাজ বোধচন্দ্রদা হৌজিক শিন্নবগুম, মী অমত্তগী মথুক্তা কৈদৌঙেদসু শিন্নখিদ্রি।

## সেপ্তেম্বর তাং ২০

অয়ুক নোংঙাল্লগা মহারাজনা শ্রীপ্রকাশকী চিঠি অদুগী পাউখুম হল্লে। খল্লগদবা ৱাফমশি মহাকনা হান্না খল্লম্বদদি ষ্টেট মনুংতগী ওইবা ঙাক্তনি; তৌইগুম্বসুং মাগী ৱা হান্না তাবিখো হায়জখ্রবমক্তদা গর্ভনরনা খল্লগদৌরিবা ৱাফমদি ভারত সরকারগী ৱারেপ অসিনি হায়না ফোংদোরকপা অদু লাইবক থিবনি; শক্তি পুন্নমক মাঙোন্দা লৈরিঙেদদি মহাক্কা হাকথেংননা শন্নবা অদু ওইথোকলম্মী; হৌজিক্তি ভারত সরকারনসু য়াবিখ্রবা মনিপুব ষ্টেট কনষ্টিট্যুশন এক্তকি মতুং ইন্না মহাক্তি প্রজাগী মীখলনা শেন্থা এসেমব্লীগী মপুং ফানা দায়িত্ব লৈরবা গর্ভনমেন্ট অমগী মমিংতা

ঙাইরবা মকোকনি; লৈবাক্কী শক্তি অমসুং শাসনদি প্রজাদা শিন্নগ্রবনি; অদুনা প্রজা মীয়ামগী খোল্লাও অদু মহাক্কিসু খোল্লাওনি; অসিগুম্বা রাজ্যমশিংদদি আসামগী গর্ভনরমকনা য়াবিগ্রবা মনিপুর ষ্টেট এদমিনিষ্ট্রেসন রুলকি রুল নম্বর ২৮ (২)গী মতুং ইন্না মহারাজ অমসুং মন্ত্রী মন্দল অনিমক্কী অপুনবা দায়িনি; অমসুং নিংথৌশিংনা শক্তি লোয়না পায়শিল্লি হায়রিবা ত্রিপুরা অমসুং কুচবিহারগী রাজ্যমগা মনিপুরগা য়ান্না খৈন্নে হায়দুনা মহারাজ বোধচন্দ্রনা শ্রীপ্রকাশতা শন্দোক্লা হায়রম্মী। অদুনা প্রজাগী মিহুৎশিংগা তান্নরগা, মনিপুর প্রজাগা ভারত সরকারগা খ্বাইদগী চান্ন-চিন্নবা মরী পুরকনবা মহাক্লা ঙমজবা হোৎনরক্কনি হায়বসি থাজবিয়ু হায়নশু মহারাজনা চিঠিদা খঙহনখিরম্মী। অশাংবা চিঠি অসিগা লোয়ননা অতেনবা চিঠি মচা অমসু মহারাজনা শ্রীপ্রকাশতা থাখিরম্মী। চিঠি অসিদা গর্ভনরনা পাম্বা মতুং ইন্না মহাক হায়নখিবা মতমদা ঙসি লাক্তি লাক্কনি; অদুবু মদু ইচম চম্না গর্ভনরদা ইকাই খুম্নবা উৎপগী রাতনি; মহাক্লা হায়নিংবা পুন্নমক্তি ইনখ্রিবা চিঠিশিংদা লোইনমক হাপগ্রবনি হায়না শ্রীপ্রকাশতা খংহল্লকপনি।

ঙরাং নুমিদাংচুপ্পদগীনা হৌজিকফাওবা লৈনরিবা ফিভম অসিদা মহারাজগা গর্ভনরগা উন্নরগা অমুক মখা তানা রারী রাতাই শানবগী আশা অসি থরাক-থাবাক যান্দুনা লৈরবনি। খোংফম অমত্তং শোয়খিবদা নাকল অমনা হেক্তা ঙমখিবা নত্রগা মাইথিবা য়াবা মতমনি। নাকন অনিমকনা থাজবা অমসুং অনিমক্কী ঈ-পাউ খঙবা ঙম্বা মীওই অমখক্তংদি শ্রীপি, সি, দাসগুপ্ত অসিনি। মহাক মতম কুইনা মনিপুরগী পোলিশ সুপরিনটেনদেন্ট ওইনা লৈরুবা, মহারাজনা য়ান্না থাজবা মীওইনি। হৌজিকনা মহাক শিলোংদা আসাম সরকারগী স্পেসিয়েল পোলিশ সুপরিনটেনদেন্ট ওইনা সি, আই, দি, গী মকোকনি। অদুনা শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুস্তমজিনা শিজিন্নরিবা 'রেদ লেন্দস'তা মীকুপ-নাহুম য়েংহন্দুনা লৈরিবা ফিজম শেৎপশিং অসিসু শ্রীদাসগুপ্তনা থাদোকপা চুরানথাবা ঙাক্তনি; অদুগা মহারাজগী মনাক্তা লাকলগা লোন্না-চিক্লা ভারত সরকারগী গর্ভনরগী রুস্টমজিগী অরোনবা পাউ মহারাজদা তন্নরিবশু শ্রীদাসগুপ্তনি। মনিপুর ইতিহাসকি চিরবা তানফম অসিদা কদায় ফাওবা বঙ্গালী মচা অসিগী থৌইনশিন্দগী ঈথৈ অমা হোংহনখিবগে হায়বসি ঐখোয়না নিংথিজনা খঙলরোই নিংই। তৌইগুম্বসুং নিংবা কায়রবা বন্দি ওইনা থম্বিরবা

মহারাজ বোধচন্দ্রদা – করিগুম্বা মহারাজনা সহি তৌ হায়বসি য়াম্রগস্, মহারাজ ওইহনবা য়াবা অতোপ্পা নুপা অমবু ভারত সরকারনা মহারাজ ওইনা মহাক্কি মহুত্তা হাপলগা ভারত সরকারগা য়ান-চেরোল অসি সহি তৌহনলগনি – হায়বা পাউ অসি, শ্রীদাসগুপ্তনা তমখিবনি। করম্বা তাল্লক্তা করম্বা মওংদা, শ্রীদাসগুপ্তনা মহারাজদা পাউ অসি তমখিবনো হায়বসি খঙলরোই। অদুগা পাউ অসি কয়া য়াম্না চুম্বনো নত্রগা মহারাজগী পূক্লিং ওম্রবা শরৌ তৌনরগা অরোয়বা খুৎলাই ওইনা শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুষ্টমজিনা শিজিন্নখিবনো হায়বসিসু খঙলরোই। মরমদি, মপানগী সংসারগা শন্নহন্দ্রবা মতমসিদা ঈ-পাউ খজিক্তুং ওইরবসু 'রেদ লেন্দস'তা পুরক্লিবসি শ্রীদাসগুপ্ত মতোমতনি অমসুং মহারাজগা য়ারি শানবদগু অতৈ কনা য়াওহন্দনা চিকনা ঙাংনখিবনি। করিগুম্বা শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুষ্টমজিগী ফত্রবা শরৌদগী তৌহনখিবমক ওইরম্রবদি (মখোয়নিগী লিচৎকা হায়রুববদি য়াম্না ওইথোকনিংঙাইহনি) মখোয় অনিনা শ্রীদাসগুপ্তবু খুৎলাই ওইনা, মফম অমসুং মতম চপচানা শিজিন্নখি। হৌজিক শ্রীপ্রকাশ উম্নরমদাই তাল্লক অসিদা মহারাজগী পূক্লিং খংওন ওলহনলে অমসুং মসিগী মরুদি মহারাজ বোধচন্দ্র য়াওদ্রবগু সহি তৌহন্নবা শীন্নগনি হায়বা পাউ অসিনি। নুমিৎ হুমনি চংনা মহাক মতোমতগা ভারত সরকারগী লৈজবা শক্তি পুন্নমক্কা মাইয়োক্নরকপা অসিমকনসু ওকলবা মহারাজ বোধচন্দ্রনা, খুরক্কি ঈনা লাই শাগদৌরি হায়বা পাউ অসিগীদমক্তদি থৌরাং তৌহৌদ্রে। কদাই ফাওবা মসি অচুম্বা নত্রগা শাশিন্নবা পাউ ওইরমগদগে হায়বা থিজিন্নবগী শক্তি লৈদ্রে; শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুষ্টমজিগী হোৎনজমন মহৈ য়ানগদৌরে।

অদুনা নুমিৎ অসিগী অয়ুক পুং মাপন তাবদা মহারাজগা শ্রীপ্রকাশকা অমুক হন্না গর্ভনমেন্ট হাউসতা উন্নবা মতমদা, হান্নগী থেঙ্গু চংদবা, ধমকা তৌবগু কিদবা মহারাজ বোধচন্দ্রদু ওইখিদ্রে। ভারত সরকারনবু মনিপুর অসি লৌশিন্নবদি পুন্নমক শান্তি ওইরগনি, মহারাজগী নাকোং য়াই চিন্নরোই, শেল থুমগী অরাং-অপা লৈররোই, মনিপুর অসি স্বর্গগী লৈবাক অমা ওইরগনি হায়না শ্রীপ্রকাশনা থাজহনলকপা; মসিনা অমরোমদা মহারাজগী ধর্ম্মদা কষ্টমদা লৈবা মতিক মঙন হন্থহনবদি লায়রদুনা 'প্রিভি পর্স' চাউনা ফংলগা হেন্না চীং-লেন্না লৈরগনি হায়না থেমমকপা – পুন্নমক অসিদা মহারাজ বোধচন্দ্র খাঙবা য়ারে। অসিগুম্বা ফিভম

অসিদা, ভারত সরকারগা মহারাজগা য়ান-চেরোল অমা সহি তৌবা হায়বসি মহারাজনা য়ারে। চেরোল অদুদা পনগদবা চাউরাকপা য়াফমশিং ফাওবা য়ানরে। ভারতকি অতৈ নিংথৌ পানবা ষ্টেটশিংদগী তোংঙানবা য়ান-চেরোল অমা শেন্নবা হোৎনবদা পুক্রিং ওনশিন্নরে। মনিপুরদা চংথোক-চংশিন তৌবদা পাসপোর্টকী মওং অমা থম্বা, ময়াংশিংদা লম য়োনবা য়াদনবা, পব্লিক সার্ভিসতা লৈরম্বশিংগী থবক্তা অপনবা পিদনবা, মহারাজগী 'প্রিভি পর্স'গী শেনফম লেপ্পদা হায়বদি থোইনা মরু ওইদ্রবা য়াফমশিংদা খন্নরে। অদুগা, নিংবা কায়রবা মহারাজ বোধচন্দ্র 'রেদ লেন্দস'তা অমুক হন্নকলে।

হৌজিক শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুষ্টমজিনা মখোয়গী তাল্লিবা পুন্সুং অসি য়ৌগদবা খজিক্তং ঙাইরে হায়বসি খঙই। অদুমকপু তাল্লক অসিদা মহারাজগী পুক্রিং খংহোং হোংখিবা য়াই হায়বসি মখোয় অনিনা চিংনদবা ঙমখিদে। তশেংবমকপু, প্রজাগী মরা অসি তাদনা লোনজা-লোনথুপননা য়ান্না লুরবা য়াফম অমা মহাক মতোমতনা লেপথোক্নদৌরে হায়বসি খল্লুবদা, শ্রীপ্রকাশনা ফনা নিংথিজনা পুন্নমক অসি মনিপুরগী অমসুং মহারাজগী ফনবনি হায়দুনসু, মহারাজ বোধচন্দ্রগী য়াখলদা নিংজিং-মাংজিংনবা অমদি কন্না হৌজিকসু লৈরি। মরম অদুনা মহারাজনা অমুক পুকচেল হোংখিদনবা অমসুং ঈংনা য়াখল খনবা ঙমহনদনবা, য়ারী শানবা লোইরগা মহারাজনা হনখ্রবা মতুংদা শ্রীপ্রকাশনা চিঠি অমা থারক্নুনা – ঙসিদি নুংথিল পুং ৫ তাবদা মহারাজগী লৈরিবা মফমদুদা লাকচগে হায়না হায়রম্মী। লাক্নু হায়রুবদি য়াদবনিনা, গর্ভনরনা লেংঙকপদা মতিক মপা চানা নিংবা থুংহনবা ঙমগনি হায়নদি নিংদে, অদুবু লেংঙকলবদি য়াম্না নুংঙাইজগনি হায়না পাউ হনখিরম্মী। শ্রীপ্রকাশনা নুংথিল লাকপদা রুষ্টমজিশু লোইনরকই। মখোয় লাকপগী কোইচেন চেন্দুনা শেম শাবা হোৎনহল্লিঙৈদা মহারাজগী মনাই মশল লোইনমকসু জ্ঞান মেন তানদ্রে। ঙসি অয়ুক য়ানখ্রবা ভারত সরকারগা ইনগদবা য়ান-চেরোল অদুদা অৱাৎ-অপা শেমদোক-শেমজিন তৌনবগী মতম ফাওবা মহারাজ অমসুং প্রাইভেট সেক্রেটরীদা ফংদ্রে। মনিপুরগী খ্বাইদগী মরু ওইরবা কবো তম্পাক ঐথোয়দা হঞ্জনহনবগী য়াফম অদু চরাংনরিঙৈদা কনানপু নিংশিংনখিদ্রে। অদুগা শ্রীপ্রকাশনা 'রেদ লেন্দস'তা লাকপা মতমদা, ভারত সরকারনা মনিপুরদা পাসপোর্টকি নিয়ম থম্বা

অমসুং মনিপুরী নত্তবদা লম পিথোক-য়োম্লোকপা য়াহনগনু হায়বদুদি য়ারক্নে; তৌইশুম্বসুং সরদার পটেল তানরবা মতুংদা মহারাজগী 'প্রিভি পর্স' ফাওবদি লুপা লাখ অহুমদা য়ারকলে হায়না পাউ তল্লরে। অসিগা লোয়ননা, শ্রীপ্রকাশনা মহাক্কি হৈজবী য়াঙাং শিজিন্নদুনা মহারাজগী চিংনবা খজিক্তং লৈরিবফাওবা কোকনবা হোৎনরে। রুস্টমজিনা মাগী লাইরিক্তা হায়বা মতুং ইন্নদি, মহারাজগা শ্রীপ্রকাশকা তোঙান্না উন্নবা মতমসিদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা অকোনবদদি পুন্নমক অসি শ্রীপ্রকাশকি মখুত্তা, মহাকনা ফগদবা য়েংদুনা তৌগ্রো হায়না শিন্নথোকলম্মী। মহারাজ বোধচন্দ্রগী খাঙবা ঙম্বগী শক্তি লোইগ্রে; মনিপুরীশিংগী চারোল-শুরোন ফাওবগী লাইবকশু শ্রীপ্রকাশকি মখুত্তা শিন্নখ্রে। মরমদি হৌজিকফাওবা মহারাজনা শ্রীপ্রকাশবু মী অমা ওইনা থাজে। পুন্নমক অসি শোয়রক্রবা ফাওবদা মহারাজগী পুক্রিং খজিক্তং লুমজবা হায়বসু শ্রীপ্রকাশতনি। শ্রীপ্রকাশ কুম্বনা মহুৎ শিল্লিবা ভারত সরকারবুশু থাজরুবদগী থাজবনা লাননবা হায়বদু ওইগদৌরি। নোংমৈ মরু অমা ফাওবা কাপনখিদনা ভারতকা মনিপুরীশিংগা শোকনবা 'লান' ঙসি লোইরে; হয়েংদি সন্ধি ইনগদবতা মঙাইরে। ঙসিদি শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুস্টমজিগী জয় ওইবা নুমিৎনি। মখোয় অনিনা 'রেদ লেন্দস'তগী হনখ্রগা নুমিদাংদুমক্তদা, মহারাজগী থৌজাল হৈবা, মখোয়বু তরাম-তরান্না ওকখিবা পুন্নমক হন্না হন্না থাগত্তুনা মহারাজদা চিঠি ইরকলম্মী। ঙসি নুমিদাংসিদি, মখোয়তা নত্তনা নাদুনা লৈরিবা সরদার পটেলফাওবা হরাওফম থোকই।

## সেপ্তেম্বর তাং ২১

ঙসি অয়ুক পুং মাপন তাবদা অরোইবা ওইনা য়ান-চেরোলগী সহি তৌনরসি হায়না ঙরাং লেপনখ্রবনি। অদুবু মহারাজনা হকচাং খরা চোকখখিবনা নুংথিল ওইনা পুং অনি মখাই তাবদা লাকলগে হায়না চিঠি মচা অমা ইদুনা হায়খিরম্মী। পন্তুং য়ৌরবনিনা শ্রীপ্রকাশসু মহারাজনা হায়রকপা খুদিংদা ইয়া য়ারে। মহারাজগী অপাম্বা মতুং ইন্না ইনগদৌবা য়ান-চেরোল অদু হাপতোক হাপচিন তৌরগা হৌজিক তাইপ তৌদুনা লৈরে, অদুগা অয়ুক নত্রবসু নুংথিল পুং অনি মখাই তাবদা মহারাজবু ওকচরবদি নুংঙাইজগনি হায়না শ্রীপ্রকাশনা পাউ হন্নকলম্মী। নুংথিল অদু খরা

তৌদুনা লৈরে, অদুগা অয়ুক নত্রবস্ নুংথিল পুং অনি মথায় তাবদা মহারাজবু ওকচরবদি নুংঙাইজগনি হায়না শ্রীপ্রকাশনা পাউ হন্নকলম্মী। নুংথিল অদু খরা থেংলপনা মহারাজ গর্ভনমেন্ট হাউসতা লেংলে। য়ান-চেরোল অদুদা শেমদোক শেমজিন মচা মচা তৌনবদগী হন্না হন্না তাইপ তৌনরে। ঙাইদুনা লৈনরিঙেদা, গর্ভনমেন্ট হাউসকী ফজরবা লৈকোনদা চত্নুনা মহারাজবু অদুক্কি মতিক হরাওনা থম্না য়াবমথৈদি লৈহন্নবা হোৎনরি। শেমদোক শেমজিন পুংলোই লোইববা কান্দা, নুংথিল পুং ৫ বোম তাবা মতমদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা মনিপুরগী শাসন ভারত সরকারনা ইং ১৯৪৯ গী ওক্তোবর তাং ১৫ দগী লৌশিনবা য়াবগনি হায়বা চেরোল অদু সহি তৌরে। ভারত সরকারগী মাইকৈদগী ষ্টেটস মিনিষ্ট্রীগী এডভাইজর শ্রী ভি, পি, মেনননা সহি তৌফম থোকপনি। মনিপুরগুম্না ষ্টেট মচা অমগীদমক মতম কায়থোকপা শংদে হায়রগী মতাগুম মশা লাক্তরনিনা মাগী সহিদি নুমিৎসিদা য়াওদ্রে। শ্রীপ্রকাশনা নাকন্দা শাক্তি ওইনা সহি তৌবগা নুমিৎ মঙানি চুপনা চৎখরকপা মনিপুর লৌশিনখিবগী দ্রামা অদু লোইশিনলে। শ্রী ভি, পি মেননগী সহি লৌনবা চেশিং অদু দিল্লিদা থাখিবা হায়না লেপনরে। অসিগা লোইননা, মহারাজনা হায়জবা মতুং ইন্না, সহি তৌনখিবা ঙাংনখিবা পুন্নমক অসি মহারাজনা ইম্ফাল য়ৌদ্রিবফাওবদি প্রেসতা কনামত্তদা খঙহন্দবা হায়নস্ য়ানবে। সহি তৌবগা মহারাজনা 'রেদ লেন্দস' তা হনখ্রবা মতুংদা শ্রীপ্রকাশনা অমুকস্ হন্না মহারাজবু থাগৎতুনা চিঠি ইরকল্লম্মী। মহারাজগীদি থাগৎনিংঙাই লৈতবনিনা চিঠি অমুক হনখিদ্রে।

পজেং ফিরাল থেৎকে চৎলুবদা . . . .

হৌজিক্তি অচৌবা পোৎলুম অসিমা লৌথোকখিবদা নাকন অনিমক্তা ইয়াং য়াংনবে। সেপ্তেম্বর তাং ২৪ ফাওবসি বোধচন্দ্র শিলোংদা পোখাদুনা অদুম লৈখরে। মরক অসিদা শ্রীপ্রকাশশু কষ্টমজিশু মহারাজগীদমক্তনি হায়দুনা গর্ভনমেন্ট হাউসকি হৈ-লৈ মখন-মখন, ইনশাং-নাপীনচিংবা 'রেদ লেন্দস'তা থাবকলম্মী। নিংশিং খুদম ওইনা শ্রীপ্রকাশনা মহারাজগীনি হায়দুনা অনধ্রগী খাদি ফৈজোম অমসুং ফি পিরকলম্মী। মহারাজনশু লাইগী 'প্রসাদি' পিখিরম্মী। মহারাজনা

খোংশানদ্রিঙেদা বিদায় ওইনা উদ্রবা লাক্কনি হায়রকপনি; অদুবু থবক চিনমনখিবনা শুমলোইদৌরে হায়না তাং ২৪ দা বিদায়গী চিঠি অমা শ্রীপ্রকাশনা ইরকলম্মী। মহারাজগী মতেং নংলমদ্রবদি পুন্নমক অসি ওইথোকলমমোইদবনি হায়না অমুকসু হন্না মহারাজবু থাগৎলম্মী।

তাং ২৪ অসিদা মহারাজগী লোইনরকপা মনাই মশল অয়াম্বদি কাংলুপ অনি থোকনা খায়দোকলগা ইম্ফালগীদমক যাত্রা তৌহনখ্রে। কাংলুপ মশিং খরা ম্নাম্বা অমনা মহারাজনা ইম্ফালদগী পুরকপা কার, জিপ, অমসুং ট্রকতা চৎহনখ্রে; কাংলুপ অমনা রেলগারিদা চৎখিনবা তৌরে। মহারাজগা লোইননা অতোপ্পা মীওই তরুকখক্তমক লৈহৌরে। তাং ২৫ গী অয়ুক অঙনবদা গর্ভনরনা মহারাজগীদমক হ্রদিবেকর কার অনিখক 'রেদ লেন্দস'তা থারকই। কার অনি অসিদা তোংদুনা মহারাজ অমসুং মহারানী খোংবু গৌহাটি লম্বিদা লাকলে। অদুগা নুংথিলদা গৌহাতিগী কাহি কুচি এরোড্রোমদা গর্ভনরনা শিজিন্নবা 'দোভ' প্লেন মচা অদুদা তোংদুনা ইম্ফালদা হন্নকলে। প্লেন অদুগু পিকমনবনা মহারাজগী বেদিংশিং অমদি তাইপ রাইটর অদু ইম্ফালদগু বি, ও, সি, গী এজেন্ট ওইবা সলিগ্রাম রায় চুনিলাল বহাদুব এন্দ কোংগী শুকখং খঙনদবা মীওই অমদা কোন্না লৌজরগে হায়না শিন্নরমলগ মায়থিরবা ইনিংথৌ মাইথোং লাংশন্না কোইরেঙ্গৈ এরোড্রোমদা নুংথিল পুং ৪ তাবদ থুংই। কোইরেঙ্গৈদগীনা সনা কোনুং ফাওবা আসাম রাইফলসকি মরিশুব বতালিয়নগী সিফাইশিংনা চেকশিন্না ঙাক-শেন্দুনা লাকই। মহারাজ বোধচন্দ্রগী শিলোংগী খোংচৎ লোইরে। মনিপুর ইতিহাসকি মরু ওইবা তাংকক অমগ লোইরে। ●

# মনিপুর মীয়াম্না য়ানখিব্রা

**কল্লক মাঙদা চাং তাবা**

মহারাজ বোধচন্দ্রনা শিলোংদা লৈরিঙেদা শ্রীপ্রকাশতা মখোয়না ঙাংনখিবা অমসুং য়ানখিবা পুন্নমক অদু মহাকনা ইম্ফালদা য়ৌদ্রিফাওবদি কনামত্তদা খঙহনবিগনূ হায়না য়াম্না চেংনা পাউমেনজখিবনি। মরম অদুনা শিলোংদা লৈবা খবরগী মীওইশিংনা তৌনরিবা ঈরাং অদুদা চিংনদুনা য়োমশিল্লবফাওবদা শ্রীপ্রকাশনা করিগুম্বা অমত্তা খঙহন্দনবা হোৎনখি। মহাকনা ভারত সরকারগী ষ্টেটস মিনিস্ত্রীদা পাউ থাদুনা মহাবাজগী পামজবা অসি কায়দনবা ভারত সরকারগী মাইকৈদগীশু অয়োনবা রাফম অসি প্রজাদা খঙহল্লক্তনবা শীনখি। অদুবু তশেংবমক্তি, তাল্লক অসিগীদমক্তদি মহারাজ বোধচন্দ্রগা মখোয়গী অপাম্বগা চপ মান্নরবনি। ভারত সরকার অমসুং শ্রীপ্রকাশনা কৈদৌঙেদসু মহাবাজনা ইম্ফালদা হেক হনখিবগা মহাকী চীং-তম প্রজাদা মতৌ করম্না মহাকপু শিলোংদা নমদুনা সহি তৌহনখিবগে হায়বদু তশেং-তশেংনা পাউ তমহনবা পামলমলোই। মদুনা ঈশিং ইচাউগুম্না খোরকহনবা যাবা প্রজা মীয়ামগী ঈহৌ অদু মখোয়না মঙদফাওবা খোকহননিংলমলোই। মরমদি, মনিপুব এসেমব্লী ইলেকসনদা ভোৎ কাহৈদ্রবা নত্রগা মন্ত্রী ফম ফংহৈদ্রবা, লাইরিক্তি হৈজিল্লুববা মনিপুর কংগ্রেসকি তৌফম খঙদ্রবা নেতাশিংনা প্রজাদা উৎ চাইদুনা হৌ-হৌ চোংদুনা মনিপুর প্রজাগী মহুৎ শিনবা শাশিল্লবা অমসুং অমরোমদনা মনিপুরগী নিংথৌবু অচুম্বা প্রজা মীয়ামগী থম্মোইদা করম্না লুনা খনবগে হায়বদু শ্রীপ্রকাশ ফাওবনদি শোয়দনা খঙলমগনি; লোইননা অকিবা অমত্ত পোকলমগনি। শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুষ্টমজিগী লল্লাই ওইনা,

মখোয়না শিলোংদা মহারাজ বোধচন্দ্রগী মফমদা চৎখিবা লিচৎ-শাজৎ অদু পৃথিবীগী মাংদা পুখোকপদা লেমজনিংঙাই ওইবা করিশু য়াওদে। অদুবু মখোয় লোইনমক্কী শাথিনা লাইবক ফবা হায়ববু মহারাজ বোধচন্দ্রনা মহাক মশাগী ওইনা মনিপুর প্রজাগী মফমদা লংজখিবা "মরাল" অদুতবু খনখিবা, মহাক্না প্রজাগী মরা তাদনা নিংথৌরোল কয়াদা অমুক্তা তৌরক্রুবা থবক অমা তৌরুরে হায়বসিতা খনখিবা অমসুং মনিপুর প্রজাগী মাংদা য়ারবদি শক ফাওবা উৎনিংখিদবা ৱাখল অদুনা মখোয় লোইনমকপু কনখিবনি। মতৌ অসুন্না শিলোংদা মনিপুর লৌশিনবগী দ্রামাদা য়াওরুবা পার্টি খুদিংমক্কী অপাম্বা অসি তোংঙান-তোংঙানবা মীৎয়েংদগী য়েংনরকলবশু চপ মান্নরবনিনা, মহারাজনা ইম্ফালদা য়ৌরকলবফাওবদা অমশু অমশু য়ানখিবা ৱাফম অদু হায়দোকনদ্রে। মহারাজশু, গর্ভনরশু, ভারত সরকারশু .ওক্তোবর তাং ১৫ য়ৌদ্রিফাওবদি তুমিন-তুমিন লৈনবে।

অসিগুম্বা ফিভম অসিদা মহারাজ বোধচন্দ্র অমসুং শিলোংদা মহারাজগী থৌগল তৌরুবা মনাই-মশলশিংনা ইম্ফালদা থুংলরবা মতুংদগীনা ভারত সরকাবনা মনিপুরগী শাসন লৌশিনগদবা নুমিৎ ওক্তোবর তাং ১৫ ফাওবা ঙাইবা অসিমুক ৱাবা মতম মখোয়গী পুক্সিদা মাংদশু অমসুং তুংদশু থোকলমলোই। মহারাজনা মহাক্কী মনাও নুপা চিফ মিনিষ্টরশু ওইরিবা মহারাজকুমার প্রিয়বর্ত্ত ফাওবদা শিলোংদা করি করি তৌখ্রবগে হায়বসি খঙহনদ্রে, অদুনা হৌজিক ফাওবদি সরকারগী ওইনদি ওফিসিয়েল ওইনা অহোংবা করিশু লৈতবনিনা মখোয়গী চৌক্রি মুনখিগদৌবে খঙজদবা মন্ত্রীশিং, ইতিহাসকি চেম্বরকপা ইচেলদা ইরাকনগদৌরবা মনিপুর এসেমব্লী এম, এল. এ, শিং, অপিক-অপিকপা মখোয় মশানা শেমজবা নিয়ম রুলস কয়াদগী হেল্লা উবা ঙমজদবা ওফিসারশিং – মখোয় লোইনমক হান্নগী হান্নগী হৈনজবী থবক মচা মশু ময়াম তৌনদুনা লৈরি। মহারাজ বোধচন্দ্রনশু মপানথোংদদি করিমত্তা হোংদ্রি হায়বসি উৎকে মতাঙুম নত্রগা দেৱান ওইরিবা বরাল অমর সিংহগী মমাংদা কল্লক পেনবা ওইনা "শক্তি" উৎকে মতাঙুম নত্রগা মহাক্কী অচানবা মনাইদা অরোইবা লমন শিংলমগে মতাঙুম – ওক্তোবর তাং ১১ দা লাইমন ওইদুনা লাকলবা মহম্মদ অলিমউদ্দিনগী ইলেকসন কেস অদুদা মহম্মদ অলিমউদ্দিন্না চুমই অমসুং ইলেকসন ত্রিবুনেলনা লাল্লি হায়না রায় তারম্মী। হান্নদি

ভারত সরকারগী শরৌদগী থওইনা মহারাজগী খোইদৌ শাওগৎনবা চক্রি ওইনা 'ইলেকসন কেসতা মহারাজগী শক্তি লৈতে' হায়না কংয়েৎ-য়েৎলম্বা ররাল অমর সিংহশু আসামগী গর্ভনরশু ভারত সরকারশু হৌজিক্তি মখোয়গী অপাম্বা পম্বুং য়ৌরবনিনা য়েৎখিদ্রে। নুমিৎ হুমনিতং ঙাইরগা মনাই ওইবা তোক্তুনা মপু ওইরগনি খঙলবা ররাল অমর সিংহনা লম্রাই ওইনা হৌজিক পুকচেল চাউথোকপা ঙম্বসিদা লোম্না নুংঙাইজবা ফাওই। অদুগা মপানথোংদদি করিশু তৌদবা শারবশু থম্মোইনুংদদি মহারাজ বোধচন্দ্রনা, ইকুই কুইদনা মহাক্কা ররাল অমর সিংহগা লৈনরবা য়াবা মরি অদু খল্লুবদা কল্লক মাঙদা চাং তাবগী খম থেংবা চৈনাখোন অদু ফাওরমগনি।

## কোরফু কায়রগা তুমবা লেপশিনবা

চাগনু হায়বা পোৎনা হেননা চানিংবা, হায়দোকপা য়াদে হায়বা রা-না হেন্না হায়দোকনিংবা হায়বসি মীওইবগী হৌনশানি। মহাবাজগী থৌগল তৌবদা য়াওরুবা মনাই-মশনশিংনা মখোয়না শিলোংদা খেংনরকপা মঙশুন্নবা থৌদোক অদু ইমুং মনুংদা কৈরোই লৈকাইদা লৈপুং ফম্বদা খঙন-চান্নবশিংদা শোয়দনা পাউ তমলমগনি, রারি শান্নরমগনি। করম্বা তারিখতগী করম্বা মওংদা থোক্কদগে হায়বসি লোইনমকনা খঙনরক্কবশু, ভারত সরকারনা মনিপুরগী শাসন লৌশিনবা য়াননবা মহারাজ বোধচন্দ্রবু নমদুনা শিলোংদা সহি তৌহনশ্রে হায়বসিদি মখোয় লোইনমক্কা খঙই, হৌজিক ফাওবা শং শং লাউনা উনরি। অদুনা মহারাজগী মাইকৈদগী ভারত সরকারদগী ওফিসিয়েল ওইবা পাউ অমত্তা ফংদ্রবশু – 'নিংথৌগী গাদি মুথৎকদৌরে' 'মহারাজ তোক্কদৌরে' 'নিংথৌ পান্নোইদৌরে' হায়বনচিংবা পাউ অসিদি তোকঙা পামজবা মনিপুরীশিংনা ফি য়োনফমদা ঙায়োনফমদা তত্তনা ঙাংনবা, অমদি লম্বী-লমখাংদা লম্বী রারি ইমুং-মনুংদা ফুঙ্গা রারী ওইনরবা রাফমনি। তাঙ্গা অসিদা মনিপুরগী মশক মমিং খঙবিদ্রবা, লাইরিক লাইশু হৈবনি হায়নশু মীনা শিংথাবিররোইদবা, তৌইশুম্বশুং মজাতিবু অমসুং নিংথৌবু নুংশিজবা, নিংথিজনা তম্বীরবা তেনরাঙম মপানগী রাজনীতিগী শ্রোক চিনফা পুনিংদবা, অচম্বা চীং-তম লোইয়া তময়াগী মশিং লাকঙমদ্রবা প্রজাশিংদি "জাপান লান"

হল্লক্লকপদগী মাঙতাকখিবা ময়ামদু খজিক্তুং শেমজিন্নবা হোংনবদা, লাল্দা শিখি-নাখিবশিংগী নিংঙমদবা মৈচাক খরদং খাঙননবা, ঙাতোন শিকিগী চাবা ঙক্লমদবদু হৌজিক লূপা-লূপাগী হিংদা হায়গৎলকলিবসিগী পাউখোং ফোংননবা, লান মতুংদগী পৈশাবু উং-রাইদৌনা শিজিন্নরক্লিবা ময়াম অসিদগী খংহোং-হোংলকপা অপিক অপিকপা রাফমশিংদা পুক্লিং লূপতুনা লৈরি। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিগীদমক্তদি পায়রি-পায়রিবা অযুক নুমিদাংগী থবক্তগী ঙক হায়গতুনা শম্বল রাংমদা কনানা করি তৌরিবগে হায়না য়েংলুনবগী মরম লৈতে।

অদুবু মতম অসিদা মখোয়শিং অসি নত্তবা ঐখোয়গী মীওই কাংলুপ অমত্ত লৈরি। মখোয়না চেক্লরকলিবা ইতিহাসকি ঈরে অদু মশক মুল্লা খঙই; হন্দক্তি তাঙ্গা অসিদা জাতি অসিগী চেকশিনবা ফিরেপ অমা লৌহৈদ্রবদি ঈশিং ঈচাউদা তাউথখিবা কাউশিংঙুম জাতি অসি মাঙখিবা য়াই হায়বসি খল্লুবদা তু-চুংবা পোকই। অদুবু সিগুম্বা মীওইশিং অসি মশিং য়ামদে অমসুং মীয়াম মাঙদা অহৈ-অপা শারুনবগী অপাম্বত্ত পোকতে। মহারাজনা শিলোংদগী হেক হল্লকপদগী নৌহৌনা শন্দোরকলিবা পাউ ময়াম অদু হান্নগী হান্নগীগুন্না তোকঙা ওইরবোই খল্লুই। মরমদি, ভারত সরকারগা মনিপুরগা লৈনগদবা মরী অসি ভারত সরকারগা ইং ১৯৪৭ তা মনিপুরগা য়ানখিবা "ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এক্সেশন" গী মতুং ইন্না হিরম অহুমক্তদা – 'দিফেন্স' 'কম্যুনিকেসনস' অমসুং 'এক্সটরনেল এফ্যার্স' কী মতাংদনি; হৌজিক লৈনরিবা মরী অসিনা নাকল অনিমক্কী খ্বাইদগীত্ত ফরবা অরেপ্পা ফিরেপনি; অদুগা পন্দিত জবাহরলাল নেহরুমকনত্ত ইফোং-ফোংনা মনিপুরগা ভারতকী অতৈ ষ্টেটশিংগী রাফমগা খেন্নে অমসুং মখোয়গা মান্ননা লৌরোই হায়খিবদুনা ভারত সরকারগী অরেপ্পা পোলিসি ওইরগনি হায়না হায়রিবা মীওইশিং অসিনা থাজরুবদগীনি। ভারত সরকারগা হাকথেংননা মরী লৈনবা কুইদ্রিবনিনা ঐখোয়গী মীওইশিং অসিনা ময়াংগী শাজৎকা অঙৌবা সাহেবশিংগী শাজৎকা মান্নরমগদবোই নিংলুবনি; অমসুং মনাতোন নম্বা মমিৎ খুবা অরাং নোংপোক ভারতকী মীওইশিংগী মতাংদদি জবাহরলাল নেহরুত্ত সরদার পটেলত্ত কংগ্রেসত্ত জন সংঘত্ত – মখোয় লোয়নমক ইখেন-খেন্নদবনি হায়বসি মতমদুগী ঐখোয়গী মীওইশিংনা খঙলুদবদগীনি। অসিগীত্ত মথক্তা, মনিপুর কংগ্রেসনা ইং ১৯৪৭ কি

নভেম্বরদা ফরক ফুদুনা তৌখিবা 'দায়িত্বশীল শাসন পীয়ু' হায়বা অন্দোলন অদুদগীদি মনিপুরগী জ্ঞান তাবা প্রজাশিংদি চোকথরবনি। অদুনা হৌজিক অমুক কংগ্রেসনা হৌ-হৌ চোংবা অসিদা মখোয়না হান্নগুম 'ফম পামবদগী ওইরিনি' হায়না খন্দোকই। অদুবু খ্বাইদগী মরু ওইবা ৱাফমদি মজ্জাতিবু নুংশিবা প্রজাশিং অসিনা মহারাজ বোধচন্দ্রদগী করি তৌগদগে হায়বা ঈঙ্গিৎ মচেৎ অমা ফাওবা ফংদবা অসিনি। হৌজিক ফাওবা মহারাজনা মশা মতোমতগী "মরাল" অদুগী "প্রায়শ্চিত" তৌজবদা পুকনিং লুপতুনা লৈখ্রে। ফাবৌ ঙা খরনা পুখ্রিদা লৈবা ঙা লোইনমক শাবা অদুদা মহারাজশু হৌজিক্তি হন্না য়েংখিদ্রে।

তাঙ্গা অসিদা মনিপুর প্রজাশিংগী মরক্তা মাইথোং মকা লামনা থব্বাই তানা নোকচবা ঙম্বা, ঙক হায়গৎনা চৎপা কাংলুপ মচা অমথক্তংদি মনিপুর কংগ্রেসকি নেতাশিংনি। ভারত সরকারনা মনিপুরগী শাসন লৌশিনলগনি হায়বসিদা মখোয়না সরদার পটেলদগী হেন্না হরাওরমগনি। করম্বা তারিখতগী ভারতনা মনিপুর লৌশিনগদৌরিবনো হায়বসি মখোয়না খঙলমগনি। মরম অদুনা মখোয়গী মনা থাহৌবগী খ্বাইদগী ফজরবা তাঙ্গানি হায়বসি খঙবনিনা, মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী মতমদুগী 'পব্লিসিটি ইন চার্জ' ওইরিবা শ্রীরাজকুমার মাইপাকসনানা ওক্তোবর তাং ১৪ দা 'মনিপুরদা নিংথৌ অমসুং গাড্ডি উৎথাইরে' হায়বা চেরোল অমা মীয়াম মাংদা পুথোকই। চেরোল অদুদা হায়বা ৱারোল খরদি –

"অসুল্লা প্রজাগী ৱানবা নংনবতা শিনবনা কংগ্রেসনা খাংবা ঙমদদুনা আইনসভাদগী তোক্তুনা নিংথৌ লৌথোকপগী অন্দোলন তৌবা হৌখি।"

"অন্দোলনগী মওংদি ৱারেপ তাবা অমসুং সভাযাত্রা চৎপনা হৌখিবনি। মদুগী মপুং ফাবা মওংদি লৌখৎখিদ্রি। খিন্দনা খৃঃ ১৯৪৯ ইংগী এপ্রিল তাং ২৯ দা গান্ধী মায়দান্দা কংগ্রেসকী অধিবেসন ফমদুনা মনিপুরবু কেন্দ্র সরকারনা লৌশনবিরো হায়বা ৱারেপ তাখি।"

. . . " অদুগা মকম অসিদা লৈবা মীশিংগী তোঙানবা কৃষ্টী অমসুং লোন লৈজবা মরম্না কেন্দ্রনা শাসন তৌবা স্বায়ত্ব শাসনদি লৈবা লম ওইহনবিয়ু হায়না দাবী তৌরি।"

"দাবী অসি তৌবগা লোইননা কংগ্রেসকী সভাপতি য়াওনা মী অহমনা ভারত কংগ্রেসকী সভাপতি অমসুং ষ্টেট মিনিষ্ট্রিগী মী উন্নরুনুনা দাবী অসি পাংথোরক্তুবদি অন্দোলন তৌগনি হায়বদগী মনিপুরবু কেন্দ্র সরকারনা লৌগদৌরিবনি।"

"খীনবা তৌদনা মনিপুর চাওখৎপগী থাক্তা কারগনি। শীক্ষাদা শেলথুমদা, মরম খুদিংমক্তা ভারতকী প্রদেশশীংগা মান্ননা চাওখৎপা য়াবগী সুবীধা ফংলগনি। বীচারদা অধর্মনা জয় ওইবা

মাংহন্দুনা ধর্মনা জয় ওইবা হৌরগনী। অফিসারশিংগী ময়কতা শেঙ্গা থুমজাবা অমসুং অমোংপা লৈবা পুন্নমক মাংহন্দুনা অনৌবা নীংথীরবা মনিপুর অমা থুনা শেম্রগনী।"

অসুন্না ঐখোয়গী প্রজা মীয়াম্না, মনিপুরদসু অচৌবা লানফম ওইনা শোকনখিবা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাওগী মতুংদা থোরকপা ঐখোয়গী সমাজগী, শেন-থুমগী অমসুং রাজনীতিগী অহোংবা ময়াম অসি লাকশিনবা ঙমদ্রিঙৈদা, ঐখোয়গী মরক্তা জ্ঞান খর তাবা মীওইশিংনা নৌনা শম্নরুবা ভারতকী মীওইশিংগী লিচৎ-শাজৎ মশক মুন্না খংহৌদ্রিঙৈদা অমদি মহারাজদগী করি তৌগদগে হায়বা ঈঙ্গিৎ ঙাইদুনা লৈরিঙৈদা, লোইননা মহারাজ বোধচন্দ্রনা হৌজিক ফাওবা মশাগী পুকচেল লেপ্পা ঙমদ্রিঙৈদা হান্না লেপনখ্রবা তারিখ অদুদি য়ৌশিল্লকলে। ইং ১৯৪৯ গী ওক্তোবর তাং ১৫ দা ভারত সরকারগী ষ্টেটস মিনিষ্ট্রীগী সেক্রেটরি ওইরিবা শ্রী এম, কে, ভেলোদিনা থোকপা হুকুম "মনিপুর (এদমিনিসষ্ট্রেসন) ওরদর, ১৯৪৯" গী মতুং ইন্না, ভারত সরকারনা নুমিৎ অসিদগী হৌনা মনিপুরগী লৈবাক রায়েলগী শক্তি অসি মপুং ফানা লৌশিল্লে অমসুং অনৌবা লৈবাক রায়েল পথাপ অসিগী মকোক ওইনা চিফ কম্মিসনর অমদা শিন্নরে হায়না লাউথোকলম্মী। অসিগা লোইননা মনিপুরগী হান্না লৈজরম্বা মন্ত্রীশিংশু মফম লৌথোকলে অমসুং এসেমব্লীশু মুথৎলে হায়নসু লাউথোকলম্মী। মনিপুরগী অহানবা চিফ কম্মিসনর ওইনা ফম কাহল্লবা মেজর জেনেরেল রবাল অমর সিংহনা থোকপা অতোপ্পা হুকুম অমনা, মন্ত্রীশিংগী ফম লৌথোকপা অমসুং এসেমব্লী মুথৎপা ভারত সরকারগী হুকুম অদু ঙসিগী থাংজ নুমিৎ অসিগী হেক নুমিৎ য়ুংবা মতুংদগী চৎনবা হৌরগনি হায়না হরাওনা লাউথোকলম্মী। পুংফম অসিদগী হৌদুনা অপিকপা চীংলৈপাক মনিপুর, অচৌবা ভারতকী রাজনীতি সমুদ্রদা তিনশিন্দুনা থুমহিগী সংসার অমদা তাউদুনা লাকলি। ভারত প্রজাশিংগী ওইনা মঙ্গল ওইবা নুমিৎ অসিদা, সরদার পটেল অমসুং শ্রীপ্রকাশ অনিমক্না মহারাজদা অমসুং মনিপুর প্রজাদা নিংথিজরবা রাহৈ রাতা কয়ানা লৈতেংলবা পাউজেলশিং অনৌবা চিফ কম্মিসনরগী মতেং লৌদুনা থারকই। সরদার পটেলনা মহারাজবু অমুক হন্না থাগৎপগা লোইননা, মহাক্না অসিমসু মখা তানা হায়রকই – "ঐহাক্না মসিমদি মহারাজদা শোয়হন্দনা হায়বা ঙমগনি মদুদি মহারাজনা ঐখোয়দা থমখিবা থাজবা অদু অরেম্বদা মাঙহল্লোই"। নুমিৎ অসিদা ওল

ইন্দিয়া রেদিওনা লৈজৰী থাদুনা ভারতকী প্রজা শীনবা থুংনা মনিপুর লৌশিনবগী য়াইফ-পাওজেল তাহনখি। মবুংঙোশিংনা হয়াওবদগী হেন্না হয়াওদুনা, মনিপুর কংগ্রেসনা বঝাই বেঙ্গুল খোংদুনা গান্ধী মায়দাম্পা নোক-খেজখি।

মনিপুর ভারতকী শরুক অমা ওইনা লৈয়কলবা মতুং অসিদা মনিপুর কংগ্রেসনা ওক্তোবর তাং ১৪ দা য়াম্না থুনা শোয়ররোইদবনি হায়না কোইরাও লাউজখিবা 'মরম খুদিংমক্তা ভারতকী প্রদেশশিংগা মান্ননা' চাউখৎলবা, বীচারদা 'ধর্ম্মনা জয়' ওইরবা, 'ওফিসারশিংগী মরক্তা শেঙ্গা থুমজাবা অমসুং অমোৎপা লৈবা পুন্নমক মাংহন্দুনা অনৌবা নীংথীবা মনিপুর অমা থুনা শেম্ৰগনি' হায়বদু চহি কুনমরি চুপ্পা 'শেমবীরকলবা' ঙসিগী (ইং ১৯৭৩ গী) মনিপুর অসিরা? নত্রগা, মনিপুর কংগ্রেসনা পামজখিবা 'নীংথিবা' মনিপুর অদু কয়াম য়াৎলিবগে? অসিগুম্বা য়াহংশিং অসিগী পাউখুমগী মতাংদা ঙসিগী মনিপুর কংগ্রেসকা মনিপুর প্রজাগা মোৎ খেন্নবা য়াই। অদুগা, ইং ১৯৪৯ গী সেপ্তেম্বর তাং ২১ দা মহারাজ বোধচন্দ্রনা ভারত সরকারদা থমখিবা থাজবা অদু সরদার পটেলগী মহুৎ শিলহৌরিবশিংনা কদাই ফাওবা মনিপুর প্রজাদা চৎখিবগে হায়বগী মতাংদশু মনিপুর কংগ্রেসকা প্রজা মীয়ামগা মোৎ খেন্নবা য়াই। অদুবু মসিমদি ঐখোয়না শোয়ররোই হায়না লৌবা য়াই মদুদি – তুংদা লাক্কদবা জাতি অসিগী মীহৌরোলশিংনা শোক ১৯৪৭ তগীনা শোক ১৯৪৯ ফাওবদা লৈরম্বা মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী নেতাশিংবু তক্তনা নিংশিংনরকখিগনি। মখোয়না ঐখোয়গী ইতিহাসকী লুরবা তানফম অদুদা জাতি অসিদা লংজখিবা মরাল নত্রগা তৌজখিবা মহৈ ওইনা ঐখোয়গী ইতিহাসতা মখোয়গী মমিং অসি মৈতাল অশিবগুম্না মকনা নত্রগা সনাগুম্না লংনা ইদুনা লৈহৌরগনি। মখোয়গা লোইননা, মতম অদুদা মনিপুর প্রজাগী মীহুৎ ওইনা লৈরম্বা মনিপুর লেজিসলেটিভ এসেমব্লীগী এম, এল, এ, শিং অমসুং মন্ত্রী ওইনা ঙানথোইরম্বা মীওইশিংশু হন্না হন্না নিংশিংনরকখিগনি। অদুবু মখোয়গী মতাংদদি, ঙসিশু হয়েংশু থোইদোকনা মোৎ খেন্নিংঙাই লৈরোই। মখোয়না তৌনরিবা ঈরাং অদুদা প্রজাগী মীহুৎ ওইনা নত্রগা সরকার পায়রিবা মন্ত্রী ওইনা 'ঐখোয়শু লৈরিয়ে' হায়না শোক্লাংননা ফাওবা হায়রজবা ঙম্বগী থৌনা লৈখিদে; ভারত্তা তিনশিনবা অদু য়ানিংই নত্রগা য়ানিংদে হায়বগী য়ারেপ মচা অমা

ফাওবা তাবা ঙমজখিদে। লন্নাই ওইনা মীওই খরদি পুক্নিংগী রাখল ফোংদোকচনিংঙম্বা যাই। অদুবু মফম লৌথোকপিরে হায়রকলগা অদুক তুশোন-মানশোন্ননা তুমিন তুমিন ফুক ফুক হৌগৎলগা ময়ুমদা চৎনখিবা, য়াংলেন শরু পান্দবা মীওইশিং অসিগীদমক্তদি কনানশু তেংথাবিরগনি নিংদে।

## মনিপুর মীয়ামনা য়ানখিব্রা?

মনিপুর ভারত্তা তিনশিনলবা মতুংদা, মনিপুর কংগ্রেস অমসুং মসিগী নেতাশিংতনা চহি কুন চুপ্পা মনিপুরগী হিরম খুদিংমক্তা খুদোংচাবা লৌদুনতা লাকপা অসি য়েংলুরগদি, ঙসি (১৯৭৩ দা) ভারতকী লোক সভাদা কংগ্রেসকী এম, পি, ওইরিবা শ্রীনিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহনা কৈথেল নংনবা ওইনা ইজবা "মনিপুর - এ ষ্টদি" হায়বা ইংলিসকী লাইরিক মচা অদুগী লামাই ২১ দা, মনিপুরবু ভারতনা লৌশিনখিবা অসি মতমদুগী মনিপুর প্রজা মীয়াম্না য়াম্না পামনখিবা ঈহৌ অমনি হায়না হায়রকপদা অরাবতা নংদুনা লাকলবা মনিপুর প্রজাশিংনা ঙক্কে। শ্রীতোম্বী সিংহগীদি মসি হায়ফম থোকপনি, দিল্লিগী মবেম্মা মবুংঙোশিংদা শিংফম থোকপা রাজনীতি লমননি। ঙসি ফাওবদা কংগ্রেসকি নেতা তোম্বী সিংহনা "ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এক্সেশন" অমসুং "মনিপুর মরজর এগ্রিমেন্ট" অনি অসিগী খেন্নবা খঙদ্রি। "ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এক্সেশন" অসি মহারাজ বোধচন্দ্রনা ইং ১৯৪৯ গী ওক্তোবর তাং ১৫ দা শিলোংদা সহি তৌখি হায়না শ্রীতোম্বী সিংহনা হায়রি। (মসিদি মহারাজনা ইং ১৯৪৭ কী আগষ্ট তাং ১১ দা সহি তৌখ্রবা চেরোলনি হায়বসি লময়ানবা পাবিরিবশিংনা হেন্না খঙলবনি।) অদুনা অসিগুম্বা ইচম চম্বা রাফম মচাশিং অসিদগী য়াম্ন হেন্না লুরবা, জাতি অসিগী অপুনবা ইতিহাসকা মরি লৈননা হৌজিক য়েংদ্রবা যাদ্রবা ইং ১৯৪৯ অমসুং মসিগী মমাংগী চনম্নরবা ইতিহাসকী থৌদোকশিং অদুগী অশেংবা শক্তম অদু শ্রীতোম্বী সিংহনা লাকশিনবা ঙমফম থোক্তবনি। অদুবু মসি শ্রীতোম্বী সিংহগী লন্নাই ওইবা অশোয়বা, মরাল নত্তে। ঐখোয়গী হৌজিক হিংলিবা চহি মীয়ায় চল্লবা মীহৌরোল অসিগী শিদ্রিফাওবা থদোকপা রারগদবা লায়না মখল অমনি। নহা ওইরিঙৈদা গৌহাটি, ঢাকা, শিলেট, কলকাতানচিংবা মফমশিংতদা লাইরিক-লাইশু তমদুনা চাউরকপগী হৌনবা, মতম

অদুগী ভারতকী ওইনা মীনায় য়োংথ্রীং কোকনবা হৌরকপা নীং-তম্বগী ঈথক-ইপোম অদুনা ঙসি ফাওবদা অসিগুম্বা মীওইশিং অসিগী মকোক ঙাওহল্লি। অদুবু ঐখোয়গী লাইবক থীবদি, ইম্ফালগী তম্পাক-লম অসিদগী হেন্না পাক-চাউনা উবা ঙমজরক্রবা, চীংমী ইচিল-ইনাওশিং ফাওবা মী অমা ওইনা খনবা ঙমজরক্রবা, অসিগুম্বা মীহৌরোল অসিনা ঙসি ঐখোয়গী সরকারগী লোইশংশিংদা, রাজনীতি দলশিংদা, মহে তমফম-শঙশিংদা অমসুং সমাজদা অতোং-অরেম ওইনা লৈরি। মতম খরগী ফাওবদি ঐখোয়গী লাইবকশু মখোয়না লেপ্লিখিগদৌরি।

ইং ১৯৪৯ দা 'মনিপুর ভারত্তা তিনগদবনি' হায়বা ঈরাং অদু ইলেকসন্দা নিংবা কায়হৌরবা মনিপুর কংগ্রেসনা শীন্দুনা ইম্ফাল তম্পাক্কী লম খরদতা তৌখিবনি। মনিপুরগী অপুনবা লমগী শরুক তরা থোকপগী শরুক মাপল হেন্না কল্লিবা, অপুনবা মীশীংগী শরুক অহুম থোকপগী শরুক অমা ওইরিবা ঐখোয়গী চীংগী মীওইশিংনা ভারত্তা তিনশিনবা পামদে। 'নিখিল হিন্দু মনিপুরী মহাসভা' কৌদুনা হিন্দু শন্দোকনবা লৈরম্বা সংস্থান অসিনা ইং ১৯৪৬ তা 'মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেস' ওন্থোক্লুনা মনিপুরদা রাজনীতিগী খাবৈ-খারা শারবা অসি, হিন্দু ধর্ম্মগী মিংদা 'অমাং-অশেং' হায়দুনা তত্তনা তুহৎপিরবা ঐখোয়গী চীংগী মীওইশিংনা তাথীদবা ঙমদে। অদুনা অসিগুম্বা মীওই কাংলুপ অসিনা তৌরকপা খুদিংমক চীংগী মীওইশিংনা চিংনৈ অমসুং য়ানিংদে। অসিগীশু মথক্তা, ময়ায় ওইনা ইনাক খুনবা লাইরিক লাইশু হৈরবা তম্পাক্কী মীওইশিং ঙাক্তনা শেম্বা মনিপুর কংগ্রেসকী রাজনীতি ঈথিল অসি, হিরম খুদিংমক্তা শোৎথরবা চীংগী মীওইশিংগী থম্মোইদা ফাওবা ঙমদে। অচম্বা প্রজাশিংনা হান্নগী হান্নগীগুম্না মনিপুরগী নিংথৌ ওইনা মহারাজ বোধচন্দ্রবু অদুম নুংশিবা পোক্লি। রাজনীতিগী ঈথিল চংলবা চীংগী মীওইশিংনা, চীংতগী ওইবা ইতোং তোংঙানবা মশাগী ইজ্জৎ ঙাকনা হিংনবা অনৌবা পুন্সিগী শক্তম অমা মচি মচি খুদিংদা শাগৎনবা হোৎনবা মতমনি।

মনিপুরগী তম্পাক-লমদসু, মনিপুর কংগ্রেসপু হান্নদি লাইরিক লাইশু হৈরবা মীনা শেম্বনি, সমাজগী অমোৎপা ময়াম শেংদোকপা পাম্বা কাংলুপনি খন্দুনা নুংশিরম্বা প্রজা মীয়াম্না, হৌজিক্তি কংগ্রেস নেতাশিংনা মশা মশাগীতা ওইজবা থীবা অমসুং মখোয় মশেল ফাওবা ফম মুন্নবদগী খৎনদুনা নাকপাক নাকপাক তানদুনা

খংনবা, ভারত্তা তিনশিন্নবগী শরৌ তৌরকপা থৌদৌ ময়াম অসিদা কংগ্রেসপু মশক মুন্না খঙলক্নুনা থীনরবা মতম্রি। ঐখোয়গী মীওইশিংনা কংগ্রেসপু য়ানিংদবগী য়াখল অসি ইং ১৯৪৮ গী মনিপুর এসেমব্লী ইলেকসন্দগু ময়েক শেংনা ফোংদোকখ্রবনি। এম, এল, এ, ৫৩ লৈবা এসেমব্লী অদুদা ১৩ খক্তং কাবা ঙমদুনা সরকার পায়বা ঙমখিদে; মখোয়গী অথোইবা নেতা কয়াগু মাইথিবা ফংখি। মনিপুর কংগ্রেসনা মনিপুর প্রজাগী মহুৎ শিনবা শাশিন্নরম্বা অদু মখোয়না পামজরবা ইলেকসনমক্তদা সাবাক ফাক্নুনা উৎখ্রবনি। অসোমদা মন্ত্রী ফমগী, সরকার পায়নবগী মীকানরিঙেদা, মনিপুর কংগ্রেসনা হান্না তৌরম্বা সমাজগী লৈবাক প্রজাগী অমোংপা শেংদোকপগী অফবা থবকশিং অদুদি থাদোকখিবা কুইরবনি। অসিগুম্বা লৌমী-শিনমী প্রজা মীয়ামগী, শোৎথহৌরিবা অরা-অনং কয়াগী লানফমদি শ্রীহিজম ইরাবতকি মাইয়োক ওইহৌরে। ইং ১৯৪৮ গী সেপ্তেম্বরদা কৃষক সভাগী মীওই খরনা ইম্ফাল পোলিশ ষ্টেসনগী ও, সি, শ্রীনরান সিংহবু পুংদোংবমদা হাৎখিবনি হায়বসিগী খুদোং চাবা লৌদুনা মনিপুর সরকারনা মঙোন্দা তাইশিনবিরমগনি খঙবদগী শ্রীইরাবততি 'অন্দরগ্রাউন্দ' চংদুনা লোৎখ্রবনি। মহাকনা লোন্না মনিপুরগী লোইয়া তময়া, খুঙ্গংশিংদা শীনবা থুংনা চৎতুনা মনিপুরগী লৌমীশিংগী নহারোলশিংগী অমসুং জাতি অসিগী ইজ্জৎ ঙাকনবা 'রিভোল্যুসন' অমগীদমক থৌরাং তৌদুনা লৈরবনি। ইরাবতপু নুংশিবা অমসুং মহাক্কী লীচিং মখাদা লৈবা মতমদুগী মশিং লাকঙমদ্রবা, তৌইগুম্বসুং মপান থোকনা ফোংদোকউবদি য়াদ্রবা, মনিপুরগী প্রজাশিংনা মনিপুর কংগ্রেসপু য়াদে। মখোয়না অচুম্বনি খঙদে অরানবনি খঙদে, মনিপুর কংগ্রেসকী মীওইশিংনা পোলিশতা তাকশিন্দুনা মরাল লৈজদবা প্রজাশিংবু ইরাবতকী মতুং ইনবনি হায়জিন্দুনা ফাহল্লি হায়দুনা শাওই। মতাং অসিদা মনিপুর কংগ্রেসকী খুদোংচাবা খরা লৈখি। মখোয়না শেল থুম মরাং কায়না শিজিন্নবা ঙমই (ভারত কংগ্রেসনা পীরকপা পৈশা ওইরম্বা য়াই) অমসুং মখোয় খরতা ওইরবসু মফম মফম খুদিংদা চৎতুনা মিটিং তৌবগী খুদোংচাবা ফংই। অসিগীগু মথক্তা, মনিপুরগী অহানবা বি, এ, নত্রগা এম, এ, থোরকপদা বঝাই বেঙ্গল খোংদুনা ওকপা, লাইরিকপু হৈ হায়রবদি মচানুপী থাজগদবগী কোইতান তান্নবা মতমদুদা, মনিপুর কংগ্রেসকী মপাম্লোংদা লাইরিক-লাইগু হৈবা শাবা

নেতাশিংনা খুদোংচাবা ফংখি। অদুনা মখোয়গা নকনা থেংনরুবা অচম্বা প্রজা থরদি শেরান্নবা মনিপুর কংগ্রেসনা লমজিংবা ওমখি। তৌইগুম্বসুং, মনিপুর কংগ্রেস মনুংমক্তদগু, ভারতকা তিনশিন্নরগা খজিক্তং জাতি অসিগী মীওইশিংনা মিৎ-মাই পাংজদুনা ইজ্জৎকা লোয়ননা অদুম হিংবা ঙমগদ্রা হায়না খঞ্জরুবা মীওইশু কয়ানি। ভারতকা তিনশিন্নরগা, তুংদা জাতি অসিগী ফিভম করি ওইরক্কদগে হায়বা খঙলুদবদি ভারত কংগ্রেসকি, গান্ধীজিগী অফবা নীতিবু শেংনা থাজরুবা অচম্বা প্রজাশিং অসিদা নত্তে। মসিগী মতাংদদি মহারাজ বোধচন্দ্র ফাওবা, মনিপুরনা ভারতকা তিনশিন্নরফাওবদা হান্নগী হান্নগীগুম ময়াং চংলক্তনবা পাসপোর্টকি মওং অমা থম্বা অমসুং চংলকপা য়াহল্লফাওবদা ময়াংশিংদা লৌ ইংখোল লৈবা য়োনবা য়াহন্দবা অসি অসুম কায়রোই হায়না খল্লুরিবা অদুনি। ভারতকা তিনশিন্নরুবা মতুংদদি - অসিগুম্বা য়াফমশিং অসি ইকুই কুইদনা ফুঙ্গা য়ারী ওইহৌরগনি, ময়াংশিংনা শেল থুমগী চুপলি পায়শিল্লরগনি, সরকারগী লোইশংশিং পায়শিনলরগনি, মখোয়গী মরি মতা মচা মনাওশিংবু লমদমসিদা মশিং লাকঙমদনা তপনা তপনা খুন্দাহল্লগনি অমসুং ঐখোয়গী নুপীশিংগী ইজ্জৎ ফাওবা খোঙ্গোইনরখিনি; লোইননা, ঐখোয়গা জাতি অসিগী চীং-তমদা লৈরিবা মীওইশিংবু অমগা অমগা খৎনহল্লগা অনিমকপু অনৌবা মীনাইগী য়োৎহ্রীংনা পুল্লরগনি হায়বা য়াফমশিং অসি মতম অদুগী অচম্বা (কংগ্রেস য়াওবশু য়াওদবশু) প্রজাশিংনা খংঙুদবনি। অমরোমদদি, মসি খঙঙুফম থোক্তবনি। এসিয়া অমসুং আফ্রিকা য়ৌনা শন্দোকখিবা ভারতনা নীং-তম্বগী, ঈহৌ, অমদি ভারত শীনবা থুংনা শন্দোকখিবা গান্ধীজিগী অহিংসাগী নীতি অদুদা মনিপুরগী মীওইশিংনা য়োৎচাবীগুম্না চিংশিনলোইদৌবগী মরম লৈতে। অদুম ওইনমক, মশাগী ওইজবতা থীবা, লাইরিক হৈরবশু লাইশু খঙদবা, ইম্ফালদা নম্না চাউরকপা মৈতৈ খর অদুনা কংগ্রেসকী নেতা ওইনা খাবৈ-খারা শারমদ্রবদি জাতি অসিগী অমসুং লমদম অসিগী ইতিহাসকী ঈচেল অসি শোয়দনমক্কী অতোপ্পা অমা ওইরমগদবনি।

ভারত সরকারকী ওইনদি, মনিপুর কংগ্রেস অসি মখোয়গী খুদোং চাবগী মতুং ইন্না শিজিন্নখিবনি। মনিপুর কংগ্রেস লৈরমদ্রবসু ভারত সরকারগীদি মনিপুর অসি লৌশিন্দবা য়াদবনি। কাশ্মীরদগীনা শন্দোরক্লিবা হিমালয়গী চীংশাং অসিনা মনিপুর

মিজোরাম ফাওবা লাক্লুনা য়েক্লবনা লান্দারকপদগী কন্নবা ফরবা পল অমা ওইহল্লবনি। ইকুই কুইখিদনা, পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওদশু জপানগী তকশিল্লকপা শাফু অদু মনিপুরসিতদা ঙাকপা ঙমখি হায়বসি খঙনখ্রবনি। অসিগীশু মথক্তা, ইং ১৯৪৯ দদি, বর্ম্মাগী নিং-তম্বা মতুংদা থোরকপা কম্যুনিষ্টকি অমদি কাচিন, কারেন, গান অসিনচিংবগী ঈহৌ অদুগা মনিপুরগী শ্রীহিজম ইরাবতকী ঈহৌ অসিগা পুশিন্নখিগদ্রা হায়বসিদা দিল্লিগী অঙম অথৌশিংনা শোয়দনা পাখৎলমগনি। মরম অদুনা ভারত সরকারনা মনিপুরগা ইং ১৯৪৭ তগী লৈনরকপা, 'ইন্সত্রুমেন্ট ওফ এক্সেশন' গী মরী অদুখক্তনদি য়াররোই হায়বসি লেপ্পরম্রগনি। হৌজিক্তি ভারতকী অতৈ নিংথৌ পানবা ষ্টেটশিংশু নিংথিজনা তিনশিনহনখ্রবনিনা সরদার পটেলনা মনিপুরলোমদা মমায় ওনশিনলকপা মশানা তাবনি। অহানবা পো কাংবা ওইনা, মেজর জেনেরেল রব্বাল অমর সিংহবু ভারতকী 'ত্রোজান হোরস' ওইনা মনিপুরদা থাজল্লকখি। অনিশুবদা, মনিপুর কংগ্রেস অসি ইম্ফালগী লাইরিক লাইশু হৈবা খরতনা শান্নবা, কুইর-কুইরগা প্রজানা হেন্না য়ান্নরক্লোইদবা রাজনীতি দলনি খঙনা খঙনা ভারতকী 'ফিফঠ কোলম' ওইনা শেমগৎখি। অরোইবা ওইনা, মহারাজবু খোইদৌ শাওগৎহল্লগা শিলোংদা লাকহন্নবা শিল্লি অমসুং হান্না হায়নখিবা য়ানখিবা পুন্নমক কাউথোক্লুনা, শ্রীপ্রকাশ অমসুং রুষ্টমজিনা ইকাই-ইকি হুন্দোকতুনা মহারাজবু লাঙ্গোই চন্দুনা, নমদুনা ভারত্তা তিনশিনবগী সহি তৌহনখিবনি। ভারতকী গঙ্গা অমসুং যমুনা তুরেল মপান্দা তাবা মীওইশিং য়েন্নবনা লান্দারকপদগী কন্ননবগীদমক, ভারত সরকারগীদি মতমদুদা অফংবা উপাই অমা হেক্তা শিজিন্নবা তাবনি। মরম অসিননি, গান্ধীগী অশেংবা সেবকশিং, গনতন্ত্রগী পূজারীসিং – সরদার পটেল, জব্বাহারলাল নেহরু, শ্রীপ্রকাশ – মখোয় ময়ান্না মনিপুরগী মতাংদদি প্রজাগী শাসন, প্রজাগী এসেম্বলী মরা চত্তে হায়দুনা লুখাক কোমদা লাক্লুনা লংথোকখ্রিবা অদু। ইং ১৯৪৯ গী মতুংদশু, ভারতকী ময়োন-লম কনথোকনবগী রাখলসিতনা মরু ওইবা মরমনা মনিপুরগী কবো তম্পাক্কী মতাংদা ভারত সবকারনা চেগপনা ফাওবা পায়য়ু য়াদ্রিবসিনি। মতৌ অসুন্না মনিপুরনা চহি কুনমরি চুপনা ভারতকী অফবা চুঙ্গোই অমা ওইদুনা লাকলি; ভারত সরকারনশু মথৱাই পান্দবা চুঙ্গোই অমদা পিফম থোকপা অধিকার অমসুং সনমান অদু

মনিপুর প্রজাদা ওসি ফাওবা পীদুনা লাকলি। অদুবু মসিমদি পুন্নমকনা নিংশিংবা ফৈ – জাতি অমগী মীওই খুদিংমকপু মতম পুন্নমক্কী ওইনা নমথাক লৌনম তৌবা হায়বসিদি ওইথোক্তবনি। মসি ইতিহাসনা সাক্ষীনি।

## কনানা করি হায়নখি

মনিপুর অমসুং ভারত অনিমকনা মনিং-মখা তম্নবা মতুংদা, লৈবাক অনি অসিগী লৈনগদবা মরীগী মতাংদা লাইরিকয়েংবম লৈকায়দা লৈবা শ্রীতোলমু সিংহনা ইং ১৯৪৭ মক্তদা **'মৈতৈ লৈমাগী লাইবক ফবা পোকপা নুমিৎ'** কৌবা চেরোল অমা ফোংদোকখি। মদুদা য়াওখিবা ৱারোল খরদংদি মখাগীসিনি –

"মৈতৈ লৈমগী লাইবক্তা হৌজিক চহি ৫৬ রোম বৃটিশ ডোমিনেশনগী মখাদা লৈরুবা মতাং অসি নত্তবা মতম অমত্তাদশু মীরৈবাক্কী মখা পোনবা থোকখিদে। . . . . . ঐখোযগী মতম কুইনা কাইনরুরবা সোভরেইন্টি অদু ঐখোয়দা হল্লিল্লক্লে হায়বদু ইনিংথৌ ইবুংঙোনা লৈপাক ঐখোয়দা শন্দোকপিরে অমসুং খংজরে। অদুবু . . . . লোল, ধর্ম্ম, কলচর, মেনার, কষ্টম, সোসিয়েললি, পলিটেকেলি, ইকোনোমিকেলি হিরম অমত্তদসু মান্নপ্রবা ভারত সরকারবু ঐখোয়না ঐখোয়গী ইথক্তা মখোয়নদি করিসু ইহায় হায়দনা পানহননিংলে। ভারত ইউনিয়নদি মনিপুর অসিবু ফেদরেল ইউনিয়নগী ইউনিট অমা ওইনা লৌই। . . . . ফেদরেল ইউনিযন য়াওবগী হৌনবা ইনষ্ট্রুমেন্ট ওফ এক্সেসন সোহি তৌদুনা য়ানখ্রে। . . . . মনিপুর সরকারগা ইউনিয়ন সরকারগা মিত্র শক্তিনি। অমনা অমগী মখা পোন্নবা নত্তে। . . . . মীওইবগী পুন্সি অসি উ-মতুপ অমগুম্ব নত্তে। মওং শারগা ফত্তে অম অমুক মতুপ অমনা শাগে য়াবা নত্তে। এডমিনিসট্রেশনদা এক্সপ্রিমেন্ট য়াদে। . . . . হৌজিক মতম অসিদা মী কাংলুপ খরদনা প্রজা শাদুনা পংলাও লাওবগুম তৌবা অয়াম্বনা নিংঙাইদনা তুমিন লৈথোকপা চুমদে। ঐখোয়না অসুম তুমিন তুমিন লৈহৌরবা খরনা প্রজা শাদুনা চোংথোকত্ররবদি, ঐখোয়গী ইরন ইথুম থরাই অসি মখোয়গী খুবাক্তা লৈগদবনি হায়বা কাওবিবগুম উই। মসি অশিংবগী খুদম নত্তে। প্রজা অমা ওইরগদি প্রজাগী অধিকার শুনা ফংনবা অহিংসা অমসুং সত্যগী পাম্বৈনা হাৎনবা অসিসু ইথৌনি হায়বা কাওরোয়দবনি; হোৎনহৈদ্রবদি তুংগী ৱাখল লৈতবগীদমক নিঙমবিরোই। . . . . ."

ইং ১৯৪৯ গী জুলাই তাং ২৭ তা ইম্ফালদা চীংগী এম, এল, এ, শিংগী ওইবা স্পেসিয়েল মিটিং অমা ফমখি। মিটিং অদুদা মিষ্টর এস, লুনেহ (তামাদগী এম, এল, এ,) না সভাপতি ওইখি। অতৈ লাকখিবা এম, এল, এ, শিংদি, মখোয়গী কনষ্টিটুয়েনসিগা কোন্ননা - হিল মিনিষ্টর ওইরিবা মেজর খাথিং (সদর হিল),

মনিপুর ষ্টেট লেজিসলেটিভ এসেমব্লীগী স্পিকর ওইরিবা মিষ্টর টি, সি, টিয়ানখম (থ্লানসিপ), মিষ্টর আর, সুইসা (তোম্লোই হিল), মিষ্টর লুয়িং হুংয়ো (ফাইসাট), মিষ্টর টুরালচীন (সেনবোন), মিষ্টর ডামজাইখাই রাইফে (চুরাচান্দপুর), মিষ্টর টি, লুইখম (উখ্রুল), মিষ্টর বুইশিং কবুই (লাংখোং), ডাক্তর কমপু (মাইতে) অমসুং মিষ্টর কখংগাই (লাংখোং হিল) অসিনি। মিটিং অদুগী রিজোলুসন নম্বর ২ (সি) দা অসুম্না য়ানখি –

"মনিপুর ষ্টেটকি চীংগী প্রজাসিংদা মীওইবগী অধিকার অমত্তা পিবিদ্রে হায়বগী মতাংদা মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেস ৱার্কীং কমিটিগী তাং ৬।৬।৪৯ গী রিজোলুসন অদু পারে অমসুং খল্লরে।

ওর্গেনাইজেসন খুদিংমক্কুগী অফবা সজেসন অমসুং ক্রিটিসিজম লোইনমক তরাগ্রা লৌশিনবগা লোইননা, চীংগী এম, এল, এ, শিংনা মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী লৈবাক মাঙহনগদবা থবক অসিদা য়াগ্রা লাংতক্লনা য়েংলি।

ষ্টেট অসিগী নেতাশিংনি হায়দুনা মখোয় মশা মশানা খঙ্গরিবা মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসকী ৱার্কিং কমিটিনা, চীংমীশিংগী চৎনবী অমসুং চীংগী লৈঙাকপগী মওং শুকখং খঙদনা চীংমী মখোয়গীদমক লৈরিবনি হায়দুনা তৌশিল্লবা অসি থ্বাইদগী অরাবগী মশকনি।

মনিপুরগী চীংগী মীওইশিংনা ইকোম-কোমনা, অখাংকনবগা লোইননা অমসুং থম্মোই তিংনা চীংমী অমসুং তম্মী অনিগী মরক্তা হেন্না ফবা মরী অমা পুরকনবা হোৎনরিঙৈদা, মনিপুর ষ্টেট অসিদা চীংমীশিংগী মমল অসি শুকথা-থানবিদবতা নত্তনা, মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা মখোইগী অচুম্বা মচেৎ অমত্তশু য়াওদ্রবা দায়িত্ব য়াওদবা ৱাঙাং-শাঙাং অমসুং ফোংদোকরকপা চেরোলশিংনা অমগা অমগা ভাব তানহন্দবগী অমসুং চিংনহনবগী শরুক অসি হেন্না পাকথোকহল্লে। থৱাইদগী লাইথক থীবনা কংগ্রেসকী নিতিশিং অসি নিংথিজনা খঙদ্রবা চীংমীশিংগী মমাংদা মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেস পুন্নমক্কী মিংচৎ অসি ফাওবা হুন্থহল্লবনি।

মরম অদুনা মসিমদি ময়েক শেংনা লাউথোকলি মদুদি মনিপুরগী বর্গ মাইল ৭০০ মুক্তদা লৈবা তমগী মীওইশিংনা বর্গ মাইল ৭০০০ তগী হেন্না চাউবা লমদা লৈবা মনিপুর ষ্টেটকী চীংমীশিংগীদমক ভারত্তা তিনশিন্নবগী নত্রগা পুশিন্নবগী নত্রগা চীংমীশিংগী হাকথেংননা শোকপা ৱাফমশিংদা মহুৎ শিন্দুনা ঙাংবগী অধিকার লৈতে।"

ইং ১৯৪৯ গী আগষ্ট তাং ২৫ দা সরকার পায়রিবা এম, এল, এ, শিং অয়াম্বা য়াওনা শ্রীথাইদেম ইবোতোন সিংহনা সভাপতি ওইদুনা ইম্ফালদা মিটিং অমা তৌখি। মিটিং অদুদা য়াওখিবা এম, এল, এ, শিংদি – মেজর খাথিং (হিল মিনিষ্টর), ডাক্তর লৈরেন (ইদুকেসন মিনিষ্টর), শ্রীঅরাম্বম ইবুংঙোতোমচা সিংহ (ফাইনান্স মিনিষ্টর) শ্রীঅয়েকপম গৌরবিধু সিংহ (কমর্স এন্দ ইন্দট্রিজ মিনিষ্টর),

মিষ্টর, এস লুনেহ; মিষ্টর টি, লুইখম, মিষ্টর কথংপাই, মিষ্টর বুইশিং কবুই, মিষ্টর খাংগৌমাং সিটহৌ (তমেংলোং); মিষ্টর এম, কে, সিমরে; মিষ্টর আর, সুইসা; মিষ্টর লুয়িং হুংয়ো; শ্রীইরোম মেরাযাত্রা সিংহ (ময়াং ইম্ফাল), শ্রীনোংমৈকাপম ইবোতোন সিংহ (রাঙ্গোই), শ্রীমুতুম খোনো সিংহ (খোংজোম), শ্রীশোরোখাইবম চৌরজিৎ সিংহ (সেকমাই খুনবী), শ্রীলাইশ্রম চন্দ্রমনি সিংহ (রাংজিং); শ্রীরাইখোম মনি সিংহ (থৌবাল), শ্রীথোকচোম শ্যামা সিংহ (ককচিং খুনৌ), শ্রীমহম্মদ সুলৈমান মিয়া (ময়াং ইম্ফাল), শ্রীখুমনথেম গোলাপ সিংহ (পাৎশোই), শ্রীমাইখোম মধুমঙ্গোল সিংহ (সওমবুং), শ্রীখাইরাকপম চাওবা সিংহ (কোইরেঙ্গৈ) অমসুং শ্রীতখেল্লম্বম বোকুল সিংহ (পাঙ্গৈ) অসিনি। মিটিং অসিনা অহানবা ওইনা, প্রজা শান্তি সভাগী সেক্রেটরি ওইরিবা শ্রীনোংথোম্বম ইবোমচা সিংহ অমসুং মিষ্টর এস, লুনেহবু ভারত সরকারদা, মনিপুর অসি তিনশিন্দনবগী মতাংদা নিংথিজনা শেম-শারবা চেরোল খরগা লোইননা রা গুাংনরুনবা হায়না রারেপ তারম্মী। মখোয়না পুগদৌরিবা চেরোল অদুগী মঙাশুবা পেরাগ্রাফতা অসুন্না ইরম্মী (ইংলিসতগী হন্দোক্লগা) –

"করিগুম্বা (ভারতনা) তিনশিন্নবা নত্রগা পুনশিন্নবা অসি ঐখোয়গী লাইবক থীবা উপায় লৈত্রবা ফিভম অমসুং বাপুজীগী নীতি য়েংদনা, প্রজাগী য়ানিংবা য়াওদনা মফমসিদা নমদুনা তৌথিবা তারবদি, হৌজিক মনিপুরীশিংদা ভারতকী মফমদা লৈজরিবা খাইদগীগু মমল য়াম্রবা য়ানিংবগী রাখল অসি মাঙখিবা য়াই। মসিগী মতুংদা নমফুদা লাকশিন্নবা হোৎনরকপা অমসুং মদুগা কোন্নরকপা তমথীরবা থৌদোকশিং অদুনা ভারত অমসুং মনিপুর অনিমক্কী অমাঙবা খোকহনবগা লোইননা ভারতনা অতে লৈবাকশিংগা রাজনীতিগী লমজেল তান্নবদা খুরৌ চেলহনবা য়াই। করিগুম্বা প্রজানা মখোয়দা নত্তবা লমচৎ চৎপিরে অমসুং অবানবা তৌবিরে হায়না খল্লবদি, (ভারতনা) গুমখে রাংমদা লৈবা য়েক্লবশিংতা নত্তনা ঐখোয়গী প্রজা মশেল মথক্তগু (য়েক্লবদা তৌবগুন্না) য়েংশিনবা তারক্কনি।"

মহারাজ বোধচন্দ্রনা শিলোংদা ভারতনা মনিপুরগী শাসন লৌশিনবা য়ারগনি হায়না সহি তৌবা নুমিৎ ইং ১৯৪৯ গী সেপ্তেম্বর তাং ২১ সিমক্তদা, মখোয় মশেলদি ঈ-পাউ অমত্তা ফাওনদনা, ইম্ফালদা ফেংবা শ্রীলালমনি সিংহনা সম্পাদক ওইবা 'ভাগ্যবতী পত্রিকা' খবর অসিনা "চিফ কমিশনার ভুখি" হায়বা রারেং অমা সম্পাদকীয় ওইনা হাপখি। রারেং অসিদা য়াওখিবা খরদি মখাগী অসুন্না ইখি –

"মনিপুরী জাতিনা অতোপ্পা জাতিগী মীখা পোনবা হৈনদে। মাপু পুন্নমক ইতিহাসনা সাক্ষিনি। মনিপুরনা অতোপ্পা জাতিগা মরুপ শান্নদুনা পানবদি রাজ্য পামজৈ মরুপকী মফমদা কৈদৌঙৈদত্ত

মনিপুরী জাতিনা বিশ্বাসঘাটক ওইদে মরুপ অমনা মরুপ অমগী মফমদা চংকদবা শাজং চেলগদবা পুক্চেল অদু মনিপুরী জাতিনা কৈদৌনুংদসু থাদোক্তে। অচুম্বা, অওইববু, য়াম্না কিজবা জাতিনি। মনিপুরী প্রজাদা করিগুম্বা অমত্তা সুপনমদা অতোপ্পা জাতি অমনা তৌবা মনিপুরী প্রজানা য়েংবা ঙমদে। অদুঙৈ চহি ৫০ মুককী মমাংদা মনিপুরদা ব্রিটিশকী চিফ কমিশনার অমা লাকখি। চিফ কমিশনার অদু য়াইবী থরাই মাংখি। হৌজিক্কী চিফ কমিশনার হায়নরকপা অসিদা অদুঙৈগী চিফ কমিশনাবনা যাইবী থরাই মনিপুব মাতাদা কৎখিবা অদু নিংশিংনরক্লে, নিংশিংফম থোকই, মনিপুব ইতিহাসকী অৱাবা মতাং অমনি। হৌজক ভারতনা স্বাধীন ওইবদা চিফ কমিশনার মনিপুরদা লাকপগী য়াফম অমা য়াম্না তৌনরকলিবসি ইতিহাস হঙ্গিল্লি 'হিষ্টোরী রিপিটস ইটসেল্ফ' হায়বা অদুনা করিগুম্বা অদুমক ওইরবদি মনিপুর অসিদগু য়াংতকপা লাল অমা থোক্লগদ্রা চিংনৈ। মসিগীদমক মনিপুব প্রজাগু, ভারত সরকারগু চেকশিনফম থোকপা চেকশিনবা ফৈ, থোক্তবসু ওইসনু ঈশ্বরদা খুবমলি। মনিপুব ষ্টেট গর্ভনমেন্টনা ভাবত ইউনিয়ন্দা শোককদবা কাইগদবা করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌদে, ভারত গর্ভনমেন্টকী হুকুমগী মথক্তা বিরুদ্ধদা করিগুম্বা অমত্তা তৌবা লৈতে। মসিদা অদুক মনিপুবী প্রজানা পামলিবদি মনিপুর ইরেপাকনি, ইরেপাক শাসন তৌজগনি, লৈশেমচেৎদগী লৈরকলিবা পরমপরাগী গাদি থমগনি অসিনি। মসিদা ভারত সরকারনা য়ারোইদবগী মরম লৈতে জাতিগী চৎনবী ঐতিহাস, ত্রেডিসনবু ভারত সরকারনা মাংহনবা হৌনদে। বলকারগী অন্যায়গী থবক ভারত সরকারনা তৌবা হৌনদে, খাবৈ খবা শাবা খবনা অদুক শিনবা হায়বদু ওইরমগনি।

"অদুনা ভারতকী লুববা নোংপোক থংবা পনসু ওইরিবা মনিপুব অসিদা প্রজানা য়াদবা থবকপু রাজনীতিজশিংনা তৌবা হৌনদে, লাল হায়বা অসি লাক্লবদি মপুক শেংদবা সেনাপতি অমবুদি শগোল অমনা কাম্রে হাঈবা দর্শনশাস্ত্র হৈবশিংগী মত লৈ অদুনা য়াম্না থাজনা লৈনবা ফৈ। অদুনা মনিপুর প্রজাবু ফোর্সনা লাকপদি য়াই, মদু মহাত্মাজীগী অমসুং ভারত কংগ্রেশকী কলঙ্ক ওইগনি। পৃথিবীনা নোক্লগদবা থবক ভারত সরকারনা তৌরকপা হৌনদে। অদুদা হৌজিক মনিপুরদা থাইনগী ইতিহাস হল্লা নিংশিংনরকইবা অসি লালগী মতাংদা নিংশিংনরকই মসি অফবা ওইগদবা নত্তে। অদুনা চিফ কমিশনারগী য়াফম লাপনা পুথোকখিবা ফৈ। ভারতকী মঙ্গলগীদমকনি।" ●

# ঐখোয়গী করি লেমহৌরি

ওক্তোবর ১৫, ১৯৪৯ – মনিপুরবু ভারতনা লৌশিল্লে। ব্রিটিশকী লোইলম শাসন্দগী ইং ১৯৪৭ আগষ্ট ১৫ দা মনিং তমলবদা মশাগী লৈঙাকলোন শেমদুনা অমদি লেজিসলেটিভ এসেমব্লী লিংখৎতুনা ২০শুবা শতাব্দীগী চাওখৎ লমজেলদা মীমান্ননা তিনগে হোৎনজরকপা, নুমিৎসিদা অরেম্বদা তারে। লৈবাক ঋায়েলগী শক্তি পুম্বা হাম্ননা 'দেৱান' কৌরম্বা, ভারত্তা তিনখ্রবা মতুংদা 'চিফ কম্মিসনর' হায়না ওস্লোক্রবা ভারত সরকারগী মীহুৎ অসিগী খুত্তা হাপচিনখ্রে। ভারত সরকারগী মিনিষ্ট্রী ওফ ষ্টেটসকী মনিপুর (এদমিনিষ্ট্রেসন) ওর্দর, ১৯৪৯ অসিনা মনিপুরগী 'লেজিসলেটিভ এসেমব্লী' মুথৎলে অমসুং মন্ত্রী মন্দল উথাইরে। ("ওক্তোবর ১৫, ১৯৪৯ ইং দগী মনিপুর ষ্টেটকী মন্ত্রীশিং লৈররোই অমসুং ষ্টেট অসিগী লেজিসলেচর ঙসিদগী মুথৎলে।" – মনিপুর এদমিনিষ্ট্রেসন ওর্দর ১৯৪৯, ক্লোজ ৭ শুবা) অসুন্না মনিপুরগী লৈবাক ঋায়েলগী শক্তি পুন্নমক মনিপুরীশিংগী মখুত্তগী নমদুনা মুনবিখ্রে! নুমিৎ অসিদগী ব্রিটিশ লোইলম শাসন্দগী হেন্না তমথিবা লোইলম শাসনগী চৈথেংনা মনিপুরগী ঙসি ফাওবগী ইতিহাস ওইরক্লি। হিন্দু কলচরদা চংলুরবা মনিপুরবু হিন্দুশিংগী লম ভারতনা মশাগী ইতিহাস অমসুং রাজনীতিগী অধিকার পুম্মাং মাংহন্দুনা নমথদুনা থম্বদি লোইলম শাসন্নী হায়দনিংঙাই লৈতে।

অদুবু নুমিৎ অসি মনিপুর কংগ্রেসকীদমক্তি পজেং ফিরাল থেৎপা নুমিৎনি। থৱাই হকচাং য়াওনা মংজরক্রবা মঙ মংফাওনবা নুমিৎনি! মনিপুরগী লেজিসলেচর মুথৎলে, থৌশারুদে। শক্তি পুম্বা চিফ কম্মিসনরনা শুপচিনখ্রে – নুংঙাইবনা ময়াই

কারবা মনিপুর কংগ্রেস করম খংহৌগনি? অদুগা খংহৌরগসু হরাও নুংঙাইবনা পাথোক্লবা থম্মোইদা মদুবু তেংথারুনবফাওবা মফম লৈতে। মনিপুর ভারতকী লোইলম ওইরে, করিসু নাচুংদে। নিংতমলিঙৈ মনিপুরদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা কনষ্টিট্যুশন শেম্বা হৌহন্দুনা প্রজাদা শাসন শিন্নবা হোৎনরিঙৈ মতমদদি মপুং ফাবা দায়িত্বশিল শাসন পিগদবনি হায়দুনা ১৯৪৭ ইংগী আগষ্ট থাদা অন্দোলন চৎথিবদু ঙসিদি নিংশিংবদা কয়া নুংঙাইনা থোক্লে। হরাও তয়াম্বদা পুমতাও তাওথোকখ্রে। অদুবু ওক্তোবর ৮, ১৯৪৯ ইংদা মতম অদুগী দেৱান শ্রীরৱাল অমর সিংহগা উন্নরুবদা দেৱান সাহেবনা কংগ্রেস মশেল নাকপাক তান্নদুনা লৈরিবদু তাইশিন্নদুনা অসিগুম্বা মনিপুর ইতিহাসকী লুরবা তাঞ্জা অসিদা পাঙ্গল কন্না লৈনবা তাকপিরকপা অদুবুদি নিংশিংই অমসুং মতম খরগীতা ওইরবসু তিনশিন্নদুনা থবক ওইনা পাংথোকই। পুনশিন্নবা কংগ্রেসনা ওক্তোবর তাং ১৫, ১৯৪৯ ইংদা মিটিং অমা পাংথোক্লুনা ভারতনা মনিপুরবু লৌশিনবিবদা নুংঙাইবা ফোংদোকই। নুমিৎ অসি নোং থিৎলি-থিৎলি চুদুনা য়ান্না খুদোং চাদবা নুমিৎনি। অদু ফাওবদা মনিপুর কংগ্রেসনা প্রোশেসন চৎতুনা মখোয়গী হরাও মথোই কারবা থম্মোইদা নোং-চিং খরা চুবনা করিসু তম্বহনবা ঙম্বা নত্তে হায়বদু ফজনা উৎলি।

নাকল অমরোমদা মহারাজ বোধচন্দ্রগু শিলোংদা লাঙ্গোই চম্দুনা মনিপুর য়োনবা শকহনখিবা, অদুগা মনিপুরবু ভারতনা লৌশিনগ্রবা মতুংদা মহাক্কী খোংথাং খুদিংদা য়ুদুনা লাকপা শ্রীরৱাল অমর সিংহগী মখা থাদুনা লৈবা তাবগী পুক্লিং মকা লামদবা অদুদি ভারত সরকারনা মহাক অমসুং মহাক্কী ইমুং মনুংগীদমক চহীদা লুপা লাক্ষ অহুমগী শেনফম মহাক্কী পুন্সি লোমদ্রিফাওবা পিবা, ধর্ম্ম অমসুং চৎনবীগী লমদা মহারাজগী অধিকার, ফমথোল অমসুং ওথোরিতিনচিংবা ঙাকপা, শিলোংগী "রেদ লেন্দস" অমদি "লা চেতেলেটস" অমসুং গৌহাটিদা লৈবা "মনিপুর বস্তি" হায়না খংনবা মহারাজ মশাগী প্রোপরটিশিং অসিবু মহারাজনা শিজিন্নবদা ভারত সরকারনা ৱা হংদবা হায়বা অসিনচিংবা কন্সেসন খরা অসিনা কোকহনবদি ঙম্রমগনি হায়বদি থাজবা ঙমদে। অদুগা করিগুম্বদা মরজরগী

য়ান-চেদা পিরিবা কন্সেসন খরা অসিদা মহারাজ বোধচন্দ্রনা কা হেন্না থাজবা লৈরম্বা থোক্রবসু ইকুই কুইদনা থাজবা অদু মাংলক্লৌরি। মরজরগী য়ান-চে অসিগী মুক কংফাৎত্রিঙৈদা ধর্ম্ম অমসুং চৎনবীগী লমদা ভারত সরকারনা পীবা মহারাজগী ওথোরিটি অদুবু মীরাইবগী খুদম মনম মনম থোরক্লে। মরু ওইনা, উমং লাই হরাওবগী মতাংদা হান্নগী চৎনবী থুগাইবগী অমসুং মহারাজগী ওথোরিটিবু শীংনবগী রাথোক কুংশিল্লক্লে। ১৯৫০ ইংদা মোইরাংদা পণ্ডিত লোয়শংগী য়াথং য়াওদনা লাই হরাওগনি হায়দুনা মোইরাংগী প্রজাগা নিংথৌ মনাইশিংগা খৎনবদা কংগ্রেসনা তোংশিন্দুনা নমদুনা পণ্ডিত লোয়শংগী য়াথং য়াওদনা মীয়াম্না লাই হরাওখিবগী রাথোক অসিনা মসিগী লারবা খুদমনি। হৌজিক্তি মহারাজসু খংলমলগনি মদুদি রাজনীতিগী শক্তি য়াওদ্রবদা মহাক্কী হান্না লৈরম্বা মোরেল ওথোরিটি অদু চেদা ঙাক্তা ঙাইহৌরগনি হায়বসি।

অদুবু মনিপুরগী চিফ কমিসনার শ্রীরবাল অমর সিংহদদি মহারাজগী নুংনাংবা, প্রজাশিংগী নুংশুক্রবা করি চংলুরগনি? অহোইনদুম মনিপুর হায়বা লোইলম অসিগী শাসনবু মহাক্না থাজবা য়াবা মপানগী মীওইশিং লৌশিনবা য়াবা লৌশিন্দুনা মখুত্তা চেৎনা লৈনবা হোৎনরক্লি। চিফ কমিসনর অসিগী নোতিফিকেসন নম্বর ০০০২। সিঃ সিঃ, ওক্তোবর ১৬, দগী ১৯৪৯ ইংগী ওর্দর অসিনা নিং তম্লিঙৈ হৌনা মনিপুর চিফ সেক্রেটরি ওইরক্রবা শ্রীঐইচ, বীরহরি সিংহগী অমদি হোম সেক্রেটরি ওইরিবা শ্রীথিংঙুজম কালাচান্দ সিংহগী মথক্তা য়াম্না মখা তানা লৈবা ইচম চম্বা লেন্দ সেটলমেন্ট ওফিসার শ্রীপি, সি, দেববু চিফ কমিসনারগী ফাষ্ট এসিষ্টেন্ট ওইনা থাঙৎলে (সুপ্লদগী শ্রীপি, সি, দেববু থাঙৎপা য়াননবা চিফ সেক্রেটরি অমদি অতৈ সেক্রেটরিশিংগী ফম অসি মুথৎপরা হায়বসি য়াম্না হংনিংঙাইনি।), অদুগা শ্রীবীরহরি অমসুং শ্রীথিংঙুজম কলাচান্দ সিংহবু মথংশিংনা অনিশুবা অমসুং অহুমশুবা এসিষ্টেন্ট হাপ্লে। মথংদা শ্রীপালিটিপু চেম্থোক্লুনা মনিপুর পোলিশকী সুপরিন্টেন্ডেন্ট হাপ্লে (মতম অসিদা মনিপুর পোলিশতা আই, জি, পি, গী ফম অসি লৈত্রি।)

১৯৪৯ ইংগী নভেম্বর থাগী অরোইবা চয়োলদদি শ্রীররাল অমব সিংহ মনিপুর থাদোক্লে; মহাক্কী মহুত্তা শ্রীহিম্মত সিংহবু মনিপুবগী অনৌবা চিফ কম্মিসনব ওইনা থাবক্লে। অদুবু তেল্লবা থা অমবোমগী মতম অসিদা শ্রীবরাল অমর সিংহনা হৌবকফম তিন্নদবা, শক-চু খেন্নবা অমদি ঈ তিন্নদবা জাতিশিংগী মরক্তা কোকপা ইঙম্মক ঙমদনা লৈবগদবা থাজনদবা, নুংশিনবা রাংপা অমসুং আর্য্যশিংগী রাতোনগুম রাংলবা নাপল অদু মনিপুবীশিংদা শং-শংনা উহল্লম্রে। মহাক্কী থবক্তা অমসুং রাখলনা ভাবত সবকাবনা মনিপুব অমসুং মনিপুবীশিংদা থম্বা মিৎয়েং অদুসু উহল্লম্রে – মদুদি "ভাবত সবকারনা অমদি মহাক্কী এজেন্ত চিফ কম্মিসনাবনা তৌবা থবক্তা মনিপুরী নখোয়না য়েৎপা য়াবোই। নখোয়গী হান্নগী চিফ সেক্রেটবি, হোম সেক্রেটবি অমদি অতৈ মথক থোংবা ওফিসাব কয়াগী মথক্তা ঐখোয়গী আর্য্য কাংলুপকী মীওই শ্রীপি, সি, দেববু (এল, এস, ও দগী) থাঙ্গৎলক্লিবা অসিনি . ।" শম্রা, অঙম্বগী অকনবগী হৌন-লোনচৎনি, লোইলমদা লোইচল্লিবশিংনা শুকশোইমক শোয়দনা চৎনববা লমচৎনি। অসিগুম্বা লমচৎ অমদি মিৎয়েং অসিনা লমজিংলবা ভাবত সবকারগী মীহুৎ চিফ কম্মিসনবদদি মবজব এগ্রিমেন্টকী আর্টিকল ৮ শুবগী ১বা ক্লোজদা ইবিবা – "মনিপুবগী পব্লিক সর্ভীসেষ্টা লৈবম্বা মীওইশিংবু মনিপুবগী শাসন অসি ভাবত সবকাবদা শিন্নদ্রিঙৈদা লৈবম্বা মখোয়গী থবক্কী মগুণ অদুগী খুদোংচাবা করিমত্তা মাংহন্দনা মশাগী থবক অদু পায়হনবা নত্রগা চাংচত্তা থোইদোক্লা হন্নদ্রবা 'ক্ষতিপূরন পিবা হায়বসি গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়ানা গেবেনতি তৌবি।' হাযাবা রাশক অসিগী মগুণ কবিসু লৈত্রে। অদুনা মনিপুব সরকারগী চিফ সেক্রেটবি ওইবম্বা শ্রীঐইচ, বীবর্হবিবু চিফ সেক্রেটরিগী ফম মুখৎলগা শ্রীপি, সি দেবীগী মখাদা চিফ কম্মিসনরগী সেকেন্দ এসিষ্টেন্ট ওইনা থাংথবদা কবিসু নাচুংদে। অদুগা শ্রীহিম্মত সিংহগী মতমদসু মথক্তা পনখ্রিবা য়ান্নবা অসি করিসু থৌশাদনা ১৯৫০ ইংগী ওর্দর নম্বর ৩১৪, অসিনা মে তাং ৯, হাইদ্রো – ইলেকট্রিক দিপার্টমেন্টকী থবক তৌবা মীওই মাপনবু (৯) থবক্তগী লৌথাকই। মসিনসু পেন্দদুনা মতম অদুগী লিগেল রিমেম্ব্রেনসর

শ্রীকে, সি, চক্রবর্ত্তিবু হায়রিবা ওর্দর অসি আইন্না য়ারবা ওর্দরনি অমসুং মতাং অসিদা মরজর এগ্রিমেন্টকী মতুং ইন্না মনিপুরগী শাসন্দা মহারাজনা খুৎ থিংজিনবা য়ারোই (মহারাজগী রাজনীতি শক্তি করিসু লৈত্রে) হায়দুনা রাফোং অমা থোকহন্দুনা অশোকপদা মোরোক হৈজিল্লি। ১৯৫০ ইংগী জুলাইগী তাং ২১ দসু ওর্দর নম্বর ৪৩৫ থোকই – "ভারত সরকারনা ১৯৫০-৫১ ইংগী বজেটতা চীংগী লমশিংগী পব্লিক ৱার্কস দিপার্টমেন্টকীদমক্তা শেনফম অমত্তা কাইরক্তে। মরম অদুনা দিপার্টমেন্ট অসিগী ষ্টাফ পুন্নমক খুদক্তা থবক্তগী লৌথোক্লে।" মসিনি ভারত সরকারনা মনিপুরদা য়েংবা মিৎয়েং।

১৯৪৯ ইংগী ওক্টোবর তাং ১৫, ভারতনা মনিপুর লৌশিনখিবা অসিদগী ১৯৫০ ময়াই চল্লকপা ফাওবগী মতম অসি মনিপুর কংগ্রেসকীদমক্তি খ্বাইদগী নীংবা কাইবা মতম্রি। মনিপুরনা নিংতম্রিঙৈ মতমদসু প্রজানা য়াদবা পার্টি ওইবনা ১৯৪৮ ইংদা পাংথোকখিবা মনিপুরগী এসেম্ব্লীগী ইলেকসন্দসু সরকার শেম্বা ঙমহৌদ্রে। ভারত্তা তিল্লবা মতুংদদি সরকার পায়রিবা ভারত কংগ্রেসনা মখোয়গী মশা মনিপুর কংগ্রেসপু চানবিরক্কনি হায়দুনা ৱাংনা আশা তৌজরুবনি। অদুবু ভারতকী মীহুৎ চিফ কম্মিসনর শ্রীহিস্মত সিংহনা মনিপুর কংগ্রেসপু শাথিনা লায়থোক্তুনা প্রজা শান্তি সভাবু থেন্নকপা অসিদদি মখোয় খাংবা ঙমদ্রে (প্রজা শান্তি সভাগী সেক্রেটরি শ্রীনোংথোম্বম ইবোমচানা মপাল কাংজৈবুংদা পাংথোকখিবা মিটিন অমদা টুপী উপ্পশিংসিনা কংগ্রেসনি, টুপী উপ্তবা ময়াম অসিনা প্রজা শান্তি সভাগী মীনি হায়দুনা শ্রীহিস্মত সিংহবু শুমখিবা ঙসিসু ৱারিনরি।) ১৯৫০ ইংগী মার্চ্চ থাদদি মনিপুর কংগ্রেসকী নেতাশিং শ্রীসিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ, শ্রীহিদংময়ুম দ্বিজমণি দেব শর্ম্মা অমসুং শ্রীসৌগাইজম সমরেন্দ্র সিংহ দিল্লিদা চৎতুনা সরদার পটেলদা মনিপুরগী চিফ কম্মিসনর শ্রীহিস্মত সিংহবু থম্বীরনু, অতোপ্পা অমা থাবীরকউ হায়দুনা ৱানোম্বা চৎলুই। অদুবু সরদার পটেলনা য়ারক্তবদগী মখোয় নিংবা কাইনা হল্লকখি।

মতম অসিদি কম্যুনিষ্টকী ঈহৌ অমদি কম্যুনেলিজম নমথবগী মিংদা শ্রীহিস্মত

সিংহ অমসুং শ্রীপালিতনা প্রজাশিংগী দেমোক্রেতিক অধিকার তোরা তুনা নমহৎতুনা খা রাই খংদনা হাইবা মতম্রি। কম্যুনেলিজম শন্দোকই হায়দুনা মনিপুরগী খবরশিংবু মচিন ফিবুন নম্রনবা অকনবা লাম্লোং চৎথরকপা মতম্রি। ১৯৫০ ইংগী মার্চ্চ তাং ১৪ দা থোকপা চিফ কম্মিসনরগী ওর্দর নম্বর ১৬২১ গী য়াথংনা শ্রীকুঞ্জবিহারীনা ফোংবা 'ঙসি' হায়বা চেফোং অসিগী তাং ১০/২/৫০ ইং, তাং ১৩/২/৫০ ইং, তাং ২১/২/৫০ ইং, তাং ২২/২/৫০ ইং, তাং ২৪/২/৫০ ইং, তাং ৩/৩/৫০ ইং, অমসুং তাং ১০/৩/৫০ ইংগী কোপিশিংবু অমদি 'প্রজা তন্ত্র' হায়বা চেফোং অসিগী তাং ২২/২/৫০ ইং, তাং ২৪/২/৫০ ইং অমসুং তাং ২৭/২/৫০ ইংগী কোপিশিংবু সরকারনা বেন তৌই, মৎলি। হায়রিবা নুমিৎশিং অসিগী মথক্তা পনখ্রিবা চেফোংশিং অসিগী কোপি খুদিংমক মৎপদা নত্তনা চেফোংশিং অসিগী প্রিণ্টর, পব্লিসর অমসুং ইদিটরশিংদগী লুপা ১০০০ অমমমগী দিপোজিত থমগদবনি হায়দুনা কিহল্লি। শ্রীহিম্মতকী প্রেসবু ফিবুন নম্রবা, মনিপুরী প্রজাগী থম্মোয়দা কি তুজুংবা পোকহন্নবা থারক্লিবা নম্ফুগী শাফু অসি মথক্তা পনখ্রিবা চেফোং অনিসিতনা নংবা নত্রি। মনিপুরগী অতৈ চেফোং অয়াম্বম্ভ থেংনখ্রবা মীওৎ মীনৈগী শাফুনি। 'লৌমী' চেফোংগী তাং ৫/৮/৫০ ইং, তাং ২৩/৮/৫০ ইং, ২৮/৮/৫০ ইং অমসুং সোসিয়েলিষ্ট পার্টিগী চেফোং 'শিম্মীগী' তাং ১৯/৯/৫০ ইং, তাং ২৮/৯/৫০ ইং অমসুং তাং ২৯/৯/৫০ ইংগী কোপি খুদিংমকসু চিফ কম্মিসনর শ্রীহিম্মত সিংহগী য়াথংনা মনিপুর সরকারনা মৎখ্রবনি। হিম্মত সিংহনা হনখ্রবদসু মহাক্কী মহৎ শিলহৌবা শ্রীই, পি, মুনগী মখুত্তসু 'ভাগ্যবতি পত্রিকা' হায়বা চেফোং অসিগী তাং ২৯/৮/৫১ ইংগী অমসুং তাং ৩১/৮/৫১ ইংগী, অমদি 'ঐখোইগী পাত্রিকা' হায়বা চেফোং অদুগী তাং ৬/৯/৫১ ইংগী অমসুং তাং ৭/৯/৫১ ইংগী কোপি খুদিংমকসু মৎখি। অসুন্না তোইনা সুপ্রিম সরকারগী কা হেন্না শাথিবা চৈরাকশিং অসি তোইনা নংলকপদগী থনুংদা অকিবা ফাওখ্রবা অহল্লোনশিংগী হনখ্রিবা থৌনা অদু মচা মগুশিংদা মহুবা ঙমহৌদনা মথং মথং থংথখিনবা হোৎনবা অসি ঙসিগী

মনিপুর সমাজদসু নিংথিজনা উরি।

প্রেসকী মরিল হাংতোক্নবা হোংনবগা লোইন-লোইননা মনিপুব পোলিশপুসু মনিপুরগী প্রজাশিংবু নমথনবা লোইলম শাসনগী খুৎ চাবা খুৎলাই অমা ওইনা শেমগৎপগী তঙাইফদ্রবা পরিংদা পুক্লিং থিংজিন্না হোংনরম্বসু শ্রীপালিতনি। হোংনজমনগী মতিকসু মহৈ য়ানখি। মনিপুর পোলিশপু পাকথোক চাওথোকপতা নত্তনা মহাক্কী মতমদনি অহানবা ওইনা সিঃ আইঃ দিঃ সেকসন, কোর্ট সেকসন অমসুং রিজার্ব সেকসন হাংদোক্লম্বা – মনিপুর পোলিশকী লোয়েলটি অসি এস, পি, পালিটতদা লৈহন্নবা হোংনরম্মী। দিসিপ্লিনগী মিংদা পোলিশকী মীওইশিংগী মথৌদি মহাক্কী মথক থোংবা ওফিসারশিংগী য়াথং য়েৎপা তৌদনা পাংথোকপনি হায়বসি তেনৱা তমবীবগুম চীনফা পুহললী। মসিদগী লৈথোক হেন্দোরকপা মীওইশিংবু মখুত্তা শক্তি পুম্বা শুপচিল্লবা মনিপুর পোলিশকী লাই-মকোক শ্রীপালিতনা প্রোমোসনগী লাং শিজিন্নদুনা কিহল্লি। মসিনা য়ারক্তবা মতাংদনা পোলিশ সার্ভিসতকী সসপেন্দ তৌথোকপা ঙম্বগী শক্তি শিজিন্নৈ। অদুগা য়াদ-য়াররোইদবা মতাংদা থবক্তুগী লৌথোকপা হায়বসিফাওবা শিজিন্নবা ঙম্বা শ্রীপালিতনি। অসিগুম্বা শক্তি অসিবু কিরোইদবা মনিপুর পোলিশকী ওফিসার অমসুং কন্সটেবল তশেংনা তাংই। অসুন্না মনিপুর পোলিশকুম্বা য়াম্না মরু ওইবা দিপার্টমেন্ট অমগী থৱাই-মি মখুবাক্তা পায়শিন্নবা হোংনবদা শ্রীপালিতপু মহাক্কী মথক থোংবা ময়াং ওফিসারশিংনা তঙাইফদনা শৌগৎলমগনি হায়বা ৱাফম অসিদি পনদ্রবসু য়ারবা ৱাফমনি।

মরম অদুনা অসিগুম্বা পোলিশ অসিনা মনিপুর প্রজাগী ঈহৌবু নমহৎনবা তমথিনা ওৎ-নৈবদা থোইদোক্লা ঙক্লা থোক্তে। মনিপুরগী চিফ কম্মিসনর শ্রীহিম্মত সিংহ অমসুং শ্রী ইঃ পিঃ মুন্না পোলিশকী ফোর্স থাজিন্দুনা ১৯৪৯-৫১ ইং ফাওবদা কম্যুনিষ্টকী ঈহৌবু নমথবগী মিংদা খুঙ্গাশিংবু ওৎ-নৈহল্লি অমসুং মখোয়গী চান-থক্লবগী চাকথাক হুলহল্লি। সল্লুংফম, তখেল, অৱাং জিরি, কাংঙমোং, হৈক্রুজম, মোইদাংপোক, সজিরোক, খাবী, খাবম, বমদিয়ার,

হিদাকশুংবা, থাংদেক, কোনথৌজম, তরেংখুল, কৈবী খুল্লৌ, কৈবী খুল্লেন, কৈবী হৈককমপান, অসিনচিংবা খুলশিংগী খুঞ্জাশিংনা মথক্তা পর্নাখ্রবা মনিপুরগী চীফ কম্মিসনর অনি অসিগী তমথিরবা মীওৎ মীনৈ অসি খাংখ্রবনি। খুলবু ওৎ নৈরিবা অসিদগী মরাল লৈজদ্রবা খুঞ্জাশিংনা মশাবু কঞ্জনবা অরেম্বা লম্বী করিসু লৈতে। লৈত-লাইরবনা পৎ তৎলবা খুঞ্জাশিংগী রারীনা লোইলম সরকারদগী মীনুংশি মরিক অমত্তসু ফংবা ঙমদে। অসিগুম্বা ওৎ-নৈবা অসিদগী নাম্লোক্কে হায়রবদি সরকারদা পাও পিবা সিঃ আইঃ দিঃ ওইবা নত্তনা অতৈ লম্বী করিসু লৈতে। রারবা, নংলবা খুঞ্জা কয়াদি অচোপ অরেমগী রাফম থিরুবা ঙমদনা মশাগী ফিদম্বু য়োম্লোক্লুবসু কোঙ্গাইনি। অদুগা অসিগুম্বা মীওৎ-মীনৈ অসিনা মরাল লৈজদবা মীওই কয়াবুসু ঈহৌ অদুদা য়াওহনখিবসু মরোল অমনি।

অসুন্না ১৯৪৯ ইংদা মনিপুরবু ভারতনা লৌশির্নাখিবা নুমিৎ অদুদগী নমফুদা রায়েল শাসন চলাইরক্লি। ১৯৫০ ইংগী সেপ্তেম্বর ১২ দা মনিপুরীশিংগী মীৎতা উফুল চাইনবা, ভারত সরকারকী নোটিফিকেশন নম্বর ১১৯ - পিঃ না মীওই তরামরিনা শাবা এদভাইজরি কাউনশিল হায়বা বোদি অমা মনিপুরগী চিফ কম্মিসনরগী মতেং পাংনবা শেমই। মখোয়গী মথৌ হায়ববু শুপ্নগী চিফ কম্মিসনরগী মতেং পাংবতনি। থবক পাংথোকপা ঙম্নবী শক্তি মচেৎ অমত্তা পিদে। মীওই ১৪ অদুদি – শ্রীসিনাম কৃষ্ণমোহন, শ্রীসৌগাইজম সমরেন্দ্র, শ্রীদ্বিজমনি দেব শর্ম্মা, শ্রীলাইশ্রম যোগেশ্বর সিংহ, শ্রীইন্দ্রমনি, শ্রীগৌরবিধু, শ্রীনোংথোম্বম ইবোমচা, মদঃ অলিমউদ্দিন, শ্রীএস, এল, লুনে, শ্রীতেবা কিলোং, শ্রীএ, দাইহো, শ্রীআর, সুইসা, শ্রীসোলেত কুকী, অমসুং শ্রী এম, চন্দ্রনি। এদভাইজরি কাউনশিল অসি কদাই ফাওবা শক্তি লৈতবগে অমসুং এদভাইজর ওইরিবশিং অসি মনিপুরগীদমক কদাই ফাওবা খনবা ঙম্বগে হায়বসি কাউনশিল অসিগী ওক্টোবর ১২, ১৯৫০ ইংদা ফমখিবা মিতিংদা তশেংনা উবা ফংই। নুমিৎ অসিদা থাঙ্গৎতুনা নৈনখিবা মনিপুর সরকারগী মরু ওইবা ফমশিং অসি মনিপুরী মচাশিংদা পিগদবনি হায়বা রাফম অসি ভোট তৌনবদা মায়থিখি।

অদুগা ভারত্তা তিনখিঁঙদগীদি মনিপুর শেমগৎ-শাগৎপগী ৱাফমদি থাপ্না লৈখ্রে। ভারত সরকারনা মনিপুরগী চীংগী লমদম শেমগৎ-শাগৎনবা শেনফম অমত্তা কাইরক্তে হায়বা মচোংপাক নাইদ্রবা ৱারোল ফাওবা নোটিস ওইনা জুলাই ২১, ১৯৫০ ইংদা থোকপা ঙমখিবা মনিপুরগী শাসনগ্নি। মসিগী মতুংদসু চীফ কম্মিসনর শ্রীইঃ পিঃ মুনগী মতমদসু এপ্রিল ৮, ১৯৫১ ইংদা অচুম্বা পাম্বা কংগ্রেসকী মীওই খবনা উন্নক্নবদা শ্রীমুন মশামক্রা সেণ্টবনা ফন্দ পিরক্তবনা মনিপুরগী শেমগৎ-শাগৎপগী থবক অমত্তা পায়খৎপা ঙমদ্রে হায়রকখি।

অসিগুম্বা লোইলমগী সরকারগী মীওৎ-মীনৈগী চৈথেংদা অমসুং মখোয়গী পাম্মোম ওইরিবা ময়াং কারবারৱালাশিংগী পেনবা নাইদ্রবা খায়াত্তা ঙৌরক্রবা মনিপুরীশিংগী লোইলম শাসন অসিগী মাইয়োক্তা থোৎকপা খোল্লাও মনিপুব নেসনেল ইউনিয়ন্না লাউরকখি। চেং তাংবগী মাইযোক্তা, সুপ্নগী লোক সভাগী মীহুৎ অমা থন্নবগীদমক্তা মনিপুরীশিংবু লক্কনবা লিংখৎখিবা ইলেক্টোবেল কলেজবু মুথৎতুনা মনিপুরদা দায়িত্বশিল শাসন অমুক লিংখৎনবগীদমক এপ্রিল তাং ১৯, ১৯৫৩ ইংদা মনিপুব নেসনেস ইউনিয়ন্না অচৌবা মিটিন অমা পাংথোকই। মিটিন অসিদা মখাগী ৱারেপশিং অসি লৌখি –

"চেং মন্দা লুপা ৮, ফৌগীনা মন্দা লুপা ৫, ওইহল্লু। মনিপুবদা থুনমক দায়িত্বশিল শাসন লিংখৎকদবনি হায়না নুমিৎ ১৫ নিগী মনুংদা লাউথোকউ। ইলেক্টোবেল কলেজবু আইন সভা ওইহল্লগা খনবা মন্ত্রীশিংবু লৈবাক্কী শাসন হৌজিক পুহল্লু। এদভাইজবি কাউনশিল পামদে। ময়াং মচা ওফিসার মনিপুব মচাদা পীয়ু। ক্ষতিপুবনগী শেন থুনা পিয়ু। মথক্কী দাবীশিং অসি পাংথোবক্রবদি মনিপুব ভাবত্তগী তোঙানবা মনিং তম্বা লৈবাক ওইহন্নবগী অন্দোলন পাইখৎকনি।" ('মাদর মনিপুব' এপ্রিল তাং ২৩, ১৯৫৩ ইংগী চেফোং)।

চাক তাংদুনা মনিপুবগী প্রজাশিংনা অৱা-অনা নংলিবা অদুবুদি থৌশারুদে। অদুবু ভাবত সবকারগী লোইলমগী শাসন অদুবু শিংনবক্লিবা মনিপুব নেসনেল ইউনিয়নগী খোংথাং অদুবুদি ভাবত সরকারনা তুমিন্না খাংবা হৌনদে। অদুনা নমহৎপিরবা মশাগী বাজনীতিগী অধিকাব তাল্লক্লিবা মনিপুব নেসনেল ইউনিযনগী মীওইশিংবু জেলদা থমদুনা মখোয়গী ওর্গেনাইজেসনবু মরূ ফংনা মাংহন্নবা, অমদি

তুংদসু মনিপুর প্রজানা মখোয়গী ফংফম থোকপা রাজনীতিগী অধিকারশিং অদু তানবা ওস্পী থৌনা অদু হাংতোক্লবা খোইঙোইনে। অসিগুম্বা রাখল, মীৎয়েং অসিনা মনিপুরীশিংগী লাইবক লেপ্লি অমসুং কূইনা লেপখিগদৌরি। মনিপুর ভারতনা লৌশিল্লে; অদুবু ভারতকা মনিপুরগদি থোং মাল্লবা নত্তে। মনিপুরদি ভারত সরকারগী মীহুৎ ওইদুনা লাকপা অগুস্বশিং অমসুং মফমসিদা খুন্দাদুনা শেল-তান্নিবা ভারতকী ময়াই লমগী কারবাররালা মীওই খুজোক খরসিগীদমক হিংবনি হায়বা মীৎয়েং অমসুং রাখল অসি থবক্তা অতাক-অফোংনরক্লে। মনিপুরী মচা খরবু চীফ কম্মিসনরগী এসিষ্টেন্টশিং ওইনা, সুপরিন্টেন্দেন্ট, এসিষ্টেন্ট সেক্রেতরি, পব্লিসিটি ওফিসার অমদি এসঃ দিঃ সিনচিংবা ফম খরদা হাপচিল্লগা তমথিবা লোইলম শাসন অমা লিংনবা হোৎনরকপদু মতম অসিদগী হৌনা মনিপুর প্রজানা শীংনরক্কদৌরি।

# মীনাই নাইথাংগী পুন্সি

### চহি ২৫গুরবা মীনাই য়োংম্থিং

লাক্লিবা ওক্তোবর তাং ১৫ (১৯৭৪) অসিদা মনিপুরীশিংনা ভারতকি লোইলম শাসন মখাদা মীনাই নাইথাংগী পুন্সি লেপ্লকপা চহি কুনমঙা চপ চানা শুরে। মনিপুরগী লৈজরম্বা লেজিসলেটিভ এসেম্ব্লী মুথৎখিবা, দিমোক্রেসিগী মৈরি খোংউপনা নৈহৎখিবা, অচৌবা ময়াং ওফিসার অমসুং ইনাকখুনবা ময়াং কারবারবালাশিংগী মখুত্তা মনিপুরীশিংগী থব্বাই-মি শিল্লথোকখিবা, মনিপুর অসি ময়াং কাক ময়ামগী চাক্তাফম, মকোন ওইহনখিবা, অদুগা লমদম অসিদা মৈহৌরোলদগী লৈজরক্লবা লৌ মপুবু য়োংনা তানবা হৌহনখিবা নুমিৎ অদু – ইং ১৯৪৯ গী ওক্তোবর তাং ১৫ অসিনি। চহি লিশিং কয়া লৈরক্লবা ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিদা খ্বাইদগী মকলবা নুমিৎ হায়বদু মসি ওইহৌরগনি।

পৃথিবীগী অনিশুবা লান্নাও মতুংদগীদি, মীওইবা ইতিহাসকি ওইবা অচৌবা য়াওন অমগী মতুংইন্না, মতম কুইনা মীনাই য়োংম্থিংনা পুন্দুনা থম্বীরম্লবা, অফা-অপুন কয়ানা হিংবগী অর্থ থোকহনলমদ্রবা, এসিয়াগী অমসুং আফ্রিকাগী জাতিশিং অসি মশানা মশাগী পুন্সি শেমজবা ঙমজদ্রে; মখোয়গী ফিরালনা পৃথিবী শীনবা থুংনা লেপ্লগে মতাগুম পাইবা হৌদ্রে। মতম অমদা ব্রিটিশ সম্রাজ্যদা নুমিৎ তাদে হায়নরম্বা অদু ঙসিদি মহনফমদা হনজিনখিদুনা ঈথৎ মচা অমা ওইদুনা লৈররে। ইতিহাসকী য়াওলবু থৌনা ফনা তেমশিংনরম্বা, মঙক কল্লবা পোর্টুগাল অসি ফাওবা ঙসিদি নিংহল্লরক্রে। পোর্টুগালগী লোইলম ওইরম্বা আফ্রিকাগী অপিকপা লৈবাক গিনি-বিসাউ ঙরাং মনিং-মখা তমজরদুনা ইউ, এন, ও গী মেম্বর ওইখ্রে। মীনাই য়োংম্থিংনা পুল্লিবা এংগোলা, মোজামবিকনচিংবা অতে লৈবাকশিংশু ইকুই কুইদনা

মনিং মখা তম্বা ফংলরগনি, নুমিৎকি মঙাল উজবা ঙমলরগনি। তশেংনমক, কুনঙবা শতাব্দীগী অনিশুবা তংখায় অসিদি পৃথিবীগী ওইনা অফা-অপুন, মীনাই য়োংহল্লিং কোকহনখিবা মতমনি।

তৌইশুম্বসুং ভারততী হায়রিবা মতম অসিদা এসিয়াগী মনুংদা খ্বাইদগী লম খোপচিনবা, লোইল" শাসন শন্দোকপা লৈবাক ওইরি। পোর্টুগালমকনা নিংহল্লরকলবা মতম অসিদা ভারতনা পৃথিবীগী য়াওলগী মাইয়োক্তা তোমখিন লৈজরম্বা সিক্কিম ফাওবা য়োংশিনলক্রি। ভারত মশামকশু চহি চনিমুক ব্রিটিশকী লোইলম শাসন মখাদা ওনথোইনা খাঙদুনা লাকখিবা অদু কোকখিবা কুইদ্রিবনি। ভারতনা মনিং-মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইরকপদা পৃথিবীগী তুহৎপীরবা জাতিশিংনা মখোয়গীসু মতম লাকলগনি, মনিং তমলগনি খল্লখিবা অদুশু কুইদ্রিবনি। অদুবু মনিং অল্লবা ভারতনা অরাং নোংপোক চিদাইদা লৈরিবা জাতিশিংদা চৎলিবা শাজৎ অসিদি, তুক্কচরে হায়দুনা মখোয়না তানথোকখিবা ব্রিটিশকী শাসন মতমদা ফাওবা তৌরমদবা মীহাৎ মীপুল, খাইদোক-খাইজিন কয়ানা থল্লবা, পোলিশ অমসুং মিলিটরিগী শাসননি। অহল-লমন, নুপী অঙাংশিংগী মফমদা 'থৌনা ফবা' উৎলিবা শাসন্নি। অসিশুম্বা শাসন অসিগী মখাদা মনিপুরীশিংনা খাঙলকপসি হৌজিক চহি কুনমঙা মপুং ফারক্রে।

## ইমাগীদি ইবুংঙো সাহেবকীদি পুজারি

তৌইশুম্বসুং, মনিপুরীশিংগী ঙকশমদা মীনাইগী কোক্লোই থাংলকপা অসিদি ঙসি ঙরাংগী নত্তে। ইং ১৮৯১ দা মনিং মখা তম্রম্বা মনিপুরবু ব্রিটিশ সম্রাজ্যগী শক্তিনা মাইথিবা পীখিবা নুমিৎ অদুদগী হৌদ্রবনি। টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গালগা লোইননা মরৈবাক মজাতিবু নুংশিজবা অথৌবশিংবু লানদা মাইথিবা পীদুনা শেংলবা কংলাদা সিফাইগী খোংউপ বুটনা খোংনেৎনহনখিবা নুমিৎ অদুদগী হৌদ্রবনি। চহি মরিফুহমদোইগী মমাংদা 'নখোয় মীনাই ওইরবনিকো' হায়বসি মতমপুম্বদা নিংশিংহল্লবা থমখিবা সিফাইশিং অদু ঙসিসু নিংঙাইদনা অসুম কংলাদা লৈহনলিবা অসিমক্কনা – ঐখোয় অসি মীনাই অদুম ওইরি, ঈজ্জৎ লৈজদ্রি হায়বসিগী লেপ্রেবা শাক্কিনি। মীওইবা হায়বসি যন ইরোইশুম্বা নত্তে। শেংপা-চাবা খন্না মনিং থুংহল্লগা,

ইতিহাসকী লামায় শেতংখ্রগা, শা-ষনগুম্না পংচা চারগা পংতুম-তুম্নগা পুন্সি অসি লেনহনবা য়ানরম্নগদি মজাতিগীনি মরৈবাক্কীনি হায়দুনা নোকনা নোকনা মপুন্সি কংথোক্করমলোইদবনি। মী ওইনা পোক্রবদি ঈজ্জংকীদমক্তা হিংনরিবনি, শিনরিবনি। ঈজ্জং য়াওদ্রবা পুন্সি লেনগদবগী শরুক শিখিবনা ফৈ খন্দুনা মথল্লাই কংথোকপা ওমগ্রবা অথৌবশিংদুগী ঈগী লমন ওসি ফাওবা ঐখোয়গী মীহৌরোল অসিনা শিংবা ওমদ্রিবনি।

মনিপুরীশিংনা অঙৌবা সাহেবশিংগী মখাদা লৈবা অদুগা চপ মান্নবা ভারত মচাশিংগু লৈরকপনি। সাহেবশিংনা ভারতমচাশিংবু লাইরিক লাইশু তমহল্লি, ইউনিভরসিটি কয়া লিংখৎপি। মনিপুরদগু জোনষ্টোন স্কুলনচিংবা লিংখৎপি। সাহেবশিংনা ভারত্তা রেলগাড়ী, হৱাগাড়ী, রেডিও, পোষ্ট ওফিস, জহাজ, এরোপ্লেন অসিনচিংবা পুরক্কুনা উহল্লি, শিজিন্নহল্লি। লম্বী-থোং কয়া শেমদুনা য়ৌবদা ৱানরম্নবা মফম কয়া লায়না য়ৌবা ওমহল্লি। মনিপুরদগু ইম্ফাল-ডিমাপুর লম্বী অসি পৈশা চঙনা ফাওনবা শিনবীরম্মী। অসিতা নত্তনা ভারত্তা অমুক্তা মমাংঙৈদা হোৎনরকপদা ওমখিদ্রিবা ভারত পুম্বগী অপূনবা সরকার অমা লিংবীরম্মী। অপিকপা ইন্দষ্ট্রী মচা ফাওবা লিংবীরম্মী, কারবাব চাউখৎহল্লম্মী। মতৌ অসুম্না, চাওখৎলবা ইউরোপকী অমসুং আমেরিকাগী লৈবাকশিংনা এসিয়া অমসুং আফ্রিকাগী মফম খুদিংদা মখোয়গী জ্ঞান অমসুং লৌশিং শন্দোরকখি। তশেংনমক, কুচু মুবা, নাপু মানবা, মখোয়না চাওখৎত্রি হায়না খনবা আফ্রিকা অমসুং এসিয়াগী মীওইশিংবু 'চাওখৎহন্নবা' হোৎনবা হায়বসি অঙৌবা জাতিশিংগী তৌদবা য়াদ্রবা মথৌনি 'হৱাইট মেনস বরদন' নি হায়না খন্দুনা তৌরমবনি।

অদুবু ভারত মচাশিংনা ব্রিটিশশিংবু মিকুপ অমা ফাওবা ভারত্তা লৈহননিংদে। এসিয়াগী অমসুং আফ্রিকাগী জাতিশিংনগু হৈশিংলবা অঙৌবা জাতিশিংবু তাম্বোকনিংই। মরমদি, ব্রিটিশশিং অসি লমলানবনি। ভারত মচাশিংগী কুইরবা ইতিহাস অদুনা য়োমদুনা লাকলবা মখোয়গী পুন্সিরোল চৎনবী মনাৎ পুম্নমক্তা পুমওন ওম্নবনি। অদুনা অনি অসি ঈশিংগা থাওগা তিন্নবা য়াদবগুম তিন্ননিংদে। অঙৌবা ব্রিটিশশিংনা অমুবা ভারত মচাশিংবু মীনি হায়না লৌদে, মখোয়গী হুইদগী হম্বা মিংয়েংনা য়েংই, লম্বীদা চংমিন্নদে, গাড়ী তোংমিন্নদে, মরুপ মপাং ওইনা

ফাওবা তিন্নিনিংদে। তোঙান তোঙানবা সংসার অমমমদা লৈনৈ। ইশম শগ্ন, ভারত মচাশিংগী মী ওইনা হিংবগী ঈজ্জৎ অদু লৈতে। অসিগীসু মথক্তা, ব্রিটিশশিংগী শরৌদগী অমগা অমগা খৎনহল্লি, নুংশিনহনদে, হিন্দু-মুসলিম হাৎনহনবনা ব্রিটিশশিংগী হরাওজবনি। ভারত্তা থোকপা লশিং বিলাটিতা পুরগা অমুক ফি ওইনা শারগা ভারতমচাশিংদা শেন্দোং চাউনা লৌরগা য়োনশিনবগুম, অতৈ পোৎ-চৈশিংদগু ভারত অসি ব্রিটিশশিংগী লেংদ্রবা শেন্দোং তানফম, কৈথেল ওইহনলি। মরম অদুনা সাহেবশিংগী মীনুংশি অমদি থৌজালগী মখাদা হিংগদবগী শরুক মশানা মশাগী পুন্সি শেমজনবা অমসুং ঈজ্জৎ ঙাকনা পৃথিবীগী মাংদা লৈরি হায়বসি উৎননবগীদমক ভারতমচাশিংনা ব্রিটিশশিং অসি তাম্থোকখিদবা য়াদবনি। অওইমকশু, ব্রিটিশকী মখাদা চহি চনিরোম লৈরম্বা অদুদগীদি মনিং তম্রবা ভারতনা চহি কুনতরেৎতং হুমাংমন্না হোৎনজবনা শরুক তরা হেন্না চাউখৎ-খোংথাংদা হেনগৎলক্লি। মসিনি মনিং মখা তম্বগী মিত্রং। অতৈ এসিয়াগী অমসুং আফ্রিকাগী জাতিশিংশু মনিং মখা তম্রবা চহি খরা অসিদা পৃথিবীগী খোংজেন্দা য়াওবা ঙম্রক্লি।

## লাইফদিবীগী শক্তি

মনিপুরগুম্বা নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংদদি ব্রিটিশশিংনা হাকথেংননা লৈবাক্কী শাসন তৌদে। হায়বা ইনগদবা নিংথৌশিংদা শিন্নথোকই। অদুনা মনিপুর লৌশিনলবা মতুংদা ব্রিটিশশিংগী অহানবা মথৌ হায়ববু হান্নগী নিংথৌরোল মরী অদু থদত্নুনা অনৌবা অমা খিনজিনবা ভাবনি। অঙাং ওইরিবা চুরাচান্দবু খুনগৎলগা গাডিদা থমজিনবা, ময়ুম অমা শাবিরগা কোনুংনি হায়দুনা পংহাদ-হরাওহনদুনা থমজিনবা, অদুগা তশেংবা শক্তিদি মাঙোন্দা শিন্নদবা পোলিসি অসি ব্রিটিশনা মনিপুরদা চৎথরকখি। চুরাচান্দ মহারাজদি ব্রিটিশশিংগী মখুত্তা লাইফদিবীগুম্বনি। নোংদা লাইরেন পাখংবগী মতমদগী লৈরকলবা কংলাদদি মনিপুরগী রাজনীতি শক্তি মচেৎ অমা লৈতে, সাহেবমচা পোলিটিকেল এজেন্ট অমসুং মনিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রসিডেন্ট মখোয় অনিদা লোইনমক লৈ। তৌইগুম্বসুং নিংথৌনি হায়দুনা হাপচিনলুরবনিনা মতৌ মান্নবা শক্তি খরা শিজিন্নহনবা অদুদা চুরাচান্দনা থিঙেন তাইনবা ঙমদ্রগা নাসিখোংদা তাইনরবগী ৱাথোক ঙাক্কনা ঙসি ফাওবা থম্মোইদা

য়েক্কুনা লৈনরি।

চুরাচান্দ মহারাজদা ব্রিটিশশিংনা শিন্নরিবা শক্তিশিং অসিদি ধর্ম্মগী মমিংদা মী অমবু খুল অমবু হেক্তা মাংই নত্রগা শেংই হায়জিনবা, মাংই হায়রবদি শেংদোক্রবা পৈশা লৌবা অমসুং তৃক্কচরবা অতৈ মখল কয়াগী অওং-অনৈ প্রজাশিংদা পীবনি। ইয়ুমদা হৌজবা তেরা পাম্বী ইশানা য়ানজবা, মহৈ হেকচবা ফাওবা য়াহনলমদে হায়বসি ঙসিগী নহারোলশিংদদি তাবদা নোকনিংগনি। অদুবু চুরাচান্দ মহারাজগী মতমদদি অচুম্বনি। অসিদা নত্তনা মখল মখলগী খাজনা – পাচ নাপেৎ, চন্দোন শেনখাই, খল্লুবদা তৃক্কচরবা অফা-অপুন ঙাক্তনি। চীং অমসুং তমদা লৈবা খুঞ্জাশিংবু সরকারগী আমিনগুম্বা ওফিসার মচা অমা লাকলগা মাগী মীনাইগুম্না শিজিন্নবা, মাগী চাকথাক নমদুনা হুলহনবা, মাগী মপোৎ মচৈ মমল পিদনা কুলিগুম্না পুহনবা, মসিনি চৎনরম্রিবা চুরাচান্দ মহারাজগী লৈঙাকলোন মওং খরা। চুরাচান্দ মহারাজ পাল্লিঙৈদা চৎনরম্বা নীতি অমনা, চীংমীশিংগী মরক্তা কাংলুপ অমবুনা চান্না তৌরগা অতোপ্পা কাংলুপ অমবুনা নমদুনা অঙম অথৌশিংগী দোলাই পুহনবা, অদুগা দোলাই ফৈনা তোংদুনা কুম্মৈ ফিয়োং য়েংলিবা অঙম্বা অদুনা হিদাকফু চিংলদুনা ঙাম্থোইরদুনা মোমোন নোকপা, মসিনি ঙসিফাওবদা নিংশিংলুরগা নিংদোন পোম্নরিবা থাফম। ব্রহ্মসভানা হিন্দু নত্তে ‘মাংই’ হায়দুনা ইথ্রোকখ্রবা চীংমীশিংবু লৌনগনবা লায়না পকলবদৌনা মখোয়না শোকলকপা, য়ুমদা চংহনবা, মরুপ মপাং ওইনা তিন্নহনবা য়াহনলমদবা সমাজনি। চপ মান্নবা মীওইবা কাংলুপ মশেল মরক্তা অমনা অমবু অশুক ওৎ নৈহনখিবা মতম ঐখোয়গী ইতিহাসতা অমুক্তা য়াওখিদ্রি।

তৌইগুম্বসুং চুরাচান্দ মহারাজগী মতমদা প্রজাশিংনা অশুক অফা-অপুন লৈনা, থানা খাংখিবা সিদি মশানা তাজবনি, ঙকনিংঙাই ওইদে। ঐখোয়গী মাংলমচৎতা পানখিবা নিংথৌশিংদি মশাগী মথৌনা অমসুং শক্তিনা নিংথৌ ওইজবনি। চুরাচান্দ মহারাজগুম্না শরক চিদাই অমদা চৎলম্বদগী খুনগৎলগা ব্রিটিশনা নিংথৌ ওইহনখিবা অসিগুম্না ওইহনখিবা কনাশু য়াওখিদে। চুরাচান্দ মহারাজগী ‘মতিক মশুং’ হায়ববু নুমিৎকী মশেকনা য়ৈরগা থানা ঙানবা ঙমজবা অদুগুম্বনি, সাহেবশিংগী খুদোনবী মখাদা লৈবনি। মরৈবাকনা মীগী লোইলম ওইনা

লৈরগা, মজাতিনা মীনাই ওইরগা, নিংথৌগী মতিক-মঙ্গল কদাইদগী লৈগদৌরিবনো? অদুনা তশেংবা মশাগী শক্তি অসি লৈত্রে হায়বা খংলবনিনা, মদু কুপখৎনবা হায়দুনা 'মতিক মঙ্গল' লৈরি হায়বসি প্রজাদা উৎননবা প্রজাশিংবু মকুপ মতাশিংদা ঈরোইনা খোংবান নৈবগুম নৈবা তাবনি।

## লমহুই লৌশিং

মনিপুরীশিংগী মরক্তা, চুরাচান্দ মহারাজগুম্বা অমবু দোলাইদা ঝাংনা থাঙ্গৎপিবা অমসুং মাগী অনিং-অনিংবা খরা তৌহনবা হায়বসি লোইলমগী মপু ওইরিবা ব্রিটিশশিংগীদমক্তদি হেন্না খুদোংচাবনি। মসিনা ঐখোয়গী সমাজ অসি মচেৎ মচেৎ তানা থুগাইনবগী থ্বাইদগী লায়রবা পাম্বেনি। অদুগা য়োংনা তল য়েনবগুম মচেৎ মচেৎ তারবা সমাজ অদুদা অমগী অমুক মিচং চং, অমদা অমুক চং তৌদুনা অনিমক্তা হায়দুনা মতোঙ চাবা, অমসুং ঐখোয় মশেলবুনা অমগা অমগা খৎনহনবা নুংশিনহন্দবা হায়বসিদি পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা সাহেবশিংনা তৌদুনতা লাকলবনি। মসিগী পোলিসি – 'দিভাইদ এণ্ড রুল' অসিনা লোইলম শাসনগী অহানবা তৌদ্রবা য়াদ্রবা মথৌনি। মসি নত্রবদি, মতৌ করম্না মখোয় সমুদ্র ঝাংমদগী লাকপা মী খুজোক অমনা মীগী মরমদা শাসন তৌবা ঙমগনি?

মরম অদুনা, ব্রিটিশশিংনা চুরাচান্দ মহারাজগী মীওৎ-মীনৈ ময়াম অদু থিংদে, হেন্নদুম ইনশিল্লি। মসিনা প্রজা অমসুং নিংথৌ অনিগী মরক্তা অচৌবা শিংচেপ অমা ইরায় লায়না ওইহনলি। নিংথৌনা চৎথরিবা অমাং-অশেং অদুনা চীংমীগী অমসুং হিন্দু চৎপা মৈতৈশিংগী মরকতা নুংশিনহনদে। তম্পাকতা লৈরিবা মৈতৈশিংনা লমদম অসিদদি থ্বাইদগী চেকশিন্না য়েংগদবা কাংলুপনি হায়বসি ব্রিটিশশিংনা নিংথিজনা খংই। মরম অদুনা মখোয়না মৈতৈশিংগী রাখল অসি চামথোকতুনা, মপা মপুগী মনাৎ, লোল অমসুং লিচৎ শাজৎ অসি কাউহন্নবা হোৎনৈ। শান্তিদাসতগীদি ব্রিটিশশিংনা হেন্না শিংই। নমফুদা তৌহনখিবনি হায়বসি খোকহন্দনা, মৈতৈশিংগী লৈজরম্বা ময়েক অদু বঙ্গালী ময়েক্লা শিনজিনলকখি। ফিজং মরুমদা লৈরগা, চুরাচান্দ মহারাজবু ইনশিন-ইনশিন্দুনা ঐখোয়গী সমাজ অমসুং লৈবাক অসি চেগাই মচেৎ-মচেৎ পুনশনবা য়াদবগুম্না তোংঙান-তোঙান

তাহল্লি। তশেংবমক্তি, থাইনগী মৈতৈ নিংথৌশিংগি য়েক সলাইশিং লৈরিবা অদুগী মরক্তা শাগৈগী 'পিবা' অমগুম্বনি। অঙম্বশিংনা ঙম্বা, প্রজাশিংগী মরা চৎপা নিংথৌ ঙাক্তনা অয়াম্বনি। মদু হৌজিক্তি কাউথোকহনখ্রে, নিংথৌ হায়বসি তমথীরবা 'দিক্টেটর' অমগুম উহনখ্রে। ময়াং লৈবাকশিংদা ময়াং নিংথৌশিংনা ময়াং প্রজাশিংদা চৎপা শাজৎ অদুগী মতৌ অদু মনিপুরদসু চুরাচান্দগী মতমদা পুরকখিবনি (থায়নগী মনিপুর নিংথৌগা প্রজাগা লৈনরম্বা মরীদু নত্তে)।

লমহুই লৌশিং লৈববা ব্রিটিশশিংনা মখোয়গী লোইলম শাসন অসি কায়হন্দনবগীদমক্তা চুরাচান্দ মহারাজ মতোমতদা ঐখোয়গী লৈবাক অসি মচেৎ তানা থুগাইনবা শিন্নদে। মখোয় মশামকনা চোংশিন্দুনা তুং কোইনা পুনশিনবা য়াদনবা শিংচেপ থাবদা অটোবা থৌদাং লৌখি। নিংথৌগী মথুত্তগী রাজনীতি শক্তি লৌথোকখ্রবগু, ঙসি ফাওবা মখোয়গী শিংচেপ ময়াম অদু শংতোক্তুনা ঐখোয় মশেল খৎনবা, নুংশিনদবা তোকপা ঙমদ্রি। ইং ১৯০৭ তগী হৌনা লিংখৎখিবা মনিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রসিডেন্ট সাহেব মচা অমদা মনিপুরগী শরুক তরা থোকপগী শরুক মপালদা লৈরিবা চীংগী শাসন শিন্নদুনা চীংগী প্রজাশিংগী পুন্সিগা তম্পাক্তা লৈবিবা প্রজাশিংগী পুন্সিগা খায়দোকহন্দুনা তোঙান-তোঙানবা ঈচেল অনিগুম চৎহনখিবসি ব্রিটিশশিংগী শবৌদগীনি। মসিতা নত্তনা, মখোয়না খুদুম চনখ্রবা কংলাগী অকোইবদা, খ্বাইরমবন্দ কৈথেল অসি য়াওনা 'ব্রিটিশ রিজার্ভ' হায়দুনা মনিপুরগী আইন চৎনদবা, কনা অতোপ্পা অমত্তনা খুৎ থিংজিনহন্দ্রবা মফম অমা ইম্ফাল ময়োন অসিদা কন্দুনা থম্মখি। 'ব্রিটিশ রিজার্ভ' হায়বসি তরামাপলগুবা শতাব্দী লোইরকপদা, চাইনাগী খ্বাইদগী পাঙ্গল থোক্ত্রবা মতমদা, ইউরোপকি লংজা ময়াম্না সাঙহাই অমসুং কেনটনগুম্বা সহরশিংদা থমখিবা 'ফোরেন এনক্লেব' শিং অদুগা চপ মান্নবনি। মতম অমদা মনিপুর প্রজাশিংগী ঈ চুপলরগদবা ময়াং কারবাররালা ময়াম খুন্দাবা হৌহনখ্রিবা অসি ব্রিটিশশিংনা খুদুম চনবা 'ব্রিটিশ রিজার্ভ' অসিগী মনুংদনি। মনিপুরী মচাশিংগী লুশমদা তোংদুনা ঐখোয়গী ইরক্তা অহৈ-অপা শাররিবা ময়াং ওফিসারশিং অসি অহানবা পুশিনলকখিবগু ব্রিটিশশিংননি। অসুন্না ব্রিটিশশিংনা মরূ হুনলম্বা মুকাকলৈ পাম্বী, শেম্বাং কাকথুম ময়াম অসি ঙসিদি ব্রিটিশ চৎখ্রবা মতুং চহি কুনতরেৎগুরবা মতুং অসিদা পান্দোং

ফারে। ভারতনা মহুৎ শিলহৌবা লোইনম শাসন অসিনা হার অমুক হাপত্তুনা ঐখোয়গী লৌরি-য়ুম্ফম ফাওবা চেকশিনহৈদ্রবদি মখোয়না লাকহুৎখিদুনা মুৎলরগদৌরি।

### থম্মাইদ্রবা রাজনীতি অমসুং ইরাবত

লোইলমগী শক্তি খুদিংমক্তা মখোয়গী মীচং ওইনবা মীওই কাংলুপ অমা মীনাই ওইরবা সমাজ অদুদা য়োকখৎপা হায়বসিনা 'দিভাইদ এন্দ রুল' পোলিসি অদুগী মথংদা তৌদবা য়াদ্রবা মথৌনি। মসিগী পোলিসি অসিগী মখাদা ব্রিটিশশিংনা চুরাচান্দ মহারাজবু য়াংনা থাংগৎখিবনি। মহারাজগা লোইননা, মতম কুইনদগী ঐখোয়গী সমাজদা ওৎ-নৈবা কাংলুপ অমনি খন্দুনা লাকলবা লৌয়াম চাবা ময়াম অসিবুশু মীচং ওইশিন্দুনা য়োকখৎলম্বনি। তৌইশুম্বসুং, মতমগী য়াওন মতুং ইন্না অসিগুম্বা কাংলুপ অসি নত্তবা অনৌবা মীচংশু থীবা তাবনি। খুদম ওইনা, মখোয়গী পাউখোম্লোই ওইনবা, কেরানী ওইনবা, অনৌবা মীওই কাংলুপ অমা শেমগৎপা তাবনি। অসিগুম্বা মীওই অসি থোরক্লবগীদমক্তনি ব্রিটিশশিংনা স্কুল কোলেজনচিংবা লিংখৎলদ্রিবা অদুগী তশেংবা মরমদি। পৃথিবীগী অতৈ মফমদা তৌবগুন্না, অসিগুম্বা ইবা পাবদি খরা থোক্লবা তৌইগুম্বশুং লমদম অদুগী ইতিহাস অমসুং লৈহাওদগীদি মরু ফংনা ফুকতোকখ্রবা, থম্মাইখ্রবা মীওই কাংলুপ অমা কুনশুবা শতাব্দীগী হৌরকপা অহানবা তংখাই অসিদদি মনিপুরদসু থোরকখি। মখোয় অসিদি য়াম্নবদা গৌহাটি, ধাকা, কলকতা ফাওবা লাইরিক তম্বনি হায়দুনা চৎলুরবা, শুমদ্রগনা অম্বাইদা ক্লাস সিক্স পাস তৌরগা তোক্লবসু অহল-লমনশিংনা মচানুপী থাজগদবগী কোইতান তান্নরিবা, সরকারগী থবক মচা অমা তৌরগা পুন্সি মতোন লোম্নে খঞ্জবা শুম্লিবা মীওই কাংলুপ অদুনি।

ভারত অমসুং পৃথিবীগী মফম অতৈদা তৌবগুম লোইলমগী শক্তি অদুগী মনা-মথুম ফংবদগী অহানবদা মখোয়গী মীচং চংলম্বা, প্রজাশিংবু ফদি শুম্বগুম শুম্বদা মতেং পাংলিবা কাংলুপ অদু অসিগুম্বা 'লাইরিক হৈরবা' মীওইশিং অসিনি। তৌইগুম্বসুং মমৈথংদদি, লোইলমগী শক্তি অদুগী মাইয়োক্তা প্রজাগী ঈহৌ অমগা শাগোম্নরনা, মখোয়গী লুচিংবা ওইদুনা মরৈবাক মজাতিগী মনিং মখা তম্বা

পুরকখিবগু অসিগুম্বা মীওইশিং অসিগী মরক্তগী থোরকপনি। গান্ধী, নেহরু, সুকারনো, অং সান, হো চি মিন, মাও সে তুং, এনক্রুমাহ অসিনচিংবা ময়াম অসি অদুগুম্বা লূচিংবশিংদুনি। মশা মশাগী ওইজবা থাদোক্লবা, নোংচুপলোমদগী ফংলকপা অনৌবা যুগকি 'সাইন্স' অমসুং লৌশিং অদুগা মরৈবাক্কী লীরবা ইতিহাস অমদি সমাজগী লৈহাও – অনি অসি য়ানশিন্নবা গুন্নবা, অদুগা লমদম অদুগী মীওইশিংগী তোপ-তোপ্পা অনৌবা পুন্সিরোল অমা লৈথক-লৈখা খোন্দুনা পুখৎলকপা গুমখিবা, মজাতিগী মীনাই য়োল্লিং থদৎতুনা মরৈবাক্কী মনিংমখা তম্বা পুরকপা গুখিবা লমজিংপুরেল গুাক্তনি।

পীকলবা মনিপুরগী অসিগুম্বা লমজিংপুরেল অমা লৈরম্মী। মহাক অদু লৈখিদ্রবা মীয়ামগী লূচিংবা হিজম ইরাবত অসিনি। অফা-অপুন্না পিক থল্লবা মনিপুরী সমাজ, ব্রাইরুবা ধর্ম্মগী মমিংদা মী অমনা অমবু তাথি-তাওই তৌবদা থিংবীনবা লৈত্রবা মনিপুরী সমাজ, ব্রিটিশনা পুশিনলকপা ময়াং কারবারব্রালাশিংনা ঈ চুপ্লবা মনিপুরী সমাজ, খুর্জি য়াওদনা থাদোক্লবা চুরাচান্দ মহারাজগী মীওৎ-মীনৈনা থল্লবা শাসন, নৌনা মচিন তুমখৎলক্লিবা 'লাইরিক হৈবশিং' – ময়াম পুন্নমক অসিগী মাইয়োক্তা থৌনা ফনা লেপতুনা তুহৎপীরবা মনিপুরী প্রজাশিংগী গুকশমদা থাংলিবা মীনাই কোংঙোই অসি লৌথোক্লবা হোংনরম্বদি ইরাবত মতোমতনি। ইং ১৯৩৯ দগী হৌখিবা 'নূপী লান' অমসুং মতুং তারকপা রাজনীতি ঈহৌশিংদা ইরাবতনা মনিপুরদা তৌখিবগুম, অমুক্তদা য়েৎ-ওই শুনা হাইদুনা ঐখোয়গী সমাজগী, রাজনীতিগী অফা-অপুন ময়াম থদৎখিবা অমসুং অনম-অহা চুরমলবা প্রজাশিংবু তেল্লবা মতম অমদা মমিৎ পাংহনবা গুমখিবা অসিগুন্না অতৈ এসিয়াগী আফ্রিকাগী লূচিংবশিংনা গুমখিদে হায়না খল্লি। মনিপুরীশিংগীদমক্তদি হিজম ইরাবততা – নেহরু, অং সান, হো চি মিন, মাও সে টুং লোইনমক পুল্লবনি। অদুবু হিজম ইরাবত মপুন্সিগী নিংজরম্বা পম্বুং য়ৌবা গুমখিদে, মাইথীখি।

হিজম ইরাবতনা মাইথীবা ফংখ্রিবসি শক্তি লৈরবা ব্রিটিশশিংগী মখুত্তা নত্তে, চুরাচান্দ মহারাজগী মখুত্তসু নত্তে। মাগী লোইনরিবা 'থৌনা ফবা' নহারোল ময়াম অদুনা ইরাবতপু মাইথীবা পিবনি, খুরক্কি ঈনা লাই শাখিবনি। লোইলমগী মপূ ওইরিবা ব্রিটিশনা পাউখোল্লোই ওইনবা শেমগৎলকখিবা, ঐখোয়গী সমাজ মনুংদা

মখোয়গী খি-থাও চারিবা, 'লাইরিক হৈরবা' অনৌবা কাংলুপ অসিগী মথুত্তা ইরাবত তুখিবনি। দ্বিজমনি শর্ম্মা, বংস্কবিহারী শর্ম্মা, লাইশ্রম যোগেশ্বর, সৌগাইজম সমরেন্দ্র, চিংঙাখম পিশক, সিনাম কৃষ্ণমোহনগুম্বা 'লাইরিক হৈরবা' মীওই কাংলুপ অসিনা ইরাবতপু 'হাংখিবনি'। ঙসি মনিপুরীশিংনা লাইর-চুদংনদুনা খুদাং পীখন্নবা হিংলিবা অসি হায়রিবা কাংলুপ অসিনা খঙনা নত্রগা খঙজদনা থোকহনবনি। মখোয়না তেনবাগুম্না তমলুরবা লাইরিক, মমিংনা উরকলবা মনানা তারক্লবা ভারতকি মনিং মখা তম্বগী ঈহৌ, অনি অদুগা মনিপুরগী লৈহাওগা চুশিন্নবা য়েংবা ঙমখিদবদগী মনিপুরগী প্রজাশিংগী ঙকশমদা মীনাই কোঙোই অসি থুররিবনি। থম্মাইরগা হন্নক্লবা মখোয়না হিজম ইরাবতনা শাগৎলকলিবা প্রজা মীয়ামগী ওইবা ঈহৌ অদুগী শ্বাইদগী চাউরবা খুরৌ ওইখি। মখোয়না মশাগী খুদোংচাবা লৌনবা লিংখৎখিবা মনিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা তৌবা নমথিরবা কোমজাও অমদা মনিপুরগী প্রজাশিংবু ঙকশম য়ৌনা পুখহনখি।

## মীনাই য়োংম্লিং অমসুং কংগ্রেস পার্টি

ভারতকী অতে মফমদদি, কংগ্রেস পার্টি অসি হিন্দুশিংনা চহি চামণ্ডা হেন্না মুসলিম অমসুং ব্রিটিশশিংগী মীনাই ওইনা লৈরুরবা মতুংদা ইতিহাসকী মলোম কয়া চমন কয়া ফুকৎতুনা হৌগৎলকপা মরৈবাক মজাতি নুংশিবগী, মীখা পোননিংদবগী ঈহৌনি। ভারতকী 'সেকুলারিজম', হায়বদি ধর্ম্মশিংগী মরক্তা মিচং চংদবা, হায়বসি মীনম্বনি। অশেংবা ওইয়ম্রবদি পাকিস্তান থোরকলমলোইদবনি। অসিগুম্বা ঈহৌ অসিগী মরুদি ভারতকী লীরবা গীতা, উপনিসদ য়ৌনা তারিবনি। অদুনা ভারত কংগ্রেস পার্টি অসিদা য়াওরকপা মীওইশিং অসি মশাগী ওইজবা থাদোকলবা, ব্রিটিশকী ঘি-থাও ময়ামদা মীকারুদ্রবা মীওইশিংনি।

তৌইগুম্বসুং মনিপুরদদি কংগ্রেস পার্টি অসি মশাগী ওইজবতা থীরবা, ফমগীদমক্তা মরৈবাক বন্দোব থম্বা ঙম্রবা মীওই ঙাক্তনা শেমখিবনি। মীগী মমা ফজবীবু ইমা হায়না কৌবদা ইকাইদ্রবা মীওই ঙাক্তনি। হিন্দু ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখিবদগী মজাতিগী মপানাৎ মপুনাৎ কাউথোকত্রবা, চহি লিশিং কয়াদগী তুংখৎলক্লবা মশাগী ময়েক ইবা ঙমজদ্রবা, ঙাংথোরকপা ইথোরকপদা বঙ্গালী ব্রাহ্মে

খরা থেৎচিল্লবা লেমজরে ফজরে খনগ্রবা মৈতৈ ঙাক্তনা কংগ্রেস তূপী উপশিনবনি। ইং ১৯৪৭ তা ভারতকী মনিং মখা তম্বা অদু হেক ফংখিবা মতুংদগীদি, ভারতকী হিন্দুশিংগী নৌনা ফংলকপা রাজনীতি শক্তি অদু মখোয়শু হিন্দুনি হায়খ্রবা মনিপুরগী কংগ্রেসশিংনা মশাগী ওইজবা ফংনবগীদমক শরৌ তৌথিবদগী ভারত সরকাবনা মনিপুরবু ইরায় লায়না ইং ১৯৪৯ দা মখোয়গী লোইলম ওইহনখিবনি। পুকচেল চাওবা, লেমথোকপা হায়বসি মপাঙ্গল ফবা মীওইতনা ঙম্মনি। মশামক মপা মপু হাক্তক্তগী চহি চামঙা হেন্না মীনাই ওইরুরবা ভারতকী হিন্দু নেতাশিংনা মদু ঙমদে, মীনাই ওইবগী লিচৎ নোংমদা হোংদোকপা ওইখোক্তে। অদুনা মনিপুরগী কংগ্রেস নেতাশিংনা মনিপুর অসি লৌশিনবিরো হায়না হায়জরুবা মতমদা ভারতকী হিন্দু নেতাশিংনা মতিন চোরোইদবগী মরম লৈতে। মমাংঙৈ মতম অমদা খা নোংপোক এসিয়া য়ৌনা শন্দোকলম্বা হিন্দুগী সম্রাজ্যশিং অদু খংনৈং নিংশিংলুরগা মনিপুরনা খ্বাইদগী নোংপোক থংবা অনৌবা ভারতকী অনৌবা সম্রাজ্য ওইহন্নিংবা মশানা তাবনি। মদু ওইহন্নবগীদমক্তসু খ্বাইদগী পীকলবা পুকচেলদগী থোরকপা খ্বাইদগী ইকাইনিংঙাই ওইরবা লৌনম অমসুং শরৌ শিজিন্নরকখিবদুশু অদুম ঙকনিংঙাই ওইখিদে। মতৌ অসুম্না, ভারতনা মীনাই ওইবিঙৈদা মনিং তম্বা পুরক্লবা শাগৎখিবা কংগ্রেস পার্টি অদু ব্রিটিশনা থাদোকখিবা হেক মিকুপ অদুগী মতুংদগীদি, অকোইবদা লৈরিবা লৈবাকশিংগী মনিং মখা তম্বা মাঙহনবা, হিন্দুগী লোইলম শন্দোকপা রাজনীতি দল ওনখ্রে। ভারত অসি হিন্দুশিংতগী ওইবা লৈবাক অমা ওইহনগদবনি হায়না লাউরিবা, মুসলিমশিংদা ভারত অসিগী মচেৎ অমা পাকিস্তান খায়দুনা পিথোকই হায়বগীদমক মহাত্মা গান্ধীমক ফাওবা নোংমৈনা কাপখ্রিবা, 'কম্যুনেল' ওইখ্রবা আর, এস, এসকুম্বা কাংলুপশিংগা ভারত জাতিয় কংগ্রেসকা থেন্নবশি মনিপুরগুম্বা মফমদদি ঈরৈ লৈরক্তবনি। মনিপুরদা তৌবগুম্না, ১৯৪৯দা সিক্কিমদশু 'সিক্কিম কংগ্রেস' হায়দুনা নেপালী অমসুং ভুটিয়া লেপচাশিংগী জাতিগী মৈতাল অশিবা কাংবু অদুগা লৌতুনদুনা সিক্কিম অসিসু য়োৎশিনগে তৌরম্লবনি। উচিন নাচিন্না মতম অদুদদি হিন্দুনি হায়দুনা থাজিনলকপা নেপালী মশিং য়ামদবনা অমসুং সিক্কিমগী চোগ্যাল (নিংথৌ) না বোধচন্দ্র মহারাজগুম্বা নত্তবনিনা সিক্কিম অদু ভারতকী খায়াত্তগী

কলহৌবা ঙমখি। মনিপুরীশিংগীদি, ব্রিটিশ চৎখ্রবা মতুংদা মতম খরা মশক উরম্বা নিংতম্বগী নুমিৎ অদু অমুক ইং ১৯৪৯ দগীদি অমুবা লৈচিন্না খনজিনখ্রে।

## করি ক্লাকনো – ময়াং ক্লাকনে

ইং ১৯৪৯ গী ওক্তোবর তাং ১৫ দগী মনিপুর অমুক ভারতকি লোইলম ওইরে। ময়ায় কারবা ভারতকি হিন্দু নেতাশিংনা ঙসি তৌবগুম্না, 'চাউখৎত্রবা' মনিপুর অমদা দিমোক্রেসিগী মৈরা অদু চমখৎপা লাকপনি হায়বসিগী তাৎ অদু ফাওবা মতমদুদা তৌবা ঙমখিদে। মরমদি ভারতনা মনিপুর লৌশিনলগা দিমোক্রেসি হিংহনবগী মহুত্তা ঐখোয়গী লৈজরম্রবা দিমোক্রেসিগী মৈরি অদু মরু ফংনা মুথৎখিবনি; প্রজাগী মীখলদগী খল্লকপা এসেমব্লী অমদি মন্ত্রী মন্দল অদু মুথৎলগা মী অমত্তগী (চিফ কম্মিশনরগী) শুপনম শাসন মখাদা চহি কুনহুমদোই থমলকপনি। ভারত অমসুং মনিপুর অনি অসি অমনা অমবু সনমান তৌনদুনা হিংমিন্নরগনি অমসুং পৃথিবীগী চাউখৎ-খোংথাংদা খুৎশন্নদুনা চৎমিন্নরগনি হায়বসি পুকচেল ইতিং তিংনা থাজদুনা চংজরুবা মনিপুর কংগ্রেসকি মীওইশু কয়া অমনি। তৌইঙম্বসুং ভারত সরকারনা মখোয়বু শিজিন্নগদবা মখৈ শিজিন্নরগা মতোং চুপথোকলগা হুন্দোরকপা অদুদা কৌতা অহাংবগুম ঙসি মচি মচিদা তাদুনা লৈরি। কংগ্রেসতা য়াওবিবা মৈতৈ ক্লাকশিংনা ময়াং ক্লাক থাজরুবগী ফলনা ঙসিদি মখোয় মশামকশু নিংদোল পোম্বা য়াওররি।

ইং ১৯৪৯ দগী ঙসি ফাওবা শন্নরকপা অসিদা ময়াং অঙম অথৌশিংনা লমদম অসিগী মীওইশিংদা য়েংলকলিবা মিৎয়েং অসি ঐখোয়বু থাজদবা, ঐখোয়গা মখোয়গা মীগী মী চপ মান্নবনি হায়বসি লৌনিংদবা, য়াম্না হম্বনা য়েংবা মীৎয়েং ঙাক্তনি। মখোয়গা ঐখোয়গা ইতিহাসকি ঈচেল তিন্নরক্রুবশু, শক-চুদা খেন্নরবশু, পুন্না লৈমিন্নরুবগী হৌনবা পুন্না হিংমিন্ননবা হোৎনফম থোকপনি। তৌইঙম্বসুং ভারত মচাশিং অসি মনিপুরদতা নত্তনা পৃথিবীগী মফম খুদিংদশু মখোয়বু নুংশিবা হায়বসি য়াওদে। ব্রিটিশকি লোইলম শাসন লৈরিঙৈদা কুলি ওইনবা পুখিবা ময়াংশিংসি ঙসিদি মালয়সিয়া, বর্ম্মা, শ্রীলংকা, উগান্দা, কেন্যানচিংবা লৈবাকশিংদা মখোয়না মীরোল অমা অনি শুনা খুন্দারবা মতুং

অসিদ ফাওবা হায়রিবা লৈবাকশিং অসিনা মনিং মখা তমলকপা মতমদদি তাঙ্খোরকলি। মোরেগী প্রেমনগরদা লৈরিবাময়াংশিং অসিশু বর্ম্মাদগী তাঙ্খোরকপা ঙাক্তনি। মরমদি মখোয়না (ময়াংশিংনা) খুন্দারুরিবা লমদম অদুগী মীওইশিংগী পুন্সিগা চৎমিন্নরবা হিংমিন্নবা হায়বসি মখোয়না কৈদৌঙেদশু ঙমদে, হিংমিন্নবসু হোৎনরুদে। মখোয়গী ওইজবতা থীবা, পৈশাগীদমক ইকাইবা শুকখং খঙদবা, ব্রাহ্মণ-শুদ্র খাইদোকপা সমাজ অমদা লৈবা মরমনা মীগী মরমদা লাকলবশু হন্থবা মীৎয়েংনা য়েংবা অচাউরম কাবা – ময়াম অসিনা ময়াংশিং অসি নুংশিহন্দনবগী মরম ওই। মরম অদুনা মপাঙ্গন শোনবা শ্রীলঙ্কানা ভারতকা য়ানবা অমা পুরক্তুনা ময়াংশিং তাঙ্খোকখিনবা হোৎনরি, মপাঙ্গল কনবা উগান্দানা মনমগন্দা খোংউপ বুটনা কাওরগা তাঙ্খোরক্লি, মখোয় চংহন্দনবা হোৎনবদা দিমোক্রেসিদা থাজজরবা ব্রিটিশশিং ফাওবা মখল মথেলগী অথিংবা পীদুনা হোৎনরি। চুমথাং নমথীবিবু পামদুনা ইংখোন্দা থাজগে হায়বা মীওই কাংলুপ অসি মৈতৈশিং অসি নত্তনা ঙসি ফাওবা চোংথোরক্তি।

তৌইগুম্বসুং মনিপুরগী 'লাইরিক হৈরবা' কংগ্রেস নেতাশিংনদি অসিগুম্বা ময়াংশিং অসিগা ইচম চমজবা মনিপুরীশিং অসিগা তিন্নহনলগা চাকহোং-ঙাহোংলগনি হায়না খন্দুনা মনিপুর অসি লৌশিনবিরো হায়রুবনি। ভারত মচা খুদিংমক গান্ধীগুম্বা ভক্ত ওইরবোই হায়না ইপং পংনা খল্লুবনি। মখোয় মশামক্কী অচাউরম কাজবা অমদি হৈরবনি শিংলবনি হায়না খঞ্জবা ময়াম অদুনা লাকহৎখিদুনা ঐখোয়গী ইপ-ইপুশিংনা কাউদনবা হায়রম্বা ইতিহাসকি পারাশিং অদু নিংশিংলুদবনি। হিন্দু ধর্ম্মনা থম্মাইখিদ্রিবা মৈতৈশিংদি হেক উবদা ময়াংশিং অসি কনানো হায়বসি খঙখি। ময়াং ক্বাকশিংদি – চাক চখোম অমা চাগে হায়রবশু পীজরুনু, ঈশিং খুয়া অমা থক্কে হায়রবশু পীথকউনু হায়বসি চহি চর্নিগী মমাঙদা ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা হায়রম্রবনি। মসিগী পারা অসি পৃথিবীনা ঙসিতা খঙলক্লিবনি। অদুগা পারা অসি থেংনা খঙলকপা ত্রিপুরী, কাছারী, অহোম্রচিংবা জাতিশিংগী লৌরি য়ুম্ফমশিং অসিদি শেনবাং কাকথুম, চুমথাং নমথীবা ময়াম্রা লাকহৎখিদুনা মখোয়বু ঙসি অমুক কনবা ঙম্ররোই। 'সোসিয়েলিজম সমাজ লিংখৎপিরগে' হায়বা খোল্লাও কয়ানা মখোয়বু অমুক মথরাই হাপকৎপা ঙম্ররোই।

মসিগী দথা অসি হৌজিকমক সিক্কিমগী ভুটিয়া লেপচাশিংনা থেংনরি; অরুনাচল প্রদেশ কৌশিনখ্রবা নেফাগী মীওই কাংলুপ মচাশিংনা থেংনবি।

## লোইলমগী শাসন অমসুং চুমথাং নমথীবি

মতৌ অসুম্না, ভারতকী লোইলম শাসনগা ব্রিটিশ লোইলম শাসনগা অচৌবা খেন্নবা অমা লৈ। সাহেবশিংনা ঐখোয় মশেল অসি হয়েং তুংদশু খংনহৌনবা শিংচেপ থাজনলম্নবশু মী অমা ওইবগী মশাগী ইজ্জৎ ঙাকনা থবক তৌবম্মী। মীশিংশু ইয়াম য়ামদবনিনা মখোয়না ঐখোয়গী ইবমদা খুন্দাশনদুনা ভারত মচাশিংশুম্না য়েনখা-লুখাদগী চফু উয়ান কোৎলগা চাথোক্কে থক্তোক্কে হাযবা ফাওবদি তৌবমদে। ভারতকী অতৈ মফমদা তৌরেবশু, ব্রিটিশশিংনা অৱাং নোংপোক চিদাইদ' লৈবিবা লুসাই হিলস মনিপুর, নাগ হিলসনচিংবা লমদম অসিগী মীওইশিংনা লেঞ্জরিগা পুন্সিদা কা হেন্না খুৎ থিংজিনলমদে। মবম অদুনা ব্রিটিশকা শম্নহৌবা অহল লমনশিংনা কবপসন য়াওদবা সাহেবনা পানবনা হেন্না নুংঙাই হাযনা ঙসি ফাওবা শোন্নহৌবি, তশেংনমক ঐখোয়দু মচেৎ মচেৎ তানা থুগাইবন্নিবসিদি মখোয়গী পোলিসিনি হায়বসি অহল লমনশিংনা খনবা ঙমলদ্রি।

ঙসিদি অৱাং নোংপোক ভারত হায়না খংনবিবা মফমদা অদুক্কী মতিক থুনা মশিং য়াম্না ময়াং ময়াম খুন্দাহনবা হায়বা অসি ভারত সবকাবগী পোলিসি অচৌবা অমা ওইবে। মসি নত্রবদি লমদম অসিদা হান্না লৈজবম্নবা মোঙ্গোলোইদ কাংলুপশিংগী তোপ তোপ্পা শক্তম অমা লৈজবিবসি নমহৎপা ঙম্নবোই হাযনা খন্দুনা তৌবকপনি। হৌজিকমক অরুনাচল প্রদেশতা মশিং খঙদ্রবা ময়াং ময়াম চাইনাগা তোইনবা পবিং অসিদা খুন্দাহনলি। মেঘলয়াদা, মনিপুর, নাগালেন্দ, মিজোরামদশু নেপালি, দেশৱালিনচিংবা ময়াম অতৎপা লৈতনা হাইজিল্লকলি। নাগালেন্দগী খ্বাইদগী চাউরবা সহর দিমাপুর অসিদা নাগাশিংগী ময়ুম লৈতে; কোহিমামকশু খরা লৈরবদি ভারত সবকাবগী মোইথেমদা ইনাক খংখুন-খুনবদগী নুংঙাইবা পাম্নবা নাগাশিংগী মখুত্তগী চৎখিগদৌবি। ময়াংশিংগা খরা কুইনা শম্নবকপদগী খঙলবা খাসিশিংদি ময়াংশিংগী ঈশিং ঈচাও অসি থিংননবা হায়দুনা মেঘলয়া লেজিসলেটিভ এসেম্ব্লীদা 'মেঘলয়া রেসিদেনসিয়েল পার্মিট বিল,

১৯৭৩' অসি পাস তৌখিবা চহি অনি শুদোরবনি। বিল অসি আইন ওইনা চৎনহনবা য়ারবদি অনৌবা খুন্দাগে লাকপা ময়াংশিংদা অথীংবা অমা পীরগনি, ময়াংশিংনা মেঘলয়া মনুংদা লৈবা য়াবগী মতম ককলগনি। তৌইগুম্বসুং হৌজিক ফাওবা বিল অসিদা ভারতকি প্রসিডেন্টনা সহি তৌবিয়ু হায়বা য়াদ্রি, আইন ওলহনদ্রি। বিল অসিদি ভারতকি লোইলম পোলিসি অসিগী মাইয়োক্তা লাকপনিনা ভারত সরকারগী লোনচৎ অসিদা ঐথোয়না করিসু ওক্লিংগাই ওইদে। হিংমিন্নবা, অচৌবনা মচাবু তুহৎনদবা হায়বসিদি কৈদৌঙৈদসু ভারত সরকারগী অমসুং ময়াংশিংগী হৌন-লোনচৎ ওইরকখিদে।

হৌজিক ভারত সরকারনা ময়াং মশক মান্দবা ময়াং মরোল লোন্দবা মীওই অমত্তা থাজবা গুম্রক্তে। লেংঙ-লেংঙগা পুখগদবা, য়ান্না খুদোংথিনিংঙাই ওইবা খোংথাং অমদা ভারত সরকারনা থাংজিনলক্লি। ১৯শুবা শতাব্দী লোইশিনলকপা অমসুং কুনশুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা, আফ্রিকাগী প্রজাশিংগী ঈ চুপনবা সাউথ আফ্রিকাদা, সাউথ রোদেশিয়াদা, অলজেরিয়াদা অঙৌবা সাহেবশিং খুন্দাহনখিবা ইউরোপকী লোইলমগী শক্তিশিং (কোলোনিয়েল পৱারশিং) অদুদগী ভারত সরকারনা শরুক তৱা হেন্না তমথীনিংঙাইনি। হিংমিন্নসি হায়বগী খুদোংচাবা পীবিদ্রবা, মাঙশিলক্লিবা মজাতিগী ঈজ্জৎপুদি কননিংবা মোঙ্গোলোইদ জাতিশিংনা ভারত সরকারগী মাইয়োক্তা অপুনবা শক্তি অমা তপ্না তপ্না অৱাং নোংপোক ভারত্তা শাগৎলকলিবসি করাম চাউবা ভারতকী হিন্দু নেতাশিংনা থোকহনবনি। চরা নাম্মতা চাবা ভিয়েটনামগী প্রজাশিংনা মজাতিগী ঈজ্জৎ কন্নবা অমসুং মনিং মখা তপ্না ঙাকননবগীদমক পৃথিবীগী খ্বাইদগী শক্তি লৈরবা আমেরিকা ফাওবা মাইথীবা পীরকলবা মতম অসিদা ভারত সরকারনা লমদম অসিগী প্রজাশিংগী তোপ-তোপ্না পুন্সিরোলবু মিকুপ খুদিংগী তেমশিংনবদি খ্বাইদগী রাখল থেনবা থৌশিল ওইগনি।

## ওঝানা তম্বীরম্বা পারাশিং

অদুবু ভারত সরকারদি পৃথিবীগী য়াওল ফাওবা 'থৌনা ফনা' তেমশিংনরি; লোইলমগী শাসন মুথৎনরক্রবা মতম অসিদা তোপ-তোপ্না লৈজরম্বা সিক্কিম ফাওবা নমফুদা ভারত্তা য়াওহন্নবা হোৎনরি, সম্রাজ্য শন্দোরক্লি। ব্রিটিশনা তম্বীরম্বা

পারাশিং অদু ইতিহাসকী ঈচেল হনগৎনা ভারত সরকারনা ঙসি হিমালয় চীংশাং নাপোমদা লৈরিবা জাতিশিংগী মরক্তা থবক ওইনা পাংথোকলি। সিক্কিমগী রাথোক অসি থোকক্রিঙেদদি ভারত অসি শান্তি পামজবা, মীঙোন্দা লানজরুদবা, লোইলমগী শাসন শম্পোকপা থিংবা (এন্টি-কোলোনিয়েল), নৌনা মনিং মখা তমজরকপা এসিয়া অমসুং আফ্রিকাগী জাতিশিংগী মিচংনি হায়না পৃথিবীগী লৈবাকশিংনা থল্লরকই অমসুং ভারতনশু মতৌ মালহললি। ঐখোয়না ভারত অসি হৌদোং লম্বেইবনি, তৌশিল্লবনি হায়না লাউরকপশি কনানশু থৌশারুদে। অরাং-নোংপোক ভারত্তা 'ইন্নর লাইন' হায়বা অমগী মনুংদা, পৃথিবীগী মী অতৈ কনা উহন্দনা আফ্রিকাগী এংগোলা অমসুং মোজামবিককুম্বা লৈবাক্তা পোর্টুগালনা মীহাৎ-মীপুল কয়া তৌবা অদুদগী হেন্না শাথিনা ভারত সরকারনা লমদম অসিদা তৌরি হায়বসি ঙসিদি পৃথিবীনা খরা খঙনরকলে, মতুংদশু হেন্না খঙনরকখিগনি।

ব্রিটিশশিংগী মতমদা তৌরম্বা অদুগা চপ মান্নবা ভারত সরকারনা অরাং-নোংপোক ভারত্তা 'দিভাইদ এণ্ড রুল' – অমগা অমগা খৎনহল্লগা খুদোংচাবা লৌবা – পোলিসি অসি অশুম চৎথরি। ঐখোয় মশেল নুংশিনহন্দবা, খৎনহনবা অসি ভারত সরকারগী অপাম্বনি। অদুনা ঙসি ভারত সরকারগী থৌইনশিন্দগী নাগাশিংগী মরক্তা সেমা কাংলুপকা অতৈ নাগা কাংলুপশিংগা থাং শৎনহল্লি। ব্রিটিশকি পোলিসি মতুং ইন্দুনা, মনিপুরদা চীং অমসুং তম খাইদোক্লুনা অনি অসি তিনশিল্লবা নুংশিনবা য়াদনবা কন্না হোৎনরি। হিন্দু-মুসলিম খৎনহল্লগা ব্রিটিশনা খুদোংচাবা লৌবা অদুগুন্না ভারত সরকারনা খুদোংচাবা লৌরি। মৈতৈশিংনা ওৎ-নৈবদগী ভারত সরকারনা চীংমীগী ইস্তরেষ্ট ঙাকলিবনি হায়দুনা পুকচেল ফবা শারি। অদুবু কুইনা লোৎপদি য়াররোই।

তশেংবদি, চীং অমসুং তম অনিমক্তা লৈবা প্রজাশিংবু ওৎলিবদি ভারতকী লোইলম শাসন অসিনা পুথোকপা অনৌবা মীওই কাংলুপ অমননি। মখোয় অসি লোইলমগী শক্তি খুদিংমকনা মখোয়না খুদুম চনলবা লমশিংদা মীচং ওইনবা শেমগৎলবা কাংলুপ অদুনি। মখোয় অসি ইনাক খুনলবা মযাং কারবাররালা, মফম চাউরবা ময়াং ওফিসার, মখোয়গী পাউখোল্লোই ওইবদগী হুমাং মরিক অমা তারুদনা ইনাক খুনলবা চীংমী তম্মী মরক্তগী ঠীকাদার, ওফিসার, কাববাররালাশিং

অসিনি। থাইনগী লৌয়াম চাবনা সমাজদা য়াইতোং-ফমদোংবা শকলম্বা সমাজ অদু লোইশিনলক্রে। ঙসিদি অসিগুম্বা মশাগী ঈজ্জৎ থমদ্রবা, খুদক্তা ইনাক খুনলবা মীওইশিং অসিগী যুগ ওইখ্রে। লমদম অসিগী শেমগৎ-শাগৎনবনি হায়দুনা ভারত সরকারনা হৈক্রু মনাদা য়োম্রগা পৈশা পীরক্লিবশিংশু অয়াম্বদি মখোয় থরা অসিগী ফুরিখাওদা চংখিবা ঙাক্তনি। মনিপুর প্রজা পুম্নমক্কী য়েকনবদি অসিগুম্বা মীওই কাংলুপ অসিনি। মখোয় ভারত সরকারনা য়োকখৎলিবা মীওই কাংলুপনি।

ভারত সরকারনা য়োকখৎলিবা মীওই কাংলুপ অসিগা ব্রিটিশকি মতমদা শেমগৎলম্বা 'লাইরিক হৈবা' কাংলুপ অদুগা খেন্নবা য়াম্না লৈ। 'লাইরিক হৈবা' কাংলুপ অসিনা ভারতকী নিংতম্বগী ঈহৈ অদুদগী নাম্ভোকপা ঙমখিদে। অদুনা কংগ্রেস তুপী উপশিনলগা মৈতৈশু আর্য্যগী মচা মশুনি হায়না খনখিবদগী, ময়াংশিংগী তশেংবা তুংদা ওইরক্কদবা শক্তম অদু মখোয়না খঙহৌদবনি। ভারতকা তিনশিন্নরুরবা মতুংদা হাইজিনলক্লিবা ময়াংশিং অসিদি মহাত্মা গান্ধীগুম্বদি অমত্তা য়াওরক্তবনিনা হায়রিবা মীওই কাংলুপ অসিনা ঙসিদি অহল মতম ওইরকপসিদা নুংঙাইতবনা নিংদোন পোম্লবা, বিশ্বাসঘাটক তৌবিখ্রবা কাংলুপ অমা ওইররে। তৌইগুম্বসুং অনৌবা মচিন তুমখৎলক্লিবা ঐখোয়গী সমাজগী মীওই কাংলুপ অসিদি ময়াংগা খেন্নফম খংদ্রবা কাংলুপনি। ময়াংগুম্না পৈশাতবু ঈরাৎ-পূজা তৌরবা, মশাগী অমসুং মজাতিগী চাউথোকচবা মচেৎ অমত্তা পকত্রবা, থবক শুকসু শুদনা ময়াংগা তিন্নরগা, মখোয়গী চলাক ময়াম অদু খঙলগা নৌনা ইনাক খুল্লকপা কাংলুপ অমনি। মখোয়শিং অসি ঐখোয়গী ওফিসার, ঠীকাদার, কারবাররালাশিংগী মরক্তগীনা অয়াম্বনি। মখোয় অসিনা অনৌবা মনিপুরগী রাজনীতিগীসু য়াংলেন শরূ ওইরি। মখোয় অসি লম্বীদা, মী তিনবা মফমদা, মখোয়গী শেমজিন্নরবা লিচৎ-শাজৎ, নাতৈ চাদনা কেথোরকপা ফিজেৎ লৈতেং কয়ানা ইরায় লায়না মশক উংথোকচরকই। মনিপুরদা ভারত সরকারগী মীচং হায়ববু মখোয়তনি। মীখল মতমদা পৈশা পুথোকলিবা কাংলুপনিনা মখোয়গী শক্তি অসি রাজনীতি দলশিংনা ককথহনবা ঙম্বগী থৌনা লৈরোই। হায়রিবা কাংলুপ অসি ঙসিদি মৈতৈশিংগী মরক্তদা নক্তনা চীংমীশিং, পাঙলশিংগী মরক্তশু য়াম্না য়াওরবনি, অদুবু মখোয়গী লিচৎ-শাজৎতি চপ মানৈ। ঙসি মনিপুর প্রজা অপুম্বগী য়েকনবা

কনানো পুথোকপা তাৱবদি হায়রিবা মীওই কাংলুপ অসিগা মখোয়গা লোইনরিবা ময়াংশিং অসিগনি। তমগী মীনা চীংগী মীদা ওৎ-নৈবনি হায়বদু ঙসিদি ভারত সরকারগী 'থৌজালদগী' অমুক চুমদ্রে। অসুপ্না ঐখোয়গী সমাজদা প্রজাশিংগী লুতোন্দা নেৎথনবা, ঐখোয় মশেল নুংশিনদনবা 'কেনসর'গুম্নবা মীওই কাংলুপ অমা লৈহনবা হায়বসি ভারত সরকারগী লোইলম শাসনগী পোলিসিনি। মসি মনিপুরদতা নত্তনা নাগালেন্দ অমসুং মিজোরামদশু চপ মান্নবা তৌরি।

## তানিং তামাং ওম্নবা 'চাউখৎ-থৌরাং'

অসিগুম্বা মীওই কাংলুপ অসি ভারত সবকারগী তাইওম্নবা চাউখৎ থৌরাং অসিনা পুথোকপনি। মনিপুর অসি লৌমীশিংগী লৈবাকনি। লৌমীশিংগী কান্নবা তৌবা, লৌউ-শিংউবা চাউখৎনবা হোৎনবা খুদিংমক প্রজাশিংগী য়াইফনবা তৌবনি। মনিপুরী নুপীশিংনা ইয়োং-ফি শাদুনা য়ুমথোং খুদিংগী পুকচাক হুনবা সমাজনি; ইয়োং-ফি চাউখৎনবা হোৎনবা হায়বসি মনিপুবগী ইমুং খুদিংগী পুকচাক হুনবনি। অদুবু হৌখিবা চহি ২৫ অসিদা মনিপুর প্রজাগী য়াইফনবা খন্নবা মতম ভারত সরকারগী লৈরক্ত্রি, ভারতকী ময়োল-লমদা থোকলিবা অচৌবা থৌদোকশিংনা মখোয়গী পুক্রিং চিংশিন্দুনা লাকলি। অদুগীশু মথক্তা, লোইলম শাসন অমগী অহানবা তৌফম থোকপা থবক হায়ববু মখোয়গী শক্তি অসি কায়দনবা মতিক চানা পোলিশ অমসুং লাম্মী শেমগৎপা অসিনি। মরমদি লোইলমগী শক্তি খুদিংমকনা খল্লুবদা হেক্তা মকলাপ নিকপা য়াথল অমদি - মখোয়না খুদুম চন্দুনা থমলিবা প্রজাশিংনা নোংমা খংহৌদনা মখোয়গী মথক্তা লান হৌবক্কদ্রা হায়বসিনি। ভারত সরকারদি মনিপুর অসি প্রজানা য়ারগা নত্রগা লান্দা মায়থীবা পীরগা লৌশিনখিবশু নত্তবনিনা, ভারত সরকারনা মহারাজ বোধচন্দ্র অমসুং মনিপুর প্রজাদা ইং ১৯৪৯ দা তৌখিবা লৌনম শাজৎ অদু খংলক্রবদি কমদৌবা হায়বসিদা মীপাইফম থোকপনি। য়াথল অসি মতম চুপ্পা ভারত সরকারগী অশুম অথৌশিংগী পুক্রিংদগী কোকপদা শুম্নরোই নিংই।

মরম অদুনা, মাইথীরবা মনিপুরগী কংলাদা ব্রিটিশনা সিফাই থমজনবশুম ভারত সরকারশু মরিশুবা আসাম রাইফলস বটালিয়ল থমলি। অসিদা নত্তনা

মনিপুরগী লৈকুৎ লৈরাই, চিংনুং মাননুং কয়াদা মখল মখলগী সিফাই, বি, এস, এফ, অমসুং সি, আর, পি, নচিংবা থমলি। অরোনবা থবক্তা 'লমহেনবা' রিভরেন্দ আশুলীগুম্বা কয়া মফম মরাং খঙদনা লোইশিন্নবগীসু সরকারগী অরোনবা শেনফমদগী কায়থোক্তুনা এস, এস, বী অমসুং ভি, ভি, এফ, কুম্বা প্রজাশিংনা মশেন মরাং উরিবা খুৎলাই পায়রবা, মোমোন নোকপা মাইখুমদি উপ্পা কাংবু কয়াশু লিংখৎতুনা থমলি। মখোয় ময়ামগী খরচ অসি মনিপুর সরকারনা পুবনা অয়াম্বনি; পুদবশিংগীশু চৎথোক-চৎশিন নুংঙাইনবা মনিপুর সরকারনা লম্বী থোং কয়া শেমলি। মনিপুরগী চীংনুং মাননুংদা শেমলিবা লম্বীশিং অসিশু মনিপুর প্রজাশিংনা নুংঙাইনা চৎথোক-চৎশিন তৌনবা শেমখিবা নত্তে; ভারত সরকারগী লাম্মীশিংনা 'লমহেনবা' চীংগী প্রজাশিংবু লায়না নমহৎনবগীদমক শিজিন্নবা য়ানবা শেমখিবনি। লোইলম শাসনগী পোলিসি মতুং ইন্না সিফাইশিংগীদমক মরু ওইনা শেমখিবা লম্বীশিংদা প্রজাশিংশু খরা কান্নহৌবনি; সিফাই থম্বা মথৌ তারমদ্রবদি মনিপুরগী চীংগী লমশু ইং ১৯৬২ মমাংগী নেফাগুম মোংশোং ওইনা ঙসি ফাওবা অদুম লৈরমগদবনি।

মতৌ অসুন্না মনিং মমাং ওন্ননা চহি কুনমঙা তৌরকলবা 'চাউখৎ-থৌরাং' অসিগী ফলনা চাথোক মরাং কায়রম্বা, চাকহোং ঙাহোংলম্বা মনিপুর অসি ঙসিদি লৈকংলা ওইরে। মনিপুরগী উমং রাম্‌ং কোকশিল্লকপনা ঈশিং ঈচাও অমা হায়বসি নোং মংবদা অদুম শোইররোই হায়বা ঙমনরে। মপান্দগী পুশিনলকপা পোৎ-চৈ অসিদা মনা-মশিং অতেকপা ফাওবা য়াওশিনলকলে; পাৎ তুরেল য়াম্না লৈবা মনিপুরনা মপান্দগী ঙা অতেকপা ফাওবা পুশিনলক্তুনা চারি। ঈজ্জৎপু থমদ্রবদি ইরায় লায়না ইনাক খুনবা য়ারবা সমাজ অমা লোইলম শাসন অসিনা শেমবিরবনিনা, মনিপুরগী প্রজাশিংনা চাউখৎকে নুংঙাইগে হায়রবদি হুমাংমনতনা ওইথোক্কদবনি হায়বা অসি কাউহনখ্রে; ঈজ্জৎ য়াওদনা পৈশা তানবা নত্রগা ভিক্ষা নিরগা হিংবা পুন্সি অমদা হৈনহনখ্রে। পৈশা পিজবা, পৈশা চাবা, করপসন হায়বসি অসিগুম্বা পুন্সি অসিগী মশানা মতুং ইনজবা চৎন-পথাপনি। অদুনা লোইলম শাসন অমা লৈবদগী ঐখোয়না মাঙলিবসি ঐখোয়গী ঈরম অসি লৈকংলা ওইহনবতা নত্তনা, ঐখোয়গী পুন্সিরোল অমসুং ঐখোয়গী জাতিগী শক্তম অসি

মাঙহলক্কদৌরিবনি। থৌনা ফরম্বা জাতি অমবু ভিক্ষা নিরগা হৈনবা জাতি অমা ওইহনগদৌরি; করপসনদা লাইচুরবা সমাজ অমনা হৌন-লোনচং ফজরম্বা সমাজ অমগী মহুৎ শিলহৌগদৌরি।

অদুবু লোইলম শাসন খুদিংমক মশানা মশাগী মোংফম তৌজবা ঙাক্তনি। টেরিটোরিয়েল কাউনশিল মতমদা শক্তি অতৈ লৈত্রবা কাউনশিল অদুনা অঙম্বা মখৈ লিংখৎলম্বা স্কুল ময়াম, মদুদগী খঙয়াম য়ামখৎলকপা ছাত্র-ছাত্রীশিং তম্নবা অমূক লিংখৎখিবা স্কুল, কলেজ ময়াম অসিদগী থোকলকপা 'লাইরিক হৈরবা' নহারোলশিং অসিনা লোইলম শাসন অসিগী খ্বাইদগী তাথীবা য়েকনবা ওইরক্কদৌরিবনি। শুফম-নোমফম পিনিংঙাই লৈত্রবা নহারোলশিং অসিনা মমান্নবা অতৈ জাতিগী নহারোলশুম্না ঈজ্জংকা কোন্নরনা হিংনিংঙকপা মীকুপ অদুদা ভারতকী লোইলম শাসনগী মীনাই য়োংহ্লিং অসি ফোইদৎনিংঙকপা মশানা তাবনি। মসি লোইলম শাসন খুদিংমক্কী লাইবক্তা তমলবা দখানি।

## লোইলম শাসনগী চাংয়েং

অসিগুম্বা লাইবক অমা শোয়দনা তাররগনি হায়বসি ভাবত সরকারগী অঙম-অথৌশিংনা নিংথিজনা খঙই। অদুবু খঙনা খঙনা মদুগী মতম অদু খরা য়ৈথোকনবা ভারত সরকারনা হোৎনরি; নংহৌররোই মতাগুম প্রজাগী মমিৎতা উৎ চাইনবা 'চাউখৎ-থৌরাং'গী থবক কয়া পায়খৎলক্লি। ব্রাংবলদা চু থাদ্রিঙৈনা 'খানসারি সুগর ফেক্টরি' অমা লিংখৎপা হৌখ্রে। সিমেন্ট ফেক্টরি, স্পাইনিং মিল, পেপর ফেক্টরি অসিনচিংবশু লিংখৎলক্কদৌরি হায়রি। লুপা করোর কয়া থাদখ্রবা লোকটাক প্রোজেক্ট অসিদগী থোকপা ইলেকত্রিকনা মনিপুর অসিদা খুৎ-শা হৈবগী কারখানা কয়া লিংখৎপা য়াহনলগনি হায়রি। চহি ২৫ গী মতুংদা. মনিপুরদা টসর অসি চানৈ হায়বসি খঙনরকলি। ঈশিং ঈরৈ কনবা মনিপুরগী তুরেল মচা ময়াম অসিদা দাম শারম্বনা ঈশিং ঈচাও থিংবতা নত্তনা য়াম্না হোংনা ইলেকত্রিকসু পীহনবা য়াগনি অমসুং লৌবুক্তা ঈশিং-খোং চৎহনবশু য়াগনি হায়বসিসু কোম্না খঙনরকখিবা য়ারি। অদুবু থবক খুদিংমক্কী মফম অমসুং মতম লৈ। দামোদর ভেলি প্রোজেক্টকুম্না, লোকতাক প্রোজেক্ট অসিসু ঙনতানা তৌবিরম্নবদি মনিপুর প্রজাগী

থম্মোইগী শেংলবা তৌবিমল অদু উংলমগদবনি। অদুবু ঙসি চহি ২৫ লৈমিন্নরবা, অমগা অমগা শক মুন্না খণ্ডনরবা মতুং অসিদদি, খুৎ থারবা অনাবদা ভিটামিন কাপশিনবদা মশা তেখৎলকতবগুম, লোকতাক প্রোজেক্ট অসিদগী মনিপুর প্রজানা ভারত সরকারদা থাজবা খণ্ডহেন হেনগৎলক্কনি হায়বা ঙমদে।

লোইলম শাসননি হায়দুনগু মীপুম খূদিংমকপু শংগিন মতোন্না নমদুনা থমগনি হায়বসি ওইথোক্তবনি। লোইলমগী শক্তি খুদিংমক্কা মখোয়না খুদুম চল্লবা লমদমশিং অদুদা শেমগৎ শাগৎপগী 'চাউখৎ-থৌরাং' খরদি তৌদুনা থাজগনবা প্রজাশিংগী পুক্নিং ফানবা হোৎনবা তাবনি। অসিগুম্বা পোলিসি অসি হৈ-শিংনা শিজিন্নরম্বদগী ব্রিটিশ মচা খুজোক অমনা ভারত মচা করোর নিফুবু চহি চনিমুক খুদুম চন্দুনা থম্বা ঙমলন্রিবদুনি। অদুবু লোইলম শাসন খুদিংমক, মৈবু ফিনা কুপ্পুনা থম্বা য়াদবগুম্রা, লোৎতুনা থম্বা য়াদে। ফৌরেন, মোইরাংফৌ অহাওবা চাজরম্বা প্রজাশিংবু 'চাউখৎ-থৌরাং'নি হায়দুনা তল অকংবা চাহনলকপা হায়বসি করিনা কুপতুনা থমগনি? রেদিওদা হায়খিবা, খবরদা ফোংখিবা প্রোপেগন্দা চারগা পুক থল্লু হায়বা য়াগদ্রা? নত্রগা, বীহারগী বেঙ্গলগী চানিংঙাই লৈতবনা লম্বীদা লেপকং কংদুনা শিরবা প্রজাশিংগা য়েংনরুরবদি মনিপুরগী প্রজাশিংদি নুংঙাইনবু লৈমনখ্রবনি হায়না খুন্নকপা 'অহৈ-অশিং' ময়ামগী পাউখুম অসিনা করি অর্থনো? চহি লিশিং কয়া মশাগী ঈজ্জৎ ঙাক্না চাকহোং-ঙাহোংনা পাঞ্জরকপা জাতি অসিবু নমদুনা লৈখাদা চিংথরগা, লমদম অসিবুনা লৈকংলা ওইহনলগা, চাক্নিবা মশেল ওইনা লৈতেম মান্নরবা সমাজ অদুবুরা মনিপুরগী রাজনীতি দলশিংনা 'সোসিয়েলিজম সমাজ' হায়রিবসি? সোসিয়েলিজমগী অর্থ অসি মসি ওইরবদি, হৌখিবা চহি ২৫ অসিদা মনিপুর অসি সোসিয়েলিজমগী মাইকৈদা খোংকাপ লাওনা থাংজিনলক্লি।

লোইলম শাসনগী চেনবা য়াদ্রবা চাংয়েং হায়ববু – চৎনরিবা লৈঙাকলোন অদুদগী কনানা খাইদগী খুদোংচাবা ফংই হায়বসি য়েংগদবনি। লম্বী-থোং, ফেক্টরি, মিলনচিংবা ময়াম লিংখৎলবগু লমদম অদুদা পোকচরকপা চাউজরকপা জাতি অদুগী মীওইশিংনা মপু ওইদ্রবদি লোইলম শাসনগী শোইদ্রবা প্রমাননি। য়ুম অমসুং য়ুম্ফুগী খেন্নবা লৈরোইদবনি। লোইলম শাসনদদি য়ুম অদু ফজনা শারবগু য়ুম্বু অদুনা

চাক্লিবা ওইদুনা লৈখিগনি, লমলানবা অমনা য়ুম্বু শাদুনা লৈহৌগনি। লৌ মপু য়োংনা তানবা হায়বসি লোইলম শাসনগী শোইফদ্রবা থৌশিলনি।

## ভারতকী নুংঙাইনবা লৈবা মনিপুর

ঙসি ফাওবা মনিপুবনা ভাবতকা চহি ২৫ লৈমিন্নবকপা অসিদি ভারতকি ময়োন-লমদা লৈরিবা মীওইশিংগী নুংঙাইনবগীদমক্তনি। খা-নোংচুপ পাংনা হায়থবক্লিবা হিমালয় চীংশাং পবেং অসিনা ভারতকী ফরবা 'চুংগোই' অমা ওইবি হায়বসি পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাওদা জাপানগী লাম্মীশিংগা হাকথেংনবদা ভারতনা খঙগ্রবনি। মবম অদুনা উত্তব প্রদেশ বীহাবনচিংবা আর্য্যবর্ত্তদা লৈরিবা মীওইশিংনা ফমুংদা নুংঙাইনা তুম্বা য়াননবগীদমক ইং ১৯৪৯ দা ভাবত সরকাবনা মনিপুর লৌশিনখিবনি, মরম অসিগীদমক ভাবত সরকাবনা ৺স সিক্কিমশু খুদুম চনশিনখিবনি। অদুবু ভারত সরকারনা অব্বাং-নোংপোক থংবা হিমালয় চীংশাং নাপোমদা তাবিবা মোঙ্গোলোইদ জাতিগী মীওইশিংদা যেংলিবা থাজদবগী মীৎয়েং, অদুগা সিক্কিম, ভুটান, অরুনাচাল, নাগালেন্দ, মনিপুব, মেঘলয়া, মিজোবামদা চষবিবা লোইলমগী পোলিসি অসিদি ভারতনা পামলিবা 'সেক্যুবিটি' অদু ফংনবগী মাইয়োক্তনি। লমদম অসিদা পোকচবকপা চাউজবকপা মীওইশিংগী তোপ-তোপ্পা পুন্সিরোল অদু ঙাকপিদুনা, ভাবত সবকাবনা ঐখোয়গী য়াইফনবগীদমক তশেংনা লৈবিবনি হায়বসি প্রজাশিংগী পুকনিংদা থাজহনবনা খ্বাইদগী কান্নমিন্নবা অচুম্বা পোলিসি ওইফম থোকপনি।

তৌইগুম্বসুং, ঐখোয়না ভাবত মচাশিংগী থোঙ-শংবা শক্তি ওইনা লৈবগী 'তৌবিমল' ওইনা কবি ফংলি? মনিপুবগী ওইনা, ইং ১৯৭৪ গী মীখলদা কাংপোকপীদগী নেপালি এম, এল, এ, অমা ফংজবে; মথংগী মীখলশিংদা জিবিবামদগী, সুগ্নুদগী, টেংনৌপলদগী, ইম্ফালদগী অতৈ মযাং এম, এল, এ, কয়াশু লাইবক ফরবদি ঐখোয়না ফংলখিনি। চীং অমসুং তম অনিমক্তা থওইনা ময়াং খুন্দাহনবা হায়বসি ভারতনা চহি ২৫ চুপ্লা চষবক্লিবনি। অদুগা মদুগী ফলনা ঐখোয়গী মীওইশিংনা হায়বদি কুকি ময়াম সদর হিলসতগী খুল হোংনবে, সগোলমাংদা মৈতৈশিংনা নেপালীগী চুজাক মখোং পেংনবে। অদুবু মী কুংলবা

ভারতকি অতৈ মফমদগী ময়াং হাইজিনলকপা অসি নোংম-নোংমগী হেনজিনলকখিগনি। মরমদি মমৈ মকোক ওন্নবা লোইলমগী 'চাউখৎ-থৌরাং' অসি মতম কুইনা চৎখরকপা মরম্না, ঙসিদি লোকতাক প্রোজেক্ট লোইরদুনা ইলেকট্রিক ময়াং কায়রদুনা ইন্দষ্ট্রী তৌবা তারবশু অচৌবা ময়াং ইনাকখুনবশিংগী ভাক্তা ওইখিগদৌরে। ইবোইশেম্বদা লৈরিবা 'হিমালয়ান টাইলস' কুম্বা ফেক্টরি কয়া লিংখৎনরকপা মতমদা ঐখোয়গী নুপীশিংনা কুলি ওইদুনা হাজিরা শুবা ফাওবা ফংলোইদৌরি। ময়াং মহাজন্না ময়াং কুলি পামগনি। মনিপুরগী সি, পি, আই, না শিম্মীগী মরুপনি হায়দুনা ময়াং কুলি ময়াম খোমজিল্লগা শ্লোগান লাউদুনা লৈহৌগনি; উরিপোক্তা ময়াং এম, এল, এ, অমা কারকপা য়াবগী চাং য়ৌনা ময়াং খুন্দাদ্রিবা ফাওবা শ্লোগান লাউরমখিগনি। অদুদগীদি, শিম্মীগী মরুপনিনা ময়াং মহাজনগী ফেক্টরি অমদা মখোয়শু কুলি ওইরগা 'সোসিয়েলিজম'গী মাইকৈদা খোঙ থাংজিন-থাংজিন্না জাতি অসিনা মীনাই ওইরম্লগা মুংখিবদা য়াওবা তাবনি। মনিপুরীশিংনা পামলিবসি মসিবুরা?

মনিপুর অসি ময়াংশিংগীদি খোনিনি। মনিপুরনা মশাগী পোৎথোক অমত্তা ফাওবা লৈতনা লৈতনবসি মখোয়গী অপাম্বনি। অদুবু হৌজিক্তি মনিপুরগী মহৌশা লাইরেম্বীনা পীরম্বা লন-থুম অসি লুট তৌদুনা মনিপুরদগী পোৎথোক পুথোকহনবগী মতম চারক্লে। মরমদি, পোৎথোক-খুৎলাই, ফেক্টরিনচিংবা অসি ময়াং মহাজনগী মখুত্তা লৈবা য়ারগনি, ময়াং কুলি ময়াম থবক পীবা ঙম্লগনি। অমরোমদনা ভারত সরকারনা মখৌ পোংনা মনিপুরদা ইন্দষ্ট্রী চাওখৎনবগীদমক লুপা লাখ করোর অদুক পীবিথ্রবনি হায়রক্কনি; মনিপুর সরকারনশু ইন্দষ্ট্রীগী 'মৈথু' উনবা ইন্দষ্ট্রী তৌবা ঙমগদবা ইনাকখুনবা ময়াং মহাজন অদুদা পৈশাগী মতেং অমুকশু পীশিনগনি; লাইরবা মনিপুরীশিং অসিবুনা ইন্দষ্ট্রী তৌনিংদে থবক শুনিংদে হায়দুনা 'হৈ-শিংলবা' নেতাশিংনা চৈশিনবীগনি; শেঙ্গাবা মন্ত্রীনা য়াম্না চিং-লেম্না বজেৎ পুথোকপা মতমদা মাগী হোৎনজমন্দগী মনিপুরগী ইন্দষ্ট্রীদগী লুপা লাখ অসুক ইনকম লাকই হায়না হায়গনি। মসিনি ঐখোয়না মিৎনা উগদৌরিবা নাকোংনা তারগদৌরিবা শক্তম। অদুবু ইন্দষ্ট্রী চাওখৎনবা হোৎনবদা লাইরবা লৌমী কয়াগী লৌফম ইংখোল কয়া ময়াং মহাজনশিংনা মমল য়াম্না হুনজিন্দুনা মীকাহল্লগা

লৈশীনখিগনি; ফেক্টরিগী কূলি ওইনবা ময়াং লিশিং কয়া হাইজিনলকখিনি; অদুগা ময়ুম মকৈ য়োম্লোকলম্লবা মনিপুরীশিংনা কূলি ওইধ ফাওবা ফংখিদ্রে হায়বদি কনাগুম্বা মন্ত্রীনা হায়রকলোই। লৌ মপুগী মহুৎ য়োংনা শিলহৌগনি। লোইলমগী শাসন মখাদদি অমৃতশু হু ওনবনি হায়বসি নিংশিংগদবনি। লোইলমগী শাসন লৈরিবা মফম খুদিংদদি ইন্দষ্ট্রী চাওখৎলিবগী মতিক ঐখোয়গী শন-থুমশু মীঙোন্দা পীথোকখিবনি, ইগুক্তা থুরিবা মীনাই কোংগোই হেন্না চেৎশিনহনবনি হায়বসি চহি চনিগী মমাংদগী লাক্লিবা আফ্রিকা অমসুং এসিয়াগী জাতিশিংগী ইতিহাসনা শাক্ষিনি।

মনিপুরগী মশাগী ইন্দষ্ট্রী মশাগী পোৎথোক লৈত্রিঙৈ মতম অসিদনা মনিপুর অসি ভারতকি পোৎয়োনফম ওইনা থমলি। সরকারনা লৈগদবা য়েতুম অমগী ফাওবা টেন্দর কৌরগা লৈরি। অদুবু মনিপুরগী লোইলম লৈঙাকলোন অসিগী মখাদদি, টেন্দর কৌদুনা পোৎ লৈগদৌবিবশু সরকারগী অচৌবা ময়াং ওফিসারনি অমসুং পোৎ সপ্লাই তৌগদৌরিবশু অচৌবা ময়াং কারবারবালা নত্রগা ঠিকাদারনি। অনি অসিগী মরক্তা মখোয়গী পাউখোল্লোই ওইরবা মন্ত্রীনা মমাং শঙ্গোই শাহৌনবা পৈশা খরা ফংজহৌবদি যাই। তৌইগুম্বসুং মনিপুর প্রজাগীদি 'চাউখৎ-থৌবাং' ময়াম অসিদগী কান্নফম থোকপা মচেৎ অমা য়াওদে। অদুনা ভারত সরকারনা মনিপুরগীদমক, খুদম ওইনা, চাউখৎ-থৌরাংগী লুপা করোর কুনথ্রা পীরকলে হায়রবদি, ভারতনা অতৈ মফমদা য়োনবা শিৎত্রবা মপোৎ-মচৈ মনিপুরদা লুপা করোর কুনমগু ফাওবগীদি য়োনবা শিৎলগনি হায়বনি। সরকারগী থবক তৌবশিংনা তলব ওইনা খরা ফংহৌবা অদুশু, প্রজাদা খজিক্কং চিথরকপা পৈশা অদুশু, ময়াং কারবারবালাশিংনা য়োনলিবা পোৎ-চৈ চান-থকনবা ময়াম অসিদা অমুক পীথোকখিবনি। অদুনা ভারত সরকারনা মখুৎ য়েৎনা পীরকপদু মখুৎ ওইনা অমুক লৌশিনখিবনি। লোইলমগী 'চাউখৎ-থৌরাং' হায়ববু অসিনি। মতৌ অসুন্না, লোইলম মনিপুর অসি লৈবদগী লাইর-চুদৎনরম্বা ময়াংশিংগী পৈশা পেকফম, কারবার হৌদোকফম, পোৎ য়োনফম, থবক পীফম, খুন্দাফম ওইরবনি হায়বসি ঐখোয় মীপুম খুদিংমক্তা মীকুপ খুদিংগী নিংশিংগদবনি। ভারতকি গুমথৈ ওইরক্লবদগী – ঐখোয়গীনা ইমা-ইচা কায়দুনা লৈরি। উখুলদা লৈবা তাংখুলগা সোমরাদা লৈবা তাংখুলগা উন্নবা য়াহনদ্রি, কবো তম্পাক্তা লৈবা কুকিগা মনিপুরগী

কুকিগা রা ঙাংনবা ঙমহনদ্রি। ব্রিটিশনা ফাওবা মনিপুরদা হনঞ্জনফম থোকই হায়রম্বা কবো তম্পাক মনিপুরদা হনজিনবা ঙমদ্রি হায়বসিশু ঐখোয়না খঙগদবনি।

## লোইলম শাসন অমসুং পারলিয়ামেণ্টরি দিমোক্রেসি

অসিগুম্বা মনিপুরগী ফীভম অসিদা বিলাটকী মতৌ তম্বা ভারতকী পারলিয়ামেণ্টরি দিমোক্রেসি অসি ফাংদি তারকপা মশানা তাবনি। লুপা লিশিং লাক্ষ কয়া খরচ তৌদ্রবদি এম, এল, এ, ওইবা য়াদবা লৈঙাকলোন অসিদা, লোইলমগী শাসন মখাদা ঐ.খায়গী ইরক্তা ভারত সরকারনা য়োকখৎলবা অনৌবা ইনাক খুনবা কাংলুপ অসিনা খুদোংচাবা লোইনমক ফংগনি হায়বসিশু মশানা তাবনি। পৈশা য়েনলগা ভোৎ থাদহনবা হায়বসি চরাম-চদৎনবা প্রজা ময়াম লৈরবা মতমদতা ওইথোকপনি। শিবমক্তি শিদবা থাক অমদা ভারতকি লোইলম শাসননা মনিপুর প্রজাবু থমলিবসি মীখল মতমদা খুদোংচাবা ফংনবা, পৈশা য়েনলগা মখোয়না কাহল্লিংবা এম, এল, এ, হেক্তে কায়া ঙমননবনি। ভারত সরকারগী 'থৌজালদগী' য়াম্রা ইনাকখুনবা অমসুং য়াম্রা লাইরবা কাংলুপ অনি থোকনা খায়দোক্লবা মনিপুব সমাজ অসিদদি লোইলমগী শাসন অসি কুইনা থমদুনা মীনাই নাইথাংগী পুন্সি অমদা ঐখোয়বু অসুম লেলহনগে হায়রবদি পারলিয়ামেণ্টরি দিমোক্রেসিনা খ্বাইদগী ফরবা উপায়নি। পৈশা য়াম্রা তিংলগা এম, এল, এ, কাখিবা মরমনা পৈশা হনজিন্নবা করপসন তৌবা তাবনি। ঐখোয়গী হৌন-লোনচৎ পুন্নমকশু পৈশাগী লাংদা থুখিবদগী মাংলকপা মশানা তাবনি। অদুনা ঐখোয়গী জাতিগী মশক মাংহন্নবগী ফরবা খুৎলাইশু পারলিয়ামেণ্টরি দিমোক্রেসি অসিনি। থোমজিল্লকপা ময়াংশিংগী মরক্তগী মন্ত্রী ওইহনলক্কদৌরিবশু পারলিয়ামেণ্টরি দিমোক্রেসি অসিননি।

অমগা অমগা নুংশিনহন্দবা, খৎনহনবা হায়বসি লোইলম শাসনগী পান্দমনি। মসি পারলিয়মেণ্টরি দিমোক্রেসিনা য়াম্রা লায়না ওইথোকহল্লি। মীখল মতমদা ভোৎ খরা ফংনবগীদমক্তা অপীকপা সমাজ অসি মচেৎ মচেৎ থোকনা খায়দোকনরি। চপ মান্নবা লোইলম শাসন অমগী মখাদা চপ মান্ননা অব্বাবা খাংমিন্নরিবা অব্বাং-নোংপোক ভারতকী মোঙ্গোলোইদ জাতিশিংনা পুনশিন্ননা থবক তৌবা ঙমদ্রিবসি

মীখলগী মতমদা নুংশিনহনখিদবা অদুগী লেমখাকনি। 'রিভোল্যুসন' তৌগনি হায়দুনা চোংথোরকখিবা সি, পি, আই, গুম্বনা শুসি মজাতিগী য়েকনবা ওইদুনা রিত্রকশনরি ওইরকলিবসিগু পারলিয়ামেন্টরি দিমোক্রেসিগী খুদোলনি। ভোৎ খরদংগী নৎলমদ্রবদি মনিপুরগী সি, পি, আই,না ময়াং মুটিয়া ময়াম খোমলমলোই অমদি মজাতিবু নুংশিজবশিংদা ওনশিন্দুনা টিকলমলোই। লোইলমগী শাসন শুাকননবা থাজিনলকপা পোলিশ অমসুং লাম্মীশিংনা ঐথোয়গী নিংঙোলশিং খোঙ্গোইনদুনা ঈজ্জৎ মাংহনবদা রাজনীতি দলশিংগী নেতাশিংগী থম্মোইদা থুক ফাওবা লাউদ্রিবসি পারলিয়ামেন্টরি দিমোক্রেসিনা থম্মাইখিবদগীনি। মতৌ অসুম্না, ইশানা ইশাগী পুন্সি শেমজবা শুমদবা নৈঙাকলোন অমগী মখাদদি পারলিয়ামেন্টরি দিমোক্রেসি অসি য়োংনা তল য়েনবদা শিজিন্নবা খলগুর্কন। চহি ২৫ চুপ্পা ভারতকী লোইলম শাসন অমগী মখাদা ঁাকপা অসি শাংলবা মতমনি। ঐথোয অমগা অমগা থাজনদনা, অটৌবনা মচাবু তুহৎপদা কনবিনবা নৈতনা কয়াম কুইনা অসুম খাংখিসিগে? ●

# ফোংদোকফদ্রবা অরোনবা ৱারী

অৱাং নোংপোক ভারতকী লমদমশিংদা ভারত সরকারনা করম্বা মীৎয়েং য়েংলিবগে হায়বসি লমদম অসিগী ৱাখল লৈবা প্রজাশিংনা নৈনরিবনি। লমদম অসিগী কুচু নাপু মানবা, আর্য্যগী ঈ নত্তবা, মোঙ্গোলোইদ কাংলুপশিংদা ভারত সরকারনা করম্বা মখলগী শাসন তৌফম থোকপগে হায়বগী মতাংদসু সরদার পটেলনা পণ্ডিত নেহরুদা ইরম্বা চিঠিগী মরোল অদু লময়ানবা চেফোংনা ফোংদোকুনা খণ্ডনখ্রে। অৱাং নোংপোক্কী চীংশাং লমদমসিদা তাখ্রিবা মীওইশিং অসিবু করম হায়না চপথায়গদগে হায়বগী মতাংদদি ভারত সরকারগী দিল্লিদগী থারকপা হুইরোইশিংগী শরৌ লাং অমসুং ভারত লাম্মীশিংনা প্রজাশিংবু অখাকপা লৈতনা ওৎ নৈদুনতা লাকপসিনা অদুম্মক প্রমান তৌরি। দিমোক্রেসি, সেক্যুলরিজম, গান্ধীজম, অহিংসা হায়না লাউরিবা মনিংতম্বা ভারতকী মনুংদা, অৱাং নোংপোকলমগী প্রজাশিংদা চৎলিবা শাজৎ অসিদি শুকয়ামক য়ানিংদে হায়বসি অপুনবা লমদম অসিগী মহুৎশিনবা পাউখোল্লোয় ওইনা পান মনিপুরী য়ুথ লীগনা লাউদুনতা লাকপনি। মনিপুরগী চীংগী লমদমশিংদা ভারত লাম্মীনা শাহীং ঙাহিং চাবা শাগী শাজৎকুন্না মনিপুরগী চীংগী ইচিল ইনাও, ইমা ইবেলশিংবু ওৎ-নৈখিবগী মাইয়োক্তা ইং ১৯৭০ গী দিসেম্বর থাদা পান মনিপুরী য়ুথ লীগকী নহারোলশিংনা চয়োল অমা চুপ্পা চরা হেন্দুনা ৱাকৎখি। অদুবু করিমত্তা নিংঙাইদনা ওজা রিভরেন্দ আঙুলী হিংনা মউন খোকতুনা লাম্মীশিংনা হাংখি। মখাল খুলগী মরাল লৈতবা প্রজা নোংমৈনা কাপ্লুনা হাংখি। পুন্নমক অসি দিল্লিদা লৈবা ভারত পারলিয়ামেন্টনা নৈনবীদে অদুগা ভারত সরকারনদি হেন্নদুম কল্লক পেংশোকপগুম

তৌরি। অসিগুম্বা মীবু মী ওইনা উদবা, তুরুচরবা শাহীং ঙাহিংগী শাসন চলাইরিবা ভারতকী লমচৎ অসি অমুক্তং পৃথিবীগী সমাজনা খঙখিবা ঙম্নবদি পৃথিবীগী কনাগুম্বা জাতি অমত্তনা ভারতপু শন্ননিংলোয়দৌবনি। অদুবু অচৌবা ভারতকী নমফূদগী নাম্বোক্তুনা লমদম অসিগী করম্বা লূচীং হৈবা মমনা পৃথিবীগী সমাজদা পাউজেল চৎলুবা ঙমগনি? অদুনা লমদম অসিগী অরা-অনা অমসুং মীওৎ-মীনৈগী পুন্সি অসি ফোংদোকপা যাদ্রবা অরোনবা ৱারী ওইনা অসুম্বক থম্বা তাবনি। ফোংদোকলুরগা হেন্নদুম চৈফূ ফংগদৌরিবনি। অদুনা ঐখোয়গী লোন্দা ইথোক্লগা, ঐখোয়গী লোন খংবা ঐখোয় মশেল ঙাক্তা পানরগা খঙনগদবনি। মীরোল লোনবা ময়াং লৈবাক্তা তাহন্দনবা খোন থোক্তনা পাবীবা তাই। চেদা ইথোকপা অমদি পাউ তম্বদা ইকায়নিঙায় ওইরবা অমসুং পাউদমকফম খংদ্রবা শাহীং ঙাহিংগী শারমচৎনা মনিপুরী ইমাশিংগী নুপী ওইবগী শেংলবা ঈজ্জৎ পুন্নমক শেগায়দুনা মাংহনবগী থুক্কৎলবা থৌদোক্কী ৱারীনি। পাখংবগী থোরকফম অমদি ইমা নোংপোক পাম্পোইবীগী শায়োন ইরেমখাক ওইবী উখুলগী তাংখুল চনুবা অমা ইন্দিরা গান্ধীগী পাউখোল্লোয় ৯৫ শুবা বি, এস, এফ, লাম্মীশিংনা মনিংতন্না শরাক শান্নবীববা মতুংদা মখোয়গী লুখাকলা ওইনা থম্বীরম্রে। লাম্মী ময়াম্না লাঙ্গোই চল্লগা খুঙ্গা অহল-লম্মন য়াওনা শাবাক ফাকতুনা ফুখ্রে।

হন্দক্কী ভোৎ লোইখিবগী মতুং মার্চ্চ তাং ৪ (১৯৭৪) নিংথৌকাবা নুমিৎকী অহীং পুং মাপল মখায় তাবদা ঙাপ্রুম খুল্লেন অসি ৯৫ শুবা বি, এস, এফ, কী ওফিসারশিং হায়বদি মেজর পুন্দির অমসুং কেপ্টেন নাগী অনিনা লুচিংদুনা লান্দারকখি। খুল অদু ওৎ-নৈবগা লোয়ননা ওফিসার অনি অসিনা য়ুম অমদা চংখিদুনা মশক মতৌ খাইদগী ফজরবী, পুক্লিং হুববী অমদি মোং হাদ্রবী লৈশা চনু রোজ কৌবী অদুবু নমফা ফারগা মফী মরোল শিৎ নান্না লৌথোকপীরগা মৈঙান থাঙ্গতুনা নত্তবা লমচৎ চৎখি। চনু রোজনা চৈনাখোল খাংবদগী ও খোংনা কপ্লকখি, ওফিসার অনি অসিনা পেন্না পেন্না নোক্লকপগী তেমশিংনবা খোঞ্জেল তাখি। নোংমৈ কীবদগী খুলগী মী অমতনগু নুপীমচা অদুবু কনবা ঙমখিদ্রে। মশা থাক্লবা, কল্লবা ওফিসার অনি অদুনা পুং ৫ রোম চুপ্পা শিন্নশিন্ননা নৌরিবী নুপী মচা অদু শারাক শান্নবীরম্রগা ফদি ফরাগুম নোইহত্তুনা হুন্দোকপীরম্মী। খজায় নাকন অনিমক,

চীনবান, ঙকশম অমদি থবাক মতে'ন অনিমক্তা চীকথৎপীবগী য়াখুল মফম ঙাক্তনা লৌথৎপা য়াদবগা লোয়ননা ফীনুং অদু শেগায়দুনা ঈহং নাইহং শারম্রে।

ময়াই কারবা ওফিসার অনি অদুনা শায়াক শান্নদুনা নৈহৎপীরবা খুৎনাং চারবা হকচাং অদু পুদুনা চনু রোজনা নোংযাই মতুংদা মথন্নতা ময়ুমদা খোঙ তপনা তপনা থাংদুনা হন্নক্রি। থাজরুনিংঙাই ওইদ্রবা থৌদোকশিং অদুগী তুজুং-মাঙুংলবা ৱাখলনা মহাকপু ইন্নরক্রি। মহাক্তবু শায়াক শান্নরক্লবা হোৎনবগীদমক ওইরেকো ধমকা কয়াগী পোবম কয়া লাম্মীশিং অদুনা কাংখিবদো। বি, এস, এফ, কেম্পতা হনবা নংদ্রবশুম, তংঙায়ফদনা ঙাপ্রুম খুল অসিদা লাম্মী ৪০ মুক্তনা অহীংদুমা য়ারেক্তবা য়াদবশুম উৎখিবা। লাইররবা খুঞ্জাশিংবু চেং চাক চান-থক্লবা পুথোকহন্দুনা মখোয়বু মপুক থলহনখিবা। খুলগী লৈশাবী চনুরা ময়াম কৌখত্তুনা মখোয়গী সেবা তৌহনখিবা। য়ুমথোং খুদিংদগী অরৈবা ফী-রোল পুথোক্তুনা খুলগী লোয়শং (কম্যুনিটি হাউস) অদুদা লৈশাবীশিংনা ফম্মুং শেমহল্লগা লাম্মীশিংদুনা করেম কথাইনদুনা উশিত্তবা উৎখিবা। লাম্মী মচাশিং অদুদগী তোংঙাননা লৈরগা, নত্তবা লমচৎকীদমক মপুক্লিং মাংলবা মেজর পুন্দির অমসুং কেপ্টেন নাগী হায়রিবা ওফিসার অনি অসিনা খুদোংচাগদবা য়ুমদোমপোক থীখিবা। খুলগী স্কুল ওজা শ্রীআর, খগুংনা ইম্ফালদা চৎখ্রিঙেদা নুপী অঙাংবু তাঙ্গোক্লগা হায়রিবা ওফিসার অনি অসিনা য়াম্না উশিৎ থওইদনা মপু য়াওদ্রবা য়ুম অদুদা য়ারেকফম শেমখিবা।

দায়ীত্ব চাওরবা, ভারত সরকারনা থারক্লবা অচৌবা ওফিসার ওইফম থোকপনিনা খুলগী চনুরাশিংনা থোইনা চীংনরুদে। লাম্মী মচাশিংদুবুদি হেন্না হঙ্গোইরুই। ওফিসার অনি অদুগী তুমফমসু য়াম্না ঙৌখি ঙৌয়ানা লৈশাবীশিংবু শেমহনখি। অদুবু অকোনবদা নাইতোম তাহলহৌরবী চনু রোজ মবুক শেংঙমদ্রবা ওফিসার অনিদুগী নানথোকফদ্রবা শরৌ লাংদা নমদুনা ফাবীবা। নাঙ্গোকপা ঙমখিবরা চনু রোজনা? ঙমখিদ্রে।

চীংয়াংদা শাৎপী চীংগী গোলাব লৈনি। নাঙ্গোকপা ঙম্না হৌনদে। খুৎলাই পায়বা লাম্মীনা লাঙ্গোই চনখ্রবীনি। কনাগী মতীক লৈবগে? চীংলৈবাক মনিপুরগী ঈজ্জৎ কনবা ঙম্না টিকেন্দ্রজীৎ, থাঙ্গাল, পাওনা – ঙসিদি লৈখিদ্রে। লমদম অসিগী নুপীগী ইকায়খুম্নববু ঙাকপা ঙম্না সনা হেরাচন্দ্র লোয়ননা পাখং পাঙ্গনবশিং –

চীংলেনসনা, হৈরাং খোঙজা, শেঙ্গোয়সনা পোকখিদ্রবা ওসিগী মনিপুরনি। কনা লৈরি? কনাসু লৈতে। অদুনা চনুরা রোজগুম্বীশিংগী পুন্সিদি অসি মঙাইরে। মখুত্তা পায়রিবা নোংমৈ অদুনা কেপ্তেন নাগীনা খুল অদুগী কাপনিংবা মীওই কয়া কাপখায়দুনা হাৎপা ওম্মী। বিচার লৈতে। হেক্তা হায়জিনগনি – হোষ্টাইলনি, হোষ্টাইলগা শন্নরম্মী অসিনচিংবা, নত্রগা নোংমৈ মরক অমা অনিদং হাৎতোক্রবা মীদুগী ফুরিংখাওদা হাপচীনবীরগা মহাকপু হাৎপগী বিচার লোয়শিনবা ওস্বা ভারত লাম্মীশিংনি।

চেপ্পোকচরক্রবী রোজবু নোংমৈ মতোননা নমদুনা ফারগা কা মরি খায়বা যুম অদুগী নোংচুপকী মতোন ইথং থংবা কা অদুদা পুশিনখ্রগা কেপ্টেন নাগীনা মাগী ওফিসার মেজর পুন্দিরদা কৎখিবনি। মনুং মপান অনিমক্ত পৌরোল লোনখিবনি।

'কনবীয়ু' 'শোকপীগনু' 'তৌবীগনু' (প্লিজ, নমষ্টে, টচ মি নোৎ, প্লিজ দোণ্ট, সেভ মি, প্লিজ) ইমা, ইমা, কনা লৈবগে কনবীয়ুগবা, ওহো, ওহো হে ঈশ্বর! আঃ আ – ...!!!

মীকপ মীরাও, লাউ খোংবা, মচীন মেনখিবা, ফীবুন নশ্না, খাংবা ওমদ্রবা ফম্মুংগী মখোল! স্বর মপী! – পুন্নমকসি খুলগী সেক্রেটরী শ্রীরমথরনা হেন্না ময়েক শেংনা তমথোক্লরখিনি হায়না থাজে।

শারাক শান্নবদা পেল্লবা মেজর পুন্দিরগী মতুংদা কেপ্টেন নাগীগী শারাকনি। নৈহৎপীখি। নোয়হৎপীখি। চোকথখি। হীকথখি। ইহং-নাইহং শাখি। খুজিল মফমশিং! য়াথুলশিং! খুৎনাং চারবা গোলাব লৈনাওম পৎথরবী, লৈখোক্তগী লৈথৎপীরবী পোম্মুন্নরীবী!

লুথাক্রা তারবা! হৌজিক কমদৌবা! নাপ্পোকপা ওমদ্রবা য়াখল অসিনা কোয়তান তান্নদুনা চনু রোজ মাগী যুমদা হল্লকখি। চাগনি খংদে, তুম্বসু য়াদে। নিংওমদবগী পীরাং শিন্থরী। তনীক তনীক্রি। নোং ওানখিবা খংহৌদে। ওসিদি মার্চকী তারিক ৫ লৈবাকপোকপনি। হৈনিংদ্রবা রোজগী মতৌনি। ইমুংদগী থোইনা মপান থোক্তে। মাগী ফম্মুংগী মোন মখাদা বাইবল লাইরিক অদুগী অখন্নবা তাক্তক কয়া পাদুনা পুক্লিং পোখানবা হোৎনরবসু মীৎলুদগী চেষ্ণরকপা পীরাংদি লেপ্তে। ওরাং নুমিদাংগী থৌদোক্কী য়ারী অদু কনাদসু তমথোক্লনবগী থৌনা লৈত্রি। য়াহং

ময়াম্না মাগী কোক্তা লান্দাররী। মীশক অমখক্তংদদি লীথোকখি অশেংবদু। মাগী লুনা চান্নজবী খুলদুদা লৈমীন্নবী মতারোয়নি। রাশকহনখি মরুপ্তুবু রোজনা ধর্ম্মগী লাইরিক বাইবল অদুবু পায়হল্লগা 'ফোংদোকনুকো'। অদুবু ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবদি, প্রভুগী য়াথং ফংলবদি, ফোংদোক্লখিনি সোয়দনা মতমদু য়ৌরগা রোজগী মরুপ্তুনা।

লৈখোক্তগী লৈথৎপীরম্লবা, লৈমন চনশি চনঙমদা, লৈনা লৈকা খুদিংদা হকশোক মৈশা লাংলবসু, খুইশি মতমদা খুইঙমদা, খাংলি ওন্ন-থোইনা, নিংঙমদনা ঙরাং অহিংগী শারাক্তো। ঙসিগী সমাজনা তীনশিৎনবী ওইরনিকো। রাখল ময়াম অসিনা ওলাংনহল্লবী রোজনা ঙসিগী অথেংবা অহিংদা ইমুংদগী মপান থোরক্লি। খুলগী অরাংবা চীংদোন্দা কাখৎতুনা লেপ্লুরী। মমাই নোংপোক ওন্দুনা মশাবী ষ্টৌন লৈরিবা বুংপা লমদম য়েংলুরী। ১২ নি পানবা লমদাগী মপুং ফাগৎলকপা থাজগী অহিংনি। শঙবান্নরবা অতিয়াগী ফীজং মখাদা থাবলগী ঈপোমগা ঈরোইননা মাগী মীৎয়েংনা বুংপা খুঞ্জাও শোক্লবা হোৎনরুই। ওইথোক্তে। মাইল ১৭ কান্নরী। চীংলোন কয়ানা খনখরী। চায়থরক্লবা অহিং উরুরগা নুংশুক নুংজাননা লৈনিংঙুদ্রবা মাগী কাদা হল্লক্লি।

চে কলম পায়খক্তুনা চিঠি মখল কয়া ইখি। তোঙান তোঙানবা মীশক্তা ইরম্বা চিঠিশিংগী মনুংদা থোইদোকপা চিঠি অমদি মাগী মশাবী বুংপা খুলগী ষ্টৌন হায়রীবা পাখং অমগী মফমদা ইরম্বা চিঠি অদু থমজরি। তাংখুল লোন্দা ইংরাজী ময়েক্লা ইরম্বা চিঠি অসি লময়ানবা চেফোংগী লোন্দা হন্দোক্লিঃ

ঙাপ্রুম, তাং ৬।৩।৭৪

খ্বাইদগী নুংশিথোইরবা . . .'

কল্লকমিথৌবগী শহস্না থল্লবা তাইবং পুন্সি লৈকোয়পুং শিদা লৈখোক অমত্তা পুন্না লৈশাং তম্মীন্নবা ফংদ্রবসু, কায়নবা নাইয়রোইদৌবা শেংলবা অতোপ্পা মফম অদুদদি ঐখোয় অনি পুন্না লৈশাং তম্মীন্নগনিকো। হৌজিক্তী তাইবংপান মপোক অসি থাদোক্লম্লগা চৎখিবী ঐগীদমক্তা নহাক্কী থম্মোয়দা নুংনাংবা রাখল থল্লনুকো। নুংঙাইতবা অমসুং নিংঙমদবগী নোংলৈ নুংশিৎনা নৈহৎলবী ঐগী পুন্সিনিনা অসিগুম্বা খোংথাং অসি তংঙায়ফদনা লৌজবনিকো। মাংলমচৎকি হৌখিবা পুন্সিগী অয়োল অরাল কাউথোক্লদুনা রাশক পরৈ লৈনখি - পুন্সি খোংলোয়

ওইমীন্নসিকো ঐখোয় অনি। অদুবু, অদুবুনে নুংশিবা, ঙম্নমদ্রেকো অদুঙম্বা মীকুপ্পু ফাওবা ঙাইন্না। ওঃ ঐগী পুন্সি। লৈত্রেকো চংজকমসে ফনামঙগী মফমদসু। ওম্লোকইদকো। হে ঐগী পুন্সি। মীকুপ পুংজা খুদিংগী নিংঙমদবগী মৈশানা য়ৈরক্তি অমসুং থৌগংনরবা পুন্সিসে অরোইবা মিকুপ্পদি মাইথীরেদো। থকপা মাইন্দ্রবা লোক্লুং ঈফূৎকুম লৎপা লৈতনা চেত্নবক্লম্বা মীৎলুগী পীরাংদো কংশিলকলেনে হৌজিক্তি। অদুঙম্বা পীরাংদুঙনা ঐগী পুন্সি শক্তম ওইবম্বনি। অদুবু নিংশিংলুখিনি ইতোমতা ঐনা অমম্বা নোরোক্কী লমদূদা ঐখোয় অনিগী নুংশি খারীবুদি। লৈবাক্কা শাবা হকচাংসে লৈবাক্তা অমুক তিনগ্রসনু। মিহৌজে, অরোইবা মীৎয়েং অমঙনা পাম্বু নুংশি মীৎচান্ননিংঙি; অদুবু ফংদ্রেনে অদুঙম্ব মীকুপ্পুফাওবা। শিঙম-নাঙমনা শিহেদবা লম্বীদা শিরবনিনা নচনদি তোঙানবা লম্বী অমদা চৎলরগনি। অদুনলে নুংশিখোইরবা, নংনা তাইবং ফম্বাক্তগী নিংশিং মিকুপকী মীৎয়েংনা ঐবু য়েংবিরকপদা অমম্বা ঈপাক্তা তীনত্রিবা লম্বীবোমদা য়েংবীবকউকো। নিংঙমদবগী পুঙমদ্রবা অম্বা খাখল কোকথোংনদূনা অমম্বা লম্বীদা মা-মাদুনা খোংবুসু য়াওদনা ইদোম চৎলম্বদু উগনিনে নংনা, নুংশিবা।

থম্মোইগী মপু, নিংশিংঙুনে হৌখিবা মতমশিংদো কয়ারক নং ঐ কপমীন্নখিবা, কয়াবকসু হয়াও-মিনোক তম্বীন্নখিদো। পোইরে তান্না লৈখিবনিনা নংদি, অহিংসিদা খোমলেন মীকপ তান্দুনা নুংঙাই মঙলান চুপলিগনিনে নুংশি থোইবা। অরোইবা ওইনা কায়ন চেংজেল নিজনিংবনি, অদুবু নহাক্রদি খাংগ্রবা চীংলোন কয়ানা থনগ্রবা তামগ্রবা লমদমদা লৈখিবনিনা ঐগী অনিংবতা মঙাইরে।

মখোয় খুদিংগী ওইনা পুকমেন পাওমেন্নবগী চেরোল ইবা ঙমলমদ্রবা ঐগী খোয়নৌ ইতারোইশিংদা ঐগী অরোইবা কায়ন-পাউজেল তম্বীয়ু। অয়ুকসিদা ঐনা নুংশি নরমদম খুংপাবু য়েংজরি। নুংশি ঈপাক্তা কুমদুনা নঙলাংগীদমক্তা পাংথোকচখিবা নুজাগী থৌদোকশিংদো নিংশিংবিয়ুকো। ফংখিববনে নংনা তাং ৬।২।৭৩ দা থাখিবা ঐগী চিঠি অদো? কৈদৌগ্রবগে, পাউখুম চেথোল য়ৌহন্নক্তবসিবো? ঙাইবকই অমদি ঙাইরি, অদুবু খম্রে পুন্সিদি মীকুপসিদা। কবিদগী কমদৌনা ঐখোয় অনি কায়নহনবনো হায়বসিদি তাইবং পুন্সিসিদগী নাম্লোকপা মতমদুদা খঙজনি নংসু। হেঃ নোরোক! শুক্রা মমথ্রবা নোরোক! চৎনিংখিদ্রেদকো লম্বীদুদা। কনানা কনাবু মাংহনবনো হায়বসে খংদ্রেদো কনানসু।

নিংঙোল চনুবা অমগী পুন্সি, লম্মখাংদা পীখন্নবেদকো। নিংঙমখিদ্রেদা। ফোংদোক্লিংবা থম্মোইনুংগী য়াখাদি কোঙায়নি অদুবু ঙম্মক্তে। অকুপ্পা খারী মখাক্তি লোয়বা নাইরোইদৌবা অতোপ্পা মপোক অদুদা নাপচীক্লা তন্নসি। থম্মোইনুংগী শেংলম্ব কায়ন-য়ান্নাসি নঙনা ঐহাক মখা তাজয়ন্নরোইকো, নুংশিবা।

নহাক্কী রোজ।

অরোয়বা ওইনা চিঠি কয়ামক্রম ইরন্নগা চনুরা রোজ তাইবং অসিদগী অরোয়বা খোংকাপ থাংদোকখিগদবগী শেম শারি। ঙসিদি মার্চ্চ ৬ (লেমদাগী ১৩

নি পানবা) য়ুমশকৈশা নুমিৎনি। অঙনবা অয়ুকসিগী লিরি মালংনা য়েদুনসু তেকখৎত্রবা রোজগী পুন্সিনি। মমা মপা অমসুং মবুংনচিংবা ময়াম লৌবুক চৎখিনবগী পীজ-পীথক তৌদুনা অয়ুকী চন্না মপুং ফাহল্লি। মখোয়না লৌবুক্তগী নুমিদাংবাইরম য়ুমদা হল্লকপদা অমুক হন্না উনররোই হায়বসি খংখিদ্রবা অহল ওইরবা মমা-মপা অমসুং মবুংনচিংবনা নিংঙাইবা লৈতনা চীংয়াগী লখীদা পামলৌ লৌবুক তমদুনা চৎখিবদুবু রোজনা য়েংদুনা পীরাং শিন্থহৌরি।

অয়ুক্কী পুং ৮ লোম তারকপা মতম ওইরক্লব্রা য়াই। খাংদা মানা শাজবা চীংফী অদু লোয়শিনগে হোৎনজরম্মী। অদুদি ওইথোকত্রে। মরু ফুক্তৎখ্রবা ব্লাখলদি হান্ননা মপান থোকখ্রবনি। ঙহাক লৈরগদি থেংনরে - য়ুমগী চাকশংদা ঙকশমদা থৌরি থুরগা পুন্সিনা থাদোক্নুনা থনম্লবা চনু রোজগী হকচাং পোলাং।

কনানসু কৌবদা খুম্মকখিদ্রে। হল্লকখো য়াদ্রবা রোজগী থব্লাইনা নোংপোক ভারতকী নৈহৎপীরবা জাতিশিংগী পুন্সি ব্লারীবু তুংগী মীহৌরোলশিংদা লীরি, লীখিনি। দিমোক্রেসি, সেক্যুলরিজম, গান্ধীবাদ, অহিংসা, বেদান্তগী ভারতনা লাঙ্গোই চনশিনলগা, পোকপগা শিবগা শিবনা হালহল্লবা - জাতি মচাশিংগী ব্লারী। ●

চীংদা শাৎপী ইঙেন লৈ
চিননদনা কেনখিবা
কল্লকই কল্লকই দে।
ঐনা কেনগে কেনদেদো
মালং শহুম কনবনা
কেনবনি, কেনবনিই দে!!

# লৈমরোক্তা মৈতৈ পাখংশিংগী ঈখেং

'নখোয়গী হুয়েংগীদমক ঐখোয় ঙসি চৎলে' হায়বা ঈ মচুগী অঙাংবা ময়েকনা ইবা য়ারোলশিং অসিগা লোয়ননা মৈতৈ পাখং অহুমগী 'ঈ' তৈরবা ফোটো অহুমথক পুল্লা থেৎপা লৈগী দোলাই অদু য়াম্রা চীং লেমনা মাং থাদুনা চৎখ্রি। দোলাই অদুগী তুংদা কিলোমিটর অমবোম শাংনা পরেং লেংখ্রিবা মীয়ামনা 'ঐখোয়সু নখোয়গী নতুং ইল্লক্কনি' হায়না মরোল ইবা চেবাং ময়াম পায়দুনা য়া মচেৎ অমত্তা ঙাংনদনা তুম্মীন তুম্মীন ইন্নদুনা ইম্ফাল সহৰ ময়াই ফাওদুনা চৎখ্রি। লমইল পেনা খোংখিদে, অরাবা তেংথাখোল অমত্তা লাখিদে। অইবা য়ারোল অনি অদুনা মনিপুরী মীয়ামদা পাওখোং চনবা নত্তনা অদুক য়াম্বা মীয়াম অদুনা মনা মনিল অমত্তা নাইদনা শাংলবা প্রোসেসন অমা চৎখিবদু উবদা তুজুং-মানজুংবা পোকখি। হুংনরুদ্রবসু মীয়ামনা অদুমমক খংনখি মদুদি দোলাইদুদা থেক্তুনা পুরীবদু হৌখিবা নভেম্বর তাং ১২ (১৯৭৮) নোংমাইজিং নুমিত্তা মনিপুব পোলিশ অমদি সি, আর, পি, লাম্মীশিংনা কোয়না থৎচীল্লগা কমেংগী লৈমরোক্তা হাৎতোকপীখি হায়বা তেমথক্কী মৈতৈ পাখং মচা অহুমদুগী ফোটোনি। ঙসি নভেম্বর তাং ১৬ কী অয়ুক্তা মীয়াম্রা চৎলরিবা প্রোসেসন অসিনা মখোয়বু হাত্তোকপীখিবা মতুং মঙানি চনবা লৈহুন থৌরম পাংথোকপনি।

নভেম্বর তাং ১৬ তা চৎখিবা মীয়ামগী প্রোসেসন অদু মনিপুর সরকারনদি অদুম তৌরক্কনি হায়বা থাজরম্রোই। কমেংগী লৈমরোক্তা হাত্তোকহৌরবা পাখংমচাশিংদু অদুনি অদানি হায়বা মরাল শীজিন্দুনা চুরাম্লবা কয়া থাদোক্তুনা লৈরক খুল্লক্তা শন্দোকহনখ্রবা, সরকারগী নক্কবা খবরশিং অমদি রেদিওগী পাম্বৈনা সরকারনা হন্দক মৈতৈ পাখং তরুকখকপু নোংমৈ শীংজং থাদুনা নৈহৎখিবা অদু

লৈবাক প্রজাগী য়াইফনবগীদমক্তনি হায়না অদূক কন্না শন্দোকখ্রবমক্তদা, প্রজাশিংগী মায়কৈদগী অদুগুম্বা প্রোসেসন অমা চত্নুনা মীয়াম প্রজাদা পাওখোং চনখিবদু মনিপুরগী জনতা সরকারদা তশেংনা নামুংনফম থোকই।

অদুনা – মনিপুরগী জনতা সরকারসু য়াম্না হাথু হাথুনা মথংগী নুমিৎ নভেম্বর তাং ১৭ তা সরকারগী প্রেস নোট অমনা মীহাৎ মীপুল অদুগী মরীক চুম্বা ৱারী লীদুনা মীয়াম প্রজাদা অমুক হন্না থাজহন্নবা পাউজেল পীখি। মীয়ামনা চংখিবা প্রোসেসন অদুগী মরমদদি ইম্ফাল রেডিওনা করিমত্তা পাউদমখিদ্রবসু, সরকারনা থোকখিবা ৱারোল অদুবুদি মরীক চুন্না পাউদমখি।

গুরাং তাং ১৬ কী মীয়ামগী প্রোসেসন অদুগী ওন্নতৈন্নবদা, মৈতৈ পাখং তরুক অদুবু ফূদেকপা অমসুং হাত্তোকপদা হাকথী থোকনা থৌনা ফবা উংখি হায়রিবা শিংজমৈ পোলিশ ষ্টেসনগী সব-ইনস্পেক্টর শ্রীসুনিলচন্দ্র শর্ম্মা অমদি এসিষ্টেন্ট সব-ইনস্পেক্টর শ্রীএন, শ্যামজাইবু মথংশিংনা ইনস্পেক্টর অমসুং সব-ইনস্পেক্টর হায়বা ফমথোন কাহন্দুনা পজেং ফীরাল থেৎপগা লোয়ননা পোলিশ সারকল মনুংদা মহী ময়াই থক চাদুনা অপেনবা, নুংঙাইবা ফোংদোক্লখিবগী চরাংনবা ঈরাংগী ইপোম অদুসু মপানগী মীয়াম প্রজাদা অদুম্মক থেংখি।

তাইবংপাল হায়বসিদি মথল মথেলনি। থা তরা নাউপুদুনা য়োকচরকপী মমাশিংনা মচা পাখংশিংনা পোলিশকী নোংমৈ শীংজংনা পান্দুনা তেমথক্তা মপারীশিং মাংখিবগী তেংথারোল অদু নমহত্নুনা নাকল অমরোমদনা লাম্থেং হৈবা, মীহাৎ মীপুলদা থৌনা ফবা মচা পোকচরুবদগী সরকারগী মনা-মথুম ফংদুনা মচা পোকচমলগী লেমজনিংঙাই ওইরে হায়বা ৱাখলগী হন্নাও তয়াম ফোংদোকপগী ঈন্নাংনা পুমলাং লাংনবগী ইথীলসু মীয়াম প্রজাদা অদুম্মক ফাওখি। কনাগুম্বশিংগী অৱাবা নাহেখোল অসিনা কনাগুম্বশিংগী নুংঙাইবগী তাম্নানি।

মনিপুরগী জনতা সরকারনা ফনা কন্না পাওখোক্নুনা মৈতৈ পাখংশিং অদুবু হাত্তোকফম থোকই হায়না লাউজরবসু হঙ্গংনা খুম্মুবা তৌখিদ্রবা মৈতৈ প্রজা কয়ানদি মৈতৈ পাখংশিং অদু হাত্তোকপীখিবা মীহাৎ অদু ইপেন-পেন্নদবগুম তৌবদুদা ঐখোয়গী প্রেসকী পাওমীশিংনা লৈমরোকলোমদা চংশিন্দুনা থৌদোক অদু উহৌবা খুঙ্গাশিং অমদি লৌমীশিংদগী পাওহংনখি। লোয়ননা পোলিশকী নোংমৈদগী

নাম্ব্রেকহৌরবা মীফাশিং অদুগী মচিন্দগী হ্যাকথেংননা ফংবা য়ারোল অমদি থৌদোক অদুগী য়ারীশিং অদুদগী কমেংদা পোলিশ অমসুং সি, আর, পি, লাম্মীশিংনা কময়া লাঞ্জং চংখিবগে হায়বসি লময়ানবনা লেংশিল্লগা মীয়ামদা পাউদমজরি।

## লাঙ্গোল লৈমরোক্তা শাইদাংজবা পাখংশিং

লমশাং পোলিশ ষ্টেসননা কোনবা লাঙ্গোল চীঙ্গোলনি। লমশাংদগী লমদেং খুল য়োৌরগা সরকারগী ব্লোক ওফিসনা শেমবা লমদেংদগী লাঙ্গোল চীংখোং পরীং ইন্না চংখিবদুনা কমেং খুনজিন শোক্রন্নগা খোংহামপাত্তা ইম্ফাল-দিমাপুর লম্বীগা শন্নখিবনি। ঐখোয়গী পাউমীনা লমদেং খুল য়োৌখিবা মতমদদি খুলগী নহা অহল কয়ানা ঐখোয়না লাকপগী মরম খঙনিংবা মওংদা চংনরকখি। খুঙ্গাশিংনা থাজরম্ত্রিবদুগা ঐখোয়না খংনিংবদুগা চুশীন্নরুবদু ফনা নুংঙাই। নুমিৎ নিনিখক্কী মমাংদা লাঙ্গোলগী লৈমরোক্তা ইম্ফালদগী মৈতৈ পাখং তরুকখকপু সরকারগী লাম্মী ময়াম্রা থৎচীল্লগা অকিবা ফংবা লালওংদা য়েথুরগা পুদুনা চংখিবগী য়াথোক অদু ফোং-ফোং শারিবা মতম ওইবনিনা থৌদোক অদুগী য়ারীতনা খুঙ্গাশিংগী তেংথা য়ারীনি।

লমদেং খুঙ্গাশিংগী মরক্তা শ্রীরাধাকিশ্বর শর্মা হায়বা লৈমরোক্তা শাইদাংলিবা পাখং তরুকতুগী মনুংদা য়াওবা পাখংমচা অদুবুদি মুন্না খঙন-চান্নরম্বসু য়াওরম্মী। পাখংশিং অদু ওহাক লৈতনা লম্বীদা চখোক-চৎশিন তৌদুনা লৈরম্বা, কনাগুম্বা খুঙ্গাশিংগা লোয়ননা তম্ফা চীংদুমদা উরু-য়ারু ফুকমীগ্রখিবনচিংবা ওসি ওরাংতগী নত্তে, থা থরগী মমাংদগীনি হায়বনচিংবা য়ারী লীপুন কয়া কয়ানি। পাউদম কয়াগী মনুংদা ‘পাখংশিং অদুবু নোংমৈনা হয়েং অয়ুক কাপথুগদবদুগী মমাংগী অহিং পুং নোংয়াই মতম অদুরাইদদি নোংমৈ পায়বা সিফাই হরাগাড়ী মপোৎ-মপোৎ থৌজিনখিদুনা লমদেং খুলগী চীঙ্গোলদা পৈখিবদু ঐখোয়দি অহিং লান্দমগদৌরিবরা হায়না খনখি’। ঈমু নাইমু তাখিবগী য়ারীশিং অদুনা হৌজিক ফাওবা থরক হুনগৎপা হুহ্রি হায়না লৌ থাওবী ইমা ইবেমশিংনা শোলহৌবসু তারকই।

কমেং খুলদদি থাঙ্গেশেংনা থোকখিবা থৌদোক অদু তশেং-তশেংনা উহৌরবা খুঙ্গাশিংদগী মীৎনা উবা পাউদম মরিক চুন্না তারে। লৌবুকতুদা লেপ্পগা অঙাংবা

চীংলৈবাক মথক্তা অমুবা শরুক খরা উরিবদু পাখং তরুকতুনা লৈজরম্বা অচোম সঙ্গোয়গী লৌফমগী য়ুমফমনি। লৌশং অদু সিফাইশিংনা মৈ থাদোকখিবদুগী তাঙ্গোয়নি মুনা উরিবসি। মনুং খরা চংশিনখ্রগা, হেন্না ৱাংবা মফমদা লৈখিবা ইংখোল অমসুং য়ুমশিং অদু লৈশাংথেম নাগীগীনি, অমসিনা অরাপত্তি নবাগীনি হায়বনচিংবা থীন্দুনা তাকই। খুঙ্গাশিংনা হায়, নহারোলশিং অসি মীরোৎ ওইনা নাথুপতুনা লৈবা মান্দে। মখোয় চেং-চাক ৱানবা, কৈথেল কাবা, চীংদগী উ-ৱা য়ানবা, অয়ুক নুংথিলদা ইফোং-ফোংনা সাইকল তোংদুনা ইম্ফালদগী য়োৎপাক, থাংজৌনচিংবা হোছরকই। হৌজিক্কালগী নহারোল অয়াম্বনা কালে থকপা নেশা চাবা কয়া তৌবসিদা মখোয় য়াওবা উদে। নহা ওইবগী খেংবা অমসুং কামজাও হুনবা মতৌ অমত্তা পাখংশিংদুদা উদে। খুল্লক্তা অকায়বা অমত্তা তৌরমদে। খুলগী মীশিংগা ইচম-চমনা তীন্নদুনা লৈরম্মী।

## নোংমৈ শীংজং মখোল তারকপা

কমেং খুলদদি মমাংগী অহিংদুদা ইরাং অমত্তা খংহৌদে। নোঙাল্লকপদা লৌমীশিংনা লৌকুমগদৌবগী চাক ঙায়বা ওইনা ইমুংদা লৈনরিঙেদনি নোংমৈ কাপ্পগী ইহান হানবা মখোল তাবসি। অহানবদদি এস, এস, বি, শিংগী জঙ্গল ট্রেনিং ওইরমাল্লে হায়না খল্লম্বনি। অদুবু খুঙ্গাশিংনা লৌখাও-ফৌখাওবগী লৌবুকলোমদা কুমথনরকপদদি খুৎলাই পায়বা লাম্মী ময়াম্না লাঙ্গোল চীংশাং অসি পুময়োম য়োমশীনবা লৈরম্বা থেংনবদা খুঙ্গাশিংদসু চীংনবা পোক্লে। অদুগা চীংয়া নক্লা লৈখিবা লৌবুকশিংদা লৌখাওবা কুমখিবা লৌমীশিংসু খুৎলাই পায়বা সি, আর, পি, শিংনা থত্তুনা চংহনখিদ্রে। চীংয়াগী লম্বী অদুদা মী চখোক-চৎশিন পুন্নমক থীংখ্রে। সিফাইশিংগী গাড়ীশিং থৌজিল্লকপসু খুঙ্গাশিংনা উবা ফংতি। খুঙ্গাশিংনা হিয়াং কুম্মৈ য়েংবগুম কোইনা কোইনা লেপ্পুনা য়েংদুনা লৈরিঙেনি। লৈমরোক্কী মাইকৈ কয়াদা কোয়শিল্লিবা লাম্মী চনিরোমদুনা পাখং তরুকনা লৈ হায়রিবা য়ুম-মচা অদুসা খুরক হাংদনা কাপশিনখিবদুদি পাৎকী ঈশিংদা লেন কুংনা তাবগী মতৌগুম্মী। শঙ মচা মনুংদুদগী চেঙ্খোরকপা মোজা ফুরীত্তগী হেন্না লীত্তবা পাখংশিং অদুনা মখুৎ থাঙ্গত্তুনা চেঙ্খোরকপশিংদুগী মরক্তা নোংমৈ লেপ্তুনা অদুম্মক কাপশিল্লি। নোংমৈনা

পান্দুনা তুখিবসু য়াওই। অদুক কুংনা কাপশিনখিবা নোংমৈ মরু মরক্তা চেপ্লোরক্লিবদু মখোয় মথাই পুদুনা চেপ্লোরকপা ওইবা মাল্লি। য়ারীশিংদুগী মরক্তা নহা অমনা হায়রকই 'আইস, নহানগীদুদি হৌজিক ইম্ফাল টৌকিজদা তৌরিবা সিনেমা অদুগা চপপু মান্নবজাংনি।' (মতমদুদা ইম্ফাল টৌকিজদা তৌখিবদি ইংলিস পিকচর 'ওপবেসন ডে-ব্রেক' হায়বদুনি।) অয়ুক গুম্ভাদগী নৈরকপদুনা নুমিৎ লৈথখ্রফাওবা হায়বদি নুংথীল পুং অনি অহুমলোম তাবফাওবদা লাম্মীশিং হন্দোকপা লোইখিদে। পাখং মচা তরুকখক্তুং অদুদা অদুক য়াম্বা লাম্মীশিং অদুনা অদুক কুইনা শাথীনা, অদুক য়াম্না নোংমৈ ময়াম কাপশিনবদুগী অর্থ হৌজিক ফাওবা কমেংগী খুঞ্জাশিংনা গুকচানহৌবি।

## পাখংশিংগী মোংফম লৈমরোক

কমেং লৌবুক তুবৎ শম্নগা লৈমরোক কৌই। অবিবা মৈতৈ লাইবোনদা মফম অসি লাঙ্গোন নিংথৌ খুবমগী চীংদোন অদুদগী অরাংলোমদা হাইথরকপা নাপোমনি। চীঙ্গোল অসি লৈমা তরেৎ লোংখি-মাংখিবগী নুংশিবা য়ারীগা শাগোম্রে। লৈমরোক্কী চীংজিন লৌবুক্তা হেক তাইনবা মীয়ামগী লম্বী অচৌবা অদুনা থেংথুরম্রিবা, য়াম্না নেম্না লোইরোইননা থেল মচা অমা লৌবুকলোমদা চোম্থরকই। মসিবু 'শয়ী চোম্থবী' হায়না খংনৈ। মতম অমদদি শয়ী পাম্বী য়াম্না হৌরম্মী হায়। অদুবু কমেংগী অচোমগী লফোয়না কোকথোক্তুনা লৌ নীনখিবদগী চীংগী কাংথক-লৌ ওইরে। মনুং খরা হাইগৎখ্রগা উজাও য়াম্থুৎখ্রবা মখোংদগী চোংখৎলকপা খাংমুক য়াংফাত্তবা শয়ী পাম্বী মচাশিং খরা হৌগ্রি। থেল অসি লোইরোইননা য়াংখৎখিবদুগী ময়াইদা, মরাক্তা ফুট তরেৎকুম্বা, ময়ুংদা ফুট তরাহুমদোইগুম্বা, মরেপ্তুনা নুপা অমগী মরেপ য়ৌফাত্তবা লৌশং মচা অমগী য়ুম্ফমনি। ঈনা কুপ্পা লৌশংনি। অকোইবদা ইহাং হাংগি। তুংগী কাম্নরক্লবগী য়াখলদা হন্দক্তুগী হৌনা মতোন কক্লগা থাবা লফোইগী লফু পাম্বী অমা অনিগুম্বা লাপ্তক্লা থারম্মী। লৌশং মচা অদু ময়াইদা কা অনি খায়দোক্লগা মথা থংবদুনা ফক্লাং খাদবা শঙ্গোলনি হায়, অদুগা ফক্লাং খাবা, খোংনা য়াওদনা হাপ্পা খোঙ অমখক্তং পানবা কা মচা অদুদা মখোয় পাখং তরুক তুম্নম্বদু য়াওনবদা য়াম্না চীম্না থোকই। মখোয়না চাক খোংবা

অমসুং চাবদি শুমাং মচাদুদা তৌই। মখোয়না তোংলকপা নুপী সাইকল অহুম, চান-থকনবা চেং-চাক, চফু উয়ান ফাওবা য়ুমদুগী য়েনখাদা থম্মী হায়না অখং-অউশিংদুনা পাউদম্মী। লৌশং মচা অদুগী নোংচুপ থংবদা তুলশীবুংশুম্বা লৈতোং অমসু লৈ।

থাঙ্গেশেংবদি ঐখোয়না চৎলুবা মতমদুদি লৌশং মচাদু লৈরমদ্রে। উহৌবা খঙহৌবশিংনা তম্বা পাউদমদগী লৌবা শক্তম্রি। ঐখোয়না উবা মতমদদি মৈ থাদোকখিবগী তাঙ্গোয় ময়াম মরক্তা, থাংনা য়াম্লুৎলম্বা মৈখাক ওইরবা ফুট মরী মখায়মুক রাংব য়ুম্বী মখোং অমা অনি কারুম্ কারুম লেপ্লম্বা ওইনা থেংনরুবনি। মৈখাক ময়ামদুগী মরক্তা অমদি মনাক নকপশিংদা, পাখংশিংদুগী ঈখেং তৈরবা খবরশিং, ঈ তোৎলবা চেং হৱাই, চীং হৈক্রু, চফু উয়ান মচেৎশিংগা লোয়ননা পাখংশিংদুগী মশাদগী হাথখিবা ঈ ময়ামগী কংশীনদুনা মুশীল্লবা – ময়ামদু উখি। অশোকপা অমসুং অশিবশিংদুবু মখোঙ পায় পায়রগা মফমদুদগী চীংখাগী লম্বী য়ৌনা চীংথখিবগীনি হায়দুনা তুথরবা নাপীশিংগী মথক্তা ঈরম নাইনা পকলম্বদুসু থেংনখি।

ঐখোয় ময়াম লাকপদুদা, থংনবদা গজ চনিরোমদং লাপ্লা য়ুম্রিং খুম্রিংদুনা লৈরিবা নাগী সিংহগী মচানুপা চহি ১২/১৩ মুক শুরবদুসু মমাগা লোয়ননা থোরকতুনা রারী রাতায় শান্নবদুদা য়াওরখি। লোয়ননা পাখংশিংদুগী চীংলৌদুগা তাইনবা মীয়ামগী লম্বীদুতনা হেক খল্লগা লৈবা, ঙরাং অহিং লাম্মীশিংনা তুমফম চাফম অমদি লানথুপফম ওইবদগী অমুনবা ফৌ পুন্নমক চনেৎনদুনা মাংহনবীরম্বগী মথরাই শোক্রবা লুরাংশংবমগী লৌমী অহল অদুসু রারী রাতাই তৌনবদুদা য়াওখি।

পাখংশিং অসি তম্ফা চীংদুমদা তীল মহুম য়োকপা অমদি কিহোম থাবগী ফার্ম অমা শেমগৎনবা হোৎনরকপদি মীয়াম্না ইখং খঙনবনি। তম্ফা চীংদুমদা মখোয়গী য়ুম শানবগীদমক লাম্মীশিংনা হাত্তোকপীখিবা নুমিৎ ফাওবগী মমাংদা মখোয়না চীংথক্তা য়াল্লগা থম্লম্বা উখোং তরানিথোই অদু লৈহৌরি। মখোয়না ফার্ম তৌগনি হায়রিবা তম্ফা চীংদা য়ুম শাদ্রিবকাওবদি শ্রীঅচোম লফোইগী লৌশং অদুদা মখোয় খাঙদুনা লৈবনি। লৌপুগা ঙাং-শান্নরগা য়ান্নদুনা মতম খরা শাইদাংবনি হায়বসিসু ময়ান্না তম্বী।

নম্মাংসু লাং, নতুংসু জেন

শয়ী চোম্বুবী চীংদুমগী অকোইবদা অমদি মখাগী লৌবুকশিংদা অহিংদগী কোইশিন্দুনা লৈরিবা লাম্মীশিংদুবুদি লৌশং মনুংদা কোনশিন্নদুনা য়াম্না চীন্না তুমদুনা লৈরিবা পাখং তরুক্তুনা খংঙুদে। থংননা লৈরিবা ইংখোলদা ইমুং-মনুং পুম্না লৈরিবা লৈশাংথেম নাগী সিংহগী ইমুংগী অঙাংনুবীশিংনদি উবা ফংই। নোংমৈ পায়বা লাম্মী খরদি শঙ মচা অদুগী মনিং ময়াদা নক্না লৈবা উই। ঙস্তানা অহানবা হেক নোংমৈ মখোলশিং তারকপদি য়াম্না ঙল্লি। মখোল তাবগা চেম্প্রোক্তুনা য়েংবদা অচৌবা মৈখু অমদি শং মচা অদুগী অৱাং নোংপোকথংবা অদোমদা পংলাপ লাপ্তনা কারকপা উখি। লাম্মীশিংনা নোংমৈ পংকাপতা কাপশিনবসি ঙস্তানা অদুম হৌগ্রে। পাখং অমা লাম্মীশিংদুগী মরক্তা চীংশিন্নগা য়েংহৈদবমখৈ ফুবীখিবসিসু ইউ-উনহৌবনি।

শিহৈদ্রবা, হৌজিক্না লমফেল হোসপিটালদা অমদি ইম্ফাল জেলদা লৈরিবা পাখং অহুম অদুনা লীবা পাউদমসু খেন্নদে। তোঙান তোংঙানবা মফম অমসুং মতমদা ৱারী শারুবদগী তম্বনি ঃ

অঙনবা অয়ুক পুং মঙা মখায়রোম তারকপসিদা তুন্নীবা পাখং তরুকতুগী মরক্তগী মশা য়াম্না পাবা পাখং মচা অহোংশাংবম মনাওবী হায়বসি মপান থোক্লিঙক্তুনা (হক্কী ঈশিং) শঙদুদগী ইচম চন্না থোরকপনি। পোলিশনা মখোয়বু কোয়শিল্লে হায়বসি করিমক্তা খংদবনি। অদুবু পোলিশ এস, আই, শ্রীসুনিল শর্ম্মনা রীভোলভর শীংলগা মখুৎ হক্তুনা মনামনীল নাইনদনা মনাক্তা চংশিন্নরুবা ঈঙ্গিৎ তৌরকপদুগী মতুং ইন্না মমিৎ ফাক্লি ফাক্লি তীনঙক মাইঙক্লনা চংশীন্নুবদা সুনিল শর্ম্মনা মনাওবীগী মখুৎ লৈথেকলগা য়েংথংবা নারুমদা নোংমৈ মতোননা নম্রগা সি, আর, পি, গী কমান্দেন্ট শ্রীনরেন্দ্র পালনা ফুবা, কাওবা, নেৎপা হেক্তা হৌরকপনি। শঙ মনুংদা তুমহৌরিবশিংদুগী মশক মমিং তাকউ হায়বগা লোয়ননা পংফুদা ফুবনি। খর থিংবমখৈ য়াম্না ৱানা তাক্রুফাওবদা ফুবদি লেপ্পে। ফুমনবদু খাঙবগী লাউ খোংবদুদনি নাওরেম রাজেন অচৌবনা হেন্দ বোম অমা পায়রগা শঙদুদগী থোরকপা। ফাদুনা ফুরিবা মনাওবীবু ফুবা তোকত্রবদি তঙাইফদনা বোম অসি লংশিন্নরুনি হায়বা হৌরকপদা নাকল অমরোমদগী নোংমৈ কাপশিল্লক্তুনা

য়েৎথংবা মফৈগল মরুদা পানবগী চৈনাখোলনা রাজেন অদুম তুগ্রে। বোম অদু লংখিবরা লংখিদবরা হায়বসি রাজেন মশামক নিংশিংবা ঙমদ্রে হায়না তশ্মী।

মফৈগন্দা পান্দুনা রাজেন তুখ্রবা মতুংদগীদি থীজ্বা তৌদনা সি, আর, পি, গী কমান্দেন্ট নরেন্দ্র পালগী য়াথংনা মাইকৈ কয়াদগী সি, আর, পি, অমসুং পোলিশনা নোংমৈ মখল খুদিংমক শঙ মচা অদুদা নোংচুবগুম কাপশিনহনখ্রে। মতাই ইথং থংনা তুম্লম্না, হৌগৎপা নংহৈদ্রবা শ্রীপুখ্রম্বম গম্ভীর হায়বা পাখংমচাদুমা নোংমৈ মরু ময়াম্না হুঞ্জিন হুঞ্জিন পান্দুনা ব্রা ঙাংনবা নংহৌদনা অদুম্মক ইমুংদুদা থরাই লানখ্রে। মতাংসিদা তুম্মুবদগী ইঙাও ঙাওনা লৈরিবা পাখংশিংদুনা 'ঐখোয় মপান থোকহৌরসি নত্রবদি অমুক্কা কাপশীল্লকতুনা শিবা তাবে' হায়না খন্নরদুনা মফী মরোল শেৎচিন্নবা অমদি খোংউপ তোংশিন্নবা হোৎনবগী চরাংনবা মখোল অদু তাবদগী ওইবা তাই, অমুক হন্না মাইকৈ শলাই খংদনা শঙ অদুদা নোংমৈ কাপশিল্লকখি। মফী মরোল নিংথিনা শেৎপা নংহৈদ্রবা পাখংশিংগী মরক্তগী শ্রীরাধাকিশ্বর শর্ম্মনা লাউখিবদি 'ঐখোয় থোরক্লগে, নোংমৈ কাপ্পা অমুক্তা লেপখো-ও' হায়বসি মৈতৈলোল অমসুং ইংরাজী অনিমক্তা লাউখি। অদুবু 'য়ারোই' হায়বা মৈতৈলোলনা লাউরকপা খোল্লাও অমগা লোয়ননা অরেপ্পা লৈতনা নোংমৈ কাপশিল্লকখি। মনুংদা লৈবনদি কান্নররোই খঙলবা পাখং অহুম অদু মখুৎ থাঙ্গক্তুনা শঙদুদগী মপান্দা চেপ্লোকচরকখিবনি। অদু ফাওবদা নোংমৈ কাপ্পা লেপতবদগী কবি শর্ম্মা ইহান হান্না নোংমৈ মরুনা য়োমদুনা তুখ্রে। খরা চেপ্লোরকপদা ধীরেনসু নোংমৈ মরুনা নঙ্গনলোমদগী কাপশিল্লক্তুনা থম্মোই ফক্কায়দুনা ইচায় চাইনা তুখ্রে। রাধাকিশ্বরদংদি নোংমৈ মরু ময়ামদুগী মরক্তা লাইনা কনবগুম নাপ্লোকহৌরগা শ্রীসুনিল শর্ম্মগী মনাক্তা চেনশিনহৌবদগী শিহৌদ্রে। মথরাই পুদুনা চেনশিলক্লবা শিহৌদ্রবা রাধাকিশ্বরসু সি, আর, পি, কমান্দেন্ট নরেন্দ্র পালনা কাওবগা নেৎপগা তৌদুনা তমথিবা মওংদা ফুদুনা ময়াংগী থৌনা ফবা উৎখি।

হৌজিকসু নোংমৈ কাপশিনবদি লেপত্রি। সি, আর, পি, গী কমান্দেন্ট নরেন্দ্র পালনা কোইচৎ-চত্তুনা মাগী সি, আর, পি, লাশ্মী ময়াম অদু মখুৎ লেপহন্দনা নোংমৈ কাপশিনহনবদি ইরেপ লেপ্তে। মখোয় ময়ামদুনা চংশিনদুনা শঙ মচা অদুগী মনুং চংলুবদি ঙমদে। নোংমৈনা পানবগী মৈশানা লাউ খোংলিবশিং অদুগী

নাহেংখোল অদুদা হিংলিবোই নিংদুনা কাপশিনখিবসি পুংশিং য়ামখ্রে।

## চরোং হাবুংদা হুমাং কাংবা

পাখং তরুক সি, আর, পি, ২০০ রোম্ৰা থেংনবসি ৱারমাল্লে, কাপ্পা হৌগ্রবা মতুং পুং অমরোম লৈরগা পোলিশ হেদ ক্বারটরদা সিফাই থোমজিনলক্রবা ৱাইঅরলেসতা পাউ থাই। হেদ ক্বারটরদগীসু লাম্মী ২০০ রোম্ৰা মৈতৈ পাখং তরুকখক পাল্লবা ওমদ্রে হায়বদুদা হংঙুবা তৌদনা হরাউ-হরাউ লাম্মীশিং থোমজিল্লকই। দি, আই, জি, ছন্দবিহারী অমদি মাগী পোলিশ ওফিসার ময়ামগা লোয়ননা সুবেদার অমনা লুচিংবা মনিপুর রাইফলসকী সিফাই সেকসন অমি থোমজিল্লকপসি কমেংগী লৈমরোক্তা অয়ুক্কী পুং ৮ তাবা অদুৱাইদা য়ৌরকই।

অনৌবা সিফাই থোমজিল্লকপসি থুংঙববা মতুংদা লৈমরোক্কী শঙ মচাদুগী মনুংদা অমদি শুমাংদা থৱাই য়াওদনা তাদুনা লৈরবা মৈতৈ নহা অহুমগী মথক্তা অরোইবা খুৎলাই থারক্রে। নোংমৈ অমদি মেচিনগননচিংবা তমথিববা খুৎলাইশিং ময়াম অমা খিল্লগা পোলোয় ওইনা পুংখাই অমবোম কাপশিনবদুদি নহা অহুমখক্তদা কাপ্পনি হায়বদু খঙদবশিংনদি অকনবা লান মাল্লমগনি।

নোংমৈ মরুতনা ফাওদোকখিবদা লৌশং অদু শিংনা শারে, পাখংশিং অদুগী সাইকল অহুম অদু পুমতোই তোইবে, অশোকপসু অশিবসু হঞ্জন হঞ্জন পাল্লে। গজ চনিরোম লাপ্পা অতোপ্পা নাপোম অমদা ইমুং মনুংগী নুপী অঙাংশিংগা লোয়ননা লৈজরিবা শ্রীলৈশাংথেম নাগীগী চাকশং অমসুং য়ুম অদুসু নোংমৈ মরু মখুলনা হয়িংখোই মকোল শারে। ইমুংদা য়ালহৌবা অঙাংশিংগী ফুরিৎ ফিরোলশিংসু নোংমৈ মরুনা ফাওদুনা চৎখিবদগী মফুৎ মফুৎ হোরে। চাকশংগী মনিং ওইরপ হৌরিবা লফু পাম্বী, অৱাথবী পাম্বী, য়েঙ্খাং নাপী পুন্নমক খীকথখ্রে। হঙ্গোন্দগী শনকোক পুন্ননক থৌরী থদত্তুনা চীংনুং মাননুংদা চেনশিনখিদুনা পুমচায় চায়খ্রে। থুকৎখিবদগী অতোপ্পা লৌপু, আৱাপতিদগী নবচন্দ্র হায়বদু ময়ুম ইংখোল থাদোক্তুনা চেনখিবদগী হল্লকহৌদ্রি।

### অরোইবা লাঞ্জং

মনিপুর রাইফলসকী লান্মীশিংবু ইনশিন্দুনা পোলোয় চোলোম তৌহল্লবা মতুংদা, শোক্তুনা অমদি শিদুনা তুরীবা অমদি শিংনা শারবা য়ুম মচা অদু তন্না নোংমৈ মরু হান্দুনা শীংলগা মাইকৈ কয়াদগী হেৎচিনখিবদুসু কুম্মৈ অমনি। চেনশিনখিবা ময়ামদুগী মরক্তা সি, আর, পি, গী কমান্দেন্ট শ্রীনরেন্দ্র পালনা ওন-থোইদুনা লৈরিবা নাওরেম রাজেন অচৌবদা চৈতুপনা হাকথী থোকনা ফুখি। মতৌ তমদুনা সি, আর, পি, শিংনা অশিবা পাখংশিং অদুদা বুটনা কাউবা, নোংমৈ মনিংনা শুজিনবা – তশেংনা য়েংহৈদবা মতৌনি। নুপা মানজদবা শাজংনি।

পুং অনিরোম পোখা-পোখা কাপশিনবদা শিংনা শারবা শঙ মচা অদু, অমদি নোংমৈ মরুনা চায়খায়রবা শরু শয়াং অমদি শদুম মচেৎশিং, লোয়ননা ইহং নাইহং ময়াম অদু কনাগুম্বা প্রজাশিংনা উখ্রবদি মনিপুর পোলিশ অমসুং সি, আর, পি, গী থৌনা লীংজেনগী মতাংদা রাখল লান্না খনবা হায়বসিমদি শোয়দ্রে। অদুনা লৌশং অদু তুমনা মৈ থাদোক্তুনা মুখৎলমদবা য়াদবদগী মৈ থাদোক্লম্বনি।

সি, আর, পি, লান্মীশিং অমসুং পোলিশশিংনা চীঙ্গোন্দুদগী হনখিবসি নুংথিলগী পুং অনিমখায়রোম তারগনি। অয়ুক্কী পুং ৯ তাবদদি কাপ্পা হাৎপগী থবক পুমলোই লোয়রবনি। অদুবু অদুক কুইথনা নুংথিলফাওবা নৈনদুনা লৈবদু করিগীনো হায়বসিমদি খঙদ্রে। নোংমৈ পায়বা লান্মী মশীং অসি চনি চহুমদগীদি তারোই হায়বসি চুম্বা তাই। গাড়ী অচৌবা অমসুং মচা পুন্না কুপ্পা মরীমঙারোম শুই হায়না খুঞ্জাশিংনা তশ্মী।

### খুনু খরংনা খোঙ্গুল লীহৌই

খুঞ্জাশিংনা লীবা শ্বর ফুনগৎলবা পাউদম রারীগা লোয়ননা নরুবদা লৈরিবা নোংমৈ মরুনা লেন ওইনা তাপ্রবা থংনবা য়ুমশিং য়েংলুরগা ঐখোয় লৈমরোক্তগী হন্দোরকখি। য়েংওইননা শয়ী চোঙ্গুবী থেলগী মথক্তা মৈখাক ওইনা তুরোই ঙারোই য়ুংহৌরিবা য়ুম্বী মখোংদুগী মতোন্দা খুনু খরং অমা তোংঙদুনা লৈহৌবদু ঐখোয়না লাপতক্কা উরম্মী। ঈখেং অমদি কারুম কারুম মৈ চাকহৌরবা মৈতৈ পাখংশিংগী শদুম মচেৎ মরাঙ অদুদি খুনু খরংদুনা খোমজিনহৌবা নত্তনা কনানসু খোঙ্গুল

লীহৌদ্রি। লৈমরোল্পী মৈতৈ পাখংশিংগী মোঙফম পুঙ অদু অরোইবা ওইনা অথাপ্পদগী য়েংলম্নগা ঐখোয় হন্নকখি।

## অচুম অরানদি নৈনখিবা তাই, খিখিবা তাই

শাথীবা ক্রাইম কয়াগী মরাল লৈরম্বা, চৈরাক পীনিংঙাই মরাল কয়া লৈরম্বা য়াই মৈতৈ পাখং মচাশিংদু। শৌগংলুবা নত্তে। অদুবু করিসু নত্তবদা, হাকথী থোকনা মনিপুর পোলিশ অমদি সি, আর, পি, থাজিন্দুনা নৌরিবা পাংখং মচাশিংদুবু নৈহংখিবা অমদি হাত্তোকপীখিবা অসুগী মতাংদদি প্রজানা পেল্লদে। অদুনা ঐখোয়না থীজিন-য়েংশিল্লুবা অমদি হাকথেংনবা পাউ খোমলুবগী পাউদমনি। মনিপুর সরকার অমদি পোলিশনা নাকন অমত্তদা পংলীদা লীবা পংশন্দা শন্দোকপবু ঐখোয়না চুম্মী হায়না হেক্তা লৌদে। পোলিশ অমদি মনিপুর সরকারনা পীবা য়ারীশিং, ডাক্তরশিংদগী ফংলিবা রিপোর্টশিংসু লময়ানবনা থীগংলি। খুল্লা প্রজাশিংনা তম্বা পাউদম অমদি শিহৌদবা পাখং অহুমদগী ফংবা য়ারোলশিং হৌজিক মীয়ামগী মাংদা থমজরিবসিগা মনিপুর সরকার অমদি পোলিশকী য়ারীগা খেন্নবা অমদি চুমশিল্লবা য়াদবদু মথংগী চেথোংদা পুথোকতুনা মীয়ামগী মাংদা থমজনবা হোৎনজগনি। অচুম্বা অদুদি খঙদোকপা তাবনি। ●

# মপূং ফাদ্রিবা, চখরক্লিবা লালহৌ

"থাঙ্গোল অদো ময়া থাঙু থৌনা হে লৌউবা . . . . ."। চখরক্লিবা মপূং ফাদ্রিবা লালহৌ অমগী চহী ৩০ রোমগী মমাংদা চেন্নমবা পাউজেলনি। লৌয়াম চাবনা পানবা অরিবা খুন্নাই অমগী য়ুম্ফম অদু থুগাইরগা মালেম অসিগী ওইবা লাক্লিবা অনৌবা য়াওলদা কাংলুপ নাইদবা খুন্নাই অমা লিংনবা পান্দমগা লোয়নননা লমদম অসিদা অহানবা ওইনা হৌখিবা লালহৌ অদুগী লময়ানবা লূচিংপুরেল হিজম ইরাবতনা ঐখোয়গী লৌমীশিংবু হৌদোক্লস্বা য়াকাইরোলনি। হিজম ইরাবত ঐখোয়গী খুন্নাই অসিগী তোপ-তোপ্পা ফিভম অসিদা অনৌবা লাংওন অমা পুরক্লবা লালহৌদা লমদম অসিগী লৌমীশিংনা লৌগদবা থৌদাং অদো ময়েক শেংনা তাকপিরম্বতা নত্তনা থবক ওইনা লালহৌগী লম্বীদা চংশিন্দুনা খুৎমাবা হৌবিরমখিবা ঐখোয়গী লিকলমচংকী অনৌবা তাঙ্কক অমগী অহানবা লূচিংবনি। মহাক্লা লালহৌ অসি হৌদোক্লম্বগা লোয়নননা ঐখোয়গী খুন্নাই অসি লিকলমচংকী (ইতিহাসকী) অনৌবা তাঙ্কক অমদা খোঙ থাংজিনবা হৌরকখি – মতমগা চুনরক্লবা লৌয়াম চাবা কাংলুপনা পানবা খুন্নাই অদু থুগাইদুনা কাংলুপ নাইদবা খুন্নাই অমা লৈবাক অসিদা লিংনবগী মপূং ওইবা খোঙচত্তা নিংথৌ খুভম মুথত্নুনা মীয়ামগী লৈঙাক্লোন অমা পুরক্লবা লালহৌ (দিমোক্রেতিক রিভোল্যুসন) গী তাঙ্কক অদু ঐখোয়গী লিকলমচত্তা অহানবা ওইনা মতাং অসিদগী হৌখি।

লালহৌ অসি মতম অদুদা লৈরম্বা খুন্নাইগী ফিভম, নেংথরক্লিবা ইন্দিয়াগী লোইলম লৈঙাকলোন, অমদি লালহৌবশিংগী মাইকৈদা থেংনখিবা অশোনবা, অৱাংপা অসিনচিংবা মরম কয়াদগী লৈঙাকপা কাংলুপ্না নমথবা ঙমখি। অদুবু লালহৌ অসিগী চৈনা থেংনজরুরবা অমসুং মদু খাঙলক্লবা লৌমীশিংনা মমল

য়াম্রবা লৌশিং অমদি ফংখি। ইরাবতনা লৈখিদ্রবা মতুংদা ওইজবা থিবা কাংলূপ্তগী হৌরকপা 'লূচিংবা' শাবশিংনা লৌমীশিংবু লালহৌগী ঈয়ায়দা লাংথোক্লম্রগা চেনখিবা অদুনা মরম ওইদুনা লৌমীশিংনা লালহৌগী থবক্তা থাজরুবা য়াদবা কাংলূপ অমা মশক খঙবা হৌখি, লোয়ননা মখোয়গী অশেংবা মীচং ওইগদবা অমসুং লমজিংবিগদবা কাংলূপ কনানো হায়বদু থিবা তারকখি। মতম অদুদগী হৌনা ঙসি ফাওবদা ঐখোয়গী লৌমী অমসুং লাইরবা মীয়ামগী অশেংবা লমজিং মৈরা ওইবা লূপ নত্রগা পাটি অমত্তা লৈরক্ত্রি। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা মীচং শাশিন্নবা পার্টিশিংনা লোইলম লৈঙাকলোনগী মখাদা ফংবা শক্তি মুন্নবদা লৌমী অমসুং লাইরবা মীয়ামবু হঞ্জিন হঞ্জিন নমথাক তৌবিবা, লমদম অসিগী লৈহাওদা মরা তাবা ঙম্রোয়দবা তাইন্নবা 'লালহৌ' অমগী মংলানদা ঙাওহন্দুনা মংলাক্লহনবগী হ্মারীনা পিক থল্লি। ফিভম অসিদা ঐখোয়গী লৌমী অমসুং লাইরবা মীয়াম্ন, হায়রিবা মশাগী ওইজবা থিবা পার্টিশিং অসিনা নাথেদুনা পুখ্রবা অরানবা ঈচেল অদুদগী নাম্লেক্তুনা অশেংবা, লমদম অসিগী ওইবা, ঈহৌ অমগী অচুম্বা লম্বী অদুদা অমুক চংশিনবা ঙমদনা তাওদুনা লৈরক্লি। ঐখোয়গী লৌমীশিংনা, মরু ওইনা লাইববা লৌমীশিংনা, মশাগী তুংগী পুন্সিগা শাগোম্রগদবা অচেৎপা ফিবেপ অমা লৌবা ঙমদ্রি। মতম অমদা য়াম্র পামজনা ময়া থাংখিবা থাঙ্গোল অদো শিজিন্নফম খংদনা তাদুনা লৈরক্লি।

অসুন্না ইরাবতনা লূচিংখিবা তাঙ্কক অসি মায়থীবা ফংখ্রবসু লালহৌ অসি অপূনবা খোঙচৎ অমগী মিৎয়েংদগী য়েংলবদি মপূং ফাদ্রিবা লালহৌ অমা ওইবা মরম্ন মায়থিরে হায়বা য়াখিরোই। মাইথীবগী মহুত্তা নোংমা নোংমগী হোংলক্লিবা লৈবাক্তি অমসুং খুন্নাইগী ফিভম অসিদা লালহৌগী খোঙচৎ অসিসু থেংখাং কয়া তাঙ্কক কয়া লাম্লোরক্তুনা হেন্না খুমাং চাওশিললক্লি।

লালহৌ অসি অহানবা শাগৎলকপা মতমদদি মনিপুর অসি চহী চা কয়াদগী ফমজিন্দুনা লৈরক্লবা 'লৌউ-শিংউবনা য়ুমফম ওইবা' নিংথৌ পানবা লোইলম অমা ওইরম্মী। মতম অদুগী খুন্নাই অদুদা ঐখোয়গী লৌমীশিংনা ইন্দিয়া, রুসিয়া অমদি চিনানচিংবা অতৈ লৈবাকশিংগী লৌমীশিংনা ফংখিবা অওৎ-অনৈ অদুগুম্নদি ফংদ্রগসু লৌমী অমা ওইবগী পোৎলুম অদুদি পুদুনা লাকখি। মখোয়গী হুমাংমনগী শরুক খরা লৌপুশিংনা লেন্না অদুম ফংদুনা লাকখি। ঙসিসু খুন্নাই অসিগী চাকথাক

হুনবদা পোৎলুম অদো অদুম পুরি। হোংলকখিবা হায়ববু হান্নগী পোৎলুম অদুগী মথক্তা অনৌবা অমা অমুক হাপকৎলকখি অদুতনি। হান্নদি ঐখোয়গী লৌমীশিংগী হুমাংমল অসি লমদম অসিগী লৌয়াম চাবশিংনা অয়াম্বা হৈনদুনা লাকপনি। অদুবু ১৮৯১ দা ব্রিটিশকি লোইলম অমা ওইখ্রবা মতুংদগীদি মদুগা চেন্নরকপা ময়াং লল্লোনবশিংস্ ঐখোয়গী লৌমীশিংগী পাঙ্গল অসি শুমদুনা চাবদা য়াওররে। মসিগা লোয়ননা লমদম অসিগী পোত্খোক অসি (লৌমীগী পাঙ্গলনা পুথোকপা ফৌ-চেংনা মরুনি) শেন্দোং য়াম্না ফংবা লল্লোনপোৎ অমা ওইনা ময়াং লল্লোনবশিংনা মনিপুরগী মপান্দা থাদোকপা হৌরে। লৌমীশিংনা পাঙ্গল তেকপমথৈ লৌবুক্তা থবক শুবা, অদুগা পোৎথোক অদুনা অতোপ্পা লৈবাক্তা থাদোকখিবা, শোমদনা লৌমী অমসুং লাইরবা মীয়াম্না চরা হেনবা থৌওং অসি মতম অসিদগী হৌরে। তাইবংপালগী ঈহৌগী ব্রারীদা শিংথানবা য়ারবা ১৯৩৯ গী 'নূপী লাল' লোইলমগী অনৌবা পোৎলুম অসিদগী মশানা পুথোকচরকপা অহানবা শক্তাক থৌদোক্নি। মতম অদুগী হৌনা ঐখোয়গী লৌমীশিংনা, মরু ওইনা লাইরবা লৌমীশিংনা, মখোয়গী নিংতম ঈহৌদা থেংনগদবা য়েক্লবা অসি লমদম অসিগী লৌয়াম চাবা খুজোক খরা অসি শাক্তা নত্তনা হেন্না শাথিবা মপালগী য়েক্লবা অমসু হাপকৎপা হৌত্রবনি।

অসুন্না চথরকপা ফিভম অসিদা ১৯৪৮ দা লালহৌ অসিনা মশক থোক্লকপা মতমদদি অনীশুবা লাঞ্জাওগী চৈথেং ফংলবা ঐখোয়গী লৈবাক অসি ব্রিটিশ ইম্পিরিয়েলিষ্টশিংনা লোইলম ওইবা কোকপিরমবা চহী অমরোম ফারে। অদুবু ঐখোয়দগী য়াম্না হেন্না সাহেবকী মীনাই ওইদুনা লাকপা ইন্দিয়ানা মনিং তম্বা হেক্ক ফংবগা ঐখোয়বু য়োৎশিন্নবা থাক্লকপা লাংদা ঐখোয় থুরে। ইন্সট্রুমেন্ট ওফ এক্সেসন হায়বা য়ান-চে অদুগী মথাদা মনিপুর মপুং ফানা মনিং তম্বা লৈবাক অমা ওইনা অমুক হনজিনবা নংহৌদনা ইন্দিয়ানা তত্থাই লৌশিল্লবা লোইলম অমা ওইরে। চহী ৫৭ মুক ব্রিটিশকী মথা পোল্লুরবা মতুংদা, অমুক ইন্দিয়াগী লোইলম তানবা লেংউপ্তা তত্থাই চংবা হৌরে।

তাক্কক অসিদা খুন্নাই অসিগী মরু ওইবা যুম্ফমদা অচৌবা অহোংবদি লৈত্রগসু অনীশুবা লাঞ্জাওগী চৈথেংনা অনৌবা মরু ওইবা মচাক খরা হাপচিল্লবা খুন্নাই অমা

ওইরে। মসিদা খ্বাইদগী মরু ওইবা চৈথেংদি তেন্নবা লাল মনুংগী মতমদুদা শেঞ্জাও পায়বা লৈবাকশিংনা লাল শুন্ননবা লমদম অসিদগী থাদরকখিবা শেল চবুন চবুন অদুনি। মসিনা ঐখোয়গী খুন্নাই অসিনা ইন্স্তরনেসনেল কেপিতেলগা অহানবা শকখংনবনি। অসিগুম্বা শেঞ্জাও অসিনা (তুং কোইনা লৈরমদ্রগস্) লমদম অসিদা অহানবা ওইনা ইনৌ-নৌবা হান্না লৈরমদবা শিনফম খরা হৌদোক্লম্মী। তশেংবদি, ঐখোয়গী খুন্নাই অসিদা অসিগুম্বা অনৌবা শিনফমশিং অসি পুথোক্লবা মশাগী পাঙ্গল অদু ৱাংপদগী মশালগী চৈথেং অমা মথৌ তাদুনা লৈরকপনি। অদুনা, লাল মনুংদা অসিগুম্বা খুদোং চাবা অসি লাক্লবদা লৌয়াম চাবা, নিংথৌ খনবা, হান্নগী অতোং-অরেম ওইরকপা মীওইশিংনা ঠিকা, সপ্লাইনচিংবা তৌদুনা শেল পায়বা অনৌবা কাংলুপ অমা মরু হুনবা হৌরে। অতোপ্পা শিনফম অমনা, লাল মনুংদা হুন্দোক্লম্বা গাড়ী ময়াম অদু লমদমসিগী মখুৎ মশা হৈবা মৈতৈমচাশিংনা শেমজিন শাজিন্দুনা, মশানা থৌদুনা শেল তানবা, কোন্নদি ইনাক-কৈরাক খুনবা কাংলুপ্তা চন্নগদবা মীওই কাংবু অমসু থোরকপা হৌরে। অসিদা নত্তনা, লাল লোয়খ্রবা মতুংদা লৈহৌবা য়োংতেক-থাংতেকনচিংবা কোনচাক ময়াম য়োনবা কাংবু অমসু শুসিফাওবদা লৈরি। অসুন্না অনৌবা শেল তান্নবা লম্বী কয়া অসিগা চেন্নরকপা মীওইশিং অসি থোরকপগা লোয়ননা, শেলগী খুন্নাই অমা শেমগত্তুনা, চম্বী-চা কয়াদগী লৈরক্লবা লৌয়াম চাবা কাংলুপপু কোন্না তকথায়রগদবা কাংলুপ অদুগী খুৎমাবা খরা তেনখ্রবা লাল মনুংগী মতম অসিদা ইন্স্তরনেসনেল কেপিতেলনা শেমগৎপিরম্রে। অসুন্না, মশা মতোমতা স্তার্ট হৌবা শুমদ্রবা গাড়ী অদু ইন্নগা হৌবগুম, ঐখোয়গী খুন্নাই অসিসু অনীশুবা লাঞ্জাওনা (তশেংবদি লাল অদুদা শিজিন্নখিবা শেঞ্জাও অদুননি) ইন্নম্বদগী স্তার্ট হৌদুনা শুসি ফাওবা খোংজেল মথং মথং থৌরক্লি।

অসিগুম্বা, নিংথৌ পানবা, ইন্দিয়ানা তম্বাই উম্বা হৌরম্বা, অদুগা অনীশুবা লাঞ্জাওনা অনৌবা মাইকৈ অমদা ইনবা হৌরমদুনা মালেম অসিগী চাওখৎ-থোংথাং অসি নোংথাং কুপ্পদৌনা হাইফেত্তং উহল্লম্বদা গুাইরিবা, তাঞ্জা অসিদনি ইরাবতনা খুন্নাই অসি ফোক্তুনা শেম্বা কান্নররোই খল্লদুনা মসিগী লিরবা য়ুম্ফম অদুমক থুগাইরগা অনৌবা খুন্নাই অমা লিংনলবা খুৎলায় পায়বা লালহৌ অমা

শাগৎলকখিবসি। লৌমীনা অপুনবা মীশিংগী চাম্মদা ৯০ ওইবা, মীয়ামদা লৈঙাকলোনগী হুক মচা অমফাওবা ফংদ্রিবা, লোয়ননা শিম্মী কাংলুপ মমী তমদ্রিবা মতম অদুদা, লালহৌ অসি লৌমীনা য়ুম্ফম ওইরগা ঐখোয়গী ওইজবা মওংদা শাগৎপা মশানা, তাবনি। অদুগা লালহৌ অসিগী লমজিংনা মতম অদুগী ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুংদগী হৌরকপা, অয়াম্বনা ইন্দিয়ারোমদা চত্তুনা লাইরিক তম্বদগী তাইবংপালগী রাংউলোন অমসুং রাখল্লোনগা শকথংনবদা ঙায়রক্লিবা, মশীং য়ামদ্রিবা মীওইশিংগী মরক্তগী থোরকখি। অসিগুম্বা মরু ওইবা লীচৎশিং অসি লৈখিবনা, লালহৌ অসি খুদক্তা সোসিত্রলিশ্ত রিভোল্যুসন অমা ওইবদি য়াখিদে। কাংলুপ নাইদবা মান্নবা খুন্নাই অমগী পান্দমগা লোয়ননা হৌখিবা ওইরগস্ তাঙ্কক অদুগী মচং ওইবা লীচত্তি দিমোক্রেতিক রিভোল্যুসননি। অদুনা, অহানবা নিংথৌ খুভম মুথত্তুনা মীয়ামগী লৈঙাকলোন লিংবা, 'লৌমীদা লৌ পীবা' অসিনচিংবা দিমোক্রেতিক রিভোল্যুসনগী পান্দমশিং অসি ফংলবা মতুংদদা মান্নবা খুন্নাইগী লালহৌদা খোঙ থাংজিনবা ঙমগদবনি। মতাং অসিদা পন্দবা য়াদবা রাফম অমদি, হন্দক্কী লাঞ্জং অসি সাহেবনা পাল্লিগঁদা নিংথৌগী লৈঙাকলোনদদা শীংনবা দিমোক্রেতিক রিফোমগী তাঙ্কক অদুগদি মচংদা খেন্নবা য়াম্না লৈরে। অদুবু তাঙ্কক অনিমক্তা চপ মান্ননা হংনিংবা রাহং খরা চোংথোরক্লি। লোইলম অমা ওইনা লৈরিবা লৈবাক খুন্নাই অমগী খ্বাইদগী মরু ওইবা মাংজিন থানা লৈবা রাফমদি লৈবাক্কী মপুং ফাবা নীংতম্বা হঞ্জিনবনি। অদু ওইরবদি লোইলম লৈঙাকলোনগী মাইয়োক্তা লৈবাক্কী নীংতম লালহৌ অমা শাগৎপগী মহুত্তা, খুন্নাইগী লালহৌমতক ওইনা নিংথৌগী অমসুং লৌয়াম চাবগী লৈঙাকলোনগী য়ুম্ফম অদুতদা লান্দাখিবা করিগীনো? লালহৌগী মাইওন, লাল্লোং অমদি তাঙ্কক পরিং চুন্না লেপখীদবরা? লৌশিং তাননিংবা ঙসিগী অনৌবা মীরোলনা লৌথুপ লৌকোয় লৈতনা হংনিংবা রাহংশিংনি।

রাহংশিং অসিগী চাওরাকপা পাওখুম খরদি ওইখিবা ফিভম অদুদগী ফংবা য়াই। সাহেবনা পাল্লিগঁদদি লমদম অসিগী চীংগী লম খরদা খৃষ্টিয়ান লাইনিংলোন শন্দোকপা হৌরম্বা নত্তনা লৈঙাকলোনগী য়ুম্ফম ওইরিবা তম্পাক ময়োল অসিদদি হান্না লৈরম্বা নিংথৌ পানবা লৈঙাকলোন অমগী মথিবোং কোথোকখ্রবত্ত

মপানথোংগী শক্তম অদুদি মাংহন্দবগা লোয়ননা লৌয়াম চাবা খুন্নাইগী যুক্ষম অদু থুগাইনবা পোৎশক্কি ওইবা মচাক (মরু ওইনা, শেঙ্গাও হৈথরকতুনা গুসি ইন্দিয়ানা তৌরিবা 'শেমগৎ শাগৎপা' অসিগুম্না) করিমত্তা পুশিল্লকখিদে, থুগাইনবসু থওইনা হোৎনখিদে। মালেম শীনবা থুংনা শন্দোকতুনা লৈরবা লোইলমশিংদগী হেন্দোরকপা লন-থুন্না শেঙ্গাও পাথোক্লবা সাহেবশিংনা পিক্লবা চীংলৈবাক লমদম অসিগী লন-থুমদা থোইদোক্লা মিতাবা পোকখিদে। ইচম চম্না, বীলাতকী মহারানীগী শমজিগী লৈতেং অমা ওইনতমক থমনিংখি। অদুনা, লৈঙাকলোন নত্তনা অতৈ লম খুদিংমক্তা মনিং তমহন্দুনা মীয়ামবু নিংথৌনা অপাম্বা মওংদা তুহৎপদা অথিংবা পীখিদে, থোইনদুম নাকোইননা ইনশিনখি। মরমদি শেল-থুমগী লমদগু অদুক হাক্লা তোংজবা লৈখিরোইদবা লমদম অসিদা কান্নদবদা মীয়ামগা হকথেংনবগী মহুত্তা নিংথৌদা ইগ্লোকপনা হেন্না ফৈ হায়না খনখি। অদুনা, মতম অদুগী ঐখোয়গী মীয়াম্না সাহেবশিং অসিবু লোইলম মপুনি হায়না তোয়না নিংশিংবগী মহুত্তা সাহেবনা পানবা নুংঙাইখ্রেদা হায়না শোন্নরিবসি। মসিগী মরু ওইবা মরম অমদি, লোইলম ওইরবসু নিংথৌনা মরক্তা খলহন্দুনা থমখিবা মরম্না, মতম অদুদা হৌরকখিবা ঈহৌ খুদিংমক নিংথৌ অমসুং লৌয়াম চাবা কাংলুপকী লৈঙাকলোন অদুদা থেঙ্গাইদুনা লৈখি, পল অসি ৱাংমা লানথোকতুনা সাহেবশিংদা হাকথেংননা তাইনবা ঙমখিদে। অসিগুম্বা ফিভম অদুদা হেন্না মরু ওইবা লৈবাক মীয়ামগী নিংতম লালহৌ অমা শাগৎপগী মহুত্তা খুন্নাইগী মনুংদা কাংলুপ মশেল চায়নবা অদুনা চুম্মী হায়না খলহনখি। মসি হুজিক্তা হঙ্গৎনা য়েংখিবদা ওন্ননা উরগগু মতম অদুদদি চুম্মী হায়না খলহনবা য়াবা অতৈ মচাক কয়ামুক লৈখিরম্বসু য়াই।

১৯৪৮ গী তাঙ্কক অসিদনা, মপানগী য়েক্রবা হায়বদি ইন্দিয়া অসি লোইলম খোপচিননিংবা লৈবাক অমা ওইনা ফোংনা চোংথোরক্লি। চহী ২৪০ রোম ঐখোয়গী লমদমসিদা শাগৎলক্লিবা হিন্দুগী লাইনিংলোন অমসুং ৱাখল্লোন অমনা অমনা থম্মাইখ্রবা মীরোল অমগা ইন্দিয়াগা লৌতুনরগা 'মনিপুর ভারত্তা তিনগদবনি' হায়বা হীগাইরা অসি শন্দোরকপা মতমনি। অতোপ্পা ৱাফম অমনা, মতম অদুদদি অপিকপা লমদম অসিদা চাউখ্রবা ইন্দিয়ারোমদগী মীতোপ হাইজিল্লকতুনা মীতোপকী ঈপাক্তা লুপখিবা য়াবগী গুসি লৈরিবা খুদোংথীবা শক্তম অসি লাকশিনবা

ঙমদ্রিবা মতাংনি। মসিগীগু মথক্তা, লমদম অসিদা শিংলকখিবা লৈঙাকলোনগী নুংশিং খুদিংমক ইন্দিয়ারোমদগী শিংলকখিবা ঙাক্তনি। মরমশিং অসিদগী মতমদুগী ঈহৌ খুদিংমক মপানগী য়েক্লবা থেংনবরোমদা ফুজিনবগী মহুত্ত খুন্নাই মনুং অসিদা য়ৈশিন্দুনা লৈখিবা ওইরম্বসু য়াই।

অদুবু তশেংনা ওইদুনা লাকখিবা ফিভমদি – সাহেবশিংগা শন্নবা হৌরকপদগী লৈবাক অসিগী লিকলমচংকী তাঙ্কক খুদিংমক, হায়বদি ব্রিটিশকি সেমি-কোলোণী ওইরকপা, মতুংদা ১৮৯১দগী মথা থারবা লোইলম অমা ওইখিবা, অদুদগী ১৯৪৭ তা ব্রিটিশ চংখিবগা অশেংবা নীংতম্বা হনজিনবা নংহৌদনা মতম খরা সেমি-কোলোণী ওইরবা মতুংদা ১৯৪৯ দা ইন্দিয়ানা মপুংফানা লৌখিনখিবা অদুদগীনা হুজিক ফাওবদা – লৈবাক মীয়ামগা মরুওইবা য়েক্লবা ওইদুনা লাক্রিবদি (তাঙ্কক তাঙ্ককী মতুং ইন্না য়েক্লবগী শক্রোন খেন্নরবসু) লোইলম লৈঙাকলোননি।

১৯৪৯ গী ওক্তোবর তাং ১৫ দা মনিপুর ইন্দিয়ানা লৌশিন্লে। চেক মোক লাউখিদে, গ্রুক গ্রাক্তা অদুম দিল্লি য়ৌখিবনি। তশেংনমকশু, ইন্দিয়ানা মনিপুর লৌশিনবগী লিকলমচংনা পিবা খ্বাইদগী হেন্না খুদোং চাবা মতাংসু হেক থোকপনি। মৈদিংঙু পামহৈবা হাক্তক্তা নুংগ্রং ঈরুপহনখিবদগী হৌনা চহী ২৪০ রোম হামচং হামপোইনরবা পুন্সিরোল অমনা মতোন লোন্নকপদা পোকপা, আয্যগী মচা মশুনি খঞ্জবা, লাইরিক হৈরবা, মচিনশু চংলবা, অদুবু মশাবু মশানা খংজবদি ঙমদ্রিবা মীরোল অমনা হিন্দুগী সম্রাজ্য অমদা য়ান্না কন্না নপচনিংবা তাঞ্জা অমগা চান্নখিবনি। ঐখোয়গী চীংলৈবাক লমদম অসিগা ইন্দিয়াগা অনিগী মরক্তা তোপ তোপ্পা লৈবা মরু ওইবা খেন্নবশিং অদু উবা ঙমদ্রিবা অদুগুম্বা মতম অদুগী মীরোলনি। অদুনা, ইন্দিয়ানা কাশ্মিরদগী হৌরগা নোংপোক চীংখৈগী লমদম অসিফাওবদা লৈরিবা অপীকপা লৈবাকশিং অসিসু খোপচীন্দুনা 'অপুনবা ইতিহাস' অমা শেন্নবা হোংলনরকপদা 'মনিপুর ভারতনা লৌশিনবিরো' হায়বা মীরোল অসিগী চোইরোল অসিনা ইন্দিয়ানা পান্মমবা 'গনতন্ত্র' গী মাইখুম অদু মতাং চানা শিখি। অসুন্না মতাংসিদা ইন্দিয়ানা য়ান্না লায়না মনিপুর লৌশিনখিবা অসিদি মশানা পোপ তাজবা রাফন্নি। কনানসু ঐখোয় য়ানিংদে হায়বা নংহৌদনা নিংতম্বা মাংখিবগী মরু ওইবা হুকথেংনবা মরমদি মতম অদুদা পাল্লিবা লৌয়াম চাবা কাংলুপনা শাগেগী মৈতাল

অশিবা ওইখিবা, অদুগা লোয়নননা ইরাবতনা শাগৎলকখিবা 'লৌমীগী লালহৌ' অদুসু মফম খরদা নৎতনা লৌমীশিংনফাওবা ব্রাহন্ত্রোক খঙনা লালহৌ অদুদা চেংশিন্দ্রিবা অমসুং হোংলক্লিবা লৈবাক্কী ফিভমদা লৌমীশিংতনা লৌয়াম চাবশিংগী মাইয়োক্তা হৌবা কাংলুপকী লালহৌ অদু নিংতম লালহৌ অমা ওইনা লোইলম লৈঙাকলোনগী মাইয়োক্তা ওনশিন্নবা মাইওন লৌবা ঙমদ্রিঙৈ মতাংসিদা থোকখিবননি। অদুগা খরা থাপ্পা মরম অমনা, মাইকৈ অসিদা লৈরিবা অপিকপা লৈবাকশিং অসিগী ত্তুংগী ফিরেপ অমা মশাগী নিংতম্বা ঙাক্লা মশানা লেপচবা ঙম্নবা তাইবংপাল খুন্নাইনা শকথংলবা য়ানবা অমগী মখাদা মতিক চাবা ঙাকলৌ লৈখিদে। অদুনা ব্রিটিশ ইম্পিরিএলিষ্টশিংনা হেক চৎখিবগা ইন্দিয়ানা ঐখোয়গী লমদম অসিদা খোঙ থাংজিল্লকপদা মতম অদুগী তাইবঙপাল খুন্নাইনা করিগীনো হায়না হংবদি লায়রদনা ইন্দিয়াগী থোইদোকপা হকনি হায়বগী মতাঙম তুমিন তুমিন লৈখি। শন্না হায়রবদা, মতম অদুদা নৌনা অমুক শন্দোরক্লিবা লোইলম লৈঙাকলোন অদু থেংননবা লিকলমচৎকী ওইবা মচাক অমসুং পাঙ্গল ঐখোয়দা লৈখিদে।

অসুন্না ইন্দিয়াগী খায়াৎতা তাত্রবদা, মনিপুর অসি ইন্দিয়াগী শেঞ্জাও পায়বা কাংলুপনা লীংবা সরকারগী মখাদা লৌয়াম চাবা কাংলুপ্পা পানবা লোইলম অমা ওইরে। ঐখোয়গী লৌমী অমসুং লাইরবা মীয়ামবু হান্নদি লমদমশিগী লৌয়াম চাবা কাংলুপখক্তনা মপুং ওইনা তুহৎলম্বদু মতাং অসিদদি অনৌবা লোইলম লৈঙাকলোন অসিগী মখাদা ইন্দিয়াগী শেঞ্জাও পায়বা অমসুং লমদমসিগী লৌয়াম চাবা কাংলুপ অনীসিগী অপূনবা পাঙ্গলনা তুহৎপিবা হৌরে। মতাং অসিদগীদি লালহৌগী ফিভমসু হোংলে।

ইন্দিয়ানা পুমলৌ লৌশিন্দ্রিঙৈ মরকতুদদি লালহৌ অসিবু লমদমসিগী লৌয়াম চাবা কাংলুপকী সরকারনা নমথনবা হোৎনবদা ইন্দিয়া সরকারনা মতমদুদা মনিপুরগা লৈনরম্বা মরী মতুং ইন্না মতেং পাংলবনি। মতম অদুদা লালহৌগী হকথেংনবা য়েক্লবদি লৌয়াম চাবা কাংলুপনি, ফিউর্দেলিজমনি। অদুবু ১৯৪৯ দগীদি ফিভম অসি মথং মথং হোংলক্লি। হান্না লমদমসিগী লৌয়াম চাবা কাংলুপনা লালহৌ অসিবু নমথবদা ইন্দিয়ানা মতেং পাংলবা অদুগী ওন্ন-তৈনবদা হুজিক্তি ইন্দিয়া সরকারনা লালহৌ অসিবু নমথবদা ঐখোয়গী লৌয়াম চাবা কাংলুপনা

হুইরোই ওইনা মতেং পাংবা ওইরে। মসিগা লোয়নননা, খুন্নাই অসিগী মনুংদা কাংলুপকী চায়নবা অদুগী মথক্তা, লমদম অসিগী চীং অমসুং তমদা খুন্দারিবা মীওই কাংলুপ খুদিংমক্তা চপ মান্নবা নম্বুরক্লিবা লৈবাক্কী ওইবা পোৎলুম অমা লালহৌ অসিগী খোঙচত্তা অমুক হাপকংলে, হাপকৎপদা নত্তনা মসিনা হান্না মাংওইননা লোইশিনগদবা রাফম অমসু ওইরে। লোইলম লৈঙাকলেনগী মখাদা লৈবাক্কী রাফম্না মাংওইননা চোংথোরক্লবা ফিভম অসিদা, লালহৌগী অহানবা যেক্লবস্‌ হুজিক্তি লৈঙাকলোন অসিগী মপু ওইরিবা ইন্দিয়াগী শেঙ্গাও পায়বা কাংলুপ্না ওইবে; ঐখোয়গী লৌয়াম চাবা কাংলুপতি লৈবাক্কী অপুনবা মিৎয়েংদগীদি ইন্দিয়াগী শেঙ্গাও পায়বা লোইলম মপুশিংগী নামৈ পায়দুনা য়ান্নবা হুইবোই কাংলুপ ওইবে। অসুন্না হোংলক্লিবা ফিভম অসিদা লৈনবিবা কাংলুপকী ফিভমদি – নাকল অমদা লোইলম লৈঙাকপশিং (ইন্দিয়াগী শেঙ্গাও পায়বা কাংলুপ) অমসুং লমদমসিগী হুইবোই কাংলুপ, অদুগা মসিগা মাইয়োক্ননা লেপলিবনা লমদম অসিগী তুহৎপিববা লাইববা মীয়াম। অসিগুম্বা লিকলমচংকী অনৌবা তাঙ্কক অমদা, খুন্নাই অসিনা শিব-চংবগী খ্বাইদগী অচৌবা চাংয়েং অমা ঐখোযগী মীয়ামদা মাইযোক্নবে। চাংয়েং অসি অপুনবা থৌনা অমসুং লৌশিংনা থেংনবা ঙম্বা ঙমদবদা চীংলৈবাক লমদম অসিদা তাবিবা মশিং য়ামজদবা ফুরুপশিংগী তুংগী লাইবক লেপকদৌবি। অসুন্না, লোইলম অমুক ওইবদুনা অচৌবা চাংয়েং অসি চোংথোবকপগা লোয়নননা, পামহৈবা হাক্তক্তগী হৌখিবা অনৌবা লাইনিংলোল অমদি রাখল্লোন অমসুং মদুগা কোন্নবা থোবকখিবা মুক্লবা অদুগী অপুনবা লীচৎ অদু থনম্নে অমসুং চায়নবগী অনৌবা তাঙ্কক অমদা চংশিনবা হৌরে। মসিগী মতুং তারকপা অসিদদি লোইলম লৈঙাকলোন্না ঐখোয়গী মীয়ামগী পুক্নিদা মায়কৈ খুদিংমক্তা শুপ্পমদা শীংনবকপগা লোয়নননা লোইলম অমসুং লোইলম মপু অনিগী মবক্তা লৈরিবা মুক্লবা অদুগী চায়নবা লীচৎ অদু হেন্না হেন্না ময়েক শেংলকতুনা কৈদৌঙেদসু তাইশিন্নবা য়ারবোইদবা মুক্লবা অমনি হায়বসি তবং তরং চোংথোরক্লগনি। মুক্লবা অসিগী খোঙচত্তা 'চায়নবগী তাঙ্কক অসিনা মতোন লোম্নকপা মতমদদি' লোইলম অমসুং লোইলম মপু ওইনা লৈনবিবা মবী অসিসু থমদুনা অনৌবা মবী অমা, অনৌবা মুক্লবা অমা অমুক থোবকপা হায়বসিদি মশানা লেপচবা খোঙচৎনি।

অসুম্না চথরক্রিবা ঐখোয়গী লিকলমচৎকী খোঙচত্তা, ঙসিদি মনিপুর অসি লমদমসিগী অনৌবা শেপ্পাও পায়বা হুইরোই কাংলুপনা পানবা লোইলম অমা ওইরে। অদুগা, ১৯৪৯ দগীনা ঙসি ফাওবগী ঐখোয়গী য়াৰীদি – ইন্দিয়াগী লোইলম লৈঙাকলোম্না মথং মথং খুমাং চাওশিল্লকুনা অরিবা মতমগী লৌয়াম চাবা কাংলুপ অদু ময়ায় চায়থরকপদগী ইন্দিয়াগী শেপ্পাওনা শেমগৎলক্রিবা লমদমশিগী অনৌবা শেপ্পাও পায়বা কাংলুপ অমনা শেলগী পাঙ্গলনা খ্বাইদগী হেন্না মপাঙ্গল কনবা কাংলুপ অমা ওইনা থুম্নাইসিদা চোংথোরকতুনা লোইলম 'ষ্টেট' অসিগী লৈঙাকলোনগু চাম্মদা তরাগু য়ৌদবা কাংলুপ অসিনা মুনথিবা অমসুং মথং মথং ঐখোয়গী লাইরবা মীয়ামবু হেন্না তুহৎলকপগী য়ারীনা মরু ওইবনি। অদুবু হেন্না তুহৎপিরবদি মদুগী মাইয়োক্তা হেন্না কনবা লালহৌ থোরকপগু শোয়ফদে।

# হৌদোং অমসুং পেবেৎকী ৱারী

থাইনা মমাংঙৈগী ৱারীনি। ইবেনবোক্কী ৱারীনি। হৌদোং অমসুং পেবেৎকী ফুঙ্গা ৱারীনি। হৌদোংনা পেবেৎ মচাশিং চাগে তৌরকই। হৌদোংনা পেবেৎ মচাশিং কিহন্নবা তৌরকই। পেবেৎ মচাশিংনা 'অয়ো অয়ো ইবুংঙো' খুমই। কীবদি কিদে। যৌ শংবাই অথনবা, ৱারক্কী তয়াল অঙাংবা, অদুমুক ফজে হায়না হৌদোংবু থাগৎলি। অদুবু থম্মোয়দদি নুঙ ফুমদুনা লৈ। মসিনি পেবেৎকী ৱারী। অমুক মখা চখৎলি।

হৌদোংনা খঙলে, পেবেৎ মচাশিং অসি মপীং পংয়াম য়াম্না নত্তে। মখুজিল য়াম্না চাওবসু নত্তে। হৌদোংদা ওনশিন্দুনা হনজিন্না খোংপা অসি পংঙম ঙম্লোই খঙলে। হৌদোংগী খুজিলনা য়াম্না হেন্না শাংই; ময়াসু য়াম্না হেন্না থোই। পেবেৎকী মপাঙ্গল হায়ববু, মশা পানবনিনা কোইপাই পাইবা ঙম্মী। মফম অমদা ফুৎ ফাওগৎলগা, অমদসু ফুৎ ফাওগৎলুবা ঙম্মী। হৌদোংনা খ্বাইদগী মখোয়দৌ থীৎপশি মসিনি।

হৌদোংনা মসিমসু খঙলে, পেবেৎ মচাশিং অসি অমগা অমগা লোন্না মতেং পাংনৈ। হৌদোংনা মতিন য়োক্তুনা, চান্নগদবনি হায়দুনা খনগৎতুনা খরদং ফাগদবগী কোইতাল তান্নবসি অতে পেবেৎ মচাশিংনা লোংশিন্দুনা থম্মী। খোমদোন মৈরোবী লোংপদৌনা লোংলি, লুনা তৌই। হৌদোংনা মাগী মীচংদা লৈরবনি হায়না খল্লুরবা পেবেৎ মচাশিং ফাওবনা মপানথোংদদি হৌদোং উবগা সলাম তৌরবসু মনুংদদি পেবেৎ মশেল অমত্তা ওইথি হায়বসি খঙলে। হৌদোংনা পেবেৎ মচা অমত্তবু থাজদ্রে।

হৌদোং চাননবা হায়দুনা হৌদোং মাননবা মকোই হাপ্লা, খোংবদঙ 'ঙরনাও

ঙুররাগু' মাননবা মথৌ পোংলগা খোংজনিংবা, হৌদোং য়ামনা খঙনৈ হায়রগা হয়াওজবা পোংজবা পেবেৎ মচা য়াওলবদি নত্তে। অদুবু মশকত্তি অদুম পেবেৎ মচানি। হৌদোং মচা মাননবা হায়দুনা মমায় খুমজিনলগা হৌদোংনা কোইপু পুদুনা চৎলি। মখোয় ফাওবা মনুং য়ৌনা থাজবগী রাদি নত্তে। মতম খর শিজিন্নবগী রানি। হৌজিক্তি তৌশিন্নবা য়াগ্রে। হৌদোংনা হৌদোং, পেবেৎনা পেবেৎ হায়বদু ময়েক শেংলে।

হৌদোংগী কেস্পতা লৈবা, হৌদোংগী মীচং চংশিন্নবা পেবেৎ মচাশিংনা অরোনবা পাউ পীখোরকই। হৌদোংগী লাললোং লোয়া খঙদোরকই। মসিদগী পেবেৎ মচাশিংনা খঙলে, হৌদোংনা হৌজিক লাল্লোং চথরিবশিদা পেবেৎকী পুকনিং হোংহন্নবা হোৎনবা হায়বশিনা খ্বাইদগী মরু ওইবা পান্দমনি। পাম্বৈ অনি শিজিন্নে। অমনা মথুজিল, ময়া অচৌবা, উৎলগা, ঙংবা খোঞ্জেল তাহন্নগা কিহন্নবা তৌবা। অতোপ্পা অমনা, শঙোম চান্নবা, সাধু ওইরবা হৌদোংগী শকলোন অমা উৎলগা খেমনবা তৌবা – অসিনি।

পেবেৎ মচাশিংগা অয়ুক নুংখিল নুমিদাং খাক্তনা মনাকোংদা তাহনগদৌরিবা, পুরগা মমিৎনা উহনগদৌরিবা অসি ইরাই লাইনা খঙলে। মদুদি – উমং অসি য়ামনা পাক চাউবনি, মখল মখেলগী শা-ঙা লৈবনি, হৌদোংগী লৈবাকশিদা মশিং য়ামদবা পেবেৎ মচাশিংনা লৈবদা করিগু নুংশা থিনিংঙাই লৈতে, হৌদোংনা পেবেৎ মচা চানিংবগী য়োৎশিন্নিংবগী রাখল লৈতে, হৌদোংদি ঙাও চান্নে শঙোমগু থক্নে – অসিনি। মরম অদুনা লমহেনবা পেবেৎ মচাশিং অসি লমহেনহলগনু, পেবেৎ মশেল খেমজিন্নৌ। নত্রবদি . . . .।

'লমহেনবা' পেবেৎ মচাশিংগা লেমহৌরিবশিংগা অনিগী মরক্তা খাইবোক তানবা হৌদোংনা কন্না হোৎনৈ। লোয়া মতেং পীরম্বা, নাকোইননা শৌগৎলম্বা, রাখলতনা ওইরবগু শৌগৎপা পেবেৎ মচাশিং অসি খেমদুনা নত্রগা কিহন্দুনা অসুম অসুম লাপথোরকহন্নবা হোৎনৈ। হৌদোংনা পেবেৎ মচাশিংগী য়ুমদা থওইনা লাকশিনদুনা চানশিন্নবা হোৎনৈ। লমচৎ মাংহন্নবা হোৎনৈ। পেবেৎ মচাশিংগী মরক্তা ময়ি খজিক্তং চৎপা য়াররোই, শিংচেপ থাজিনগদৌবগী হৌদোংনা ঙাইদুনা লৈরে।

'লমহেনবা' পেবেৎ মচাশিংগী ময়কও অমগা অমগা খাজনরম্বদু মাংহল্লবা হোংনৈ। পেবেৎ লূচিংবা অমগা লূচিংবা অমগা চিংনহল্লবা, কল্লকনহল্লবা, য়েংখিনহল্লবা হোংনৈ। পেবেৎ মচাশিংনা বানা কোইপাই পাইদুনা লৈবা, চাফম-থকফম ফাওবা খঙদবা, খূজিন-খূয়া তেকশিল্লকপা য়াওল্লকপা, ময়াম অসিগী খুদোংচাবা লৌনবা হোংনৈ। লাং কয়া থাকলি, শরৌ কয়া তৌরি। পোলাংথোক লাল্লা, শবল লাল্লা পাইথোকখিদনবা লাজ্জাবা খাদোকতুনা হোংনরি।

অদুবু ইবেনবোকী বারী অসি তংখায়ফাওবা চনখ্রি। পেবেৎ মচাশিংনা হৌদোং অসি ময়া য়াওদ্রবনি খনলদুনা ঈরায় লায়না পাইগে তৌরুবা, শোয়দুনা পেবেৎ মচা খরা হৌদোংগী মখুৎ চনখিবা মতাং অদু ফাওবদমক য়ৌরি। পেবেৎ মচাশিংনা হৌদোংবু থাগৎ-থাগত্তুনা হয়াওহনবা, হৌদোংগী ময়ল-মথুম তাকপমখে চাথোকপা-থকতোকপা, হৌদোংগা মরুপ শাশিল্লবা, মদুদা হৌদোংনা হয়াওজবা – ময়াম অদু বারীগী মখা ওইনা লাকখিগনি। ফুজ্জা বারী খংতপতা লেপ্পা হৌনদে। অকোনবদা, হৌদোংগী মখুত্তা মখি ফাইজিনলম্বা, পেবেৎ মচাশিংনা পাইখ্রগা হৌদোংনা মখি লেক্কুনা, লৈহৌবা অদুসু বারী মখাদা শোয়দনা লাকখিনি। ঙাইঙমদ্রবদি বারী নুংঙাইরোই। ●

